# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা (খণ্ড তরাতরুক-শুনা)

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎসিংহনা

ঙৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড তরাতরুক-শুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

ওইবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

অহানবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা নম্বা

অমসুং শীতলজিৎ-না কোন্ডবা।

ফংফম—(১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল।

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

(৩) পাইওনিয়র ট্রেডিং কোং,

শহীদ টিকেন্দ্রজিৎ রোড, ইম্ফাল।

ইং কুমজা ২০০০

[ খং-পুখ্রা ওাক্রিবনী ]

অমমগী লুপা ৫০

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা

## কুন্‌মাথোইশুবা পরিচ্ছেদ

মূল ১

অগত্যেকগতিং নত্বা হীনার্থাধিকসাধকম্‌।
শ্রীচৈতন্যং লিখাম্যস্য মাধুর্য্যৈশ্বর্য্যশীকরম্‌ ॥ ১ ॥

শব্দার্থ

অগত্যেকগতিং—গতি-লৈতবা মীগী অমত্তা-ডায়বা গতি ওইবা মঙোন্দা : নত্বা—খুরুম্‌জনা ; হীনার্থ্যাধিকসাধকম্‌—তোল্লবা মীগী ধর্ম্ম-সাধন-দা য়াম্না কা হেন্না সিদ্ধি পীবা মঙোন্দা ; শ্রীচৈতন্যং—শ্রীচৈতন্যদা ; লিখামি—ইজরি : অস্য—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) ; মাধুর্য্যৈশ্বর্য্যশীকরম্‌—মাধুর্য্য অমসুং ঐশ্বর্য্যগী রা মরীক অমতং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গতি লৈজদবা মীগী অমত্তা ডায়বা গতি-ওইবা অদুগা তোল্লবা মীগী ধর্ম্মসাধন-দা মরাং-কায়না সিদ্ধি-পীগন্‌বা শ্রীচৈতন্যবু খুরুম্‌জরগা মহাক্কী হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য-ঐশ্বর্য্যগী রা মরীক অমতং ইজরি।

## নৈনরোল

পরিচ্ছেদ অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য অমসুং মাধুর্য্য বর্ণন তৌগদৌরি হায়বগী ইঙ্গিত শ্লোকসিদা উৎলি, মহুগীদমক শ্রীমন্মহাপ্রভুগী কৃপা নিজরি।

মূল ২

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য প্রভুবা জয় ওইরে, শ্রীনিত্যানন্দবা জয় ওইরে, শ্রীঅদ্বৈত-চন্দ্রনা জয় ওইরে, গৌরভক্তখিবিন্দা জয় ওইরে।

মূল ৩

সর্ব্বস্বরূপের ধাম পরব্যোম ধামে।
পৃথক পৃথক বৈকুণ্ঠ সব—নাহিক গণনে ॥ ৩ ॥

শব্দার্থ

সর্ব্বস্বরূপের—ভগবান্গী স্বরূপ পুম্নমক্কী; ধাম—লম্দম্; পরব্যোম ধামে—পরব্যোম ধামদা; পৃথক পৃথক—তোঙান্-তোঙান্বা; বৈকুণ্ঠসব—বৈকুণ্ঠ পুম্নমক (লৈ); নাহিক গণনে—বৈকুণ্ঠশিংদু শীঙথাবা ঙম্দে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বয়ংভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী লৈরিবা স্বরূপ পুম্নমক্কী ধাম পরব্যোম কৌবা ধামদা লৈবা তোঙান্-তোঙান্বা বৈকুণ্ঠ পুম্নমক্কো অদুগী মশীঙ থীবা ঙম্বা নত্তে।

## নৈনরোল

সর্ব্বস্বরূপের ধাম নচিংবা—মমাঙগী পরিচ্ছেদদা শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস-নচিংবা শীঙথা-ঙম্দবা তোঙান্-তোঙান্বা ধামশিংদু পরব্যোমদা স্বরূপ পুম্নমক্কী মরম্নাই তোঙান্-তোঙান্বা ধামশিংদু পরব্যোমদা লৈ। অদুনা পরব্যোমদা লৈরিবা ধাম য় ম্ প্র। ধামশিংসিগী মখোয় খুদিংমক বৈকুণ্ঠ অমমম্নী (হায়বদি মায়-রাংমগী চিন্ময় অমসুং আনন্দময় ধাম ছাক্নী)। স্বরূপের—বিলাস অদুগা অবতার-নচিংবগী। নাহিক গণন—অবতারগী মশীঙ লোন্বা নাইদবা মরম্না মখোয়গী ধামগী মশীঙসু লোন্বা নাইদবনী।

মূল ৪

শতসহস্রায়ুতলক্ষকোটি যোজন।
একৈক বৈকুণ্ঠের বিস্তার বর্ণন ॥ ৪ ॥

### শব্দার্থ

শতসহস্রাযুতলক্ষকোটি—চামা-লীশীঙ অযুত-লক্ষ-কোটি ; যোজন ক্রোশ মরি ( মাইল নীপাল ) ; একৈক—অমমম্ ; বৈকুণ্ঠের—বৈকুণ্ঠগী ; বিস্তার—পাক চাউবা ; বর্ণন—হায়বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈকুণ্ঠ অমমম্না পাক্-চাউবসী যোজন চামা পাকপা, লীশীঙ পাকপা, অযুত পাকপা, লক্ষ পাকপা, কোটি পাকপা য়াওবনী হায়।

মূল ৫

সব বৈকুণ্ঠ—ব্যাপক আনন্দচিন্ময়।
পারিষদ—ষড়ৈশ্বর্য্যপূর্ণ সব হয়॥ ৫॥

### শব্দার্থ

সব বৈকুণ্ঠ—বৈকুণ্ঠশিং পুম্নমক ; ব্যাপক—সর্ব্বব্যাপকনী, বিভুনী ; আনন্দ—নুংঙাইবা ; চিন্ময়—চিদ্ভাক্তনী ; পারিষদ—লোইনা খময়িন্ ; ষড়ৈশ্বর্য্য—ঐশ্বর্য্যতরুক্কা ; পূর্ণ—থনবা ; সব—বৈকুণ্ঠ পুম্নমক ; হয়—ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈকুণ্ঠ পুম্নমক সর্ব্বব্যাপক নী, আনন্দ ভাক্তনী অমসুং চিদ্-ভাক্তনী। বৈকুণ্ঠ খুদিংমক পারিষদ-না অমসুং ঐশ্বর্য্য তরুক্কা থল্লী।

## নৈনরোল

মমাংগী পয়ারদা "শত সহস্র অযুত লক্ষ কোটি যোজন" ওইনা বৈকুণ্ঠশিংগী পাক্ চাওবনী হায়রি। নৈনরিবা পয়ারসিদনা অমুক হায়রি—"সব বৈকুণ্ঠ ব্যাপক" হায়বদি বৈকুণ্ঠ খুদিংমক বিভুনী হায়রি। মসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনী—মমাংদা পন্খিবা বৈকুণ্ঠশিংগী অমনা যোজন চামা পাকপা, অতোপ্পা অমনা যোজন লীশীঙ পাকপা, যোজন কোটি পাকপা হায়বনা তোঙান্না বা ( পরিচ্ছিন্ন ) অমসুং ভংথৈনাইবা ( সীমাবদ্ধ ) ওইনা হেক ভাবদা মাল্লবসু, তশেংবদি পরিচ্ছিন্ন অমসুং সীমাবদ্ধ নত্তে ; মখোয়

খুদিংমক ব্যাপক-নী ; বৈকুণ্ঠ খুদিংমক "সর্ব্বগনী, অনন্তনী, বিভুনী"। অচিন্ত্যশক্তিগী প্রভাব-না ধাম খুদিংমক মতম অমতদা পরিচ্ছিন্নসু ওই অমুগা ব্যাপকসু ওই। বৈকুণ্ঠ খুদিংমক নুংঙাইবা ওাক্লী ( আনন্দময়নী ) অমসুং চিদ্ভাবনী ( চিন্ময়নী ) ; বৈকুণ্ঠ খুদিংমক্ মাগী মাগী অধিপতিগী পারিষদনা অমসুং ঐশ্বর্য্য ভরক্না থল্লী।

## মূল ৬

অনন্ত বৈকুণ্ঠ এক-এক দেশে যার।
সেই পরব্যোমধামের কে করু বিস্তার॥ ৬॥

### শব্দার্থ

অনন্ত—শীঙলাকৃভমদবা ; বৈকুণ্ঠ—বৈকুণ্ঠ ; এক-এক দেশে—( পরব্যোমগী ) লম্নম্ মচেৎ অমমম্দা ; যার—মাগী ( পরব্যোমধামগী ) ; সেই পরব্যোমধামের—পরব্যোম ( প্রাকৃত-নত্তবা আকাশ ) ধাম অদুগী ; কে—কনানা ; করু -ভৌগনী ; বিস্তার—পাকচাওবগী শীঙলাকৃপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শীঙলাক-ভম্দবা বৈকুণ্ঠশিংগী অমমম্না পরব্যোমধামগী অংশ ( লমদম্ ) অমমম্দা লৈবনী ; অদুমা পরব্যোমদুগী বিস্তার (পাক্চাওবা) অদু কনানা লাকৃপা ভম্গদগে ?

## মূল ৭

অনন্ত বৈকুণ্ঠ পরব্যোম যার 'দলশ্রেণী'।
সর্ব্বোপরি কৃষ্ণলোক 'কর্ণিকার' গণি॥ ৭॥

### শব্দার্থ

অনন্ত - শীঙলাক-ভম্দবা ; বৈকুণ্ঠ—বৈকুণ্ঠ, বৈকুণ্ঠশিংগী ; পরব্যোম—পরব্যোম নী (প্রাকৃত-নত্তবা আকাশনী) ; যার—মহাক্কী ; দলশ্রেণী—থম্বাল মনা পরেং ; সর্ব্বোপরি—পুম্নমক্কী মথক্তা ; কৃষ্ণলোক—কৃষ্ণগী ধাম ; 'কর্ণিকার'—থম্জেং ; গণি—শীঙথায়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শীঙলাক্-ঙমদবা বৈকুণ্ঠশিং লৈবা পরব্যোম-দা, অহুনা বৈকুণ্ঠশিংছু পরব্যোমগী (থম্বাল মনা-গুম্বা) মনা ওাক্লী ; মখোয় পূম্নমক্কী মথক্তা লৈবা কৃষ্ণলোক অহুবু (থম্বালহুগী) কর্ণিকার (থম্জেৎ) হায়বহুনী হায়না লৌয়ি।

## নৈনরোল

তোঙান্-তোঙান্বা বৈকুণ্ঠগী রাগা পরব্যোমগী রাগা হায়রগা মতুঙদা হৌজিক কৃষ্ণলোক হায়বা ধামহুগী রা হায়রি। দ্বারকা, মথুরা অমসুং গোলোক মওং অহুমদী ওইনা কৃষ্ণলোক লৈবনী। অনন্তবৈকুণ্ঠগী পরব্যোমনে অহুগা কৃষ্ণলোক-নে পূরপ পূন্বগী মওংদি থম্বাল অমগুম্মী ; কৃষ্ণলোকনা থম্বালসিগী থম্জেংনী (কর্ণিকার-নী)। থম্বাল-মান্বা হায়বনে, থমজেৎ মান্বা হায়বনে, থম্বাল-মনা-মান্বা হায়বনে—অসুম্না হায়বসিদা তোঙান্-তোঙাস্তাবনী হায়বা থল্লগস্তু স্বরূপকী ওইনা হায়রগদি ভগবদ্ধাম-শিংসী "সর্ব্বগনী, অনন্তনী অমসুং বিভুনী।"

মূল ৮

এই মত ষড়ৈশ্বর্য্য স্থান অবতার।
ব্রহ্মা শিব অন্ত না পায়, জীব কোন্ ছার ॥ ৮ ॥

## শব্দার্থ

এই মত - মতৌ অসিগুম্না ; ষড়ৈশ্বর্য্য—ঐশ্বর্য্য তরুক্কী ; স্থান—ধাম ; অবতার—অবতার ; ব্রহ্মা শিব—ব্রহ্মা অমদি শিবনা ; অন্ত—ওমথৈ ; না পায়—ফংদে ; জীব—জীবনা ; কোন্—কনা ; ছার—অতোন্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না ভগবান্গী মফম অমসুং অবতারনচিংবদি ঐশ্বর্য্য তরুক্কা থন্বনী। ব্রহ্মা-শিব-খোয় ফাওবা ভগবানগী ঐশ্বর্য্যনচিংবগী রা লোইনা শঙবা ঙম্দে, অহুনদি তোল্লবা কনা জীবনা ঙম্দোরিবনো ?

### মূল ৯

কো বেত্তি ভূমন্ ভগবন্ পরাত্মন্
যোগেশ্বরোতীর্ভবতস্ত্রিলোক্যাম্ ।
কাহো কথং বা কতি বা কদেতি
বিস্তারয়ন্ ক্রীড়সি যোগমায়াম্ ॥ ৯ ॥

### শব্দার্থ

কঃ—কনানা ; বেত্তি—খঙঙী ; ভূমন্—হে সর্ব্বব্যাপী ; ভগবন্—হে ঐশ্বর্য্য-তরক্লা-থন্‌বা ভগবন্ ; পরাত্মন্—পুম্নমক্তা লৈবা হে অন্তর্য্যামী ; যোগেশ্বর—হে যোগেশ্বর ; ঊতীঃ—লীলা পুম্নমক ; ভবতঃ—নগাক্কী ; ত্রিলোক্যাম্—ময়োল অহুমদা ; ক—কদায়দা ; অহো—অঙকপনী ; কথং—মতৌ করম্না ; বা—নত্রগা ; কতি—কয়া ; বা—নত্রগা ; কদা—করম্বা মতমদা ; ইতি—অদী ; বিস্তারয়ন্—শন্দোক্তুনা ; ক্রীড়সি—শান্নে ; যোগমায়াম্—যোগমায়াবু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রম্মী—হে ভূমন্ ( সর্ব্ববাপক—পুম্নমক শীন্থনা লৈরিবা )। হে ঐশ্বর্য্যতরক্লা থন্না লৈরিবা ভগবন্ ! হে পরাত্মন্ ( লোইনমক্কী অন্তর্যামী ওইরিবা )! হে যোগেশ্বর ! কয়াদা ঙক্‌থ্রবনো ! নঙনা নঙগী স্বরূপশক্তি যোগমায়াবু শন্দোক্তুনা শান্নবা মতমদা নঙগী লীলাশিংদো—কদায়দা, মতৌ করম্না, মশীঙ কয়াদা অমসুং মতম করম্বদা পাঙথোক্‌পনো হায়বদো ময়োল অহুমসিদা কনানা খঙবা ঙমগনী ? হায়বদি কনামতনা খঙবা ঙম্‌দে ।

### নৈনরোল

শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতকীনী ( ১০/১৪/২১ ) অমসুং ব্রহ্মাগী স্তব-তা য়াওবনী । মতমচুদা শ্রীকৃষ্ণ শিশুনী ( অঙাঙ মচানী ) ; গোপশিশুশিংগা লোয়ননা শন্নাওঙাক্তা শেন্‌বনী । নোংমা মহাক্না সখাশিংগা লোয়ননা শন্নাও শেন্‌বা চৎখ্রিভেদা ব্রহ্মানা মহাকী শন্নাও অহুগা সখা পুম্নমক

হৈরাল্লী অদুগা মখোয়দুবু লোৎতুনা থম্খি। অদুবু কোম্থংদা শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা উবদা ঙক্লদুনা মথুং লোম্লরগা শ্রীকৃষ্ণবু স্তুতি তৌরম্মী; মৈনরিবা শ্লোকসী স্তব অদুগী মনুঙদা য়াওবনী। ব্রহ্মানা হায়রম্মী—হে ভূমন্—হে বিশ্বব্যাপক। নঙসে দেশ কাল-নচিংবনা ঙমথৈ-নাইবা নত্তে, নঙ সর্ব্বব্যাপক-নী হায়বদি বিভূ বস্তুনী; অসীকৃপা ঐনা নঙগী মহিমা করম খঙগনী? হে ভগবন্—নহাক পরম ঐশ্বর্য্য-শিংগী মপুনী; থন্বদা থোক্তবা শক্তি চেন্বনী—নঙগী ঐশ্বর্য্যগী, নঙগী শক্তিগী অমম্থুং শক্তিদু শীজন্নরগা তৌবা থবক্কী ঙম্থৈ—পীক্লবা ঐনা করম্না খঙগনী? হে পরাত্মন্—নঙদি পূম্নমক্কী অন্তর্য্যামীনী; ঐগী পুক্নিংদা লৈরম্বা নাপন্দুনা চিংদুনা ঐনা নঙগী শম্নাওশিং হৈরান্দুনা নঙোন্দা অপরাধ তৌরুবনী, মদুম্তু নঙনা খ্বায় পূম্নমক্ত-গী হান্নদা খঙখি; মরমদুনা ঐবু ৱারাকে হায়দুনা, ঐগী নাপল নমদংকে হায়বগীদমক চান্বিদুনা নঙনা নঙগী চাংদম্নডাই-লৈত্রবা ঐশ্বর্য্যগী লীলাদু ঐগী মাঙদা প্রকট তৌবিরে। হে যোগেশ্বর—নঙগী কৃপানা যোগ মার্গগী সাধকশিংনা সিদ্ধি ফংলিবনী, অদুগুম্বা মখোয়দুনা মখোয়গী বিভূতি উত্তুনা ময়াম্বু ঙকহল্লী, অদুনদি যোগেশ্বর ওইবা নঙগী বিভূতিগী মহিমা ঐগুম্বা জীব পীশক্না করম্না খঙগনী? মরমদুনা নহাক্না নঙগী অঘটনঘটনপটীয়সী যোগমায়াবু বিস্তার তৌরগা যোগমায়াগী অচিন্ত্যশক্তিগী মহিমাদু ময়ামদা উংংকে হায়বগীদমক—যোগমায়াগী মত্তেঙনা নঙনা ক্রীড়সি—ক্রীড়া-লীলা শান্নদুনা লৈবা মতমদা নঙগী লীলাদু—কদায়দা, করম্বা মতমদা, করম তৌনা শান্নে · লীলা কয়ানো শান্নরিবা হায়বদু লেপ্পা ঙম্বা মীতা অমতা মরোল অহুমসিদা লৈতে।

শ্লোকসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনী মদুদি—শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যগা ঐশ্বর্য্য উৎপগী রাগা লেপ্পা ঙম্বদি স্বয়ংব্রহ্মাসু ঙম্দে। অদুনা শ্লোকসী পয়ার ৮ গী প্রমাণী।

মূল ১০

এই মত কৃষ্ণের দিব্য সদ্গুণ অনন্ত।
ব্রহ্মা শিব সনকাদি না পায় যার অন্ত॥ ১০॥

## শব্দার্থ

এই মত—মতৌ অসুম্না ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; দিব্য—প্রাকৃত-নত্তবা ; সদ্‌গুণ—গুণ অফবশিং ; অনন্ত—লোইথদ্রবা-নাইদবনী ; ব্রহ্মা-শিব—সনকাদি—ব্রহ্মা, শিব অমদি সনকমুনিনচিংবনা ; না পায়—ফংদে ; অন্ত—অমৈ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণগী প্রাকৃত-নত্তবা সদ্‌গুণশিংদি লোই-থদ্রবা-নাইদবনী। ব্রহ্মা, শিব অমদি সনকমুনিনচিংবনা সদ্‌গুণশিংগী অমথৈ লাম্বা ফংদে।

## নৈনরোল

**এই মত কৃষ্ণের**—ব্রহ্মানচিংবশিংনা ফাওবা অমথৈ লাকপা অম্দবা লীলাবু শাম্নরিবা কৃষ্ণগী। নত্রগা, "এইমত" শব্দসী "সদ্‌গুণ"-গা শম্জন্নরগদ্রু অর্থ তৌবা য়াই। এইমত সদ্‌গুণ—অসিগুম্বা সদ্‌গুণ ; শ্রীকৃষ্ণগী "সদ্‌গুণ-ও এইমত—সদ্‌গুণশিংবু মতৌ অসিগুম্বনী হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগী মতৌগুম্ব অনন্ত-নী, অচিন্ত্যনী, কেপ্পদা য়ানডাইনী।

## মূল ১১

গুণাত্মনস্তেঽপি গুণান্ বিমাতুং
হিতাবতীর্ণস্য ক ঈশিরেঽস্য ।
কালেন যৈর্ব্বা বিমিতাঃ সুকল্পৈ-
র্ভূপাংশবঃ খে মিহিকা দ্যুভাসঃ ॥ ১১ ॥

## শব্দার্থ

গুণাত্মনঃ—স্বরূপকী এইবা গুণচেনবা ; তে—নহাক্কী ; অপি—সু ; গুণান্—গুণশিংবু ; বিমাতুং—মশীং শীবা ; হিতাবতীর্ণস্য—ফনবগী অবতার তৌরকপা ; কঃ—কনানা ; ঈশিরে—ঙম্গনী ; অস্য—বিশ্বজগৎনিগী ; কালেন—মতম্না চারবদা ; যৈঃ—মখোয়দুনা ; বা—নত্রগা ; বিমিতাঃ—শীংথাবা য়াবা ; সুকল্পৈঃ—হৈশিংবা মীশিংনা ; ভূপাংশবঃ—পৃথিবীগী পরমাণু পূম্নমক ; খে—অতিয়াদা ; মিহিকাঃ—নীংগ্রা ; দ্যুভাসঃ—মঙালগী মশেকশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রম্মী )—স্বরূপতগী থোরকপা গুণ্না গুণচেন্বা ওইরিবা নহাক্কী অহৃগা বিশ্বগী য়াইফনবগীদময়ক নোংগুম্লক্লিবা নহাক্কী গুণ পূম্নমক্তো কনানা শীঙথাবা ঙমগনী ? (হায়বদি কনামত্তনা ঙম্দে)। মতম্না চারগদি হৈশিংলবা মীতাশিংনা পৃথিবীগী পরমাণু পূম্নমক, অতিয়াগী লীক্লা অহৃ, ( মুমীৎনচিংবগী ) মঙালগী মশেক ময়াম পূম্নমকপু শীঙলাকপা ঙম্বা য়াই। ( মথোয়গীসু নঙগী গুণ পূম্নমক শীঙথাবা ঙম্দে )।

## নৈনরোল

শ্লোক অসী শ্রীমদ্ভাগবতম্দগী লৌথোরকপনী ( ১০/১৪/৭ )। মসী পয়ার ১০-গী রাফমগী প্রমাণনী।

শ্রীভগবানগী প্রাকৃত নত্তবা (দিব্য) গুণ মশীঙ লাকৃঙম্দবা-মথৈ লৈ। করি করিগুম্বা মফমদা মহাকপু নির্গুণ (গুণ-চেন্দবা) ওই হায়বা য়াওয়ি ; অদুগী রাশি অসিনী—শ্রীভগবান্দা প্রাকৃত গুণ য়াওদে ; মরমদুনা পদ্ম-পুরাণগী উত্তরখণ্ডদা উবা ফংঙী "যোঽসৌ নির্গুণ ইত্যুক্তঃ শাস্ত্রেষু জগদীশ্বরঃ। প্রাকৃতৈর্হেয়সংযুক্তৈর্গুণৈর্হীনত্বমুচ্যতে॥ ২৫৫/৩৯॥" জ্ঞান, শক্তি, বল, ঐশ্বর্য্য, বীর্য্য অমসুং তেজঃ—পূম্নমকসী ভগবৎশব্দগী হায়বা ঙাক্তনী অদুগা মসী পূম্নমক ভগবানগী প্রাকৃত-নত্তবা গুণ ঙাক্তনী—প্রাকৃত ওইবা তূরেনাইই গুণ অমত্তা মহাক্তা য়াওদে। জ্ঞানশক্তিবলৈশ্বর্যবীর্য্যতেজাংস্যশেষতঃ। ভগবচ্ছব্দবাচ্যানি বিনা হেয়ৈর্গুণাদিভিঃ। বিষ্ণু পুরাণ, ৬/৫/৭৯॥" ভগবানগী গুণ পূম্নমক মহাক্কী স্বরূপভূত (স্বরূপতগী থোকপা) গুণ ঙাক্তনী। "গুণৈঃ স্বরূপভূতৈস্তু গুণ্যসৌ হরিরীশ্বরঃ। লঘুভাগবতামৃত ২১০॥" স্বরূপভূত গুণশিংসী য়েংলুরগা শ্রীকৃষ্ণবু "গুণাত্মা" হায়না হায়রিব্নী।

গুণাত্মনঃ—গুণাঃ আত্মনঃ স্বরূপভূতাঃ যস্য—গুণপূম্বা স্বরূপতগী ওইবা অদুগুম্বা মহাক্কী, স্বরূপতগী ওইবা গুণ্না ওইবা মহাক ( প্রাকৃত গুণ্না গুণী ওইদে মহাক), অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী। মহাক্কী গুণশিংগী মশীংদি ঙাংথৈ-নাইদবনী, মথল মতৌদসু ( বৈচিত্রীদসু ) ঙাংথৈনাইদবনী, মাহাত্ম্য

(মতীক-মরাই) দম্বু ঙমখৈনাইদবনী । মরমদুনা কনামতনা গুণ ময়ামসিগী ঙম্‌খৈ লেপ্পা ঙম্‌দে । অতৈগী বাদি থম্‌খো; মতীক-চানা মকম কংলগদি থৈঃ সুকল্পে—য়োনা হৈশিংলবা মীতাশিংনা পৃথিবীগী পরমাণু, আকাশগী লীক্লা, করি হায়নী সূর্য্যনচিংবগী কিরণ-কণা ( মঙালগী মশেক ) কাওবগী মশীঙ থীবা ঙম্বা য়াই, অদুগুম্বা মখোয়দুনস্থ শ্রীকৃষ্ণগী গুণবু ঙমখৈ-লাংক-পদি ঙম্‌দে । মফমসিদা হায়রিবা সুকল্প-শব্দগী অর্থদি শ্রীসঙ্কর্ষণচিংববু হায়রিবনী হায়না শ্রীলবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা হায় ।

শ্লোকসিদা য়াওরিবা 'সুকল্প' শব্দনা খঙহল্লিবসে ব্রহ্মা-শিব-সনক-নচিংববুনী । মতৌ অসুম্না শ্লোকসী মমাঙথংবা ১০-শুবা পয়ারগী প্রমাণনী ।

মূল ১২

ব্রহ্মাদিক বস্তু অনন্ত সহস্রবদন ।

নিরন্তর গায়, গুণের অন্ত নাহি পান ॥ ১২ ॥

শব্দার্থ

ব্রহ্মাদিক—ব্রহ্মানচিংবদি ; বস্তু—লৈখিসনু ; অনন্ত—অনন্তদেব ; সহস্রবদন—চীন্‌লীশীঙ লোঙবা ; নিরন্তর—অতৈং অথম লৈতনা ; গায়—শক্লায় ; গুণের—গুণগী ; অন্ত—ঙমখৈ ; নাহি পান—ফংদে ।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

ব্রহ্মানচিংবদি থম্ব থম্‌খো ; চীন্‌লীশীঙ লোঙবা অনন্তদেবনা তত্তব-মথৈ শাক্লিবনী, অদুমগুদা ভগবান্‌গী গুণগী লোয়্‌ফম্‌ থঙদে ।

নৈনারাল

ব্রহ্মাগী চীন্‌ মরিনী, শিবগীনা মঙানী ; অতৈ সনক-নচিংবগীদি চীন্‌ অমমত্তনী ; চীন্‌ মরিনা নত্রগা চীন্‌ মঙামা ব্রহ্মা-শিবনচিংবনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ কীর্ত্তন তৌবগী বাদি থাপ্প থম্‌খো—চীন্‌লীশীঙ লোঙবা অনন্তদেবনা অনাদি-কালদগী সুলেপলেপ্তবমথৈ শাক্লুনস্থ শ্রীকৃষ্ণগী গুণগী লোয়্‌ফম্‌ ফংদ্রে ।

## মূল ১৩

নান্তং বিদাম্যহমমী মুনয়োঽগ্রজাস্তে
মায়াবলস্য পুরুষস্য কুতোঽবরা যে।
গায়ন্ গুণান্ দশশতানন আদিদেবঃ
শেষোঽধুনাপি সমবস্যতি নাস্য পারম্ ॥ ১৩ ॥

## শব্দার্থ

ন—নত্তে ; অন্তং—লোম্‌ফম্ ; বিদামি—খঙভী ; (ন বিদামি—খঙদে) ; অহম্—ঐ ; অমী মুনয়োঃ—(সনক-নচিংবা) মুনিশিং অসিগী ; অগ্রজা—মাঙদা পোক্‌পা ; তে—নগাক্কী ( নারদগী ) ; মায়াবলস্য—মায়াবলগী ; পুরুষস্য—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ; কুতঃ—কদায়দগী, করি হায়নী ; অবরা—অতোপ্পা ; যে—মখোয়হু ; গায়ন্—শক্-শোন্দুনা ; গুণান্—গুণশিংবু ; দশশতানন—চীন-লীশীঙলোঙবা ; আদিদেবঃ—আদিদেব ; শেষঃ—অনন্তদেব ; অধুনাপি—হৌজিক ফাওবা ; সমবস্যতি ন—ফংদে ; অস্য—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) ; পারম্—লোম্‌ফম্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা হায়রম্মী—"হে নারদ ! নঙোন্দগী হান্না পোকখিবা সনক-নচিংবা মুনিশিংশু পরম পুরুষ শ্রীকৃষ্ণগী মায়াশক্তি অদুগী লোম্‌ফম্ খঙদে ; করি হায়নী ঐহাক ফাওবা খঙদে, অদুনদি অতৈগী রাদি করি হায়নী ? ( ঐখোয়গী রাদি হন্নু হম্‌খো ) চীন-লীশীঙলোঙবা অনন্তদেবনা ( মচীন্ লীশীঙনা অনাদি কালদগী ) শ্রীকৃষ্ণগী গুণ শক্লি, হৌজিক ফাওবা লোই-শনবা ঙম্‌দ্রি।"

শ্লোকসী মমাঙগী পয়ারদা হায়রিবা রাগী প্রমাণনী।

## মূল ১৪

সেহো রহু, সর্ব্বজ্ঞ শিরোমণি কৃষ্ণ।
নিজ গুণের অন্ত নাহি পায়, হয়ে ত সতৃষ্ণ ॥ ১৪ ॥

## শব্দার্থ

সেহো—মহাক্নু ( অনন্তদেবগী ৱাদো ) ; কহ—লৈখিসনু ; সর্ব্বজ্ঞ-শিরোমণি—পূম্বখঙ-খঙবশিংগী মকোক ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; নিজ গুণের—মরম্নাই মগুণগী ; অন্ত—লোম্‌ফম্ ; নাহি পায়—ফংদে ; হয়ে ত—ওইয়ে ; সতৃষ্ণ—খৌরাংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চীন-লীশীঙ-লোঙবা অনন্তদেবগী ৱাদি থম্বু থম্‌খো, পুম্বখঙ-খঙবশিংগী মকোক ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ফাওবনা মরম্নাই মগুণগী লোম্‌ফম্ খঙদে।

## নৈনরোল

সর্ব্বজ্ঞশিংগী মকোক ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী মরম্নাই মগুণ লোইনা খঙদে হায়রগা মহাক করম্না সর্ব্বজ্ঞ ওইরিবনো? পাউখুম—লৈতবা পোৎপু খঙদ্রবগা মানা খঙদবহু ফোঙদোক্কে। মীওইবগী মচী পান্‌বগী ৱা খঙদবা মীবু অজ্ঞ ( খঙদবা মী ) অমনী হায়বা য়াদে ; মরমদি মীওইবগীদি মচী পান্দে ; মতৌ অসিগুম্না, শ্রীকৃষ্ণগী গুণগী অন্ত লৈতে, মরমহুনা মহুবু খঙদবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী সর্ব্বজ্ঞতাগী ময়েং তাদে।

### মূল ১৫

দ্যুপতয় এব তে ন যযু রন্তমনন্ততয়া
ত্বমপি যদন্তরাণ্ডনিচয়া ননু সাবরণাঃ।
খ ইব রজাংসি বান্তি বয়সা সহ যৎ শ্রুতয়-
স্ত্বয়ি হি ফলন্ত্যতন্নিরসনেন ভবন্নিধনাঃ ॥ ১৫ ॥

## শব্দার্থ

দ্যুপতয়ঃ—স্বর্গনচিংবা লোকশিংগী অধিপতি ওইবা ব্রহ্মানচিংবা ; এব—অমত্তং ; তে—মহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) ; ন যযু—ফংগিদে ; অন্ত—লোম্‌ফম ; অনন্ততয়া—অন্ত লৈতে হায়রুনা ; (ন অনন্ততয়া—লোম্ব-নাইদবনী হায়রুনা খঙবা ঙমদে) ; ত্বম্—নঙ (শ্রীকৃষ্ণ) ; অপি—সু ; যদন্তরা—

নঙগী মনুঙদা ; অণ্ডনিচয়াঃ—ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক ; নমু—লেপ্পমক্ ; সাবরণাঃ —মথঙ মথঙ কুপ্পনা শরুক্তরা হেঙ্গৎপা আবরণ (কুপ্পা) তরেৎকী ওইবা ; খে—আকাশদা ; ইব—গুম্না ; রজাংসি—উফুলশিংনা ; বান্তি—কোয়পাই পাইরি ; বয়সা—মতমগী কাংখোঙগা ; সহ—লোয়ননা ; যৎ—মহু ; শ্রুতয়ঃ —শ্রুতিশিং ; ত্বয়ি—নঙোন্দা ; হি—লেপ্পমক ; ফলন্তি—মহৈ য়াল্লী ; অতন্নিরসনেন—তদ্বস্তু ( অহু-নত্তবা পোৎপু ) কোক্‌হন্দুনা ; ভবন্নিধনাঃ —নঙোন্দা লোম্বা মখোয়গী গুম্না ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণবু পান্দম্ ওইহল্লগা শ্রুতিশিংনা হায়রম্মী—"হে ভগবন্ ! স্বর্গনচিংবা লোকশিংগী অধিপতি ওইরিবা ব্রহ্মানচিংবা দেবশিংসু নঙগী অন্ত ( লোম্‌ফম্ ) খঙদে ; করি হায়নী, নহামক অনন্ত ( খম্বা নাইদবনী ) হায়রগা নহাক্‌মক্সু নহামকী অন্তবু ফংদে । ( নঙগী অনন্ত ওইবগী প্রমাণদি অসিনী ), আকাশদা উফুল মরীকশিং কোয়পাই পাইবগুম্না নহাকী মুংদা (নঙগী তুখোঙদা) সাবরণ (মথঙ মথঙ শরুক তরা হেন্না আবরণ-তবেৎনা কুপ্লিবা) ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক মতমগী কাংখোঙনা ( কাল-চক্রনা ) (হৌদোক্লনা) মতম অমতদা কোয়রি । মরমহুনা, নঙোন্দা লোম্লিবা শ্রুতি-শিংনা নত্তবা পোৎপু ( অতদ্‌বস্তুবু ) লংশেক্লনা নহাকপু বিষয় ওইহল্লগা মহৈ য়ান্‌জে ।

## নৈনরোল

দ্যুপতয়ঃ—দ্যুপতিশিং ; স্বর্গনচিংবগী লোকপালশিং ব্রহ্মানচিংবা । মখোয়সিনা অঙকপা শক্তি চেল্লবসু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অন্তবু ফংদে । মখোয়সিগী বাদি খম্‌খো, শ্রীকৃষ্ণ মহামক্, সর্ব্বজ্ঞ ওইরফাওবদা মহামকী অন্তদো খঙবা ঙম্‌দে, মরমদি মহাকী অন্ত লৈতে ; অনন্তয়া—শ্রীকৃষ্ণদি স্বরূপকী হায়রগা অনন্তনী ( লোম্‌ফম্ লৈতবনী ) হায়হুনা—অতৈগী বাদি লায়রহুনা, কৃষ্ণ মহামক্না ফাওবা মহাকী অন্ত খঙদে । লৈতবা পোৎপু করম খঙগনী ? শ্রীকৃষ্ণদি অনন্ত-নী ( অন্ত লৈতবনী ) হায়বগী প্রমাণ

অমথক্কং উৎলি। খে—আকাশদা রজাংসি ইব—উফুল লৈচে্ংগুম্না—মায়কৈ মায়বৈগী অস্তু-ফাওবা শন্দোক্লিবা আকাশদা—পীশকপীকপা লৈডোই-লৈচে্ংনা কোয়চৎ চৎপগুম্না যদন্তরা—মহাক্কী হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী মনুঙদা-মহাক্কী তুখোঙদা লৈবা অণ্ডনিচয়াঃ—অনন্ত কোটি বিশ্বব্রহ্মাণ্ড-শিংনা কালচক্রনা তৌহন্দুনা কোয়শাই শাইরি—অমগী মতুঙদা অমা তৌহনা পাইবা নত্তে—অনন্ত-কোটি ব্রহ্মাণ্ড পূন্নমক মতম অমতদা লোয়নননা ভগবান্গী তুখোঙদা ইলায়-লায়না কোয়চৎ চৎলি। আকাশগা চাংদম্নবদা লৈডোই-লৈচেংশিংদো পীশক-পীকপগুম্ ভগবান্গী তুখোঙ খুদিংগা চাংদম্নবদা ব্রহ্মাণ্ডশিংহুস্তু যাম্না পীক্নি। মসিদগী খঙবদি—শ্রীকৃষ্ণ কয়া চাউথবা হায়বহুনী! মহাক অনন্তনী (লোম্বা-লৈতবনী)। মহাক্কী তুখোঙগী মনুঙদা ব্রহ্মাণ্ডশিংহু ভাক্ কোয়চৎ-চৎপা নত্তে, ব্রহ্মাণ্ড খুদিংমক মহাক-মহাক্কী আবরণগা ( মাবু কুপ্লিবা পোংকা ) লোয়নননা কোয়রি—সাবরণাঃ—আবরণগা লোয়নননা ব্রহ্মাণ্ড পূন্নমক। ব্রহ্মাণ্ড খুদিংগী ক্ষিতিভাগ (লৈপাক্কী শরুক), অহুগী মাপান্দা মথঙ মথঙ নাইনা আবরণ তরেৎ লৈ; ক্ষিতি ( লৈপাক )-শরুক্কী তেক থংনবা আবরণ্না ঈশীংনী; অহুগী মতুঙগী আবরণ্না মৈনী (তেজনী), অহুগী মতুঙদা নুংশীং ( মরুৎ )-নী, অহুগী মতুঙদা ব্যোম ( আকাশ নত্রগা শূন্য ), অহুগী তুংদা অহঙ্কার অহুগী তুংদা মহৎতত্ত্ব অমসুং অহুগী তুংদা ফোঙদোত্তবা (অব্যক্ত) প্রকৃতি লৈ। আবরণশিংসিগী পরিমাণ-দি ( চাংদমদি ) অসুম অসুম থংন-থংনবদগী শরুক তরা তরা হেন্জৎনরিবনী। আবরণশিংসিগা লোয়নননা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংগী আয়তন (মচৌমরাক) অহুনা মূল ব্রহ্মাণ্ডদগী চাওবা যাম্না তেল্লী; মতৌ অসুম্না আবরণগা লোয়নননা অনন্ত কোটি ব্রহ্মাণ্ডনা ভগবান্গী তুখোঙদা মতম অমতদা পূল্লপ পুন্না ইরায় লায়না কোয়চৎ চৎলি! অসিগুম্না বিভু-অনন্ত ওইবা ভগবান্নী, কনানবু মাগী অন্ত ফংগদগে? মহাক অনন্ত ওইবনা মহাক্কী তত্ত্ব লেপ্পবা শক্তি শ্রুতিশিংগী ফাওবা লৈতে। কনাগুম্বনা থবক অমা হৌরগা মন্থ লোইশন্‌বা ঙম্নবদি মহাক মহৈ য়াল্লে। শ্রুতি পুম্নদা ভগবান্গী তত্ত্ব লেপ্পবা

হোৎনবদি হোৎনৈ হায়বর্ মহাক্কী তত্ত্ব অনন্ত (লোয়বা নাইদবা) ওইবা মরম্না মপুঙফানা তত্ত্ব লেপ্পা ওইথোক্করি—তত্ত্ব লেপ্পগী থবক অদু মহৈ য়াদ্রি। মরমদুনা ভগবানগী তত্ত্ব—লেপ্পনবা শাস্ত্র ওইনা শ্রুতিশিংনা থোইদোক্না মহৈ য়ান্দে। অদুমক্তা, ভগবত্তত্ত্ব লেপ্পা উম্নবস্তু শ্রুতি পুম্নমক্না ভগবানবু মখোয়গী নৈনবা বিষয় ওইনা লৌরি—মখোয়গী নৈনবডাই বিষয়দি শ্রীভগবান্নী। মদুদা শ্রুতিগী মহৈ থিক্তং য়ানবা হায়বদু ওইরে। ভগবদ্বিষয়বু শ্রুতিনা নৈনরম্নবদি শ্রুতি লোইনমক কান্নদবা ওইরমগনী। মরমদুমা শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গী লক্ষ্য (পান্দম) ওইহল্লগা শ্রুতিগী অধিষ্ঠাত্রী দেবতাশিংনা হায়রম্মী—"হে ভগবন্! নঙগী তত্ত্ব অদু লেপ্পদি শ্রুতিশিংনা উম্দে; নঙসে করিনো অমদি করম্বা পোক্তানো হায়বদো মখোয়না মপুঙ ফানা হায়জবা উম্দে; অদুম্নদি ওইরগা নঙসে কৈনোদু নত্তে; করম্বা নত্তে—হায়বদু থর-থরদি মখোয়না হায়রম্মী—"নেতি নেতি", "অস্থূলমনণ্ অহ্রস্বমদীর্ঘমলোহিতমিত্যাদি"—"মসি নত্তে, মসি নত্তে—স্থূল (অপোবা) নত্তে, সূক্ষ্ম (অকুপ্পা) নত্তে, হ্রস্ব (অতেনবা) নত্তে, দীর্ঘ (অশাঙবা) নত্তে, লোহিত (মচু অঙাঙবা) নত্তে হায়নচিংবা অদু উবা ফংঙী। মসেন্দুম্না শ্রুতি পুম্নমক্না অতন্নিরসনে—পোৎতুনা (তৎপদার্থ-না) ওইদবা অদু কোকহল্লগা; নঙনা ওইদে ওইদে হায়বা অদু তাক্লগা থুগি—নহাকপু মখোয়গী বিষয় ওইহল্লগা, ভগবদ্বিষয়দমক নৈনরগা ফলন্তি—মহৈ য়াল্লী। শ্রুতি পুম্নমক ভবন্তিনাঃ—নঙোন্দদা সমাপ্তি ওইরিবা মখোয়গী মতৌ অসিগুম্বনী" নহাক্না মখোয়গী আলোচা (নৈনবডাই ওইবা) বিষয়নী অদুগা মহোয়গী আলোচনাগী (নৈনবগী) সমাপ্তিসু (পোৎলোইসু) নঙোন্দনী; নঙগী আলোচনা নত্তনা অতৈ আলোচনা অনাতা শ্রুতিশিংনা পাম্দে, মখোয়গী আলোচনাগী থমফমসু নাঙোন্দনী, অদুম তৌবনা শ্রুতিশিংনা মহৈ য়ানক্কবনী। তৌবগীবুদি শ্রুতিদা ভগবানগী আলোচনাদু মপুঙ ফারে হায়বদি নত্তে; মরমদি ভগবান্না অনন্ত—উমথৈ নাইদবা—ওইবনীন নহাক্কী মরমগী আলোচনানা উম্থৈনাইবা (সসীম) ওইবদি য়াদে। অদুম ওইনমক

ভগবদ্‌বিষয়গী খজিক্তং মরী নৈনবতদা করিগুম্বা পোৎ অমনা মহৈ য়ান্‌ব-নীনা শ্রুতি পুম্বদা ভগবদ্‌বিষয়দা খরদং নৈনরিবত্না শ্রুতি পুম্ববু মহৈ য়াল্‌হন্‌বদি হেন্দোক্লা য়াইনা।

শ্রীকৃষ্ণসু মছামকী অহু লেপ্পা ঙমদে হায়বত্ নৈনরিবা শ্লোক অসিদা "ত্বং অপি অনন্তত্বয়া" বাক্যনা হায়রি। মতৌশুন্না শ্লোকসী মমাঙগী পয়ার ১৪-গী প্রমাণনী।

## মূল ১৬

সেহো রহু, ব্রজে যবে কৃষ্ণ-অবতার।
তাঁর চরিত্র-বিচারেতে মন না পায় পার॥ ১৬॥

### শব্দার্থ

সেহো—মহুসু ( শ্রীকৃষ্ণগী লীলা পূরমক অমসুং গুণচিংবগী রাসু ); রহু—লৈখিসনু ; ব্রজে—ব্রজদা ; যবে—মতমদা ; কৃষ্ণ-অবতার— কৃষ্ণগী অবতার ; তাঁর—মহাকী ; চরিত্র-বিচারেতে—মচোরিৎকী বিচারদা ; মন—পূক্নীঙনা ; না পায়—ফংদে ; পার—ঙমখৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহুসু হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগা গুণগগী রাদি লৈখিসনু ; ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগী অবতার ওইবা মতমদা মাগী চরিত বিচার তৌবদা চরিত অদুগী ঙমখৈ পূক্নীঙনা ফংবা ঙম্‌দে।

## মূল ১৭

প্রাকৃতাপ্রাকৃত-সৃষ্টি কৈল একক্ষণে।
অশেষ বৈকুণ্ঠাজাণ্ড স্বস্বনাথসনে॥ ১৭॥

### শব্দার্থ

প্রাকৃতাপ্রাকৃত—প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা ; সৃষ্টি—লৈশেম্বা ; কৈল—তৌখি ; একক্ষণে— ক্ষণ অমদা . অশেষ—মশীঙ লাকঙমদবা : বৈকুণ্ঠ—বৈকুণ্ঠ ; অজাণ্ড—ব্রহ্মাণ্ড ; স্বস্বনাথ সনে— মহা মহাগী মবুংঙোপা ( অধিপতি ) লোয়নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ক্ষণ অমগী মনুংদা প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা সৃষ্টি তৌখি। প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগী নাথ ব্রহ্মা অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা ব্রহ্মাণ্ড বৈকুণ্ঠগী নাথ বিষ্ণু মখোয়সিবুসু য়াওনা মশীং লাকংমদবা বৈকুণ্ঠ অমসুং ব্রহ্মাণ্ড সৃষ্টি তৌখি।

## নৈনরোল

ব্রহ্মমোহন লীলাদা শীংলাকপা ঙম্দবা নারায়ণ অমসুং বৈকুণ্ঠনচিংবগা লোয়ননা শীংলাক ঙম্দবা ব্রহ্মাণ্ড ময়াম্সু ব্রহ্মানা উখি, মখোয়হুবু পয়ারসিদা "প্রাকৃত সৃষ্টি" অমসুং 'অজাণ্ড' হায়না হায়রি। অওইবদি ব্রহ্মাণ্ড ময়ামদো প্রাকৃত নত্তে বহিরঙ্গা মায়াদগী ওইরকপা সৃষ্টি ওইরবদি প্রাকৃত ওইসদবনী। ব্রহ্মাগী মক্ষমদা শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা ফোংদোকপগীদমক্তা যোগমায়ানা শীংলাক-ঙম্দবা নারায়ণ অমসুং বৈকুণ্ঠগা লোয়ননা ব্রহ্মাণ্ড ময়ামসিসু প্রকট ওইহন্খিবনী। মরমচুনা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক অসিবু স্বরূপকী রা হায়রগদি চিন্ময় প্রাকৃত-নত্তবা ঙাক্নী — মান্বদি প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডঙম্ উখিবগী রানী।

থোদোক্তি অসিনী—নোংমা ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণগী সথাশিং পুম্নমকপু অচুগা শনবী শন্নাওশিংবু হুরগা লোৎতুনা থম্খি। শ্রীকৃষ্ণনা শন্শিংগা সথা রাখালশিংগা উদ্রবদা মংাক মছামক্তা শন্ অমদি রাখালশিংচু ওইনা প্রকট ওইখি। অসুম্না প্রকটিত ওইবা শনবী-শন্নাওশিংবু কৃষ্ণবলরামনা নৌনা প্রকটিত ওইবা সথাশিংচুগা লোয়ননা শন্কেন্‌লগী পুচনা চংলী অচুগা শন্গারকপা মতমদা অমুক হন্না তোইগৎলক্য়ি। মতৌ অসুম তৌবনা চহী অমা ফাখি। মতুংগী চহীদা ব্রহ্মানা লাক্লগা উখি—মহাক্তা লোৎলম্বা রাখালশিং অমসুং শনশিংচু মহাক্কী লোৎফম্চুদা অচুম লৈ, অদুগা মখোয় কৃষ্ণ বলরামগসু অচুম মবৈ। মচুদা ব্রহ্মানা ঙক্খি। মহাক্তা অমুক হেন্না ঙক্খিবদি, কৃষ্ণগা লৈমিন্নরম্বা রাখালশিং, শনবী শন্নাও, অমসুং শাজৈ, বেণু-শিঙ্গাসু লৈরম্বচুনা — মখোয় খুদিংমক্তা শঙ্খ-চক্র গদা-পদ্ম পায়চুনা, চতুর্ভুজ বিষ্ণুরূপ ওইখি। মখোয়চুগী বিষ্ণু খুদিংঙনা বৈকুণ্ঠ

অমমম্গী মবুংঙো অধীশ্বর ভাক্নী ; মখোয় খুদিঙবু মছা মচাগী পার্ষদশিংনা অমসুং ভক্তশিংনা পূজা অমসু স্তুতি তৌয়ি : মখোয় খুদিঙগী মথাদা প্রাকৃত-মানবা ব্রহ্মাণ্ড অদুগা ব্রহ্মাণ্ডনাথ ব্রহ্মানচিংবা লৈরম্মী। শ্রীকৃষ্ণগী শীঙ-নাইদবা শক্তিও ময়াম্মী, মাগী সখাসু অদুমক্তাই, সখা খুদিঙগী শক্তিওসু শীঙনাইদবনী, সখা খুদিঙমক্কী শাক্তি, বেণু, শিঙ্গা, ফি, কুণ্ডল-নাইন অমদি কেয়ুরনচিংবা লৈতেং লৈরম্মী। হায়রিবা পোৎশিংগী মশীঙসু শীঙমদবথে য়াম্মী। মখোয় খুদিঙমক্তা বিষ্ণু অমমম্ ওইরে, মরমদুনা শীঙনাইদবা বিষ্ণু, শীঙনাইদবা বৈকুণ্ঠ, শীঙনাইদবা পার্ষদ, শীঙনাইদবা ব্রহ্মাণ্ড অমসুং ব্রহ্মান-চিংবসু শন দুরানবা ব্রহ্মানা মতম অমতদা শঙ্খাবুড অদুদা উখি। শঙ্খাবুডগী মফমদো পৃথিবীসিগী মনুঙনবনী, বৃন্দাবন মনুঙদা লৈবা লম্ মচেৎ অমতনী। লম্ মচেৎসিগী মনুঙদা অনন্তকোটি বিষ্ণু, অনন্তকোটি ব্রহ্মাণ্ড অমসুং ব্রহ্মাগী মফম চনখিবনী শ্রীবৃন্দাবনগী অঙকপা মহিমানী, মসিনীদো মফম-সিনা বিভু ওইবগী অঙকপদি।

### মূল ১৮

এমত অন্যত্র নাহি শুনিয়ে অদ্ভুত।
যাহার শ্রবণে চিত্ত হয় অবধূত ॥ ১৮ ॥

### শব্দার্থ

এমত—মতৌ অসুম্বা : অন্যত্র—অতোপ্পা মফমদা . নাহি শুনিয়ে—নাকোঙনা তাদ্রি ; অদ্ভুত—অঙকপা : যাহার-শ্রবণে—মসু শ্রবণ তৌবদা ; চিত্ত - পুক্নীঙ ; হয়—ওই ; অবধূত - ইচোই-চোইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসিগুম্বা অঙকপদি অতোপ্পা কনায়দসু নাকোঙনা তাখিদ্রি। মসী শ্রবণ তৌবদা পুক্নীঙ ইচোই-চোই।

### মূল ১৯

'কৃষ্ণবৎসৈরসংখ্যৈঃ'— শুকদেব-বাণী।
কৃষ্ণসঙ্গে কত গোপ— সংখ্যা নাহি জানি ॥ ১৯ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণবৎসৈঃ—কৃষ্ণগী শন্নাওশিংনা ; অসংখ্যাতৈঃ—শীঙলাক-ঙমদবা ; শুকদেব-বাণী—শুকদেবগী রা ; কৃষ্ণসঙ্গে—কৃষ্ণগা লোয়নবা ; কত—কয়া ; গোপ—রাখাল ; সংখ্যা—মশীঙ ; নাহি জানি—খঙদে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণগা লোয়নবা শীংনাইদবা শন্নাওশিংনা—হায়বা রাসী শুকদেব গোস্বামীনা হায়বনী ( মরমদুনা প্রবসন্তানী )। কৃষ্ণগা লোয়নবা গোপ কয়ামুক লৈরম্বগে হায়বগী মশীঙ লাকপা ঙমদে ( য়াম্মলবনা )।

মূল ২০

এক এক গোপ—করে যে বৎস চারণ ।
কোটী-অর্ব্বুদ-পদ্ম শঙ্খ তাহার গণন ॥ ২০ ॥

শব্দার্থ

এক এক গোপ—গোপ অমমম্না ; করে—তৌয়ি ; যে বৎস—শন্নাও অদু ; চারণ—শেন্‌বা ; কোটী—কোটী ; অর্ব্বুদ—অর্ব্বুদ ; পদ্ম—পদ্ম ; শঙ্খ—শঙ্খ ; তাহার—মহাকী ( মখোয়গী ) ; গণন—শীঙথাবা ( ওই )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপ অমমম্না শেল্লম্বা শন্‌গী মশীঙদি কোটী, অর্ব্বুদ, পদ্ম, শঙ্খরোমদা থীবা তাবনী ।

মূল ২১

বেত্র বেণু দল শৃঙ্গ বস্ত্র অলঙ্কার ।
গোপগণের যত—তার নাহি লেখা পার ॥ ২১ ॥

শব্দার্থ

বেত্র—শাজৈ ; বেণু—বাঁশী মথল অমা ; দল—উনানা শাবা বাঁশী ; শৃঙ্গ—শিঙা ; বস্ত্র—ফি ; অলঙ্কার—লৈতেং ; গোপগণের—গোপশিংগী ; যত—লৈরম্বা মশীঙদো ; তার—মদুগী ; নাহি—লৈতে ; লেখা-পার—ইবগী ঙম্‌থে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাঙ্গে, বেণু, দল, শিঙা, ফি অমদি লৈতেংদো গোপশিংগী লৈরম্বমখে ইবদা লোই-খত্বা নাইরোই।

## নৈনরোল

বেণু—আঙ্গুল (খুৎচা) তরানীথোই শাংবা, খুবীমুক ময়োপ চাওবা, মখুল তরুক হূৎপা বাঁশীবু বেণু কৌয়ি।

শৃঙ্গ—শাগী মচীনা শাবনী ; মসী খোংনবা যন্ত্র অমনী, মখোন বাঁশীগী-গুম্মী। ইরোইগী মচীনা শাবা যন্ত্রনী ; শিঙ্গাগী মতোল অনীহু সনা তোঞ্জী, ময়াই থীগাঙদনা রত্ননা লৈতেংঙী।

## মুল ২২

সভে হৈল চতুর্ভুজ বৈকুণ্ঠের পতি।
পৃথক পৃথক ব্রহ্মাণ্ডের ব্রহ্মা করে স্তুতি॥ ২২॥

## শব্দার্থ

সভে—লোইনমক ; হৈল—ওইখি ; চতুর্ভুজ—খুৎ-মরি-লোঙবা ; বৈকুণ্ঠের পতি—বৈকুণ্ঠগী মপু ; পৃথক পৃথক—তোঙান্ তোঙান্বা ; ব্রহ্মাণ্ডের—ব্রহ্মাণ্ডগী ; ব্রহ্মা—ব্রহ্মানা ; করে স্তুতি—স্তুতি তৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লোইনমক (চাযনদি সখা খুদিঙমক, শন্নাও খুদিঙমক, বেণু খুদিঙ, শাঙ্গে খুদিঙ, শৃঙ্গ খুদিঙ, ফি খুদিঙ, অলঙ্কার খুদিঙ) খুৎমরি-লোঙবা বৈকুণ্ঠগী মপু ওইখি। ( বিষ্ণু খুদিঙগী মখা পোন্বা ) ব্রহ্মানা বিষ্ণুবু স্তুতি তৌখি।

## মুল ২৩

এক কৃষ্ণদেহ হৈতে সভার প্রকাশে।
ক্ষণেকে সভায় সেই-শরীরে প্রবেশে॥ ২৩॥



### শব্দার্থ

এক—অমা ; কৃষ্ণদেহ হৈতে—শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙদগী ; সভার—লোইনমক্তগী ; প্রকাশে—প্রকট ওইবনী ; ক্ষণেকে—ক্ষণ অমগী মনুঙদা ; সভার—লোইনমক্তী ; সেই-শরীরে—হকচাঙচুমক্তা ; প্রবেশে—চঙবা ওইবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদেহ অতুমতদগী ( বিষ্ণুনচিংবা ) পুম্নমক অদো প্রকট ওইখিবনী। ক্ষণ অমগী মনুঙদা পুম্নমক অদো শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙচুমক্তদা চঙখি।

### নৈনরোল

বিষ্ণুনচিংবা ময়ামদো শ্রীকৃষ্ণগী দেহদগী থোরক্লগা ক্ষণ অমগী মনুঙদা দেহচুমক্তদা চঙবসিন। শ্রীকৃষ্ণ বিভূনী—সর্ব্বব্যাপীনী হায়বদু তাকপনী।

### মূল ২৪

ইহা দেখি ব্রহ্মা হৈলা মোহিত বিস্মিত।
স্তুতি করি এই পাছে করিল নিশ্চিত ॥ ২৪ ॥

### শব্দার্থ

ইহা—মসী ; দেখি—উবদা ; ব্রহ্মা—শন্নাও-সখা তুরান্বা ব্রহ্মা ; হৈলা—ওইখি ; মোহিত—শুমহৎপা ; বিস্মিত—ঙকপা ; স্তুতি করি—স্তুতি তৌরগা ; এই—মসী ; পাছে—তুংদা ; করিল নিশ্চিত—অরেপ্পনী হায়না লৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসী (শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য বিকাশ) উরগা ব্রহ্মা শুমহৎখি অমসুং ঙকখি। ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণবু স্তুতি তৌরগা মমৈদা হাকম অসী শোয়দ্রবা অরেপ্পনী হায়না লৌখি।

### নৈনরোল

ব্রহ্মানা অরেপ্পা ওইনা লৌখিবদু করিনো হায়লদু মথঙগী পয়ার অনীদা ফোঙদোক্লি।

### মূল ২৫-২৬

যে কহে—কৃষ্ণের বৈভব মুই সব জানো।
সে জানুক, কায়মনে মুঞি এই মানো॥ ২৫॥
এই যে তোমার অনন্ত বৈভবামৃতসিন্ধু।
মোর বাঙ্মনোগম্য নহে এক বিন্দু॥ ২৬॥

### শব্দার্থ

যে—মহাক্না ; কহে—হায় ; কৃষ্ণের বৈভব—শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা ; মুই—ঐ ; সব—লোইনমক ; জানোঁ—খঙজী ; সে—মহাক ; জানুক—খঙসনু ; কায়মনে—পূক্নীঙ হকচাঙ য়াওনা ; মুই—ঐদি ; এই—অসীত-মক ; মানো—লৌগনী ; এই যে—ওইরিবসে ; তোমার—নঙগী (কৃষ্ণগী) ; অনন্ত—অমথৈনাইদবা ; বৈভবামৃতসিন্ধু—বৈভবকী (মহিমাগী) মশক ওইবা অমৃতগী মহাসমুদ্র, হায়বদি লোইখত্র-নাইদবা অমথৈ-মাইদবা মহিমা ; মোর—ঐগী ; বাঙ্মনোগম্য—রাহৈনা অমদি পূক্নীঙনা য়োবা ঙম্বা ; নহে—নত্তে ; একবিন্দু—বিন্দু অমা ফাওবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মামা মপূক্নীঙদা লেপ্লম্মী—"কনাগুম্বনা শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাবু খঙজী হায়রবা, মহাক খঙসনু। অদুবু ঐনা চেৎনা থাজবদি—শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাগী বিন্দু অমফাওবা ঐগী রাহৈগা পূক্নীঙগনা য়োবা ঙম্দে—হায়বসিনী।"

### নৈনরোল

এক বিন্দু—শ্রীকৃষ্ণগী অনন্ত মহিমাগী মরীক অমা। ব্রহ্মাগী উক্তি-সিগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক অমা হায়রী।

### মূল ২৭

জানন্ত এব জানন্তু কিং বহূক্ত্যা ন মে প্রভো।
মনসো বপুষো বাচো বৈভবং তব গোচরঃ॥ ২৭॥

## শব্দার্থ

জানন্তঃ—খঙজৌ হায়বা মখোয়না ; এব—মক্ ; জানন্ত—খঙজসনু ; কিং—করি ; বহূক্ত্যা—য়াম্না ঙাংলুবনা ; ন—ওইদে ; মে—ঐগী ; প্রভো—হে প্রভু ; মনসঃ—পুক্নীঙগী ; বপুষঃ—হকচাঙগী ; বাচঃ—ৱাহৈগী ; বৈভবং—মহিমা ; তব—নহাক্কী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) ; গোচরঃ—উবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদা হায়রম্মী—শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাবু খঙজৌ হায়বা মখোয়শু খঙবা ওইসনু। হেন্না হায়রবগী কান্নবা লৈতে, হে প্রভু! নঙগী মহিমাশিবু ঐগী পুক্নীঙনা, দেহনা অমদি ৱাহৈনা য়োৱা ঙম্বা নত্তে।

## নৈনরোল

মূল ১৮—১২ পয়ারদা উৎলিবা ঐশ্বর্যগী বিকাশ উরগা ওক্লদুনা ব্রহ্মানা নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রিবা ৱাশিংসে হায়রিবনী। শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা অনন্তনী, অচিন্ত্যনী, মরমদুনা ৱাহৈনা, পুক্নীঙনা, হকচাঙনা মখোয়গী বিষয় ওইহনবা ঙম্দে। শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাদি অনন্ত ওইবনীনা পুক্নীঙনা লেপ্পা ঙম্দে, খন্বা থোক্তে; মরমদুনা মহিমাসী পুক্নীঙগী বিষয় ওইবা য়াদে; মহিমাসী বর্ণনা তৌবা য়াদবনী—মতীক চপ-চাবা ৱাহৈ লৈতবনা শ্রীকৃষ্ণ-মহিমাগী মথল মখেল শুনা বর্ণনা তৌবা য়াদে, অনন্ত-নী হায়রম্না বর্ণনা তৌরগসু লোইবা য়াদে; মরমদুনা মহিমাসে ৱাহৈনা লাম্বা ঙমদবনী; অদুগা অনন্তনী হায়দুনা হকচাঙনা—খুৎনচিংবনা—মহিমাশিংগী ৱা ইদুনা লোইবা ঙম্দে, মরমদুনা মসী হকচাঙনসু য়োৱা ঙম্দে। নত্রগা, শ্রীকৃষ্ণ অমসুং মহাক্কী মহিমাগী বিকাশ পুম্নমক অনন্তনী হায়দুনা মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয় ওইরা য়াদে।

ব্রহ্মাসী বেন্দগর্ভনী হায়বদি বেদ অদু পুক্নীঙদা থম্বা ঙম্দুনা খঙবা ওয়্রিবনী; জগৎতা মতৌন্দগী হৈনবা জ্ঞানী ( অখঙবা ) কনাম্না লৈত্রবনী। ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা উরগা মহাক্না হায়খিবা—কৃষ্ণমহিমা অসিদি মহাক্কী বাক্যমন-গী অগোচরনী হায়বদিনা, অতৈ কনামতাসু গোচর নত্তে হায়বসে ইলায়-লায়না খঙবা য়াগে।

## মূল ২৮

কৃষ্ণের মহিমা রহু, কেবা তার জ্ঞাতা।
বৃন্দাবন স্থানের দেখ আশ্চর্য্য বিভুতা॥ ২৮॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণের মহিমা—শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা ; রহু—লৈখিসনু ; কেবা—কনানা ; তার—মাগী ; জ্ঞাতা—খঙবা মী ; বৃন্দাবন স্থানের— বৃন্দাবন মফমগী ; দেখ—য়েংঙু ; আশ্চর্য্য—অঙকৃপা ; বিভুতা—বিভু (সর্ব্বব্যাপক) ওইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাগী রাহুদি থম্মু থম্‌খো ; মহুবু খঙবা কনা লৈবগে ? বৃন্দাবন লম্‌দম্‌গী অঙকৃপা বিভুতাসিদুম্ খঙ্গো।

## মূল ২৯

ষোলক্রোশ বৃন্দাবন—শাস্ত্রে পরকাশে।
তার একদেশে বৈকুণ্ঠাজাণ্ডগণ ভাসে॥ ২৯॥

### শব্দার্থ

ষোল ক্রোশ—ক্রোশ তরাতরুক ; বৃন্দাবন—বৃন্দাবনগী মফম ; শাস্ত্রে—শাস্ত্রনা ; প্রকাশে—ফোঙদোকৃয়ি ; তার—মহুগী , একদেশে - শরুক অমদা ; বৈকুণ্ঠাজাণ্ডগণ—বৈকুণ্ঠ অমসুং অজাণ্ড ( ব্রহ্মাণ্ড ) পুম্বা ; ভাসে—তাউরি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৃন্দাবন-না পাক্ চাউরিবসে শাস্ত্রনা হায়বা মতুং ইন্না ক্রোশ তরাতরুকনী ; মহুগী শরুক অমথক্তা বৈকুণ্ঠ ময়াম অমসুং ব্রহ্মাণ্ড ময়াম পুম্নমক চল্লী।

### নৈনরোল

ক্রোশতরাতরুক খক্তা পাকৃপা বৃন্দাবনগী লম্‌দম্‌দো অপীকৃপা অমনী। পীকৃপবা বৃন্দাবনসিগী পীকৃপবা শরুক শনৃজাবুদা বৈকুণ্ঠ পুম্নমক অহুগা

ব্রহ্মাণ্ড পুন্নমক চল্লী। মসিনা তাঁকপনি শন্‌জাবুড অহু ঙমখৈনাইবা মাল্লবস্থু ঙম্খৈনাইদকী বিভুনী হায়রবগী তাক্লি। নত্রগদি মাগী মনুঙদা অনন্ত-কোটি বৈকুণ্ঠ অমস্তুং অনন্তকোটি ব্রহ্মাণ্ড চল্লোই।

মূল ৩০

অপার ঐশ্বর্য্য কৃষ্ণের—নাহিক গণন।

শাখাচন্দ্রন্যায় করি দিগ্‌দরশন॥ ৩০॥

## শব্দার্থ

অপার—ঙমখৈ-নাইদবা ; ঐশ্বর্য্য কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যনী ; নাহিক গণন—মশীঙ থীবা লৈত্রি ; শাখাচন্দ্রন্যায়—উশালক্তা থা উবগুম্বা রায়েন ; করি—তৌরগা ; দিগ্‌দরশন—শন্দাংনা উৎপনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী ঙমখৈ-নাইদবা ঐশ্বর্য্যদি মশীঙ থীবা ঙম্দে। উশালক্তা থা য়েংবগুম্ মায়কৈ লাকপগী রাদনী।

মূল ৩১

ঐশ্বর্য্য কহিতে স্ফুরিল কৃষ্ণের ঐশ্বর্য্য-সাগর।

মনেন্দ্রিয় ডুবিল প্রভুর, হইলা ফাঁফর॥ ৩১॥

## শব্দার্থ

ঐশ্বর্য্য কহিতে—শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যগী রা হায়বদা ; স্ফুরিল—ফাওরক্লে ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; ঐশ্বর্য্য-সাগর—ঐশ্বর্য্যগী ইপাক ; মনেন্দ্রিয়—মন কৌবা ইন্দ্রিয়শু ; ডুবিল—লূপ্‌খি ; প্রভুর—প্রভুগী ; হইলা—ওইখি ; ফাঁফর বুদ্ধিমাঙবা, তৌফম্-খঙদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐশ্বর্য্যগী রা হায়রকপদা মহাপ্রভুগী চিত্তদা শ্রীকৃষ্ণগী শীংথা-ঙম্দবা ঐশ্বর্য্যগী সমুদ্রশু ফাওরক্লে। প্রভুগী মন অহু ঐশ্বর্য্যগী মরমশুদা লূপ্‌খরে। ঐশ্বর্য্যশিংশু থল্লুবদা ওঠশু তৌফম্ খঙখিদে।

নৈনরোল

সমুদ্রদা লুপ্পা মীয়ী মতৌগুম্না মহাপ্রভুস্থ শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যগী সমুদ্রদা লুপ্‌খিদুনা ইরাক্লবগুম্‌খি।

মূল ৩২

ভাগবতের এই শ্লোক পঢ়িলা আপনে।
অর্থ আস্বাদিতে সুখে করেন ব্যাখ্যানে॥ ৩২॥

শব্দার্থ

ভাগবতের—শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী ; এই শ্লোক—শ্লোক অসী ; পঢ়িলা—থীদরক্‌খি ; আপনে—মহাক্‌না ; অর্থ আস্বাদিতে—অর্থগী মহাও তংনবা হায়দুনা ; সুখে—নুংঙাইনা ; করেন ব্যাখ্যানে—ব্যাখ্যা তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখাদা পল্লিবা ভাগবতকী শ্লোক অসী মহাপ্রভু মহামক্না থীদরমী। শ্লোকী অর্থ আস্বাদন তৌনবা হায়দুনা নুংঙাইনা ব্যাখ্যা তৌখি।

মূল ৩৩

স্বয়ন্ত্বসাম্যাতিশয়স্ত্র্যধীশঃ
স্বারাজ্যলক্ষ্ম্যাপ্তসমস্তকামঃ।
বলিং হরদ্ভিশ্চিরলোকপালৈঃ
কিরীটকোটীড়িতপাদপীঠঃ॥ ৩৩॥

শব্দার্থ

স্বয়ং তু—মহামক্না, অসাম্যাতিশয়ঃ—মাম্নবা অমদি হেন্‌নংবা অমা নৈত্রবা ; ত্র্যধীশঃ—মরোল অহুমগী মপ্রগা অহুমগী মপু ; স্বারাজ্যলক্ষ্ম্যাপ্তসমস্তকামঃ—পরমানন্দগী মশক ওইবা লক্ষ্মীনা অপাম্বা পোৎ পুম্নমক ফংলিবা মহাক ; বলিং—পুস্নাগী কংনবা পোৎ, হরদ্ভিঃ—কংলিবা ; চিরলোকপালৈঃ—মতম পুম্নদ লোকপালশিংনা ; কিরীটকোটীড়িতপাদপীঠঃ—কিরীট

কোটি কোটিগী মচীন্না মাগী মখোঙবু পূজা তৌরিবা [ তস্য কৈঙ্কর্য্যং অস্মান্ অভ্যস্তং বিগ্নাপয়ন্তি ] ( উগ্রসেন নচিংবগী মনাই ওইবদি ঐখোয়গীদি য়াম্না রানঙাইনী )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিদুরগী মফমদা উদ্ধবনা হায়খি—মছামক্না স্বয়ংভগবান্ ওইরিবা, মহাক্না মান্নবা অমদি মঙোন্দগী অহেন্‌বা লৈত্রবা, মরোল অহুমগী ( নত্রগা গুণ অহুমগী নত্রগা পুরুষ অহুমগী ) মপু ওইরিবা, পরমানন্দগী মশক-ওইবা মরম্না অপাম্বা পোং পূন্নমক ফংলিবা, পূজাগী পোংলম কংতুনা ব্রহ্মানচিংবা মতম পুম্বগী ওইবা লোকপালশিংনা কিরীট কোটি কোটিনা মখোঙ শোক্তুনা লাংলিবা মহাক্না ( অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা উগ্রসেনগী মনাই ওইগনী হায়বসিদি মনাই ওইরিবা ঐখোয়গীদি য়াম্না রানবগী মশক্নী )।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা মপান্বোমগী পাঙ্গন্না কংসবু হাংলে ; হাংলগা মহাক মছামক্না মথুরাগী নিংথৌ ওইবা য়ারিবনী ; অদুবু মহাক্না কংসগী পিতা—মহাক্কীনা মমাপোক্পা মবুধৌ উগ্রসেনবু নিংথৌ ওইহল্লগা মহাক মছামক্না উগ্রসেনগী য়াথং-ইন্‌বা ওইদুনা থবক তৌখি। মসিদা শ্রীকৃষ্ণগী লুংশিরবা উদ্ধবনচিংবা ভক্তশিংগী মপুক্নীঙদা য়াম্না লুংঙাইজরমদে।

নৈনরিবা শ্লোকসিনা শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যশিংদু তাক্লি। স্বয়ং মহাপ্রভুনা তৌরম্বা শ্লোকসিগী ব্যাখ্যাদু মথাদা লাক্লিবা পয়ারশিংদা ফোঙদোক্লি।

মূল ৩৪

পরম ঈশ্বর কৃষ্ণ স্বয়ং ভগবান্।
তাতে বড়, তার সম, কেহো নাহি আন ॥ ৩৪ ॥

শব্দার্থ

পরম ঈশ্বর—পূঙথোই-থোইনা ঈশ্বরনী ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণদি ; স্বয়ং ভগবান্—মছামক ভগবাননী ; তাতে—মহূনা ; বড়—অচৌবনী ; তার সম—মাগা মান্নবা ; কেহো—কনা ; নাহি—লৈতে ; আন—অতোপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদি পরম ঈশ্বরনী অমসুং স্বয়ং ভগবান্নী ; মরমথুনা মহাক অচৌবনী ; মাগা মান্নবা অতোপ্পা কনাম্বা লৈত্রবনী।

মূল ৩৫

ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ।

অনাদিরাদির্গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্ ॥ ৩৫ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ১/২/২৫ মূল-দা য়েংবিয়ু।

মূল ৩৬

ব্রহ্মা বিষ্ণু হর—এই সৃষ্ট্যাদি-ঈশ্বর।

তিনে আজ্ঞাকারী কৃষ্ণের, কৃষ্ণ অধীশ্বর ॥ ৩৬ ॥

শব্দার্থ

ব্রহ্মা—ব্রহ্মা ; বিষ্ণু—বিষ্ণু ; হর—শিব ; এই—মসী ; সৃষ্ট্যাদি ঈশ্বর—সৃষ্টিনচিংবগী ঈশ্বরনী ; তিনে—অহুম্না ; আজ্ঞাকারী—য়াথং-ইনবনী ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; অধীশ্বর—ঈশ্বরগী ঈশ্বরনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মা, বিষ্ণু, অমসুং হর-দি সৃষ্টি পালন-প্রলয়গী ঈশ্বর ওইরী। অদুবু ঈশ্বর অহুমসে শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং-ইনবা ওইরী ; শ্রীকৃষ্ণনা অধীশ্বরনী হায়বদি ঈশ্বরগী ঈশ্বরনী।

## নৈনরোল

নৈনরিবা পয়ারসিদা শ্লোক-তা য়াওবা ত্র্যধীশগী অর্থ তৌরি। ত্র্যধীশ—ত্রি ( অহুম ) অসিগী অধীশ (অধীশ্বর) ; অহুমগী অধীশ্বর ওইবা মহাক্তো ত্র্যধীশ-নী। অধীশ—অধি+ঈশ ; অধি-গী অর্থদি ঈশ্বরনী ( মেদিনী ) ; অধিগী হায়রবদি ঈশ্বরগী ঈশ্বর ওইরিবা মহাক্তো অধীশ্বরনী। অদু ওইরবদি ত্র্যধীশ শব্দগী অর্থ ঈশ্বর অহুমগী ঈশ্বর ওইবা তারে। করম্বা ঈশ্বর অহুমগী ঈশ্বরনো হায়বদু হায়রি। ব্রহ্মাবিষ্ণুহর-নচিংরা—ব্রহ্মা, বিষ্ণু, অমসুং

শিব, অহুমসিনা সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং প্রলয়গী ঈশ্বরনী নত্রগা নিয়ন্তানী। অহুমসিনা স্বয়ংভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং ইন্‌বনী হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংনা মখোয় সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং প্রলয় তৌয়ি। মরমত্তুনা শ্রীকৃষ্ণদি অহুমসিগী অধীশ্বরনী নত্রগা ত্র্যধীশনী।

ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিবনা শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং ঙাক্তুনা সৃষ্টিনচিংবা থবক তৌয়ি হায়বগী প্রমাণ মথাদা হাপ্লিবা শ্লোকসিদা উৎলি।

## মূল ৩৭

স্জামি তন্নিযুক্তোঽহং হরো হরতি তদ্বশঃ।
বিশ্বংপুরুষরূপেণ পরিপাতি ত্রিশক্তিধৃক্ ॥ ৩৭ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ২/২০/৩১৫ শ্লোক অহুদা য়েংবিয়ু।

## মূল ৩৮-৪০

এ সামান্য, 'ত্র্যধীশ্বরের' শুন অর্থ তার।
জগৎকারণ, তিন পুরুষাবতার ॥ ৩৮ ॥
মহাবিষ্ণু, পদ্মনাভ, ক্ষীরোদকস্বামী।
এই তিন—স্থূল-সূক্ষ্ম সর্ব্ব-অন্তর্য্যামী ॥ ৩৯ ॥
এই তিন—সর্ব্বাশ্রয় জগত-ঈশ্বর।
এহো সব কলা-অংশ, কৃষ্ণ অধীশ্বর ॥ ৪০ ॥

## শব্দার্থ

এ—মসি ; সামান্য—অচম্বনী ; ত্র্যধীশ্বরের—ত্র্যধীশ্বরগী ; শুন—নাকোঙনা তাও ; অর্থ তার—মদুগী অর্থ ; জগৎকারণ—জগৎকী কারণ ( থোরকফম ) ওইরিবা ; তিন পুরুষাবতার পুরুষ অবতার অহুম ; মহাবিষ্ণু—কারণার্ণবশায়ী ; পদ্মনাভ—গর্ভোদকশায়ী ; ক্ষীরোদকস্বামী—ক্ষীরোদকশায়ী ; এই তিন—অহুম অসি ; স্থূল সূক্ষ্ম সর্ব্ব-অন্তর্যামী—স্থূল ( অপোবা ) জীবগী অন্তর্য্যামী ক্ষীরোদকস্বামী, স্থূল ব্রহ্মাণ্ডগী অন্তর্যামী গর্ভোদকশায়ী, অদুগা সূক্ষ্ম (অকুপ্পা) ব্রহ্মাণ্ড হায়বদি মহত্তত্বগী অন্তর্য্যামী

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অন্তঃপুর গোলোক শ্রীবৃন্দাবন হায়রিবা অসিনা, শ্রীকৃষ্ণগী মাতা যশোদা, পিতা নন্দমিংথৌ, বন্ধু হায়বদি সুবলনচিংবা সখা, শ্রীরাধিকান-চিংবা কান্তাখোয়রগী লৈফম্নী। শ্রীবৃন্দাবন অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী পরিকরশিংনা লীলারস য়োক্খৎনবা হায়হুনা মফমসিদা বরাবরগী ওইনা বাস তৌরিবনী।

## মূল ৪৪

মধুরৈশ্বর্য্য মাধুর্য্য কৃপাদি ভাণ্ডার।

যোগমায়া দাসী যাহা—রাসাদি লীলাসার॥ ৪৪॥

## শব্দার্থ

মধুরৈশ্বর্য্য—মধুর ওইবা ঐশ্বর্য্য; মাধুর্য্য—মাধুর্য্য; কৃপাদিভাণ্ডার—কৃপানচিংবগী পূক্কৈনী; যোগমায়া—যোগমায়া; দাসী—মনাইনুবীনী; যাহা—মফম্থুদা; রাসাদি—রাসনচিংবা; লীলাসার—মচি ওইবা লীলা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবৃন্দাবন অসী শ্রীকৃষ্ণগী মধুর-ঐশ্বর্য্যগী, মাধুর্য্যগী অমসুং কৃপান-চিংবগী পূক্কৈনী, মফম্থুদা যোগমায়ানা দাসী ওইহুনা রাসনচিংবা লীলাগী মচি অহু থোরাগী।

## নৈনরোল

মধুরৈশ্বর্য্য মাধুর্য্য কৃপাদিভাণ্ডার—শ্রীবৃন্দাবনদি শ্রীকৃষ্ণগী মধুর-ঐশ্বর্য্য অহুগা কৃপান-চিংবগী পূক্কৈনী। পূক্কৈদগী মফম অতৈদা পোৎচৈ পুথোক্লিবনী; শ্রীবৃন্দাবনবু ঐশ্বর্য্যনচিংবগী পূক্কৈনী হায়বসিদগী থোরক্পা খোন্থাংদি অসিনী মহুদি ধাম অতৈদা লৈবা মাধুর্য্য অমসুং কৃপানচিংবহু পূম্নমক্কী মরুদি শ্রীবৃন্দাবন-দা লৈ হায়বনী। মধুরৈশ্বর্য্য—অথুপ্পা হায়বদি য়াম্না হাওবা ঐশ্বর্য্য। শ্রীবৃন্দাবনগী ঐশ্বর্য্যাদি ( কুরুক্ষেত্রদা বিশ্বরূপ উবগুম্না নত্রগা দ্বারকাদা রুক্মিণীবু লওনহুনা কারেম্নবগুম্না ) কিনগাই নত্রগা হঙ্গোই-নগাই নত্তে; অহুগী মহুত্তা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা 'ঐগীনী' হায়বগী ওইবা প্রীতি ( নুংশিবা ) অহু হেঙ্গৎনবগীনী, মরমহুনা মহাও ওংনগাইনী।

কৃপা—জীবদা থৌজানবা, জীববু নুংশিবীবা। জীব মখল অনীনী; নিত্যমুক্ত ( মতম পুম্বদা মায়াদগী লাপ্তোরবা ) অমসুং অনাদিকালদগী মায়াবদ্ধ ওইবা। রস স্বরূপ শ্রীকৃষ্ণগী পরমমধুরলীলারস অমসুং মান্নবা লৈত্রবা, আহেনবসু লৈত্রবা মাধুর্য্যবু চুপ্‌চবগী মতৌক্‌চাবা অমসুং লীলা-লীলাগী মতৌক্‌চাবা সেবা তৌবগী মতৌক্‌চাববু পীন্‌বিবা কৃপাদি নিত্যমুক্ত জীবদা থৌজি। অমসুং মায়াবদ্ধ জীববু নিংথৌহনবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী প্রকট লীলাদা মহাক্কী লীলাগী মাধুর্য্য অমসুং ফজবা কোংদোক্‌পগী মশক ওইবা কৃপা—চাংদনবা-লৈবনা মাধুর্য্যময় ওইবা লীলারস আস্বাদন তৌবগী অমসুং লীলা-লীলাগী মতৌক্‌-চাবা-সেবা তৌবগী অধিকারসু মথোয় মায়াবদ্ধ জীবগীসু লৈহায়বা তথাসু প্রচার তৌবগী মশক ওইবা কৃপা অমসুং মতৌ করম্না সেবাসুগী মতৌক্‌-চাবা অমসুং মাধুর্য্যানচিংবসু আস্বাদনগীদমক মতৌক চাগদগে হায়বসু উৎপগী মশক ওইবা কৃপা—মায়াবদ্ধ জীবদা থৌরিবনী। কৃপাসুগীসু মপুংফাবা প্রকটনদি বৃন্দাবন লীলাদনী অমসুং বৃন্দাবনলীলাগী পরিশিষ্টগী মশক ওইবা নবদ্বীপ লীলাদনী। "অনুগ্রহায় ভক্তানাং মানুষং দেহমাশ্রিতঃ। ভজতে তাদৃশীঃ ক্রীড়া যচ্ছ্রুত্বা তৎপরো ভবেৎ॥ শ্রীভাগবতম্‌ ১০/৩৩/৩৬॥"

যোগমায়া—শ্রীকৃষ্ণগী অন্তরঙ্গা চিৎশক্তিনী; মহাক্কী শক্তিমান্‌ শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিনী হায়রনা মহাকপু শ্রীকৃষ্ণগী দাসী ( মনাই মুপী ) হায়রিবনী। মহাক্কা শ্রীকৃষ্ণগী হায়বনা মহাক্কী লীলারস য়োক্‌খৎনবা থবক পাংথোক্‌ই হায়রনা যোগমায়াবু দাসীনী হায়রিবনী। সেবা তৌবা মীবু দাস মহাক্কা দাসী কৌয়ি। সেবা হায়বসিদি খীতি ( পেনবা ) পোংনবা থবক তৌবনী। যোগমায়ানা মসু তৌরি মরমদুনা মহাক শ্রীকৃষ্ণগী দাসীনী।

রাসাদিলীলা সার—লীলা পুম্নমক্কী সার ( মচি ) ওইবা রাসনচিংবা লীলাদি শ্রীবৃন্দাবনদদা শামি। শ্রীকৃষ্ণগী লীলা মখল পুম্নমক্কী মনুংদা রাস-লীলাবনা মহাক্কী পুক্নীংদুবা খ্বাইদগী হেন্না, মরমদুন, রাসলীলাবু 'লীলাসার' হায়রিবনী।

## মূল ৪৫

করুণানিকুরম্বকোমলে
মধুরৈশ্বর্য্যবিশেষশালিনি ।
জয়তি ব্রজরাজনন্দনে
ন হি চিন্তাকণিকাভ্যুদেতি নঃ ॥ ৪৫ ॥

## শব্দার্থ

করুণানিকুরম্বকোমলে—মীনুংশি পুম্নমক্না মেওলবা ; মধুরৈশ্বর্য্যবিশেষশালিনি—মাধুর্য্যগা ঐশ্বর্য্যগগী থোইদোক্পনা থোইরিবা ; জয়তি—জয় ভুইরবদি ; ব্রজরাজনন্দনে—ব্রজনিংথৌমপারি শ্রীকৃষ্ণনা ; ন—নত্তে ; হি—লেপ্পনমক্ ; চিন্তাকণিকা—চিন্তা মরীক ; অভ্যুদেতি—থোরক্নি ; নঃ—ঐখোয়গী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীনুংশি পুম্নমক্না থোংলবা অতুগা মাধুর্য্যগা ঐশ্বর্য্যগগী থোইদোক্পনা থোইরবা ব্রজনিংথৌমপারি শ্রীকৃষ্ণনা জয় ভুইরবদি ঐখোয়গী চিন্তা মরীক্ অমত্তা ভবা থোরক্তে ।

## নৈনরোল

**করুণানিকুরম্বকোমলে**—করুণাগী (মীনুংশিগী) নিকুরম্ব (পুম্নমক) করুণানিকুরম্ব ; মতুনা কোমল (মেও-থোংলবা) অতুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণকরুণাগী মাংগৌদি অসিনী, মালা করুণাগুম্বগী মরুওদা লৈরবদি মীহুগী থম্মোইবু মেওথোংহল্লী : শ্রীকৃষ্ণদি মীনুংশি পুম্নমক্কী ভুগুমী—করুণাগী মখল পুম্বগী, করুণাগী মঙ-মাংগৌ কৈ রিবনাংখ, মীভম তোঙান্-তোঙানবদা মঙঃ তোঙান্-তোঙান্না করুণা (মীনুংশি) উৎপা য়াবমথৌ, মখোয় পুম্নমক্কী ভুওনম্মী শ্রীকৃষ্ণদি মমমতুনা মাগী থম্মোইদ্দ পেংথবি ; মতুগী কল্প ভজনা মহারা জীবগী মকমদা—ভক্তশিংগী মকমদা—কৃপা য়েংহৌরীওতুনা মতমপুম্বদা থোররাওডী ।

**মধুরৈশ্বর্য্যবিশেষশালিনে**—মধুর (মীওথিনা থুম্নবা) ঐশ্বর্য্য থোইদোকপা

অমনা থোইদোক্লবা ; মাধুর্য্যজগা ঐশ্বর্য্যগা অনীনা তিল্লবা। করুণানিকুরম্ব-কোমল শব্দগী হেক মতুংদা মধুরৈশ্বর্য্যবিশেষশালী লাক্পগী মরমদি অসিনী মতুংদি ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগী উম্থৈ-নাইদবা মাধুর্য্য লৈ, অতুনা মহাক্কী ঐশ্বর্য্যবুস্মু লৈতেং ওইনা ফজহল্লিবা অতুগুম্বা মাধুর্য্যবু জীবদা ফংহনগে হায়দুনা মহাক্কী মেডলবা থম্মোইদুনা খৌরাডভী। মরম অতুনা "লোক নিস্তারিব এই ঈশ্বর-স্বভাব" ওইবনী। অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা জগ্ ওইরগদি মহাক্কী করুণাদু মতম পুম্বদা তৌসিয়ু হায়না য়ারগদি—ঐখোয়গী হায়বদি জীবগী চিন্তা মচেং অমা ফাওবা লৈরোই ; মহাক্কী মীন্নংশিগী ইচেন্দা চিন্তা পোক্পা মরম পুম্বা লাপ্না তাউথদুনা চৎপ্রগনী

শ্লোকসী মূল পয়ার ৪৩-দা হায়রিবদুগী প্রমাণী।

## মূল ৪৬-৪৮

তার তলে পরব্যোম—বিষ্ণুলোক নাম।
নারায়ণ আদি অনন্ত স্বরূপের ধাম ॥ ৪৬ ॥
মধ্যম আবাস কৃষ্ণের—ষড়ৈশ্বর্য্যভাণ্ডার।
অনন্ত স্বরূপ যাঁহা করেন বিহার ॥ ৪৭ ॥
অনন্ত বৈকুণ্ঠ যাঁহা ভাণ্ডার কোঠরি।
পারিষদগণ ষড়ৈশ্বর্য্যে আছে ভরি ॥ ৪৮ ॥

## শব্দার্থ

তার—মদুগী (গোলোক—বৃন্দাবনগী) ; তলে—মখাদা ; পরব্যোম—পরব্যোম ; বিষ্ণুলোক নাম—মিংনা বিষ্ণুলোক হায় ; নারায়ণ আদি—নারায়ণচিংবা ; অনন্ত স্বরূপের—লীথোঙভদবা ভগবৎ-স্বরূপকী ; ধাম—লৈফম ; মধ্যম—ময়াই-ওইবা ; আবাস—য়ুম্ম ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; ষড়-ঐশ্বর্য-ভাণ্ডার—ঐশ্বর্য্য তরূক্কী পূকৈ ; অনন্তস্বরূপ—লীলোক্ডভদবা ভগবান্গী স্বরূপ ; যাঁহা—মফমদুদা ; করেন বিহার—বিহার তৌরি ; অনন্ত—

শীঙথাঙম্‌দবা ; বৈকুণ্ঠ—বৈকুণ্ঠ ; যাহাঁ—মফমত্তুদা ; ভাণ্ডার—পূকৈ ; কোঠরি—কা ; পারিষদগণ—পরিকর লোয়নমক ; ষড়ৈশ্বর্য্যে—ঐশ্বর্য্য তরুক্না ; আছে—লৈ ; ভরি—থন্না ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোলোক-বৃন্দাবনগী মখাদা বিষ্ণুলোক কৌবা পরব্যোম লৈ ; বিষ্ণু-লোক অসি নারায়ণচিংবা শীঙথাঙম্‌দবা মণীচদা ভগবদ্‌স্বরূপশিংগী ধাম্না । মসি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ময়ায়ংবা লৈফমী—ঐশ্বর্য্য তরুক্না থন্না লৈ । পরব্যোম্ অসিদা ভগবদ্‌স্বরূপ ময়াম্না শীঙনাইদবমখৈ লৈ । মফমত্তুদা বৈকুণ্ঠ শীঙনাই-দবমখৈ লৈবদো ভাণ্ডারগী কা অমমন্না হায়বা যাই । পারিষদশিংস্তু ঐশ্বর্য্য তরুক তরুক্না থন্না লৈ ।

## লৈনরোল

বিষ্ণুলোক অসিদা ঐশ্বর্য্যনা মরু ওইনা লৈ ; শ্রীবৃন্দাবনগী মতৌগুম্না মফমত্তুগী ঐশ্বর্য্যনা মাধুর্য্যগী মথক্‌-ইন্‌বা নত্তে ; মসমত্তুনা বৃন্দাবনগী ঐশ্বর্য্যগুম্না মফমত্তুগী ঐশ্বর্য্যবু "মধুরৈশ্বর্য্য" হায়না কৌদে । শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ মখল মখাগী তোঙান্-তোঙানবা ধাম অমমস্তু মধামাবাসগী কা অমমন্না হায়রিবনী ।

## মূল ৪৯

গোলোকনাম্নি নিজধাম্নি তলে চ তস্য
দেবীমহেশহরিধামসু তেষু তেষু ।
তে তে প্রভাবনিচয়া বিহিতাশ্চ যেন
গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি ॥ ৪৯ ॥

## শব্দার্থ

গোলোকনাম্নি—গোলোক কৌবা ; নিজধাম্নি—মরমাই ধামদা ; তলে—মখাদা ; চ—অমসুং ; তস্য—মহুগী ; দেবী মহেশ হরিধামসু—দেবী ধাম, মহেশ ধাম অমসুং হরিধামদা ; তেষু তেষু—মফম মফমদা ; তে তে—

মচু মচু ; প্রভাবনিচয়াঃ—প্রভাব পূর্ণমক ; বিহিতাঃ চ—শীন্‌বনী ; যেন—মহাক্না ; গোবিন্দম্—গোবিন্দবু ; আদিপুরুষং—পুরুষ অহান্‌ববু ; তম্—মহাক্‌পু ; অহং—ঐনা ; ভজামি—ভজন তৌয়ি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ব্রহ্মানা হায়রম্মী)—শ্রীকৃষ্ণগী মরম্নাই ধাম গোলোক অচুদা (হায়বদি শ্রীবৃন্দাবন-দা) অমসুং মচুগী মখাদা হরিধাম, মহেশধাম অমসুং দেবীধামদা মথঙ শীংনা মাগী মাগী মতীক্‌-চাবা মওংদা মহাক্নী লম্নাই প্রভাব পুম্বা শন্দোক্লিবা অচুগুম্বা আদিপুরুষ শ্রীগোবিন্দবু ঐনা ভজন তৌজরি ।

## নৈনয়োল

শ্লোকসিদা গোলোক নত্তবা ধাম অহুম অমসু পল্লি—দেবীমহেশ-হরিধামসু—দেবীধাম, মহেশধাম অমসুং হরিধাম । নৈনরিবা শ্লোকসিগা হেক থংনবা মতুংগী "সৃষ্টিস্থিতিপ্রলয়সাধনশক্তিরেকা ছায়েব যস্য ভুবনানি বিভর্ত্তি দুর্গা । ইচ্ছানুরূপমপি যস্য চ চেষ্টতে সা গোবিন্দমাদিপুরুষম্ তমহং ভজামি ॥ ব্রহ্মসংহিতা ৫৪৪ ॥ হায়বা শ্লোকসিদা পল্লিবা দেবীধামগী দেবীদুবু দুর্গা হায়না কৌরে ; মহাক্নি সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয়-ওইহনবা শক্তিনী, মরমচুনা মহাক গুণময়ী নী ; মরমদি গুণগী মতেঙনা সৃষ্টি স্থিতি প্রলয় থোক্‌হন্‌বনী । ভগবদ্ধামদা ভগবান্‌গী আবরণদেবতা ওইনা দুর্গা অমা লৈ, মহাক্তি গুণগী রাংমদনী , মরমদি ভগবদ্ধামদদি গুণময়ী মায়াগী মফম লৈতে , গুণগী রাংমদা লৈবী দুর্গাসী অষ্টাদশাক্ষর ( ময়েক ভরানীপান ) মচিংবা মন্ত্রগী অধিষ্ঠাত্রী দেবতানী ; হায়রিবা দুর্গা-দি ভগবানগী স্বরূপশক্তিগীনা ওইবা থোইদোক্‌পা মশক অমনী । "শ্রীকৃষ্ণস্বরূপভূতে শ্রীমদষ্টাদশাক্ষরাদিমন্ত্রগণেঽপি দুর্গানামো ভগবদ্‌ভক্ত্যাত্মকস্বরূপীভূত—শক্তিবৃত্তিবিশেষস্যাধিষ্ঠাতৃত্বং শ্রুতিমন্ত্রাদিষ্বপি দৃশ্যতে ॥ ভক্তিসন্দর্ভঃ/২৮৫ ॥" মরমচুনা ব্রহ্মসংহিতাদা পল্লিবা দুর্গাসি আবরণদেবতা দুর্গাদু নত্তে । মহাক্নী গুণময়ী মায়াশক্তিগী অংশ অমনী ; মহাক্নী প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা মন্ত্র-ডাক্‌পা সেবাগীদমক ডান্‌বনী ; অমসুং চিচ্ছক্তিনা

ওইবী দুর্গাগী দাসীনী। "সা হি মায়াংশরূপ তদধীনে প্রাকৃতেহস্মিন্ লোকে মন্ত্ররক্ষালক্ষণ-সেবার্থং নিযুক্তা চিচ্ছক্ত্যাখ্যিকদুর্গায়া দাসীয়তে ন তু সেবাধিষ্ঠাত্রী॥ ভক্তিসন্দর্ভঃ। ২৮৫॥" নৈনরিবা ব্রহ্মসংহিতাগী শ্লোকসিদা পল্লিবা মহেশসিগী হাস্ত ব্রহ্মসংহিতাদা য়াওরি—"ক্ষীরং যথা দধিবিকারবিশেষযোগাৎ"—নচিংবা হায়রি। শ্লোকসিনা হায়রিবদি মহেশসিস্থ জগৎ লোয়শন্‌বগী (প্রলয়গী) শম্ভু নত্রগা রুদ্রনী; মরুভুনা গুণময় নী; মহাপ্রি পরব্যোমগী মনুংদা লৈবা সদাশিবত্ নত্তে। গুণময়ী দেবী দুর্গানা গুণময় মহেশগী কান্তাশক্তিনী; মখোয়নীমক ধাম অমতদা লৈবনী। অদু ওইরবনীনা দেবীমহেশধাম হায়রগা ধাম অমতব্ খণ্ডনগদবনী। ধাম অমতব খণ্ডহল্লবোইদি, দেবীধাম অদু মহেশ ধাম ওইগনী নত্রগা মহেশ ধামদু খণ্ডহল্লবোইদি, দেবীধাম অদু মহেশ ধাম ওইগনী, নত্রগা মহেশ ধামদু দেবীধাম ওইগদবনী; অদু ওইরবোইদি শ্লোক-তা হায়রিবা ধামসী গোলোক নত্তবা ধাম অনীদমক ওইবা তাই—দেবী-মহেশ-ধাম অদুগা হরিধাম; দেবীমহেশহরিধাম শব্দনা ধাম অনীতমক খণ্ডহল্লবদি শব্দসী দ্বিবচনান্ত ওইগদবনী; অদুব্ শ্লোকতদি বহুবচনান্ত ওইনা থম্মী, মদুদি দেবী-মহেশ-হরিধামস্থ। মসিনা তাকপদি—দেবীধামনা অমনী অদুগা মহেশধামনা অতোপ্পা অমনী হায়না শ্লোকসিনা উৎনীওই হায়বসিনী। তুংদা লাক্লিবা মূল ২/২১/৫২ পয়ারদগীসু—দেবীধামসী তোঙানবা ধান—মায়িক ব্রহ্মাণ্ড-নী হায়বদু খংবা ঙম্মী। লোয়শংলিবা শ্লোককী টীকাদা শ্রীজীব গোস্বামীমহাশা ইরম্মী দেবী মহেশে ত্যাদিনানং বাংক্রমেণ জ্ঞেয়ম্—হায়বদি গোলোকনা মথাদা হরিধান, অদুগা মথাদা মহেশ ধাম অমসুং অদুগী মথাদা দেবীধাম। ধামগী মাহাত্ম্যগী অথোই অহেন্ মতু ইন্না মথক-মখাগী বিচার তৌবনী।

হরিধাম শব্দনা পরব্যোমব্ খণ্ডহল্লিবনী; পরব্যোমসিমক গোলোক-গী মথাদা লৈবনী। দেবীধাম শব্দনা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডব্ খণ্ডহল্লী হায়বসী তুংদা লাক্লিবা ২/২১/৫২-মূলদগী খংবা য়াই। অদুবু মহেশধাম হায়রগদি করম্বা

ধামবু খঙনবা ঙাই? লৌখংলিবা ব্রহ্মসংহিতাগী শ্লোকসিংগী টীকাদা·····শ্রীজীবগোস্বামীচরণনা মসিগী মরমদা করিমত্তা ইরম্‌দে। মসী পরব্যোমদা লৈবা সদাশিবগী ধাম নত্তে হায়রদুনি তরংনা খঙবা য়াই; মরম্‌দি, সদাশিবগী ধামদি পরব্যোমগী মনুঙদনী; অদুগা, মহেশধাম অসিদি পরব্যোমগী হরি-ধামগী মখাদা অমদি মাংমদা লৈবনী। ত্র্যধীশ শব্দগী অর্থ তৌবগী মতাঙদা ২/২১/৩২ মূলদা শ্রীকৃষ্ণগী লৈফম অহুমগী মা হায়রগা ২/২১/৩৩ মূলদা গোলোকপু মহাক্কী অন্তঃপুর, ২/২১/৩৫—৭ মূলদা মহাক্কী মধ্যম আবাস অমসুং মতুঙগী ২/২১/৩৮ পয়ারদা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডবু মহাক্কী বাহ্যাবাস-নী হায়রি। লৌখংলিবা ব্রহ্মসংহিতা-শ্লোকসিদসু আবাস অহুমসিগী মা হায়রবা ওইরগদি দেবী ধামগা মহেশ ধামগসী মহাক্কী বাহ্যাবাস হায়বদি প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা ওইবা ঙাই। অশেংবসু, সবিশেষ পরব্যোমগী মা মদা নির্ব্বিশেষ পরব্যোমগী সিদ্ধলোক-নী, মতুংগী মা-মদা লৈবনী কারণার্ণব। মসিগী মনুঙদা মহেশধাম হায়বা ধাম অমত্তা লৈ হায়বা খঙবা ঙমদে। বৃহদ্ভাগবতামৃতদগী প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা লৈবা মহেশধাম হায়বদি শিবলোক অনী লৈবগী মাদি ফংঙী। মতুংগী মনুঙদা অমদি ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা লৈবা কৈলাসনী; কুবেরগী আরাধানাদা য়াথিহুনা ঈশাণ কোণগী (চীঙখেগী) মায়কৈ-লাকপা (দিকপাল) ওইনা পরিকরশিংগা লোয়নননা উমাপতিনা মফমসিদা লৈরি। মফমসিদা মহাক্কী প্রপঞ্চগী মাংগী বৈভব (মহিমাদো) মপূঙফানা ফোঙদোক্লনসু মচুদগীদি খরা হন্থনা বৈভব-তি ফোঙদোক্লি। "কুবেরেণ পুরারাধ্য ভক্ত্যা রুদ্রো বশীকৃতঃ। ব্রহ্মাণ্ডাভ্যন্তরে তস্য কৈলাসেহধিকৃতে গিরৌ। তদ্‌বিদিক্‌পালরূপেণ তৎযোগ্যপরিবারকঃ বসত্যবিষ্কৃতস্বল্প-বৈভবঃ সন্নুমাপতিঃ॥ বৃহদ্ভাগবতামৃতম্‌ ১/২/৯৩-৪॥ বায়ুপুরাণগী মত মতুং ইন্না শিবলোক অমনা ব্রহ্মাণ্ডকটাহগী পৃথিবীনতি বা আবরণ তরেৎকী মাংমদা (প্রকৃতিগী মশক ওইবা নীপান্‌থবা আবরণ-দা) লৈ। মসিগী শিবলোকসু মায়াগী মাংমদনী, নিত্যনী, সুখময়নী, সত্যনী; মহাদেবনা মফমসিদসু পরিবারগা লোয়নননা ডান্নী। "অথ বায়ুপুরাণস্থ মতমেতদ্‌ব্রবীম্যহম্‌। শ্রীমহাদেবলোকস্তু সপ্তাবরণতো বহিঃ। নিত্যঃ সুখ ময়ো সত্যো-

লভ্যস্তৎসেবকোত্তমৈঃ। সমানমহিমশ্রীমৎপরিবারগণাবৃতঃ। বৃহদ্ভাগবত ১/২/৯৬-৭।" ব্রহ্মসংহিতাগী শ্লোক অদুদা হায়রিবা মহেশ থামদো মথক্তা পল্লিবা শিবলোক অনীসিমক নত্রগা অনীগী মরক্তা অমবু হায়বা ওইরম্বা য়াই।

গোলোকদা, পরব্যোমদা, শিবলোকদা অমসুং মায়িক ব্রহ্মাণ্ডদা মতীক চানা চানা শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী প্রভাব-বিভূতি শন্দোক্‌য়ি।

গোলোক-বৃন্দাবনগী মথাদা পরব্যোম লৈ হায়না ৪৫ মূল-দা হায়রিবদুগী প্রমাণী শ্লোক অসী।

## মূল ৫০-৫১

প্রধানপরব্যোম্নোরন্তরে বিরজা নদী।
বেদাঙ্গস্বেদজনিতৈস্তোয়ৈঃ প্রস্রাবিতা শুভা ॥ ৫০ ॥
তস্যাঃ পারে পরব্যোম ত্রিপাদ্ভূতম্ সনাতনম্।
অমৃতং শাশ্বতং নিত্যমনন্তং পরমং পদম্ ॥ ৫১ ॥

## শব্দার্থ

প্রধানপরব্যোম্নোঃ—প্রধান অমসুং পরব্যোমগী; অন্তরে—মরক্তা; বিরজানদী—কারণার্ণব (লৈবনী); বেদাঙ্গস্বেদজনিতৈঃ—বেদনা অঙ্গ-ওইবা শ্রীভগবানগী অঙ্গদগী থোরক্‌পা হমাংদগী পোক্‌পা; তোয়ৈঃ—লাইজলনা; প্রস্রাবিতা—ইচেল্লক্‌পা; শুভা—অশেঙবা (পবিত্রা); তস্যা—মাগী; পারে—তোর্বান্দা; ত্রিপাদ্ভূতম্—খোঙ-অহুম-পানবা ঐশ্বর্য্যনা ভিল্লবা; সনাতনম্—মতমপুম্নমক্তা লৈবা; অমৃতম্—য়াম্না পুম্বা; শাশ্বতং—নৌদুনদা লৈবা; নিত্যম্—মতমপুম্নমক্কী ওইবা; অনন্তং—লোইখম্বা নাইদবা; পরমপদম্—অরোইবা মফম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রধান (প্রকৃতি) অমসুং পরব্যোমগী মরক্তা বিরজা তুরেল লৈ; তুরেলগী বেদাঙ্গ-শ্রীভগবানগী হমাঙদগী চেম্থরকপগী অমসুং মসী শুভানী (মরোল-অহুম-শেংদোকপীবনী)। বিরজাদুগী (তোর্বান্ অমদা প্রাকৃত

ব্রহ্মাণ্ড ) অদুগা অতোপ্পা তোর্ব্বান্দা ত্রিপাদবিভূতিযুক্ত ওইবা পরব্যোম কৌবা পরমধামদো লৈ । পরব্যোম অসী সনাতন ( মতম পুম্নমক্তা লৈবা ), অমৃত (অমৃতগুম য়াম্না থুম্বা), শাশ্বত (নৌহুনদা লৈবা), নিত্য (অনাদি কালদগী লৈরক্লিবা ) অমসুং অনন্তনী ( বিভুনী—হেন্‌গৎপগী অবকাশ লৈতবা ) ।

## নৈনরোল

ত্রিপাদ্‌ভূতং—ত্রিপাদ্‌বিভূতিনা ভিল্লবা । পরব্যোমসে ঐশ্বর্য্য তরুকী পুকৈনী হায়বা ৪৭ মূলগী শ্বাদুগী প্রমাণী শ্লোকসী ।

### মূল ৫২-৫৩

তার তলে বাহ্যাবাস—বিরজার পরে ।
অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড যাহা কোঠরি অপার ॥ ৫২ ॥
"দেবীধাম" তার নাম, জীব যার বাসী ।
জগল্লক্ষ্মী রাখি রহে যাহাঁ মায়া-দাসী ॥ ৫৩ ॥

### শব্দার্থ

তার—মদুগী 'পরব্যোমগী) ; তলে—মখাদা ; বাহ্যাবাস—মপান্থোংগী লৈফম য়ুম (শ্রীকৃষ্ণগী) ; বিরজার পার—কারণসমুদ্রগী তোর্ব্বান্দা, বিরজাগী মায়কৈ অমদা পরব্যোম অদুগা মায়কৈ অমরোমদা প্রাকৃত জগৎ লৈ ; অনন্ত —শীঙলাক্‌ঙমদবা ; ব্রহ্মাণ্ড—প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড ; যাহা—মদুদা ; কোঠরি —কাখল ; অপার—শীঙনাইদবা ; দেবীধাম—মায়াদেবীগী ধাম ( প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগী মমিং দেবীধাম কৌয়ি ) ; জীব—জীবশিংনা ; যার—মদুগী ; বাসী —লৈবা জাৎনী ; জগল্লক্ষ্মী—মায়াগী মশক জগৎ-সম্পত্তি (লক্ষ্ম) ; রাখি—থম্‌দুনা ; রহে—লৈ ; যাহাঁ—মফমদুদা ; মায়া-দাসী—শ্রীকৃষ্ণগী মনাইগুম্বী মায়া ।

#### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

পরব্যোমগী মখাদা শ্রীকৃষ্ণগী বাহ্যাবাস—সী (মপান্থোংবা য়ুম্নী) ; মদু বিরজাগী ( কারণসমুদ্রগী ) তোর্ব্বান্দনী । বাহ্যাবাস অসিদা শীঙনাক্তমদবা প্রাকৃত

ব্রহ্মাণ্ড ময়াম লৈ, মখোয়দু য়ুমগী কা অমমম্ভুম্মী। বাহ্যাবাসগী মমিং অমনা দেবীধাম কৌয়ি, জীব-না দেবীধামবাসী-নী ( ধামসিদা জীবশিংনা লৈ। মফম্সিদা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইমুবী মায়া কৌবীনা জগৎলক্ষ্মী হায়বদি জগৎসম্পত্তি থম্দুনা লৈ।

## নৈনরোল

জীব যার বাসী—দেবীধাম (প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড অসিদা লৈরিবদি জীবনী।

জগল্লক্ষ্মী—মায়ারূপ জগৎসম্পত্তি। প্রাকৃত-ব্রহ্মাণ্ডসিমক মায়াগী থবক-তৌফমী হায়দুনা মসী মহাক্কী সম্পত্তিগুম্বনী। মায়ানা সম্পত্তিসী ডাক্শেল্লি—কৃষ্ণদগী মমায়-ওন্থোক্লবা জীবগী শাক্তি ওইনা জীবগী স্বরূপ অদুবু কুপ্-শন্দুনা, জীববু মায়ামোহনা শুম্হৎদুনা, জীবগী মমাঙদা মায়িক ভোগ তৌন-বগী পোংথেল থেন্দুনা মায়ানা মায়িক ব্রহ্মাণ্ডবু তেক্কবা য়দবমখৈ ডাক শেল্লি।

মায়াদাসী—শ্রীকৃষ্ণগী মায়া-কৌবী মনাইমুবী। মায়াসী শ্রীকৃষ্ণগী বহিরঙ্গা শক্তি ওইবনা অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংডাকপী ওইবনা মহাকপু শ্রীকৃষ্ণগী দাসী অমনী হায়রিবনী। শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংনা মায়াসিনা প্রাকৃত জগৎপু ডাক্-শেল্লী।

## মূল ৫৪

এই তিন ধামের হয়ে কৃষ্ণ অধীশ্বর।
গোলোক পরব্যোম-প্রকৃতির পর ॥ ৫৪ ॥

## শব্দার্থ

এই তিন ধামের—ধাম অহুমসিগী; হয়ে—ওইয়ে; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা; অধীশ্বর—ঈশ্বর মকোয়নী; গোলোক পরব্যোম-গোলোক অমসুং পর-ব্যোমশি; প্রকৃতির পর—প্রকৃতিগী হায়বদি মায়াগী য়াংমদনী (হায়বদি প্রাকৃত নত্তবনী চিন্ময়নী)।

## মৈতৈলোন্দা অহোকপা

ধাম অহুমসিগী শ্রীকৃষ্ণনা অধীশ্বরনী। গোলোক অমসুং পরব্যোম হায়বা অনীসী প্রকৃতিগী য়াংমদনী (হায়বদি চিন্ময়নী)।

## নৈনরোল

এই তিন ধাম—গোলোক, পরব্যোম, দেবীধাম হায়না মকম অহুম অসিবু হায়রিবনী।

## মূল ৫৫

চিচ্ছক্তি-বিভূতি ধাম—'ত্রিপাদৈশ্বর্য্য' নাম।
মায়িক বিভূতি—একপাদ-অভিধান ॥ ৫৫ ॥

## শব্দার্থ

চিচ্ছক্তি-বিভূতি ধাম—গোলোক অমসুং পরব্যোম হায়বা ধাম অনীসী চিৎ-শক্তিগী বিভূতি-নী (ভাক্টোরক্‌পনী); ত্রিপাদৈশ্বর্য্যনাম—ত্রিপাদ-ঐশ্বর্য্য কৌয়ি; মায়িক বিভূতি—প্রাকৃত ঐশ্বর্য্যাদি; একপাদ অভিধান—একপাদ ঐশ্বর্য্য কৌয়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোলোক অমসুং পরব্যোম কৌবা চিন্ময়ধাম অনীসিবু ত্রিপাদৈশ্বর্য্য কৌয়ি। মায়িক বিভূতিবুনা একপাদ-ঐশ্বর্য্য কৌয়ি।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগী চিন্ময় অমসুং মায়িক হায়বা ঐশ্বর্য্য মখল অনীসী খিল্লবা চাং অদুগা চাংদম্নবদা মায়িক ঐশ্বর্য্যগী চাংদুনা একপাদ ওইরবদি চিন্ময়-ঐশ্বর্য্যগী চাংদি (পরিমাণ-দি) তিনপাদ ওইগনী; পরিমাণগী মায়কৈদদগী য়েংলগদি উবা ফংডী মদুদি—(চিচ্ছক্তিগী বিলাস ওইবা) চিন্ময়-ঐশ্বর্য্যগী চাংদি বহিরঙ্গা মায়াশক্তিগী বিলাস ওইরিবা মায়িক ঐশ্বর্য্যাদগী শরুক অহুম হেল্লী। মরমদুনা, গোলোক অমসুং পরব্যোম অনীসী চিন্ময়-ঐশ্বর্য্যগী বিলাসনী হায়দুনা ধাম অনীসিবু ত্রিপাদ-ঐশ্বর্য্যাত্মক ধাম কৌরিবনী অদুগা প্রাকৃত জগৎনা মায়িক ঐশ্বর্য্যগী বিলাসনী হায়দুনা একপাদ-ঐশ্বর্য্যাত্মক দেবীধাম কৌরিবনী।

পয়ারসিদা হায়রিবসিগী প্রমাণ ওইনা মথাদা শ্লোক অমা হাপ্পি।

অনন্তকোটি প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড, ব্রহ্মাণ্ডশিংতুদা লৈবা মী শা উচেক জীব কাউ অমুগা বঙ্গরক কিন্নরনচিংবা অমুগা দেবগন্ধর্বনচিংবা অচংঅরেঙ পূম্বা, উ-শ্বা-উরী-নাপীনচিংবা, তুরেন-সমুদ্রনচিংবা, চীঙমাপ্ চং লেংদবা (স্থাবর) পূম্নমক, নুমীৎ থা গ্রহ-নক্ষত্রনচিংবা অঙানবা (জ্যোতিষ্ক) পূম্নমক, হায়রিবশিংসিগী মখল মথেল, অমুগা অনন্তকোটি ব্রহ্মাণ্ডগী অনন্তকোটি ব্রহ্মা-রুদ্রনচিংবা লোকপালশিং—পূম্নমক অসী শ্রীকৃষ্ণগী মায়িকী বিভূতিগী শক্‌ফোঙ ঙাক্তনী ; অমুবু অসিগুম্বা মায়িকী বিভূতিসু মহাক্কী খোঙ অমতগী (একপাদমাত্রগী) বিভূতিগী শক্‌ফোঙনী। প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগী মতাঙদা একপাদদগী হেন্‌বা বিভূতিগী শক্‌ফোঙ ঙম্‌দে।

মূল ৫৬

ত্রিপাদবিভূতের্ধামত্বাৎ ত্রিপাদ্‌ভূতংহি তৎপদম্।
বিভূতির্মায়িকী সর্ব্বা প্রোক্তা পাদাত্মিকা যতঃ॥ ৫৬॥

শব্দার্থ

ত্রিপাদ্‌বিভূতেঃ—ত্রিপাদ্‌ঐশ্বর্য্যগী ; ধামত্বাৎ—ধাম ওইবনা ; ত্রিপাদ্‌ভূতং—ত্রিপাদ্ ওইবনী ; হি—লেপ্নমক ; তৎপদম্—ধাম অদু (পরব্যোমদু) ; বিভূতিঃ—ঐশ্বর্য্য ; মায়িকী—মায়াগী ওইবা ; সর্ব্বা—পুম্নমক্কো ; প্রোক্তা—হায় ; পাদাত্মিকা—একপাদ-দনী ; যতঃ—মরমদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ত্রিপাদ্ ঐশ্বর্য্যগী ভূঙফমনী হায়দুনা পরব্যোম ধাম অদু ত্রিপাদ্‌ভূতনী (পাদ অহুম্না ওইবনী) ; মরমদি মায়িক ঐশ্বর্য্য পুম্নমকপু একপাদ কৌরি। (মায়িক ঐশ্বর্য্যগী পরব্যোম নচিংবা ভগবদ্ধামদা লৈতে হায়দুনা ভগবদ্ধামবু ত্রিপাদবিভূতি কৌরি)।

মূল ৫৪ (পয়ার) অসিদা হায়রিবা মাগী প্রমাণী শ্লোক অসী।

## মূল ৫৭

ত্রিপাদ-বিভূতি কৃষ্ণের—বাক্য অগোচর।
একপাদ বিভূতির শুনহ বিস্তার ॥ ৫৭ ॥

### শব্দার্থ

ত্রিপাদ বিভূতি—ত্রিপাদঐশ্বর্য্য ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; বাক্যের অগো-চর—ৱাহৈনা লাম্বা ফংদে ; একপাদ-বিভূতির—একপাদ ওইবা মায়িক ঐশ্বর্য্যগী ; শুনহ—নাকোঙনা তাও ; বিস্তার—শন্দোক্পা মওং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী ত্রিপাদ-বিভূতিদি ৱাহৈনা ফোঙদোক্পা ঙম্বা নত্তে। এক-পাদ ওইবা মায়িক ঐশ্বর্য্যগী শন্দোক্পা মওংগী ৱা নাকোঙনা তাও।

## মূল ৫৮

অনন্তব্রহ্মাণ্ডের যত ব্রহ্মারুদ্রগণ।
চিরলোকপাল শব্দে তাহার গণন ॥ ৫৮ ॥

### শব্দার্থ

অনন্ত—শীঙলাকডন্দবা ; ব্রহ্মাণ্ডের—ব্রহ্মাণ্ডশিংগী ; যত—লৈরিবা খিবিক্ ; ব্রহ্মারুদ্রগণ—ব্রহ্মা অমদি রুদ্রশিং ; চিরলোকপাল—মতম পুম্বগী লোকপাল (লৈঙাক্পা) ; শব্দে—ৱাহৈনা ; তাহার—মহাক্কী (মখোয়গী) ; গণন—শীঙথাবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শীঙলাক্ডন্দবা ব্রহ্মাণ্ডশিংগী ব্রহ্মা অমদি রুদ্রশিং ময়াম লৈরিবা পুম্নমক 'চিরলোকপাল' হায়বা শব্দনা মখোয়বু শীঙথায়।

### নৈনরোল

অনন্তকোটি ব্রহ্মাণ্ডদা অনন্তকোটি ব্রহ্মা অমদি অনন্তকোটি রুদ্র লৈ। ব্রহ্মা অমদি রুদ্রশিংসিবু "চিরলোকপাল" কৌয়ি। অনন্তকোটি রুদ্র পল্লুব-সিনা তাক্পদি মখোয়গী মথাদা অনন্তকোটি ব্রহ্মাণ্ড অমসুং ব্রহ্মাণ্ডশিংগুদা

লৈবা অচৎ-চৎতগী থীঙম্‌দবা মখল্‌মথেল্‌ অহুবু তাক্‌পনী। মথোয়গী মনুঙদা শ্রীকৃষ্ণগী মায়িকী বিভূতিগী হায়নভাই লৈভবা বিকাশ উবা ফংবসিগী ভমথৈ লাক্‌ঙম্‌দে হায়বসিগী ধ্বন্যর্থ (থোম্বাংনী) অসী।

মূল ৫৯

একদিন দ্বারকাতে কৃষ্ণ দেখিবারে।
ব্রহ্মা আইলা, দ্বারপাল জানাইল কৃষ্ণেরে ॥ ৫৯ ॥

শব্দার্থ

দ্বারকাতে—মায়িক ব্রহ্মাণ্ডসিগী মনুঙ-চনবা দ্বারকাদা; কৃষ্ণ দেখিবারে—শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌননবা; ব্রহ্মা—মায়িক ব্রহ্মাণ্ডগী ব্রহ্মা; আইলা—লাক্‌খি; দ্বারপাল—থোঙভাক্‌পনা; জানাইল—খঙহল্লম্মী; কৃষ্ণেরে—শ্রীকৃষ্ণদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমা দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌগে হায়না ব্রহ্মা লাক্‌খি; ব্রাফম্তু থোঙভাক্‌পনা শ্রীকৃষ্ণদা হঙ্গংখি।

মূল ৬০

কৃষ্ণ বোলেন—কোন্ ব্রহ্মা, কি নাম তাহার।
দ্বারী আসি ব্রহ্মাকে পুছিল আর বার ॥ ৬০ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণ বোলেন—শ্রীকৃষ্ণনা হায়; কোন্ ব্রহ্মা—করম্বা ব্রহ্মানো; কি নাম—করি মিংনো; তাহার—মহাক্কী; দ্বারী—থোঙভাক্‌পনা; আসি—লাক্লুনা; ব্রহ্মাকে—ব্রহ্মাদা; পুছিল—হংলম্মী; আর বার—অমুক হন্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারীদা হায়রম্মী—করম্বা ব্রহ্মানো? মমিং করি কৌবগে? দ্বারীনা ব্রহ্মাদা নাক্লা হল্লক্লগা অমুক হংখি।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা মচামকী ঐশ্বর্য্য খঙহনগে হায়রুনা অদুগা ব্রহ্মাগী মাপল চাং ভাইনগে হায়রুনা অমসুং ভক্তগী প্রাধান্য (অথোইবা) উৎকে হায়রুনা দ্বারীদা—করম্বা ব্রহ্মানো-হায়না হংলম্বনী।

### মূল ৬১

বিস্মিত হইয়া ব্রহ্মা দ্বারীকে কহিলা।
কহ গিয়া, সনকপিতা চতুর্ম্মুখ আইলা ॥ ৬১ ॥

### শব্দার্থ

বিস্মিত—ঙকপা ; হইয়া—ওইরদুনা ; ব্রহ্মা—ব্রহ্মানা ; দ্বারীকে—দ্বারীদা ; কহিলা—হায়রম্মী ; কহ—হায়রু ; গিয়া—চৎলগা ; সনক-পিতা—সনক মুনিগী অপোকপা ; চতুর্ম্মুখ—মায়-মরি-লোঙবা ; আইলা—লাক্লি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা ঙকদুনা দ্বারীদা হায়রম্মী—হঙ্গৎলুচো, লাক্লিবসী সনক-পোকপা মায় মরি লোঙবা ব্রহ্মা লাক্লি হায়না।

## নৈনরোল

করম্বা ব্রহ্মা লাক্লিবনো হায়না কৃষ্ণনা হংলম্বদুদা ব্রহ্মানা ঙকম্মী, মরমদি ব্রহ্মা হায়বসী মহাক মথন্তনী হায়না মচানা খল্লম্বনী। মরম অমনা শ্রীকৃষ্ণদি সর্ব্বজ্ঞনী (লোইনমক খঙবনী), মদুগা করিগী মহাক নত্তনা ব্রহ্মা অতোপ্পা অমা লৈতে হায়বসী করিগী খঙড্রিঙ্গনো হায়না ব্রহ্মানা ঙকম্বনী।

সনকপিতা চতুর্ম্মুখ—ব্রহ্মানা দ্বারীদা হায়রম্মী—চতুর্মুখ ব্রহ্মা লাক্লি হায়না প্রভুদা হঙ্গৎলু। শক্তাক্ তসিনস্তু কৃষ্ণনা খঙদবা য়াই হায়রুনা ব্রহ্মানা হায়খি—ঐ সনকপু পোকপা মপানী। মচাগী শক্ তাক্লগা মপাবু শকখঙবা হায়বদুগী য়ানী।

ব্রহ্মানা খল্লম্মী—ঐ ব্রহ্মানী, ঐগী প্রভুনা খঙদরে। চতুর্মুখনী হায়রগদু প্রভুনা খঙদবা য়াই। অদুবু মহাক্না মুংশিবা ভক্ত সনকপুদি শোয়দনা খঙগনী, মরমদি মহাক্ মতম পূম্বদা সনক ভক্তগী থম্মোইদুংদা লৈ। "ভক্তের হৃদয়ে কৃষ্ণের সতত বিশ্রাম /১/১/৫৯।" মহাকি ভক্ত নত্তনা অতোপ্পা কনাবু খঙদে। "সাধবো হৃদয়ং সাধুনাং হৃদয়ন্ত্বহম্। মদন্যত্তে ন জানন্তি নাহং তেভ্যোমনাগপি। শ্রীভাগবতম্ ৯/৪/৬৮।" ব্রহ্মাসু লেপ্পমক শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তনী, মহাক সৃষ্টিনচিংবা থবক্তীদমক শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংঙাক্পগী মশক ওইবা সেবাহুদমক তৌয়ি; অদুগা সনক-তি অন্তরঙ্গভজন দা লুপ্পনী; মরমসিনা ব্রহ্মাদগীসু মহাক্না থোইবনী ( থোইদোক্না, ব্রহ্মাদি মায়াগা শম্নৈ, সনক-তি শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা মায়া পক্কে। মরম্সিনসু সনক-না ব্রহ্মাদগী থোইবনী।

## মূল ৬২

কৃষ্ণে জানাইয়া দ্বারী ব্রহ্মা লঞা গেলা;
কৃষ্ণের চরণে ব্রহ্মা দণ্ডবৎ হৈলা ॥ ৬২ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা; জানাইয়া—খঙহল্লগা; দ্বারী—থোঙঙাক্পনা; ব্রহ্মা—ব্রহ্মাবু; লঞা—পুদুনা; গেলা—চৎখি; কৃষ্ণের চরণে—শ্রীকৃষ্ণগী খুয়াদা; ব্রহ্মা—ব্রহ্মানা; দণ্ডবৎ—চৈশাংগুম্; হৈলা—ওইখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদা করম্না ব্রহ্মানো হায়বদু খঙহল্লগা ব্রহ্মাবু দ্বারীনা (শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা) পুশনখি। অদুগা ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-খাদা দণ্ডবৎ তৌদুনা থুরুম্খি।

## মূল ৬৩

কৃষ্ণ মান্য পূজা করি তাঁরে প্রশ্ন কৈল।
কি লাগি তোমার ইহাঁ আগমন হৈল ॥ ৬৩ ॥

কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; মান্যপূজা—হৌনবী সম্মান তৌহুনা ; তাঁরে—মতোন্দা ; প্রশ্ন কৈল—হ্রা হংখি ; কি লাগি—করি মরমগীদমক : তোমার—নঙগী ; ইহাঁ—মফমসিদা ; আগমন—লাকপা ; হৈল—ওইবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা হৌনবী সম্মান তৌহুনা ব্রহ্মাদা হংখি—করি মরমগীদমক মফম্‌সিদা লাক্‌পনো ?

## মূল ৬৪

ব্রহ্মা কহে—তাহা পাছে করিব নিবেদন ।

এক সংশয় মনে, তাহা করহ ছেদন ॥ ৬৪ ॥

শব্দার্থ

ব্রহ্মা কহে—ব্রহ্মানা হায় ; তাহা—মদু ( কৃষ্ণগী হ্রাহং ) ; পাছে—কোন্না : করিব—তৌগে : নিবেদন—হঙ্গৎপা ; এক—অমা ; সংশয়—চিংনবা ; মনে—পুক্নীংদা ( লৈরে ) ; তাহা—মদু ; করহ—তৌবিখো ; ছেদন—কোক্‌হন্‌বা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা হায়রম্মী—ঐ লাকপগী মরমদু কোন্না হংগৎকে । ঐগী পুক্নীংদা চিংনবা অমা লৈবে, মদু কোক্‌হন্‌বিয়ু ।

## মূল ৬৫

'কোন্ ব্রহ্মা' পুছিলে তুমি কোন্ অভিপ্রায়ে ।

আমা বই জগতে আর কোন্ ব্রহ্মা হয়ে ? ॥ ৬৫ ॥

শব্দার্থ

কোন্-ব্রহ্মা—করম্বা ব্রহ্মানো ; পুছিলে—হংখি ; তুমি—নঙনা ; কোন্ অভিপ্রায়ে—করি পীভদুনা ; আমা বই ঐ নত্তবা ; জগতে - জগৎসিদা ; আর- অতৈ ; কোন্ কনা , ব্রহ্মা—ব্রহ্মা ; হয়ে- লৈবগে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা মথা তারখী—হে প্রভু, নহাক্না করম্বা ব্রহ্মানো হায়না হংবদি করি নীঙবদগীনো ? ঐ নত্তবা অতৈ ব্রহ্মা কনামা জগৎতা লৈ ?

মূল ৬৬

শুনি হাসি কৃষ্ণ তবে করিলেন ধ্যানে।
অসংখ্য ব্রহ্মার গণ আইল তৎক্ষণে ॥ ৬৬ ॥

শব্দার্থ

শুনি—( ( ব্রহ্মাগী ৱা ) নাকোঙনা তারগা ; হাসি—নোক্লুনা ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; তবে—অদুদগী ; করিলেন ধ্যানে—ধ্যান তৌখি ; অসংখ্য—শীঙলাক্-ঙমদবা ; ব্রহ্মার গণ—ব্রহ্মাশিং ; আইল—লাক্খি ; তৎক্ষণে—খুদক্তা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মাগী ৱাহং তারগা নোক্লদুনা খুদক্তা শ্রীকৃষ্ণনা ধ্যান তৌখি ; খুদক অদুমক্তদা মশীঙ থীঙমদবনথৈ ব্রহ্মা ময়াম লাক্খি ।

মূল ৬৭-৬৮

শত-বিশ-সহস্রাযুত-লক্ষ-বদন।
কোট্যর্ব্বুদ-মুখ কারো নাহিক গণন ॥ ৬৭ ॥
রুদ্রগণ আইলা লক্ষকোটি বদন।
ইন্দ্রগণ আইলা লক্ষকোটি-নয়ন ৬৮ ॥

শব্দার্থ

শত-বিশ-সহস্র-অযুত—লক্ষ-বদন—মায় চামা, কুন, লীশীঙ, অযুত অমসুং লক্ষলোঙবা ; কোটি-অর্ব্বুদ-মুখ—মায় কোটি অমসুং অর্ব্বুদ-লোঙবা ; কারো—কনামতগী : নাহিক গণন—শীঙলাকপা লৈতে ; রুদ্রগণ—রুদ্রশিংসু ; আইলা—লাক্খি ; লক্ষকোটি বদন— মায় লক্ষকোটি লোঙবনী ; ইন্দ্রগণ—ইন্দ্রশিংসু ; আইলা—লাক্খি ; লক্ষকোটি-নয়ন—মীৎ লক্ষকোটি পানবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায় চামা, লীশীঙ কুন, অযুত (লীশীঙ তরা) অমসুং লক্ষলোঙবা, কোটি অর্ব্বুদ লোঙবা ব্রহ্মা ময়াম লাক্‌খি, মশীঙ খীবা ঙম্বা গোৎ নম্ভে। মায় লক্ষ-কোটি-লোঙবা রুদ্রশিংসু লাক্‌খি; অতুদগী মীৎ-লক্ষকোটি লোঙবা ইন্দ্রশিং লাক্‌খি।

মূল ৬৯

দেখি চতুর্ম্মুখ ব্রহ্মা ফাঁফর হৈল।

হস্তিগণ মধ্যে যেন শশক রহিলা॥ ৬৯ ॥

শব্দার্থ

দেখি—(কোকলীশীঙ লক্ষা লোঙবা ব্রহ্মানচিংবহু) উরগা; চতুর্ম্মুখ—মায়-মরি-লোঙবা; ব্রহ্মা—ব্রহ্মা; ফাঁফর—বুদ্ধি-মাংবা; হৈল—ওইখি; হস্তিগণমধ্যে—শামুশিংগী মরক্তা; যেন—গুম্বী; শশক—থেবনা; রহিলা—লৈরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(কোক্‌লীশীঙ-লক্ষ-কোটি-লোঙবা ব্রহ্মা-রুদ্রনচিংবহু) উরগা মায়মরি-লোঙবা ব্রহ্মাগী বুদ্ধি মাঙখি। (ময়ামতুগী মরক্তা মহাক) শামুশিংগী মরক্তা থেব না লৈবগুম্‌খি।

মূল ৭০

আসি সব ব্রহ্মা কৃষ্ণপাদপীঠ আগে।

দণ্ডবৎ করি পড়ে মুকুট পাদপীঠে লাগে॥ ৭০ ॥

শব্দার্থ

আসি—লাকুনা; সবব্রহ্মা—ব্রহ্মা পুম্নমক; কৃষ্ণপাদপীঠ আগে—শ্রীকৃষ্ণগী চরণথম্‌ফম্ কান্‌গী মাংদা; দণ্ডবৎ করি—দণ্ডবৎ তৌদুনা; পড়ে—তুখি; মুকুট—লুহুপ্পা; পাদপীঠে—খোঙ কান্দা; লাগে—থেংঙী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমা পূম্নমক লাতুনা শ্রীকৃষ্ণগী পাদপীঠগী মাঙদা দণ্ডবৎ তৌদুনা তুখি ; অদুদা মখোয়গী লুহুপশিংদুনা পাদপীঠদা থেংখি ।

### মূল ৭১

কৃষ্ণের অচিন্ত্যশক্তি লখিতে কেহো নারে ।
যত ব্রহ্মা, তত মূর্ত্তি একই শরীরে ॥ ৭১ ।

### শব্দার্থ

কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; অচিন্ত্য—বুদ্ধিনা-খন্বা-থোক্তবা ; শক্তি—মঙম ; লখিতে—উবা ; কেহো—কনামতনা ; নারে—ঙম্দে ; যত ব্রহ্মা—ব্রহ্মা লৈরম্বা অদুক্কী মতীক্ ; তত মূর্ত্তি—মূর্ত্তি অদুখক ; একই শরীরে—হকচাঙ অমতনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী অচিন্ত্য (বুদ্ধিনা লাম্বা ফংদবা) শক্তিদু কনামতনা উবা ঙম্দে । লৈরম্বা ব্রহ্মা অদুক্কী মতীক শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙ অমতনা মূর্ত্তি ময়ামদু-গুম্বা চোংথোক্তুনা উনখি ।

## নৈনরোল

চতুর্ম্মুখ ব্রহ্মাগী নাপল মাঙহন্গে হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা মতাঙসিদা অচিন্ত্য-শক্তি অমা ফোঙখি । শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙ অমতনী ; অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা মাগী হকচাঙ অমতনা মূর্ত্তি য়াম্না পুথোক্তুনা লাক্লম্বা ব্রহ্মা খিবিক্তো অদুগী খূদিংগা তোঙান্-তোঙান্না য়াৱী শারম্মী ; মসী কনানতনা উবা ঙম্খিদে ; ব্রহ্মা খুদিংনা খল্লম্মী, মহাক মথন্তুমক শ্রীকৃষ্ণগা উনরিবনী হায়না অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী ব্রহ্মাণ্ডদা প্রকট ওইরে হায়না । অতৈ ব্রহ্মাশিংসু শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লৈদুনা মখোয়গা লোয়নন্না শ্রীকৃষ্ণনা য়াৱী শারী হায়বসে মানা উরম্দে । চতুর্ম্মুখ ব্রহ্মাদি মহু পূম্নমক উরম্বা মাল্লী ; শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মহামক্কী ঐশ্বর্য্যহু-খঙহন্নীঙদুনা মহু উনবা শক্তি ব্রহ্মাদা পীরম্বা মাল্লী ।

**অচিন্ত্যশক্তি** — চিন্তা হায়বদি বুদ্ধি শীজন্নদুনা তৌবা বিচারনা করি-গুম্বা শক্তি অমগী থবক্নী মখম লেপ্পা ভাদেবা, অচুম্বা শক্তি। দেহ অমত্তনা মতম অমতদা মূর্ত্তি ময়াম লৌবা — মফম অমতদা ব্রহ্মা ময়াম লৈনা লৈনা অমনা অমবু উবা ফংদবা অসিনচিংবগী থবক অমসুং থবকমবমগী সম্বন্ধ (কার্য্য কারণ-সম্বন্ধ) অদু ঐখোয়না বিচার-বুদ্ধি শীজন্নদুনা লেপ্পা ঙমদে। মসী পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিগী থবকশক্তনী।

মূল ৭২

পাদপীঠ মুকুটাগ্রসঙ্ঘট্টে উঠে ধ্বনি।
'পাদপীঠকে স্তুতি করে মুকুট' হেন জানি॥ ৭২॥

শব্দার্থ

পাদপীঠ মুকুটাগ্রসঙ্ঘট্টে—পাদপীঠগা লুকুপকী মচীনগা থেংনবদা; উঠে—থোকয়ি; ধ্বনি - খোন; পাদপীঠকে—পাদপীঠবু: স্তুতি করে—স্তুতি তৌয়ি; মুকুট- লুহুপ্পা; হেন—অসিগুম্বা; জানি -খঙই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাদপীঠগা লুহুপকী মচীনগা থেংনবদা খোন থোকয়ি। মদুবু পাদ-পীঠদা মুকুটনা স্তুতি তৌবনী হায়না লৌয়ি।

মূল ৭৩-৭৪

যোড়হাথে ব্রহ্মা রুদ্রাদি করেন স্তবন।
বড় কৃপা কৈলে প্রভু দেখাইলে চরণ॥ ৭৩॥
ভাগ্য আমার—বোলাইল দাস অঙ্গীকরি।
কোন্ আজ্ঞা হয়, তাহা করি শিরে ধরি॥ ৭৪॥

শব্দার্থ

যোড় হাথে—খুবাঙ-চাভজো লোন্নরা; ব্রহ্মা-রুদ্রাদি—ব্রহ্মা রুদ্র-নচিংবনা; করেন- তৌয়ি; স্তবন—স্তব; বড়- অচৌবা; কৃপা —থৌজাল;

কৈলে—তৌবিরে ; প্রভু—ইবুংঙো ; দেখাইলে—উহন্‌বিরে ; চরণ—খোঙ ; ভাগ্য—লাইবক্নী ; আমার—ঐগী ; বোলাইলা—কৌবিরে ; দাস—নাই (ওইনা) ; অঙ্গীকরি—লৌশন্‌বিদুনা ; কোন্ আজ্ঞা—করি য়াথঙনো ; হয়—লৈবা ; তাহা—মহু ; করি—তৌগে ; শিরে ধরি—কোক্‌থোঙ নাদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মারুদ্রনচিংবনা খুৎ অনী লোন্নরগা স্তুতি তৌরম্মী—"হে প্রভু, অচৌবা খোজান্ তৌবিরে—শ্রীচরণ উহন্‌বিরে। নাই-গী ওইনা চান্‌বিদুনা কৌবিরক্‌পসে ঐখোয়গী লাইবক ফবনী। করি য়াথং তাউথগদৌরিবা লৈ? মহু কোক্‌থোঙ নাদুনা পাংথোক্কে।"

মূল ৭৫

কৃষ্ণ কহে তোমাসভা দেখিতে চিত্ত হৈল।
তাহা লাগি একত্র সভারে বোলাইল॥ ৭৫॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণ কহে—কৃষ্ণনা হায় ; তোমাসভা—নখোয় পুম্নমক্ : দেখিতে—য়েংবগীদমক ; চিত্ত হৈল—পুক্নীঙ ওইখি ; তাহা লাগি—মদুগীদমক ; একত্র—মফম অমতদা ; সভারে—পুম্নমক্‌পু ; বোলাইল—কৌবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী—নখোয় পুম্নবু উনীঙবনী ; অদুনা মফম অমতদা নখোয় লোইনমক্‌পু পুম্নমক্ কৌবনী।

মূল ৭৬

সুখী হও সবে—কিছু নাহি দৈত্যভয়।
তারা কহে তোমার প্রসাদে সর্ব্বত্র জয়॥ ৭৬॥

শব্দার্থ

সুখী—নুংঙাইনা ; হও—ওইরিবরা ; কিছু—করিছু ; নাহি—লৈতবরা ;

দৈত্যভয় —হিংচাবশিংদগী অকিবা ; তারা—মখোয়না (ব্রহ্মাশিংনা) ; কহে —হায় ; তোমার – নঙগী ; প্রসাদে—থৌজালনা ; সর্ব্বত্র –মফম পুম্নমক্তা ; জয় — মঙ্গল ওইরি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা মথা তারম্মী —নখোয় লোইনমক সুংডাইরিবরা ? হিংচাবশিংদগী অকিবা করিস্ত লৈত্রবরা ? ব্রহ্মাশিংনা খুম্নম্মী—প্রভু নঙনা চান্বিবনা মফম পুম্নমক্তা জয় ওইরি ।

## মূল ৭৭

সম্প্রতি যেবা হৈত পৃথিবীতে ভার ।
অবতীর্ণ হঞা তাহা করিলে সংহার ॥ ৭৭ ॥

## শব্দার্থ

সম্প্রতি— হৌজিক ; যেবা –অদুনা ; হৈত—ওইবম্গদবা ; পৃথিবীতে —পৃথিবীদা ; ভার—অক্নবা, অয়াবা ; অবতীর্ণ—নোংথক্লক্পিগা ; হঞা —ওইবিদুনা ; তাহা —মসু ; করিলে সংহার—হৌথন্বিরে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা অবতার হৌবিরক্পদগী পৃথিবীদা হৌজিক অয়াবা ওইগদবসু প্রভুনা কোক্হন্বিরে ।

## নৈনরোল

**অবতীর্ণ হঞা** —ব্রহ্মা পুদিংমক্তা মাগী ব্রহ্মাণ্ডদা শ্রীকৃষ্ণনা অবতার হৌবিররে হায়না খন্খি । অদুবু শ্রীকৃষ্ণদি মতমদুদা ঐখোয়গী ব্রহ্মাণ্ডগী দ্বারকাদা য়ুম অমগী মনুঙদা লৈরম্বনী । অপীক্পা হুমদিংগী মনুঙদা অনন্ত কোটি ব্রহ্মাণ্ডগী অনন্ত কোটি ব্রহ্মাগা অমসুং অনন্ত কোটি রুদ্রগী অদুগা অনন্ত কোটি ইন্দ্রগা মফম চন্নব্মী, চন্বদা নত্তনা ব্রহ্মা খুদিংনা খল্লম্বদি মাগী ব্রহ্মাণ্ডদা কৃষ্ণ লৈ হায়বসিনী । দ্বারকানসিংবা কৃষ্ণধাম অমসুং কৃষ্ণদগী সর্ব্বগনী, অনন্তনী, বিভুনী ( সর্ব্বব্যাপকনী ) হায়রবসু খুদম অসিনা প্রমাণ তৌরি ।

## মূল ৭৮—৭৯

দ্বারকাদি বিভু—তার এই ত প্রমাণ।
'আমারি ব্রহ্মাণ্ডে কৃষ্ণ' সভার হৈল মন ॥ ৭৮ ॥
কৃষ্ণ সহ দ্বারকা-বৈভব অনুভব হৈল।
একত্র মিলনে কেহো কাহো না দেখিল ॥ ৭৯ ॥

### শব্দার্থ

দ্বারকাদি বিভু—দ্বারবানচিংবা বিভুনী ; তার—মহুগী ; এইত—মসীমক ; প্রমাণ—প্রমাণ ওইরে ; আমারি ব্রহ্মাণ্ডে—ঐমকী ব্রহ্মাণ্ডদা ; কৃষ্ণ—কৃষ্ণ লৈ ; সভার—মখোয় লোইনমক্কী ; হৈল—ওইখি ; জ্ঞান—খঙবা, খন্‌বা ; একত্র—পুন্নপ ; মিলনে ভিন্‌বদা ; কেহো—বনানম্ব ; কাহো—কনাবু ; না দেখিল—উখিদে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দ্বারকানচি বা বিভুনী হায়বগী অদিনা প্রমাণী। ঐদগী ব্রহ্মাণ্ডদা কৃষ্ণ লৈ হায়না ব্রহ্মা খুদি না অমম্না খন্‌খি। মখোয় পুন্নপ ভিন্নবহুদা কনামত্তনা কনা অমবু উ মদে।

## মূল ৮০

তবে কৃষ্ণ সর্ব্ব ব্রহ্মাগণে বিদায় দিলা।
দণ্ডবৎ হঞা সভে নিজ ঘরে গেলা ॥ ৮০ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; সর্ব্ব ব্রহ্মাগণে—ব্রহ্মা পুম্নমক্পু ; বিদায় দিলা—বিদায় পীখি ; দণ্ডবৎ হঞা—দণ্ডবৎ তৌনা ; সভে—(ব্রহ্মা) পুম্নমক্না, নিজ ঘরে—মশা মশাগী য়ুম্‌দা ; গেলা চৎখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদগী শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাশিং পুম্নমক্তা বিদায় পীখি। মখোয় লোইনমক্না দণ্ডবৎ তৌবগা মযুম্ মযুম্ হল্‌খি।

## মূল ৮১

দেখি চতুর্ম্মুখ-ব্রহ্মার হৈল চমৎকার।
কৃষ্ণের চরণে আসি কৈল নমস্কার ॥ ৮১ ॥

### শব্দার্থ

দেখি—(ব্রহ্মা ময়ামগা শ্রীকৃষ্ণগা ভৌনরম্বত্থ) উরুরগা; চতুর্ম্মুখ-ব্রহ্মার—চতুর্ম্মুখ ব্রহ্মাগী; হৈল—ওইখি; চমৎকার—ঙকৃপা; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী; চরণে—খূয়াদা; আসি—লাতুনা; কৈল—ভৌখি; নমস্কার—খুরুম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ব্রহ্মা ময়ামগা শ্রীকৃষ্ণগা ভৌনরম্বত্থ) উরুবদা চতুর্ম্মুখ ব্রহ্মা ঙকৃখি। মহাক্না চঙশল্লগা শ্রীকৃষ্ণগী চরণখাদা খুরুম্খি।

## মূল ৮২

ব্রহ্মা বোলে পূর্ব্বে যে আমি নিশ্চয় কৈল।
তার উদাহরণ আমি আজি সে দেখিল। ৮২ ॥

### শব্দার্থ

ব্রহ্মা বোলে—ব্রহ্মানা হায়; পূর্ব্বে—হান্নন; যে—মহ্র; আমি—ঐনা; নিশ্চয় কৈল—লেপ্‌খিবনী; তার—মহ্রগী; উদাহরণ—খূদম; আমি—ঐ; আজি—ঙসী; সে—মহ্র; দেখিল—উরে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানা হায়রম্মী—মমাঙৈঙদা ঐনা অরেপ্পা ওইনা লেপ্‌খিবা মহ্রগী খূদমদি ঙসী ঐহাক উরে।

## মূল ৮৩

জানন্ত এব জানন্ত কিং বহূক্ত্যা ন মে প্রভো।
মনসো বপুষো বাচো বৈভবং তব গোচরঃ ॥ ৮৩ ॥

শব্দার্থনচিংবদি পরিচ্ছেদ অসিগী মূল ২৭-তা য়েংবিয়ু।

## মূল ৮৪-৮৬

কৃষ্ণ কহে এই ব্রহ্মাণ্ড পঞ্চাশৎকোটি যোজন।
অতি ক্ষুদ্র তাতে তোমার চারি বদন ॥ ৮৪ ॥
কোন্ ব্রহ্মাণ্ড শতকোটি, কোন লক্ষ কোটি।
কোন্ নিযুত কোটি, কোন কোটি কোটি ॥ ৮৫ ॥
ব্রহ্মাণ্ডানুরূপ ব্রহ্মার শরীর বদন।
এইরূপে পালি আমি ব্রহ্মাণ্ডের গণ ॥ ৮৬ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণ কহে—শ্রীকৃষ্ণনা হায় ; এই ব্রহ্মাণ্ড—(মসিগী) ব্রহ্মাণ্ডসী ; পঞ্চাশৎকোটি যোজন—যোজন কোটি যাঙখৈগীনী ; অতি ক্ষুদ্র—য়াম্না পীক্নি ; তাতে—অদুগী মথক্তা ; তোমার—নঙগীদি ; চারিবদন—মায়থোঙ মরিদনী ; কোন ব্রহ্মাণ্ড—করি করিগুম্বা ব্রহ্মাণ্ডদি ; শতকোটি কোটি চামনী ; কোন—করিগুম্বনা ; লক্ষকোটি—কোটিদু লক্ষ অমনী ; কোন—করিগুম্বনা ; নিযুতকোটি—কোটিদু নিযুত অমনী ; কোন করিগুম্বনা ; কোটি কোটি—কোটিদু কোটি অমনী ; ব্রহ্মাণ্ডানুরূপ—ব্রহ্মাণ্ড ব্রহ্মাণ্ডদুগা মান্নবা ; ব্রহ্মার—ব্রহ্মাগী ; শরীর বদন—হকচাঙ অমসুং মায়থোঙনী ; এইরূপে—মতৌঅসুম্না ; পালি—য়োক্নি ; আমি—ঐনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাদা হায়রম্মী—নঙগী ব্রহ্মাণ্ডসীনা চাংবদি যোজন কোটি যাঙখৈদনী, য়াম্না পীক্নি ; অদুগী মথক্তা নঙগীদি মায় মরিদমক লোঙই। ( অতৈ ব্রহ্মাণ্ডশিংদি ) করি করিগুম্বা ব্রহ্মাণ্ডনা কোটি-চামা-যোজনমক্ পাকচাওয়ি। করিগুম্বা ব্রহ্মাণ্ডনা কোটিদু লক্ষ অমা পাক্চাওয়ি, করিগুম্বনা কোটিদু নিযুত অমনী, করিগুম্বনা যোজন কোটিদু কোটিনী। ব্রহ্মাণ্ড ব্রহ্মাণ্ডদুগা মান্নবা ব্রহ্মা ব্রহ্মাদুগী হকচাঙনী অমসুং মায়থোঙনী। মতৌ অসুম্না ঐনা ব্রহ্মাণ্ডশিংবু ঙাক্লী।

শ্লোক ৮৭

'একপাদ বিভূতি' ইহার নাহি পরিমাণ।
ত্রিপাদবিভূতি পরব্যোমের কে করে পরিমাণ ॥ ৮৭ ॥

## শব্দার্থ

একপাদবিভূতি—পাদ অমতগী ঐশ্বর্য্যনী ; ইহার—মসিগী ; নাহি পরিমাণ—চাং লৈতে (খঙবা ডম্দে) ; ত্রিপাদ-বিভূতি পরব্যোমের—পাদ অহুমগী ঐশ্বর্যানা ওইহন্‌বা পরব্যোমগী ; কে করে—কনানা তৌগনী ; পরিমাণ—চাং তম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মাণ্ড ময়ামসিদা ওইরিবা ভগবান্‌গী একপাদ ঐশ্বর্য্য কয়া য়াম্বনো হায়বা ঐখোয়গী য়াখল্লা শাগৎপা ডম্দে। অহুনদি ত্রিপাদ-বিভূতি পরব্যোমগী চাংদি কনানা তম্বা ডম্গনী।

## মৈনরোল

**একপাদবিভূতি**-নচিংবা—ঐখোয়গী ব্রহ্মাণ্ডসিগী ব্রহ্মাদি মমায় মরিতা পাল্লী, বদ্রঙ্না মমায় মডানী অমসুং ইন্দ্রগী মমীৎ লৈগিঙ অমনী। শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছাদগী দ্বারকাদা তিল্লম্বা ব্রহ্মা রুদ্রশিংদুগী কোক, মীৎ অমসুং বৈভবকা চাদম্নবদা ঐখোয়গী চতুর্মুখ ব্রহ্মা, পঞ্চমুখ রুদ্র অমসুং মীৎলৈগিঙ-পানবা ইন্দ্রখোয়সী, লোংদোম্বগী থৱাম্মৈচাকশিংদগী লৈচেঙ মরু অমনা পীকপগুম্না, পীক্লম্মী। অদুগা মখোয়গী অধিকারদা লৈবা ব্রহ্মাণ্ড-পুম্নমক্কী আয়তন (মবাক্‌-মসংগী পাক্‌ চাউবা) অদুগা চাংদম্নবদা ঐখোয়গী ব্রহ্মাণ্ডসী শীঙথাবা য়াবা নত্তে। অদুবু ঐখোয়না ঐখোয়গী পীক্লবা ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা লৈবা পোৎ পুম্নমক্তা, ব্রহ্মাণ্ডশিংগী ব্রহ্মা, রুদ্র অমসুং ইন্দ্রগী শক্তিদা-বৈভবতা ভগবান্‌গী বিভূতিগী বিকাশ উরিবসিদা ডক্‌পনা লোইরি। অদুগা, দ্বারকাদা তিল্লম্বা ব্রহ্মা, রুদ্র অমদি ইন্দ্রশিংগী বৈভব-নচিংবদা, মখোয়॥ অধিকারদা লৈবা ব্রহ্মাণ্ডশিংদা ভগবান্‌গী ঐশ্বর্য্য বিকাশ কম্‌দোবগে হায়বদু ঐখোয়গী য়াখল্লা

লাম্বা ভম্দে। অদুগদি, অনন্তকোটি ব্রহ্মাণ্ডসিদা ফোঙলিবা ভগবান্গী বিভূতিদু মহাকী একপাদ শক্তিগী বিভূতিদমক্তনী।

ত্রিপাদবিভূতি—মচিংবা—মায়িক ব্রহ্মাণ্ডগী একপাদবিভূতি অদুবু রাখল্লা লাম্বা ফংদে হায়রবদি পরব্যোমগী ত্রিপাদবিভূতিগী রাদি করম্না হায়গনী ?

মূল ৮৮

তস্যাঃ পারে পরব্যোম্নি ত্রিপাদ্ভূতং সনাতনম্।
অমৃতং শাশ্বতং নিত্যমনন্তং পরমং পদম্ ॥ ৮৮ ॥

শব্দার্থ—মচিংবদি পরিচ্ছেদ অসিগী মূল ৫১ শ্লোকতুদা য়েংবিয়ু। মসী মমাঙগী মূল ৮৭-কী প্রমাণনী।

মূল ৮৯

তবে কৃষ্ণ ব্রহ্মারে দিলেন বিদায়।
কৃষ্ণের বিভূতি স্বরূপ জানিল না যায় ॥ ৮৯ ॥

শব্দার্থ

তবে—তদুদগী ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; ব্রহ্মারে—ব্রহ্মাদা ; দিলেন বিদায় —বিদায় পীরম্মী ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; বিভূতি স্বরূপ—বিভূতিগী তত্ত্ব ; জানিল না যায়—খঙননবা উপায় লৈতে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাবু বিদায় পীরম্মী। শ্রীকৃষ্ণগী বিভূতি (ঐশ্বর্য্য) তত্ত্ব খঙননবা উপায় লৈতে।

মূল ৯০-৯১

অধীশ্বর—শব্দের অর্থ গূঢ় আরো হয়।
ত্রি শব্দে—কৃষ্ণের তিনলোক কহয় ॥ ৯০ ॥
গোলোকাখ্য-গোকুল, মথুরা, দ্বারাবতী।
এ তিন লোকে কৃষ্ণের সহজ নিত্যস্থিতি ॥ ৯১ ॥

## শব্দার্থ

অধীশ্বর শব্দের অর্থ—অধীশ্বর শব্দগী লোল ; গূঢ়—অথুপ্পা ; আরো—অতৈস্য ; ইহা—ওই ; ত্রি-শব্দে—অহুম হায়বা ম্যাইনা ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; তিনলোক—মফম অহুম্মু ; কহয়—হায়বি ; গোলোকাখ্য—গোলোক হায়না কৌবা ; গোকুল—গোকুল ; মথুরা—মথুরা ; দ্বারাবতী—দ্বারকা ; এ তিন লোকে—লোক অহুম সিদা ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; সহজ—অনাদিকালদগী ; নিত্যস্থিতি—মতম পূম্বদা লৈবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অধীশ্বব (ত্র্যধীশ) শব্দগী অথুপ্পা অর্থ অমস্মু লৈ । ত্রি (অহুম) হায়বা শব্দনা শ্রীকৃষ্ণগী লৈফম অহুম্মু হায়রিবনী ॥ মখুদি গোলোক হায়না খঙনবা গোকুল-নে, মথুরানে অমগা দ্বারকা-ন অমিনী ; লোক অহুমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা অনাদিকালদগী নিত্য ওইনা লৈবনী ।

## নৈমরোল

গোলোকাখ্য-গোকুল—গো লসী গোলোক হায়না কোঙডী ; মরম-হুন্না গোলোকাখ্য গোকুল হায়রিবনী ।

## মূল ৯২

অন্তরঙ্গ পূর্ণৈশ্বর্যাপূর্ণ তিন ধাম ।
তিনের অধীশ্বর—কৃষ্ণ স্বয়ং ভগবান্ ॥ ৯২ ॥

## শব্দার্থ

অন্তরঙ্গ মনুঙগী ওইবা ; পূর্ণৈশ্বর্যপূর্ণ—মপুঙফাবা ঐশ্বর্যনা থনবা ; তিন ধাম—ধাম অহুম ; তিনের—অহুমগী ; অধীশ্বর—মপু ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ং—মহাক্মক ; ভগবান্—ভগবান্নী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মনুঙগী ওইবা মপুঙফাবা ঐশ্বর্য্য থনবা ধাম অহুমনী । অহুমসিগী অধীশ্বর (মপু) স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনী ।

## মূল ৯৩

পূর্ব্ব-উক্ত ব্রহ্মাণ্ডের যত দিক্‌পাল।
অনন্ত-বৈকুণ্ঠাবরণ—'চিরলোকপাল'। ৯৩।

## শব্দার্থ

পূর্ব্ব-উক্ত—মমাঙদা পন্‌খিরা; ব্রহ্মাণ্ডের—ব্রহ্মাণ্ডগী; যত দিক্‌পাল—মায়কৈ-লাক্‌পা লাই খিরিক; অনন্ত—লোইবা নাইদবা; বৈকুণ্ঠাবরণ—বৈকুণ্ঠগী আবরণ; চিরলোকপাল—মায়িক ব্রহ্মাণ্ডগী দিক্‌পাল অমসুং বৈকুণ্ঠগী আবরণ-দেবতাশিং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙদা পন্‌খিরা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডশিংগী মায়কৈ ঙাক্‌পা দেবতাশিং লৈ; ওম্‌খৈ-নাইদবা বৈকুণ্ঠগী আবরণশিংগী দেবতাশিংছু চিরলোকপাল ওয়ী।

## নৈনরোল

মমাঙগী মূল ৫৮-দা "স্বয়ম্ভুসামাশিশন"-নতিবা 'লোকপালৈঃ' হায়বা শব্দগী তৌখিবা অর্থছু একপাদবিভূতিগী মনুংচন্‌বনী। হৌডিক পয়ার অহুমদা ত্রাধীশ-শব্দগী মরিশুবা অর্থগা মরম তিংনা লোকপাল শব্দগী অর্থ তৌরি। মফমসিদা লোকপাল শব্দসিনা মায়িক ব্রহ্মাণ্ডগী দিক্‌পালশিং অমসুং বৈকুণ্ঠগী আবরণ-দেবতাশিংবু খংহল্লি। মখোয় লোইনমক গোকুল-মথুরা দ্বারাবতীগী অধীশ্বর শ্রীকৃষ্ণবু দণ্ডবং প্রণাম তৌরি।

**পূর্ব্ব-উক্ত-ব্রহ্মাণ্ডের**—দ্বারকাগী বিভূত্ব বর্ণনা তৌবা মতমদা হায়-খিবা অনন্ত কোটি প্রাকৃত-ব্রহ্মাণ্ডশিংগী লৈরা **দিকপাল**—মায়কৈ ঙাক্‌পা। দিক্‌পালশিংগী নিংদি অদিনী মছুদি—নোংপোক্তা ইন্দ্র, মৈরমদা বহ্নি, খাদা (দক্ষিণ দা) যম, নোয়রাংহাইঙিদা নিঋত; নোংচুপ্তা বরুণ, চীঙথৈদা মরুৎ, অরাদা কুবের, কৌক্রদা শঙ্কর, থক্তা ব্রহ্মা, খাদা (অধো-দিক্‌তা) অনন্ত।

বৈকুণ্ঠাবরণ—পরব্যোমগী হায়বদি মহাবিকুণ্ঠগী আবরণ তরেংনী অহুগা আবরণ দেবতা কৃষ্ণ-তরা-মরিনী। অহানবা আবরণ-দা দেবতা নীপানী—বৃহমরিগী মতু চনবা বাসুদেব-না নোংপোক মায়কৈদা, সঙ্কর্ষণ অতুনা খাদা ( দক্ষিণদা ), প্রদ্যুম্ননা নোংচুপ্পা, অতুগা অনিরুদ্ধনা অরাংদা; মৈরমদা লক্ষ্মী, মোইরাঙলাইথোদা সরস্বতী, চীংথৈদা রতি অমসুং বেক্রুদা কান্তি। অনীশুবা আবরণদা কেশব, নারায়ণ, মাধব, গোবিন্দ, বিষ্ণু, মধুসূদন, ত্রিবিক্রম, বামন, শ্রীধর, হৃষীকেশ, পদ্মনাভ, দামোদর, বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ, পুরুষোত্তম, অধোক্ষজ, নৃসিংহ, অচ্যুত, জনার্দ্দন, উপেন্দ্র, হরি অমসুং কৃষ্ণ হায়বা কুন্নরিমরি অহুম অহুম থৌ না নোংপোক-চিংবা মায়কৈ নীপান্দা। অহুমশুবা আবরণদা নোংপোকচিংবা মায়কৈ তরাদা মথাঙ-শীংনা মৎস্য, কূর্ম্ম, বরাহ, নৃসিংহ, বামন, পরশুরাম, রাম, হলধর, বুদ্ধ, কল্কি লাইহৌ তরা লৈ। মরিশুবা আবরণদা, নোংপোকচিংবা মায়কৈ তরাদা সত্যা, অচ্যুত, অনন্ত, দুর্গা, বিষ্বক্সেন, গজানন, শঙ্খনিধি অমসুং পদ্মনিধি হায়বা নীপাল লৈরিনী। মঙাশুবা আবরণ-দা নোংপোকচিংবা মায়কৈ নীপান্দা ঋগ্বেদ, যজুর্ব্বেদ, সামবেদ, অথর্ববেদ, সাবিত্রী, গরুড়, ধর্ম্ম অমসুং যজ্ঞ নীপাল লৈ। তরুকশুবা আবরণ-দা নোংপোকচিংবা মায়কৈ নীপাল্দা শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম, খড়্গ, শার্ঙ্গ, হল অমসুং মুষল হায়বা নীপাল লৈরিনী। তরেৎশুবা আবরণদা, নোংপোকচিংবা মায়কৈ নীপান্দা ইন্দ্র, বহ্নি ( মৈ ), যম, নির্ঋতি, বরুণ, বায়ু, কুবের অমসুং ঈশান্ হায়বা দেবতা নীপাল্; লোয়নমরা দেবতা ৭৪ নী। নীংথীজগদোবা অমনা অসিনী মতৌদি -পরব্যোমদা লৈবা সাধ্যশিং, মরুৎশিং, বিশ্বদেবশিং অমসুং ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংদি নিত্যনী -অতুগা প্রাকৃত-নত্তবনী - প্রাকৃত স্বর্গগী ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংগী মতৌগুম্না অনিত্য অমসুং প্রাকৃত নত্তে।

মূল ৯৪

তা-সভার মুকুট কৃষ্ণপাদ পীঠ আগে।
দণ্ডবৎকালে তার মণিপীঠে লাগে ॥ ৯৪ ॥

### শব্দার্থ

ভালভাব—মখোয় পূম্নমক্তী ; মুকুট—লূহুপ ; কৃষ্ণপাদপীঠ আগে—শ্রীকৃষ্ণগী পাদপীঠগী মমাঙদা ; আগে—মমাঙদা ; দণ্ডবৎকালে—দণ্ডবৎ প্রণাম তৌবা মতমদা ; ভাব—মাগী , মণি- মণিনা ; পীঠে—পাদপীঠদা ; লাগে—থেংডী ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় পূম্নমক্তী মুকুট শ্রীকৃষ্ণগী পাদপীঠ মমাঙদা দণ্ডবৎ তৌবা মতমদা মুকুটকী মণিনা পীঠদা থেংডী ।

### মূল ৯৫

মণি-পীঠে ঠেকাঠেকি— উঠে ঝনঝনি ।

'পীঠে স্তুতি করে মুকুট' হেন অনুমানি ॥ ৯৫ ॥

### শব্দার্থ

মণি-পীঠে- মুকুটকী মণিগা কৃষ্ণগী পাদপীঠগা ; ঠেকাঠেকি—থেংনবতুদা ; উঠে- থোক্‌যি ; ঝনঝনি- ঝন-ঝন হায়বা খোন্ ; পীঠে—পাদপীঠদা ; স্তুতি করে মুকুট মুকুটনা স্তুতি তৌরি , হেন অসুম্না , অনুমানি—খল্লী ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুকুটকী মণিগা কৃষ্ণগী পাদপীঠগা থেংনবদা মখোন ঝন ঝন হায়না থোরক্‌পদু মুকুটনা পাদপীঠদা স্তুতি তৌবগী খোন্ থোরক্‌পনী হায়না খল্লুখি ।

### মূল ৯৬

নিজ চিচ্ছক্ত্যে কৃষ্ণ নিত্য বিরাজমান ।

চিচ্ছক্তি-সম্পত্তের ষড়ৈশ্বর্য্য নাম ॥ ৯৬ ॥

### শব্দার্থ

নিজ মহামক্তী , চিচ্ছক্ত্যে—চিৎ শক্তিনা . কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; নিত্য—মতম পুম্বদা ; বিরাজমান—ডাম্লোইবে ; চিচ্ছক্তি-সম্পত্তের—চিৎ কৌবা লণ্‌গী , ষড়ৈশ্বর্য্য—ঐশ্বর্য্য তরুক ; নাম—মিং ।'

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদি মতম পুম্বদা মহামকী চিৎশক্তিনা ভাংম্ভোইহন্নিবনী—। চিৎশক্তি কৌবা সম্পত্তিগী মিংদি ষড়ৈশ্বর্য্য কৌয়ি।

## নৈনচরোল

মূল ৩৬ শ্লোক অতুগী 'স্বারাজ্যলক্ষ্ম্যাপ্তসমস্তকামঃ' হায়বা শব্দকসিগী অর্থ পয়ার অনীদা তৌরি। মসিগী চাওবাকপা অর্থদি অসিনী—স্বারাজ্যলক্ষ্মীনা মহাকী অনীঙবা (কাম) পুম্নমক—থুংহল্লবা অতুগুম্বা মহাক। 'স্বরাজ্য'-শব্দগী অর্থ মতাওসিদা 'মহামকী চিৎশক্তি' হায়না তৌরে; স্বরাট-কী ভাব স্বারাজ্য-নী। শ্রীমদ্ভাগবতমগী অহানবা শ্লোক অমগী টীকাদা শ্রীমন্‌বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা 'স্বরাট'-শব্দগী অর্থ তৌয়ি—"স্বেনৈব রাজতে ইতি সঃ। সম্রাড়িব স্বতন্ত্রো ন কস্যাপি অধীনঃ।" কনামতগী মখা পোন্দবা, স্বরাট্‌-নী। মতৌ অশুম্বা স্বরাট্‌-কী ভাব অদু স্বারাজ্য-নী; কনাগুম্বগী মপান্ ভাংদবমথৈ মহাগী শক্তি-তনা পান্‌জবা মহাক অদুগী ভাব নত্রগা শক্তিদু স্বারাজ্যনী; মহাক (শ্রীকৃষ্ণ) চিৎতগী মশক্নী, মহাকী শক্তি দি চিচ্ছক্তিনী; মরমদুনা স্বারাজ্য শব্দনা চিচ্ছক্তিবু খঙহল্লী। "নিজ চিচ্ছক্ত্যো কৃষ্ণ নিত্য বিরাজমান।" চিচ্ছক্তিসম্পত্তি—মসী 'স্বারাজ্যলক্ষ্মী শব্দগী অর্থনী, স্বারাজ্যগী মশক ওইবী লক্ষ্মী—চিচ্ছক্তিগী মশক ওইবা লন। শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য মখল তরাকমক চিচ্ছক্তি-সম্পত্তিনী। মসী চিচ্ছক্তিমকী বিভূতি-নী।

## মূল ৯৭

সেই 'স্বারাজ্যলক্ষ্মী' করে নিত্য পূর্ণ কাম।
অতএব বেদে কহে—স্বয়ং ভগবান্ ॥ ৯৭ ॥

## শব্দার্থ

সেই স্বারাজ্যলক্ষ্মী—চিচ্ছক্তি-সম্পত্তি অদুনা; করে—তৌয়ি; নিত্য—মতম পুম্নমক্তা; পূর্ণ—থুংবা; কাম—অনীঙবা; অতএব—মরমদুনা; বেদে—বেদসা; কহে—হায়; স্বয়ং ভগবান্—মহামক লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য-তরঙ্গকী মশক ওইবা স্বারাজ্যলক্ষ্মীতনা মহাকী অনীওবা পুম্নমক থুংহল্লী ; মরমদুনা বেদ-না হায়—মছামক লল্লেবনী—ভগবান্নী ।

## নৈনরোল

**কাম**—শ্রীকৃষ্ণগী অনীওবা । রস-আস্বাদন, ভক্তগী অনীওবা থুংহন্‌বা, জীববু চান্‌বীনীওবনচিংবা অসী শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বনী ।

**ভগবান**—ভগ লৈবা মহাক । ঐশ্বর্য্য ( লন্ ) মথল তরঙ্কসীবু ভগ কৌয়ি । ঐশ্বর্য্য মথল তরঙ্কসী লৈবা মহাক অদু ভগবান্নী । ঐশ্বর্য্য মথল তরঙ্কসীগী তুঙফম মরু ( মূল ) অদু স্বয়ং ভগবান্নী—মহাক শ্রীকৃষ্ণনী ।

মূল ৯৮

কৃষ্ণের ঐশ্বর্য্য অপার—অমৃতের সিন্ধু ।
অবগাহিতে নারিল, তার ছুঁইল একবিন্দু ॥ ৯৮ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; ঐশ্বর্য্য—ভগাদি (মরন্দি) ; অপার—ওমখৈ নাইদবনী ; অমৃতের সিন্ধু—অমৃতগী ঈপান্নী ; অবগাহিতে—লুপ্পা ; নারিল—ওম্‌দ্রে ; তার—মদুগী (ঈপাক্কুগী) ; ছুঁইল—শোক্‌চৈ : একবিন্দু—মরীক্ অমা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যাদি ওমখৈ নাইদবনী - অদুনা অমৃতগী ঈপান্নী । ঈপাক্কুদা ঈরুপ্পা ওম্‌দ্রে ; মদুগী মরীক্ অমতং শোক্‌পনী ।

মূল ৯৯

ঐশ্বর্য্য কহিতে প্রভুর কৃষ্ণস্ফূর্ত্তি হৈল ।
মাধুর্য্যে মজিল মন, এক শ্লোক পড়িল ॥ ৯৯ ॥

শব্দার্থ

ঐশ্বর্য্য কহিতে—শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যগী মা অসুম হায়রক্‌পদুদা ; প্রভুর—

প্রভুগী ; কৃষ্ণস্ফূর্ত্তি—কৃষ্ণনা ফোংলাউনা কাওবা ; হৈল—ওইখি ; মাধুর্য্যে —শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যদা ; মজিল—লুপ্‌খি ; মন—পূক্নীং ; এক শ্লোক—শ্লোক অমা ; পড়িল—পাঁদরক্‌খি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যগী ৱা হায়না হায়না প্রভুগী কৃষ্ণস্ফূর্ত্তি ওইখি । অদুদগী শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যদা প্রভুগী পূক্নীং লুপ্‌খি । অদুদগী শ্লোক্ অমা পাঁদরক্‌খি ।

মূল ১০০

যন্মর্ত্ত্যলীলৌপয়িকং স্বযোগ-
মায়াবলং দর্শয়তা গৃহীতম্ ।
বিস্মাপনং স্বস্য চ সৌভগর্দ্ধেঃ
পরং পদং ভূষণ-ভূষণাঙ্গম্ ॥ ১০০ ॥

শব্দার্থ

যদ্—মহূ ; মর্ত্ত্য—মীওইবা ; মর্ত্ত্যলীলৌপয়িকং—মর্ত্ত্যলীলাগী মতীক্-চাগদবা ; স্বযোগমায়াবলং—মহামক্কী যোগমায়াগী শক্তি ; দর্শয়তা—উৎননবা ; গৃহীতম্ লৌখি ; বিস্মাপনং—ঙকৃহন্নবাই ওইবা ; সৌভগর্দ্ধেঃ—সৌভাগ্যলক্ষ্মীগী ; পরংপদং—অয়োঁবা থাক্ ; ভূষণ-ভূষণাঙ্গম্—লৈতেংগী লৈতেং ওইবা য়াবা হক্‌চাঙ-পান্‌বা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উদ্ধবনা বিদুরদা হায়রম্মী—শ্রীকৃষ্ণনা মহামক্কী যোগমায়াগী শক্তি উৎননবগী মতক মর্ত্ত্যলীলাগী মতীক্-চাগদবা সৌভাগ্যলক্ষ্মীগী (লাইবক্‌ফবগী) খম্‌থেংলবা অমসুং ( সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যনচিংবনা শ্রীকৃষ্ণ ) মহামক্কীসু ঙকৃঙাই-ওইবা লৈতেং পুম্নমক্কী লৈতেং ওইবা অঙ্গগী শক্তম উৎখিবদো ( মদু উরগদি সৃষ্টি ভোবসী পাস্বে পুম্নমক্ শক্তম অসী শাগৎপদা পীজন্নখি হায়না খল্লী ) ।

নৈনরোল

নৈনরিবা শ্লোকসী শ্রীমদ্ভাগবতমদগী নী (৩/২/২১) । শ্লোকসিগী তুংদা

ম্যারুপা শ্লোক অদুগা লোয়ননা অমম্ম শ্লৌরপদি মৈতৈলোন্দা হন্দোকপগদিদা বরনীগী মনুষ্চনবা শব্দকসিন্ধু-হাপ্ চনবা ঙাই। শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহ (হকচাঙ) দি নিত্যনী ( মতম পুম্বগীনী ), অদুম ওইনমক লৌকিক ওইবা মীৎয়েংদা ঙাইহি অমম্ং শাগৎপা হায়বা শব্দ অমাসী শীজ্জমবনী।

শ্রীমন্মহাপ্রভুনা শ্লোকসী ব্যাখ্যা তৌখি ; মথাদা লাক্লিবা ত্রিপদী-শিংদা ব্যাখ্যাদু পল্লী।

মূল ১০১

কৃষ্ণেব যতেক খেলা সর্ব্বোত্তম নবলীলা

নববপু তাহাব স্বৰূপ।

গোপবেশ বেণুকব নবকিশোর নটবব,

নবলীলাব হয় অনুবপ ॥ ১০১ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণেব—শ্রীকৃষ্ণগী ; যতেক খেলা —শান্নবা খিবিক্তো ; সর্ব্বোত্তম—খ্বায়দগী ফোইবনী ; নরলীলা— মীওইবা ওইনা শান্নবা অদু ; নববপু—মীওইবগী হকচাঙ মত্রগা মীওইবগী দেহগুম্বা দেহনা মাগী ওইবা, তাহাব—মহাক্কী ; স্বৰূপ—অনাদিসিদ্ধ ( অনাদিকালদগী ওইবরূপা মহাক্কী ) নিজরূপ—মতম পুম্বগী ওইবা শক্তম্ ; গোপবেশ— শম্রেম্মহাগী বেশ ; বেণুকব—খুত্তা বেণু পায়বা শক্তম্, নবকিশোর—নৌত্তমদা লৈবা কিশোব ; নটবর—জগোই শাবা অথোইবা ; নরলীলাব—মীওইবনা তৌবগুম্ তৌবা লীলা মত্রগা মীওইবগী ধ্যান-ধারণাগী মতীক চাগদবা লীলাগী ; হয—ওই ; অনুরূপ—অদুগুম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী লীলা খিবিক্তা খ্বায়দগী ফেনবা লীলাদি মীওইবগী লীলানী ; মীওইবগী দেহগুম্বা দেহনা মাগী স্বরূপনী ; গোপবেশ-ফোম্মবনী, খুত্তা বেণু পাৎবনী, নৌত্তনদা লৈবা কিশোরনী, জগোই শাবা মকোক্নী, নরলীলাগী মতৌগুম্বা মহাক্কী লীলানী।

## মৈনরোল

**খেলা**—লীলা, ক্রীড়া, কেলি হায়বনী, মৈতৈলোন্দা 'শান্নবা' হায়বনী।

**যতেক খেলা**—বৈকুণ্ঠনচিংবা ধামদা স্বরূপ তোঙান্-তোঙান্না শ্রীকৃষ্ণনা তৌদুনা লৈবা পূর্ন্নমকী মনুংদা শ্রীকৃষ্ণগী নরলীলা অসিতনা সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্য-বৈদগ্ধ-নচিংবা গুণ-চেন্‌বনীনা খ্বাইদগী ইখোই-খোইবা লীলানী ( সর্ব্বোত্তম লীলানী )।

**নরলীলা**—মীওইবগীগুম্বা লীলা, মীওইবনী হায়না শান্নবা লীলা। ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণনা অয়াম্বা মতমদা মহাগী ভগবান্ ওইবগী ভাব অদু লোংলগা মহাবু মীওইবনী ( নর-নী ) হায়না খল্লী ; অসিগুম্বা নর-নী হায়বা অভিমানগা লোয়নননা তৌবা লীলাদু মহাকী নরলীলানী।

**নপ্রগা, নরলীলা**—মীওইবগী কান্নগদৌবা লীলা ; মীওইবগী ধ্যান ধারণা-নচিংবদা কান্নগদৌবা লীলা। ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণনা দাস্য-সখ্য-বাৎসল্য-মধুর-নচিংবা ভাবশিংগী রস চুপ্‌কে হায়বগী দমক ভাব-ভাবতুগী মতৌক্-চাবা পরিকরশিংগা লোয়নননা ব্রজদা লীলা শান্নরি। মহাকী পরিকরশিংনসু দাস্য-সখ্য-নচিংবা ভাবতুদা মহাকপু সেবা তৌরি। মীওইবশিংগী মরক্তা ভাব জাত্তাশিংসিগী আভাস ( মমি ) তাই, তৌবদবু অকায়বা ফীভমদা তাবনী। ভাবশিংসীগী মমি মীওইবগী মায়ানা মোংলবা পূর্ণভদা লৈবনী ; মায়িক জীবদা পানশন্নবা ওইবনা মীওইবা মরক্তা অকায়বা (বিকৃত) ফীভম্‌দা লৈ ; অকায়বা ফীভম্‌দা লৈরবসু, মীওইবদি ভাবশিংগী মধুর ওইবা, থম্মোই হূবা অতুগা বিষয়-আশ্রয়গী মনুং হনজন্না নক্‌শন্নবদু পাঙ-খোক্‌পা ভম্বগী রাদো থাজহুনা অমমুং নীঙশীঙহুনা থম্বা ( ধারণা তৌবা ) ঙম্মী। মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজলীলাবু দাস্য-সখ্য-বাৎসল্য-নচিংবা ভাবপুবা মীওইবনা ইলায়-লায়না খঙবা ঙম্মী ; লীলাসী মীওইবগী পোক্‌পদগী লোয়নরক্‌পা ভাবকী ওইশনবা য়াই ; মরমদুনা লীলাসী ধ্যান-ধারণাগী মতৌক্‌চাবা জাৎনী। মীওইবগী ধ্যান-ধারণাগী ওইজনবা ডাক খন্দুনা

শ্রীকৃষ্ণনা ভাব অহুদা ব্রজলীলা তৌরিশিনী হায়বদি নত্তে ; শ্রীকৃষ্ণদি অনাদি কালদগী অহুম হৌনশা ওইনা লীলা তৌরিবনী । অহুমদি ওইবগা জীববু চানবিহুনা জীবশিংগী মরক্তসু ভাবশিং অহুগী মমি তাহনবনী ; অতৈ জীব-দগীদি মীওইবশিংদা ভাবশিংহুগী বিকাশ ওইবা হেন্নী । মরমহুনা মীওইবনা ইরায়-দারনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগী ম্বারী মনাকোতনা তারগা ভগবান্বু নীংবা ওম্জে ।

শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজলীলাদি মীওইবনা ধ্যান ধারণা তৌনবগীদমক্তনী, পুক্নীওন-ফাওবা মাগী মতৌ তমনবা নত্তে হায়বসী কাউফদে ।

শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজলীলাসী নরলীলা ওইরগসু অপুঙ্বা মওংদা লোইব নাইদবা ঐশ্বর্য্যগী থবক য়াওরি ; অহুবু অসুম উবদদি লীলাসিবু নরলীলানী হায়না থন্নে ; মরমদি, মীওইবগী য়ুম্বালোনগী থবকা শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজলীলাগা খজিক মান্নবা য়াওরি ; মহুদি—(১) মীওইবনা মথং শীংনা জন্মবাল্যপৌগণ্ডনচিংবগী ফীভম্দা লৈবা মতমদা চহী-মতাঙ-মতাঙহুগী ফংফম্ থোক্পা সংসারগী মুংঙাইবা ফংবগুম্না শ্রীকৃষ্ণসু জন্ম- বাল্য—পৌগণ্ডনচিংবগী অবস্থাহু প্রকটন তৌরগা চহী মতাঙ মতাঙহুগী লীলারস চুপ্পী । খেংবা হায়বদু অসিনী মহুদি, মীওইবনা পোক্পদি মমা-মপাগী শুক্র-শোণিত-না (ফধী অমসুং ঈগা অনীনা) পোক্পনী ; শ্রীকৃষ্ণনা পোক্পদি অহুম্না পোক্পা নত্তে । মহাক্তি মমাগী গর্ভদগী থোরক্‌নি (আত্মপ্রকটন তৌরি) হায়বওনী । মীওইবগীদি হমুরক্পা (বার্দ্ধক্য) হায়বা অমা লৈ, শ্রীকৃষ্ণগীদি মহু লৈতে, মহাক্তি নিত্যকিশোরনী ; সখ্য-বাৎসল্যগী রস চুপ্পবা হায়হুনা বাল্যগা পৌগণ্ডগা লৌশিনবগী ম্বাদনী । (২) মীওইবনা মমা, মপা, মনাই, মরূপ—মপাং অমদি তালোইনচিংবগা লোয়ননা য়ুম্‌-পানবগুম্ শ্রীকৃষ্ণসু দাস, সখা, মাতা, পিতা, অহুগা কান্তাশিংগা লোয়ননা য়ুম্পান্দুনা লীলারস চুপ্পী । খেন্নবা হায়বদু অসিনী মহুদি— মীওইবগীনা দাস, সখা, মাতা পিতানচিংবা প্রাকৃত ওারী অমসুং অনিত্যনী, স্বরূপকী হায়রগদি অমগা অমগা সম্বন্ধ লৈনদে অমসুং মহুং-মহাগী মুংঙাইবতা

থিবনী ; অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী মচা মনাই মচিংবদি প্রাকৃত-নত্তবনী, নিত্যনী (মতম পূম্বগীনী ), শ্রীকৃষ্ণগী কায়ব্যূহনী ( মহামতুগী থোৱকপনী ), মরমদুনা মখোয়গা শ্রীকৃষ্ণগা সম্বন্ধ লৈনৈ অমসুং কৃষ্ণগী নুংঙাইযতা থনবনী ( কৃষ্ণ-সুখৈকবাসনাপূর্ণ নী )। (৪) মীওইবনা মহাগী স্বরূপ কাউদুনা শ্রীকৃষ্ণগী বহিরঙ্গমায়াগী শক্তিনা শুম্বা মরম্মা সংসার-সুখদা ( য়ুম্বানকী নুংঙাইবদা ) লুপ্তুনা লৈ, শ্রীকৃষ্ণসু মতৌ অদুম্মা মহাগী যোগমায়াগী শক্তিনা মহাগী স্বরূপ (মহাগী স্বয়ং-ভগবান্নী হায়বদু) কাউদুনা, মহাবু জীবনী খন্দুনা জীব ওইবগী ফীভমদা মহাগী পরিকরশিংগা লোয়ননা লীলারসদা লুপ্পী। খেন্নবা হায়ববু অসিনী - মীওইবব শ্রীকৃষ্ণগী বহিরঙ্গ শক্তি মায়ানা শুম্বা, অদুগা শ্রীকৃষ্ণবুনা মহাকী অন্তরঙ্গা চিচ্ছক্তিনা শুম্বা। মায়াদি মহাগী শক্তিনা মীওইববু শুমদুনা মখা পোনহল্লী ; অদুগা লীলারস চুপ্পা য়াননবা হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী ইচ্ছানা যোগমায়ানা মাবু শুম্বদো মানা য়াবিবগী রাদনী। মায়ানা মীওইববু শুম্বদি মীওইবগী ইচ্ছাদগী শুম্বা নত্তে ; শ্রীকৃষ্ণগীদি মাগী ইচ্ছাদগী যোগ-মায়ানা শুম্বদো থোকহনবগী রাদনী। মীওইবদি মায়াগী মখা পোল্লী অদুগা শ্রীকৃষ্ণদি মায়াগী মবুংডো অধীশ্বরনী। মায়ানা নমহৎপা মরম্মা মীওইবগী স্বরূপকী ধর্ম্ম মাঙবনী; অদুগা শ্রীকৃষ্ণগীদি স্বরূপকী ধর্ম্ম মাঙদে,—যোগ-মায়ানা শ্রীকৃষ্ণবু শুমহৎপা মতমদসু শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-ধর্ম্মদু ( স্বয়ং ভগবত্তাগী ধর্ম্মদু ) প্রকটিত ওইদুনা লৈ। (৪) সংসারদা মীওইবগী নুংঙাইবদি অরাবগা লোয়নৈ, নুংঙাইবা ফংননবা হোৎনবদা মীওইবনা য়েথায়-থিঙ্গায় কোঙ্গায় অমা থেংনৈ, মদুগুম্মা শ্রীকৃষ্ণগী নরলীলাদসু নুংঙাইবগা অরাবগা য়েংশিন্নৈ ; নুংঙাইবা থিবদা অরাবা থেংনৈ। খেন্নবা হায়ববু অসিনী—মীওইবগী অরাবদি মতম পূম্বদা মাগী নুংঙাইববু য়োকখৎনবা নত্তে, শ্রীকৃষ্ণগী দুঃখদি মহাকী লীলাসুখগী মতম পূম্বদা য়োকখৎনবা ওই, মরমদুনা মহাকী দুঃখসু সুখগী শরুক অমনী—মহাকী সুখগী অবস্থা থোইদোকপা অমনী। মীওইবগী সুখ অমসুং দুঃখ অনীমক মহাকী মরম্মাই স্বরূপধর্ম্মবু কাউথোকপগীদমক মায়ানা পীবা চৈরাক মখল অমনী ; শ্রীকৃষ্ণগী সুখ-দুঃখদি মতোন্দা পীবা চৈরাক

নত্তে, মহাক্কী সুখ স্বরূপকী মিতাধর্ম্ম অংনী—মহাক্কী স্বরূপশক্তিগী শান্নবা মখল অমনী। মীওইবগী সুখদি অনিত্যনী, শ্রীকৃষ্ণগী সুখদি মহাক্কী স্বরূপকী তুংইমবনী অমসুং নিত্যনী। মীওইবগী সাংসারিক সুখনা মহাকপু মরম্নাই স্বরূপ অমসুং স্বরূপ-ধর্ম্মদগী লাপ্না তান্থোক্য়ি ; শ্রীকৃষ্ণগী সুখদি মহাকপু মাগী স্বরূপতা কান্থনা থম্মী। মীওইবনা সুখ থিবদা মতম পূম্বদা রৈথারং থিজায়ববু লাপ্তোকপা ঙমদে, শ্রীকৃষ্ণদি মরম্নাই ঐশ্বর্য্যশক্তিগী মাপান্না বিন্নি পূম্বা লাপ্থোক্পা ঙম্মী।

নরবপু—মীওইবগী দেহগী মতৌগুম্বা দেহনা মাগী ওইবা অহুগুম্বা মহাক। যত্রাবতীর্ণং কৃষ্ণাখ্যং পরব্রহ্ম নরাকৃতি- বিষ্ণু-পুরাণ '৪/১১/২।" শ্লোক অসিদা হায়রিবা নরাকৃতি-শব্দসিনা নরবপু হায়বা শব্দসিবু তাক্লিবনী। আকৃতি-শব্দগী অর্থদি অঙ্গ সন্নিবেশ (হকচাং পূম্শন্‌বা) খঙহল্লী। মরমথুনা শ্রীকৃষ্ণগী দেহদি নরদেহ-গুম্বনী হায়বদা খুৎ অনী খোঙ অনী, মীৎ অনী, নাকোং অনী, নাতোন অমা, অসিনচি বৎ তাক্পনী। মীওইবদা তাক্পীরবা হায়থুনা শাস্ত্র লেংবনী ; প্রাকৃত-নত্তবা চিন্ময়জগৎকী করিগুম্বা পোৎ অমত্তগী মশক লাক্পা ঙম্‌দে : মরমসিনা প্রাকৃত জড ওইবা পোৎকী খুদম্না শাস্ত্রনা্রশিংনা প্রাকৃত ওইবা মীওইবগী মপুন্নীডদা প্রাকৃত নত্তবা পোৎকী মশক লাক্শন্নবা তোংনৈ। মফমসিদস্থ প্রাকৃত ওইবা মীওইবগী হক্চাঙ অহুনা খুদম ওইহল্লগা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী দেহগী মওং লাক্পা য়াননবা হোংনবগুনী। শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ-সন্নিবেশদি মীওইবগী অঙ্গ-সন্নিবেশগুম্বা নত্তে ; মীওইবগী অঙ্গ সন্নিবেশগী মওং তম্থুনা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ সন্নিবেশ ওইখিবা নত্তে ; অদুগী মহুত্তা, শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ-সন্নিবেশগা মান্ননা তৌবা মীওইবগী অঙ্গ-সন্নিবেশনী ; শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ সন্নিবেশব্ ফিদম ( আদর্শ ) ওইহল্লগা মীওইবগী অঙ্গ-সন্নিবেশ তৌখিবহুম্ ওইরম্‌গনী। মতৌ অসুম্না, মীওইবগী হক্চাঙদি মহাক্কীগা মান্নে হায়বা অর্থদা নরবপু শব্দসী শীজন্নবসু য়াই।

**স্বরূপ**- অনাদিকালদগী সিদ্ধ ওইরবা মহামকী নিত্য ওইবা রূপ।

নরবপু তাহার স্বরূপ—শ্রীকৃষ্ণগী অনাদি-সিদ্ধ মহাক্কী রূপ-তি নরাকৃতিনী (মীওইবগী শক্-ওংনী)। সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যনচিংবহু স্বয়ংরূপসিদা মপুঙ ফানা উৎলী হায়রুনা অদুগা মীওইবগী শক্লা শ্রীকৃষ্ণগী স্বয়ংরূপ-নী হায়দুনা মহাক্কী নরলীলাদা সৌন্দর্য্য-নচিংবহু মপুঙ ফাই ; মরমদুনা নর-লীলানা লীলা পুম্নমক্কী হেন্নবনী। মহাক্কী ব্রজলীলাগী মাধুর্য্যগী মহাও-তংনীঙবনা লক্ষ্মীনচিংবা, নারায়ণনচিংবা স্বরূপশিংনা, করি হায়নী স্বয়ং বাসু-দেবসু অদুগা ব্রজেন্দ্রনন্দনসু খোরম্লাঙ্ঙী। মসিনমী ব্রজলীলানা খ্বাইদগী হেন্নী হায়বনী।

"নরবপু কৃষ্ণের স্বরূপ" হায়বসিনা তাক্লিবদি-মীওইবশিংগী মরক্তা লীলা তৌগদৌরিবনী হায়বগীদমক্তা মহাক্কী মরম্নাই রূপকী মহুত্তা মীওইবগী রূপ লাক্লিবরা হায়ববু মতুদি নাত্তে—হায়বসিনী। অনাদিকালদগী মহাক্কীদি খুৎ-তনী পানবা (দ্বিভুজ) রূপ অসিনী।

কনাগুম্বনা—"নরবপু কৃষ্ণের স্বরূপ"-কী অর্থদি "মীওইবগী দেহনা কৃষ্ণগী স্বরূপ-নী—হায়না অর্থ তৌরবদি মতু নাতে চারোই। ত্রিপদীসিগী অরোয়বা তংখাইদা অসিগুম্বা জাত্তাগী অর্থতু কোক্তহল্লে। "গোপবেশ বেণুকর, নবকিশোর নটবর" হায়বসিনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-নী। মীওইবনা কিশোরওইবা য়াই, অদুবু মতমপুম্বদা কিশোর ওইতুনদা লৈতে। অদুগা অমুক মীওইবগী হকচাংতেনা কৃষ্ণগী স্বরূপ ওইরবদি স্বয়ংরূপকী স্বরূপ য়াম্বা তারক্লি ; অদুবু স্বয়ংরূপদি "স্বয়ং রূপ এক কৃষ্ণ ব্রজে গোপমূর্ত্তি—স্বয়ংরূপ-তি অমতনী, ব্রজদা গোপমূর্ত্তি কৃষ্ণনী /২/২০/১৬৩।"

গোপবেশ বেণুকর-নচিংবা—শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীরামচন্দ্রনচিংবা স্বরূপ-সু মীওইবগী হকচাংনী (নরবপুনী), মখোয়গী লীলাসু মীওইবগী-গুম্বা (নরবৎ) লীলানী ; অদুবু মখোয়দি স্বয়ংরূপ নত্তে ; মরমদুনা মখোয়গী লীলাদা সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্য-নচিংবগী পূর্ণ ম (মপুঙ ফাদা পুঙহেন্ হেন্বা) বিকাশ লৈতে, মরমদুনা মখোয়দুগী লীলাসু সার্বোত্তম (পুম্নমক্কী হেন্বা) নত্তে।

করম্বা নররূপকী লীলানা সর্ব্বোত্তম ওইবগে হায়রবদু হায়রিবদি "গোপবেশ, বেণুকর"-নচিংবা য়াহৈশিংননী। গোপবেশ বেণুকর-নচিংবা অসিনা খঙহল্লিবা ব্রজেন্দ্রনন্দনতুদনা স্বয়ংরূপনী, মহাক্কী লীলাতনা খ্বায়দগী হেন্‌বা (সর্ব্বোত্তম) হায়বদুনী।

**গোপবেশ**—রাখালগী (শন্‌জেন্নহাগী) বেশ (ফিজোল); খৃত্তা শাজৈ, কোক্তা কোয়েৎ, লেংবান্দা শন্-পুম্নবা থৌরি; শঙোম-শুম্বা মতমদা শঙোম-শুম্নবা চফু, খুরৌ-থৌরি-নচিংবা য়াওবনী।

**বেণুকর**—বেণুদি খৃৎচা-তন্নানীথোই-শাংবা মপোপ্পা খুবীমুক চাওবা অদুগা মখুল তন্নক হোবনী।

**নবকিশোর**—মতম পুম্বদা নৌতুনদা লৈবা কিশোর (চহী ১৫-গী) চহী মতাঙনী। মহাকপু উবদা চহী তন্নামঙাদগী হেন্‌গদৌবা মান্দে।

**নটবর**—চূড়াদা য়াহোংমতু, থবাক্তা গুঞ্জা-মালা, বনফুলগী বৈজয়ন্তী-মালা, হক্‌চাঙগী রংনা গিরিমাটিগী (চীঙগী লৈবাক্কী) রং, নায়দা অমসুং লাইবক্তা কস্তুরীনচিংবা য়ান্‌সন্নরবা চন্দন থিন্‌বা, মকরী-চিত্রভঙ্গী অমসুং অলকা-তিলকানচিংবা, লৈগী কেয়ুর, লৈগী অবতংশ (কোক্কী অমসুং ণা-গী লৈতেং), লৈগী অমসুং মজবা উরীগী চূড়া, মতু অঙাঙবা, নাপু অমসুং অশংবা ফিগী বেশ-নচিংবনা লৈতেংলবা ওইদুনা জগাইগী (নৃত্য বিদ্যাগী) কৌশলদা খ্বায়দগী হেন্না হায়বদু ফোঙদোকপা মহাক অদু নটবরনী।

**নরলীলার হয় অনুরূপ**—নরলীলাগী মতীক্‌চাবা ওই; মসী "মর্ত্ত্য-লীলৌপয়িকং"—শব্দগী অর্থনী। সৌন্দর্য্য, মাধুর্য্য, বৈদগ্ধী অমসুং যোগ-মায়ানা শুম্বা-নচিংবনা মরম ওইদুনা মতীক্‌-চাবনী।

**অনুরূপ**—মতীক্‌চাবা (যোগ্য)। অনুরূপ—অনু+রূপ। অনু-গী অর্থদি 'লক্ষণ'-নী: অদু ওইরবদি অনুরূপ-কী অর্থদি লক্ষনা শক্তাকপা রূপ হায়-বনী। শব্দকল্পদ্রুমদা অনু-শব্দগী পীরিবা অর্থময়ামগী মরুদা 'পরিপাটী'

হায়বসিমা য়াওরি ; "পরিপাটী"-গী অর্থদা 'অনু'—শব্দ শীজরবা য়াই। অনুরূপ—পরিপাটীযুক্ত রূপ ( চঙখোন্‌বা শকতম্ )। নরলীলার অনুরূপ—নরলীলাগী লক্ষণ শক্তাক্রবা শক্ নত্রগা খ্বায়দগী থোইবা নরলীলাগী পরিপাটী বিশিষ্ট ( চঙখোন্‌বা ) রূপ হায়বনী। "গোপবেশ, বেণুকর, নবকিশোর, নটবর"—রূপ অদুতনা খ্বায়দগী হেন্‌বা নরলীলাগী লক্ষণ-য়াওবনী, নত্রগা নরলীলাগী পরিপাটী-বিশিষ্ট রূপ হায়বনী। নত্রগা, অন্ ধাতুগী মতুঙদা কর্ত্তৃবাচ্যদা উ-প্রত্যয় তৌরগা অনু-শব্দ ওই ; অন্‌ধাতু প্রাণনে বা জীবনে ( থৱাই পান্‌বা নত্রগা হিংবা হায়বদা )। অদু ওইরবদি অনু-শব্দগী অর্থদি "থৱাই পান্‌বা ( প্রাণী )" ওইবা তারে। অদুগা অনুরূপ শব্দগী অর্থ ওইরে প্রাণীরূপ ( থৱাই পান্‌বা পোৎকী শক্ )। যৌজিক, 'প্রাণীরূপ' শব্দগী অর্থ অনীখক ওইবা য়াই—প্রাণীতুল্য ( থৱাইপান্‌বগুম্বা ) অমসুং প্রাণীর রূপ ( থৱাই পান্‌বগী রূপ )। নরলীলার অনুরূপ-কী অর্থদি নরলীলাগী ( প্রাণ মাগী মফমদা লৈবা অদুগুম্বা ) প্রাণীগা মান্নবা, নত্রগা নরলীলাগী ( প্রাণ মাগী মফমদা লৈবা অদুগুম্বা ) প্রাণীগী রূপ (শক)—ওইবা য়াই। সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্য-বৈদগ্ধ্য-নচিংবা অমসুং যোগমায়ানা মুগ্ধ ওইহন্‌বসিংক নরলীলাগী প্রাণ হায়বহুনী—মসিবু লৈরিবা রূপ অদুমক নরলীলাগী প্রাণী হায়বহুনী। গোপবেশ, বেণুকর, নবকিশোর, নটবর রূপতুমক হায়রিবা রূপ সিনী। মসিগী ধ্বনি-অর্থদি অসিনী মদুদি—ব্রজেন্দ্র নন্দনরূপ নত্তনা অতোপ্পা স্বরূপ-তা নরলীলাগী প্রাণ স্বরূপ ওইবা সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্য-বৈদগ্ধ্য-নচিংবগী মপুঙ-ফাবা বিকাশ ওইদে। মসিগী প্রমাণসু লৈ। নারায়ণগী থবাক-ভান্‌বী লক্ষ্মীনসু ব্রজেন্দ্র নন্দনগী নরলীলাগী মাধুর্য্য দু আস্বাদন তৌনীংঙখি। অদুগা স্বয়ং ব্রজেন্দ্র-নন্দন অদুনা পরিহাসগীদমক চতুর্ভুজ নারায়ণগী রূপ লৌতুনা কুঞ্জদা ফম্লম্বা মতমদা গোপীশিংগী প্রেমদু হনজল্লম্মী। মসিদগী খঙবা ঙমদি নারায়ণ-দগী নরবপু ব্রজেন্দ্র নন্দনগী মাধুর্য্যনা হেল্লী হায়বসিনী ; অদুগা অমূক, দ্বিভূজ ব্রজেন্দ্রনন্দনমক্তা নটবর বেশগী মতুংতা কুরুক্ষেত্রদা রাজবেশ থোল্লম্বা মতমদা মহাক্কী নিত্যকান্তা ওইবী গোপীশিংগী মথৱাইনা মহাক্কী "গোপবেশ

ডুবায় সব ত্রিভুবন—মরোল অহুম্ লূপ্ হল্লী হায়বসিনা তাল্লিবদি রূপ অদু সমুদ্রগুম্বনী হায়বদি চাংতম্ঙম্দবনী হায়বদুবু তাকপনী।

সর্ব্বপ্রাণী করে আকর্ষণ—শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অদুগী মাধুর্য্যাদি অসুম তৌয়ি, মতুগী মরীক্ অমনা প্রাণী পুম্নমক মাধুর্য্যদুগী মহাও তংনীভবনা খোং-খোং খোংহল্লী। কৃষ্ ধাতুদগী কৃষ্ণ শব্দ ওইরকপনী; কৃষ্ ধাতুগী অর্থ অমদি চিংশনবা (আকর্ষণ) হায়বনী; মাগী সৌন্দর্য্য-না চিংশল্লী (আকর্ষণ তৌয়ি) হায়বগীদমক মহাকপু কৃষ্ণ কৌবনী।

## মুল ১০৩

যোগমায়া চিচ্ছক্তি বিশুদ্ধসত্ব-পরিণতি,
তাঁর শক্তি লোকে দেখাইতে।
এই রূপ রতন ভক্তগণের গূঢ়ধন
প্রকট কৈল নিত্যলীলা হৈতে॥ ১০৩॥

### শব্দার্থ

যোগমায়া—শ্রীকৃষ্ণগী লীলা-তেঙবাঙবী ওইথোক্তবা-ওইহনবী শক্তি; চিচ্ছক্তি—অন্তরঙ্গা স্বরূপ-শক্তি হায়বদি পরা শক্তি; বিশুদ্ধসত্ব—বহিরঙ্গা মায়ানা খোংহনবা-ঙম্দবা সত্ব; পরিণতি—ওইরকপী; তাঁর—মহাক্কী (যোগমায়াগী); শক্তি—মঙম; লোকে—মীয়াম্দা; দেখাইতে—উৎননবা; এই রূপরতন—শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-রত্ন অসী; ভক্তগণের—ভক্তশিংগী; গূঢ়—অথুপ্পা; ধন—লন্; প্রকট কৈল—ফোঙদোকখি; নিত্যলীলা হৈতে—মতম পুম্নমক্কী ওইবা প্রকট লীলাদগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যোগমায়াদি শ্রীকৃষ্ণগী চিৎশক্তি পরাশক্তিনী অদুগা বহিরঙ্গা মায়ানা খোংহনবা সত্ব ওইবীনী। মহাক্কী (যোগমায়াগী) শক্তিদু মীওন্দা উৎকে হায়বগীদমক ভক্তশিংগী অথুপ্পা লন্ ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তম্-রত্নদু নিত্য-লীলাদগী ফোঙদোকখিবনী।

## মৈনরোল

ত্রিপদীসি "স্বযোগমায়াবলং দর্শয়তা"—হায়বা শরুকসিগী অর্থ তৌরিবনী।

যোগমায়া মাথন্না লাম্বা ফংদবা পরাশক্তিনী। শ্রীকৃষ্ণগী লীলা-তেংবাংবী, ওইথোক্তববু ওইহন্বী শক্তিনী। শক্তি-সিনা লীলারস য়োকখৎ-নবা হায়হুনা শ্রীকৃষ্ণবুসু শ্রীকৃষ্ণগী পরিকরশিংবুসু মুগ্ধ ওইহল্লী (পঙথহল্লী)। জীববু মুগ্ধ ওইহল্লিবা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিদুদুনা গুণমায়া কৌয়ি। গুণমায়াদি বহিরঙ্গানী ( মাপান্থোংগীনী ), প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডসী মহাক্কী থবক-তৌফম্নী। অদুগা যোগমায়ানা অন্তরঙ্গা ( মনুংগী ওইবা ) শক্তি-নী, মহাক্কী থবক-তৌফম্না ভগবদ্ধাম-নী —মফমদুদা বহিরঙ্গা গুণমায়া চংবা য়াদে। যোগ-মায়া চিচ্ছক্তি—যোগমায়ানা ওইরিবদি স্বরূপ য়েংলগা হায়রবদা শ্রীকৃষ্ণগী চিচ্ছক্তিনী হায়বদি স্বরূপশক্তিনী। মরমদুনা বৈষ্ণবতোষণীনা যোগমায়াবু পরাশক্তি কৌরিবনী। যোগমায়া পরাখ্যাচিন্ত্যশক্তি ; মসী বহিরঙ্গা গুণমায়া নত্তে হায়বদু তাক্লি। বিশুদ্ধ সত্ত্ব—চিৎশক্তিগী বৃত্তি ( নাওং ) অহুম্নী, মদুদি—হ্লাদিনী, সন্ধিনী অদুগা সম্বিৎ। বৃত্তি অহুমসিনা থরাইমরিবা চিৎশক্তিগী মথন্তনা ওইথংলক্লিবা লক্ষণ—চেন্বা বৃত্তিবিশেষ অদুনা ভগবানবু অমসুং মহাক্কী স্বরূপ-না হায়বদি স্বরূপশক্তিনা ওইথংলক্পা পরিকরনচিংববু শকউৎপা ওথ্বা—অদুগুম্বা বৃত্তিবিশেষতুবু বিশুদ্ধ সত্ত্ব কৌয়ি। বহিরঙ্গা মায়াগা শম্নদে হায়দুনা বিশুদ্ধ (থোইদোক্লা শেংবা হায়বদি মোত্তবা) হায়রি-বনী। বিশুদ্ধ সত্ত্বসী স্বরূপ শক্তিগী বৃত্তিবিশেষনী অদুগা স্বপ্রকাশ-নী (মথন্তনা ওইজরকপনী। বিশুদ্ধসত্ত্বপরিণতি—বিশুদ্ধসত্ত্বনা মহাক্কী পরিণতি (মপুং-ফাবা শক-ওন) হায়বদি বৃত্তিবিশেষ ওইরিবা অদুগুম্বা চিৎশক্তিদী যোগ-মায়ানী, যোগমায়াগী স্বরূপ হায়রিবনী। ভগবৎসন্দর্ভগী প্রমাণ লৌথংলগা হায়না উৎপ্রবনী—ভগবানবু অমসুং মহাক্কী স্বরূপশক্তিনচিংববু থোইদোকপা ওইনা ফোংদোকিবা বিশুদ্ধসত্ত্ব অদু স্বরূপশক্তিগী বৃত্তিবিশেষনী ( পরিণতিনী )

হায়বসে। হ্রাফম অসিবুনী "বিশুদ্ধসত্বপ-রিণতি" হায়রবা শব্দনা কোওদোক্রি-বদি। বিশেষন অসী পম্নুবগী মরমদি অসিনী মতুদি—ত্রিপদীসিগী মমৈদা হায়রি, শ্রীকৃষ্ণগী দি মছামক্কী রূপরত্নতু প্রকট তৌরি। কররিনা খুৎলাই ওই-রগা প্রকট তৌরি? মছামক্কী চিৎশক্তিগী বৃত্তিবিশেষ ওইবা বিশুদ্ধ সত্বতুনা খুৎলাই ওইরগা প্রকট তৌরি।

তাঁর শক্তি—যোগমায়াতুগী শক্তি। ত্রিপদী তংখায়সিগী অর্থদি অসিনী মতুদি—বিশুদ্ধসত্বনা মাগী পরিণতি ওইরবা অতুগুম্বা চিৎশক্তিগী মশক ওইবী যোগমায়াগী শক্তিতুবু মীশিংদা উহন্নবগীদমক্নী।

এই রূপরতন—শ্রীকৃষ্ণগী মান্নবা-লৈতবা অতুগা অহেনবসু লৈত্রবা মাধুর্য্যগী ওইবা অনসুং থম্মোই পুম্নমবপু চিংগ্রিবা শক্‌কম্-রত্ন। ভক্তগণের গূঢ়ধন—গূঢ়-গী অর্থদি য়াম্না থুপ্না থমগাই ওইবা হায়বনী। শ্রীকৃষ্ণগী শক্ অসী য়োনা মধুর-নী, থম্নাই পোথানগাইনী অতুগা লুনা তৌনগাই পোত্তানী হায়দুনা মমল য়াম্না য়াম্রবা রত্নগুম্না উওশিংনা যতন তৌনা থুপ্না ঙাক্‌শেন্দুনা থম্মোইগী লক্‌নুংদা থম্মী অতুগা পুক্নীঙগী মীংনা য়াম্না চেকশন্না মতম পুম্বদা সম্নীগুম্না শঙতুনা শেম্নে। প্রকট কৈল—শ্রীকৃষ্ণগী রূপরত্নসী শ্রীকৃষ্ণনা মছামক্কী বৃত্তিবিশেষ ওইবা বিশুদ্ধসত্বগী মতেঙনা জগত্তা প্রকট ওইহনবনী। কদায়দগী পুথোক্লিবনো? নিত্যলীলা হৈতে—শ্রীকৃষ্ণগী রূপ রত্নসী অনাদিকালদগী নিত্য-লীলাদা অতুম ঙান্দুনা লৈরিবনী, অতুবু ব্রহ্মাণ্ডগী মীশিংগী মীৎনদি উবা ফংদবনী। মতুবু হৌজিক মীয়ামগী মমীত্তা উহল্লে। মসিদা পল্লিবা নিত্যলীলাসিনা করম্বা লীলাবু খঙনহল্লি—প্রকট নত্রগা অপ্রকট লীলাবুরা? লীলা অসীমক নিত্যনী। পাউথুম—লীলা অসী-মক্‌পুনী হায়বা য়াই। কুনশুবা পরিচ্ছেদদা প্রকট-লীলাসু নিত্য ওই হায়বগী মরমদা হায়খিবা রাকমতুদগী থনবদি ত্রিপদীসিদা য়াওরিবা "নিত্যলীলা" শব্দনা 'নিত্য প্রকটলীলা' ওইহন্নীঙবা মাল্লী। অতোপ্পা ব্রহ্মাণ্ডদা প্রকট ওইরম্বা নিত্যলীলা, অতুগা ব্রহ্মাণ্ড অসিদদি প্রকট ওইরমদবা, অতুগুম্বা

প্রকট নিত্যলীলাদগী শ্রীকৃষ্ণনা মাগী রূপ-রত্নসিবু ( লেপ্পমক মাগী লীলা-বুস্থ ) ব্রহ্মাণ্ডসিদা প্রকট ওইহন্বনী—হায়বসিনী। "নিত্যলীলা হৈতে" হায়বা বাক্যশিদা তান্নিবদি—ব্রহ্মাণ্ডসিদা প্রকটিত ওইবা রূপরত্নদো নিত্যনী অনাদি-নী হায়বসিনী।

হংবা য়াই—রূপসী প্রকট তৌনবগীদমক যোগমায়াগী শক্তিসী মতৌ করম্না উৎলিবগে? পাউথুম—২/২০/১৫০ মূল-দা "অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্ব"-শব্দগী টীকাদা হায়রে—পরব্রহ্মদি মহাক্কী চিচ্ছক্তিগী থবক্না সবিশেষ ওইবনি হংখনী; মরমদুনা সবিশেষ স্বরূপ মহাক্কী অসমোর্দ্ধ ( মান্নবা-লৈতবা অদুগা মথক্তসু লৈত্রবা ) সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্য-বৈদগ্ধগী দ্যোতক ওইবা নরাকার রূপ ( মীগী মওং-মানুবা-শক্ ), শক্তুগী মরীক অমনা ব্রহ্মাণ্ড পুম্ববু ৎমহন্বা ঙম্বা, ভক্তশিংগী য়েৌনা থুপ্পঙাই ওইবা লন্, পুন্নীং পুম্নমক্পু চিংশম্নঙাই- ওইবা, কৃষ্ণ মহামক্কী চিত্রবুসু খাক্তবমখৈ হুবা শ্রীকৃষ্ণগী ফজরবা রূপ অদুনা চিচ্ছক্তিরূপ যোগ-মায়ামক্কী শক্তিবু তাক্পনী। অদুগা, শ্রীকৃষ্ণদি লীলাময়-নী, রসিক মকোক্নী, অনাদিকালদগী হৌনা মহাক্কী লীলা-পরিকরশিংগা লোয়ননা লীলারস চুপ্পক্লিবনী; যোগমায়াগী শক্তিনা মহাক্না লীলাপরিকরনচিংবা ওইদুনা মহাবু প্রকট তৌরিবনী – মহামক্কী কায়ব্যূহ প্রকট তৌরিবনী; লীলা-পরিকরশিংসু যোগমায়াগী শক্তি উৎপনী; রূপ প্রকট তৌবগা লোয়ন-লোয়ননা মখোয়সু প্রকট ওইহন্বনী; প্রকটন অসিসু যোগমায়াগী শক্তিদু তাক্পনী। মহাক্কী রূপ প্রকট তৌবগা লোয়ন-লোয়ননা মহাক্কী মমা-মপা, ধাম, মুম-কৈ, ওয়াসপ্পচিংবসু প্রকট ওইরিবনী, মসী পুম্নমক্সু যোগমায়াগী শক্তি তাক্লবনী। লীলারস চুপ্পবগীদমক যোগমায়ানা শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যবু মাধুর্য্যগী মরুমদা, মহাক্কী সর্ব্বজ্ঞত্ত্ববু ( পুঙথঙ খঙববু ) মুগ্ধতাগী ( পঙথবগী ) মরুমদা লোৎতুনা থম্বনী। লীলানা প্রকট হেক ওইবগা যোগমায়াগী শক্তিসিবু মীয়ামদা উহন্দনী। অনুকসু চিচ্ছক্তিগী বৃত্তি থোইদোক্পদি প্রেম-নী (তুংশিবনী); ভগবান্দি নীঙথা তম্বনী ( স্বতন্ত্রনী ), অতৈ থোশাদ্রবসু প্রেমগী মথা পোক্লী

( প্রেমবশ-নী ) ; মসীসু প্রকট লীলাদা উংলী ; ভক্তবশ্যতা ( ভক্তশিংগী মথা পোন্‌বা ) হায়বা গুণ্না মহাক বিভু ওইবা পোৎ ওইনা মাবু পুন্‌পে হায়বদা য়াবিবনী । মসিসু যোগমায়াগী শক্তিনী । রাসমচিংবা লীলাদসু য়োগমায়াগী অচিন্ত্য শক্তি উংলিবনী ।

মূল ১০৪

রূপ দেখি আপনার    কৃষ্ণের হয় চমৎকার
আস্বাদিতে মনে উঠে কাম ।
'স্বসৌভাগ্য' যার নাম,    সৌন্দর্য্যাদি গুণগ্রাম,
এই রূপ তার নিত্যধাম ॥ ১০৪ ॥

## শব্দার্থ

রূপ—( কৃষ্ণমছাগী ) শক্ ; দেখি—উরগা ; আপনার—মছামক্কী ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; হয়—ওই ; চমৎকার—ঙকপা ; আস্বাদিতে—মহাও তংননবা ; মনে—মপুক্কীডদা ; উঠে—পোকয়ি , কাম—অপাম্বা ; স্বসৌ-ভাগ্য—সৌন্দর্য্য মাধুর্য্য পূম্নক ; যার নাম—মাগী মিং ; সৌন্দর্য্যাদি—শক-ফজবনচিংবা ; গুণগ্রাম—গুণপূম্বা ; এইরূপ—শ্রীকৃষ্ণগী শক অসী ; তার—মহুগী ( মখোয়দুগী—গুণগ্রামদুগী ) ; নিত্যধাম—মতম পুম্বগী ওইবা তুঙফম্নী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমম্নাইগী শক্ অদু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা ঙকচৈ ; মদুবু আস্বাদন তৌজ-নীঙঙবা য়ি । সৌন্দর্য্য-নচি বা গুণ খিখিক—স্বসৌভাগ্য (লায়াই লাইবক ফবা) কৌবদা ( শ্রীকৃষ্ণগী ) রূপ অসিদা মতমপুম্বা তুঙফমনা লৈবনী ।

## নৈনবোল

রূপ দেখি আপনার—অসিনচিংবা ত্রিপদী তংখায়দা "স্বস্থ চ বিস্মা-পনং" হায়বা ( শ্লোকী ) শবক্কী অর্থ তৌবিবনী ।

**কৃষ্ণের হয় চমৎকার**—শ্রীকৃষ্ণনা মহামকী শক্ উবদা ঙকুচৈ। ঐগী শক্সে অমুক ফজবা ! মাধুর্য্য অমুক লৈবা !

**স্বসৌভাগ্য যার নাম**—সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যানচিংবা গুণশিংগী মিং স্বসৌভাগ্য কৌয়ি ; গুণ ময়ামসিগী থোরক্ফমদি শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-নী। মীওইববু লাইবক-ফবা ( ভাগ্যবান্ ) কৌবদা চঙগদবা সদ্গুণশিংদো অদুগী মূল-আধার ( তুঙফম্দি ) শ্রীকৃষ্ণনী ; জীবনা গুণ পুন্নমক্সিগী আভাস ( মমিদং ) ফংবদদা মহাবু সৌভাগ্যবান্নী ( লাইবক-ফবনী ) খনজে।

নত্রগা, মপুরোইবনা মাগী ভালোইবু কাহেন্না লুনা তৌববু মুপীগী সৌভাগ্যনী ( লাইবক-ফবনী ) হায়। অসিগুম্বা স্বসৌভাগ্যস্বরূপ ওইবা গুণ পুন্নমকী তুঙফম্ মকদি ( মূল আশ্রয়দি ) শ্রীকৃষ্ণনী।

## মূল ১০৫

ভূষণের ভূষণ অঙ্গ তাহে ললিত ত্রিভঙ্গ,
তার উপর ভ্রূধনু-নর্ত্তন।
তেরছ নেত্রান্ত বাণ তার দৃঢ় সন্ধান,
বিন্ধে রাধাগোপী গণের মন ॥ ১০৫ ॥

## শব্দার্থ

ভূষণের—লৈতেংগী ; ভূষণ—লৈতেংনী ; অঙ্গ শ্রীকৃষ্ণগী হক্চাঙ নত্রগা হক্চাঙ-কায়াং ; তাহে—মহুদা মহুগী মথক্তা ; ললিত—ফজবা ; ত্রিভঙ্গ—শাথেক্ অহুম ; তারউপর—মহুগী মথক্তা ; ভ্রূধনু—পীঙম্ লেন্না ; নর্ত্তন—জগোই শাবা ; তেরছ—খোইরপ্-তৌবা ; নেত্রান্ত—মীৎচিগী ; বাণ—তেৎলে ; তার—মহুগী ; দৃঢ় সন্ধান—অচৎপা খুৎতম্ ; বিন্ধে—থিল্লী ; রাধা-গোপীগণের—শ্রীরাধা অমসুং গোপীশিংগী ; মন—পুক্নীংদা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদি লৈতেংগী লৈতেংনী ; অদুগী মথক্তা ফজবা শাথেক্

অহুম্নী ; মতুগী মথক্তা পীশুম্ তেন্‌গী জগোইনী। পৈরপ্পা মীংচি তেন্না চেংনা তোরক্‌পা সন্ধান তন্নক্‌পদা রাধাগী অমসুং গোপীশিংগী পুক্নীংদা পাল্লী।

**ভুবণের ভূষণ অঙ্গ**—হক্‌চাংগী ফজবতু হেন্‌গৎনবা হায়তুনা মীওই-বনা লীক্নচিংবা লৈতেং শিনৈ। অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা শিবা কেয়ূর-কুণ্ডল-নপুর-শিংনা মহাক্কী দেহগী ফজবতু হেন্‌গৎত্রে, অতুগী মতুংতা দেহগী ফজবতুনা লৈতেংগী ফজবতুম্ হেন্‌গৎহল্লী—অমুক ফজে শ্রীকৃষ্ণগী শক্কী ফজবদো। মহাক্কী অঙ্গনা লৈতেংগী লৈতেংগুম্মী।

**ললিত ত্রিভঙ্গ**—হক্‌চাং কায়াৎ লোইনমক্‌পু পুন্‌শল্লগা হক্‌চাং পাং-থংলক্‌পগী মপাংথং, তনৌ তনৌনা অমসুং পীশম্নগী জগোই শাবদৌনা লেংবা খুংলেং-গী পুক্নীং-হূবা মতু অমা থোরক্‌য়ি, মতুবু ললিত ( ফজবা ) কৌয়ি। ত্রিভঙ্গ—লেপ্নগী মতৌ অমনী। খ্বাং, ওক্ অমসুং থোং অঙ্গ অহুম-দিবু থক্তিত্তং পৈরপ তোরগা লেংবদি শাথেক্ অহূম থেক্না লেপ্না কৌয়ি। শ্রীকৃষ্ণনা ত্রিভঙ্গ ( শাথেক্ অহূম ) ওইনা লেপ্লদ। ফজবতুদি করি হায়নী, মাগী পুক্নীংহূবা রূপ অতু অমুক হেন্না পুক্নীংহূবা ওই।

**ভ্রূধনুর্নর্ত্তন**—পীশুম অনীতু হপ্পা ফংনা লেংওী। ধনু (তেন্) শব্দসী মফমসিদা কামদেবগী তেন্‌গী অর্থদা শীজন্নরিবনী। শ্রীকৃষ্ণগী ফজরবা পীশুমতু কামদেবগী তেন্‌গা চা দম্নরিবনী। শ্রীকৃষ্ণগী মীৎচিনা য়েংবা মীংয়েংতু পীশুম্-তেন্দা পান্‌বা তেন্‌জেগুম্মী হায়রিবনী। তেন্ কাপ্পা মীনা তেন্দা তেন্‌জে পাল্লগা মতাগী শিকার তম্না কাপ্লম্‌দাইদা তেন্‌জেগী মখোক্তু কম্না চিংবদা তেন্দুনা থজিক থজিক নীক্‌পদো তেন্‌গী জগোই ঐবা য়াই। শ্রীকৃষ্ণসু গোপীশিংগী চিত্তবু শিকার ওইনা লক্ষ্য ওইহল্লগা, মহাক্কী মীৎচিতেন্‌বু পীশুম্ তেন্দা পান্‌শিল্লগা তেন্‌না নীকৃহল্লম্মী। নর্ত্তন শব্দগী ধ্বনি (থোন্তাংদি) অসিনী—থরাই সুংডাইত্রবদি কনাসু জগোই শাদে ; পান্দম ওইবা পোংপু শোয়দনমক পান্‌গনী হায়বতু কম্না থাজবদগী পোক্‌পা সুংডাইবতুনা তেন্না জগোই শাবনী।

শ্রীকৃষ্ণগী ফজবা শক্তমগী কজবা শাথেক্তা অতপা ফজবা শীশূম্গী শৃক্তোক্তা থোরক্পা মাধুর্য্যদু উকয়গা শ্রীরাধিকানচিংবী কৃষ্ণদা থরাই শূপ্ থ্রবী গোপীশিংনা চাম্নরক হোৎন-হোৎননা মখোয়গী পুক্নীংবু থাম্বা ওয়্র-মৃদে; পুক্নীংদু ঙাওখিদুনা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ সমুদ্রদা (শক্তী ইপাক্তা) চোংথদুনম্ম দুম্ন্দ্রী। মসিদু যোগমায়াগী শক্তি ভাক্পা মতাক্ অমনী।

## মূল ১০৬

কোটি-ব্রহ্মাণ্ড পরব্যোম, তাহাঁ যে স্বরূপগণ,
তা-সভার বলে হরে মন।
পতিব্রতা-শিরোমণি, যারে কহে বেদবাণী,
আকর্ষয়ে সেই লক্ষ্মীগণ॥ ১০৬॥

## শব্দার্থ

কোটি-ব্রহ্মাণ্ড—ব্রহ্মাণ্ড কোটিদা; পরব্যোম—বৈকুণ্ঠ-আকাশ; তাহাঁ—মফমদুদা (লৈবা); যে স্বরূপগণ— ভগবৎ স্বরূপশিংদো, তা সভার—মখোয় পুম্নমক্কী; বলে—মপাঙ্গল্না; হরে হুয়; মন—পুক্নীং; পতিব্রতা শিরোমণি—মপুরোইবা নীংবী মকোক; যারে—মহাক্পু; কহে—কৌয়ি; বেদবাণী—বেদগী ৱাহৈ; আকর্ষয়ে—চিংঙী, সেই লক্ষ্মীগণ—লক্ষ্মীশিংদুবু।

### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিদা অমস্তুং পরব্যোমদা লৈরিবা ভগবৎ-স্বরূপশিং পুম্নমক্কী মপুক্নীংবু নমদুনা হুয় ( শ্রীকৃষ্ণগী রূপ মাধুর্য্যনা )। বৈকুণ্ঠগী লক্ষ্মীশিং—বেদনা মখোয়বু মপুরোইবা নীংবীশক্তা মকোক ওইরিবী মখোয়শিংবু আকর্ষণ তৌয়ি ( শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-মাধুর্য্যনা )।

## মৈনরোল

তাহাঁ—প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডশিংদুদা অমস্তুং পরব্যোমদা;

স্বরূপগণ—ভগবৎ-স্বরূপশিং; ব্রহ্মাণ্ডদা মৎস্য-কূর্মনচিংবা অবতার ময়াম অমস্তুং পরব্যোমদা নারায়ণচিংবা।

**বলে হরে মন**—নারায়ণচিংবা ভগবৎ-স্বরূপশিংনা মপূক্কীড থান্নবা হোৎন-হোংননা মখোয়গী মন-বু শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-মাধুর্য্যনা নম্থেক্তুনা আকর্ষণ তৌয়ি।

**পতিব্রতা-শিরোমণি**—মপুরোইবনা ব্রত ওইনা লৌরিবী মুপীবু পতিব্রতা কৌয়ি। ব্রত হায়বসী মতম পূম্বনক্তা অমদি কীভম পূম্বমক্তা শোয়দনমক ভাক্কবা য়াদে ; মতৌ অতুগুম্না মপূক্কীঙ চপ্ যুংনা মপুরোইবগী সেবাসু তৌফম থোক্য়ি, মীংকুপ অমকাওবা পতিসেবাসী তোক্কবী, করি-গুম্বা লাইগী নোংদম্দগী সেবাব্রত তোক্পগী য়াথল ফাওবা ব্রত কায়বগী পাপ অতুগা মান্নে হায়দুনা মপূক্কীংবু বৃশ্চিক-চামনা চীক্পগুম্ য়াবী, অদু-গুম্বী মহাক্তো পতিব্রতানী, অসিগুম্বী পতিব্রতাশিংগী শিরোমণি ( কোকী-মণি ) ওইবী অসিগুম্বী পতিব্রতাশিংনসু ফিদম্ভাই অমসুং চাওথোক্চনভাই ওইবা পোংনী হায়না লৌনরিবী মগাক্তো পতিব্রতা শিরোমণি নী। বৈকুণ্ঠগী লক্ষ্মীশিংদি লোইনমক মতৌ অসিগুম্বী পতিব্রতা-শিরোমণি ভান্নী—মখোয়দি মবুংভো নারায়ণগী থবাক-ভাব্বী ভাক্কনী, অদুগা মতম পূম্বদা মবুংভোগী চরণসেবাদ তৌদনা লৈবী ভান্নী ; চরণ-সেবাদু নত্তনা অতোপ্পা থবক্- অমতনা মখোয়গী পূক্কীঙ চিংশন্বা ভম্দে ; হায়রিবা য়াসী ধ্রুব-সত্তানী, মরমদি—য়াফমগী বেদনা হায়বা য়ানী। অদুবু, অসিগুম্বী লক্ষ্মীশিং ফাওবা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অদুনা শুম্হৎখিবনা মহাকী মাধুর্য্য চূপ্কে হায়বনী-দমক লাওতক্লখি—অসুন্না তৌয়িদো শ্রীকৃষ্ণগী মাধূর্য্য হায়বদুদি। মসিসু যোগমায়াগী শক্তি তাক্পা থবক অমনী।

**বেদবাণী**—বেদনা হায়বা য়া। বেদনা হায়বা মরম্না মাগী য়াসী লান্বা-লৈতবনী অদুগা মওং-মতম পূম্বদা থাজনভাই ওইবনী।

**মুল ১০৭**

চড়ি গোপীমনোরথে, মন্মথের মন মথে,
নাম ধরে মদনমোহন।
জিনি পঞ্চশরদর্প স্বয়ং নব কন্দর্প
রাস করে লঞা গোপীগণ ॥ ১০৭ ॥

## শব্দার্থ

চটি—(শ্রীকৃষ্ণনা) তোংদুনা ; গোপী মনোরথে—গোপীশিংগী মন কৌবা রথদা ; মন্মথের—(পুক্সীওবু নৈহৎপা) কামদেবগী ; মন—মপুক্সীওবু ; মথে—নৈহৎলী ; নাম ধরে—মিং লৌয়ি ; মদন-মোহন—মদনশুম্বা ; জিনি—জয় তৌদুনা ; পঞ্চশর—তেনজৈ মঙাগী মপু হায়বদি কামদেব ; দর্প—নাপল ; ( পঞ্চশরদর্প—কামদেবগী নাপল ) ; স্বয়ং—( শ্রীকৃষ্ণ ) মছামক্তা ; নব—অনৌবা ; কন্দর্প—কামদেব ; রাস করে—রাস শান্নে ; লঞা—লোয়ননা ; গোপীগণ—গোপীশিংগা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী পুক্সীও-ডোলাইদা তোংলগা কামদেবগী মপুক্সীওবু নৈহৎলী "অদুগা 'মদনমোহন' ( কামদেববু শুম্হৎ-উম্বা ) হায়বা মিংথোল লৌয়ি । শ্রীকৃষ্ণনা তেজৈ-মঙা পায়বা মাগী (কামদেবগী) নাপল মুকৎথেক্লগা গোপীশিংগা লোয়ননা রাস শান্নে ।

### নৈনরোল

গোপীশিংগী মরম্নাইগী ওইজবা থিদবা অমদি মক্তবা প্রেমগী মথা পোন্দুনা মথোয়গা লোয়ননা রাস শান্নবদা কন্দর্পগী মন-বু নৈহৎলী হায়দুনা মাগী মিং মদনমোহন—কৌয়ি ।

**চটি গোপী মনোরথে**—গোপীশিংগী পুক্সীও কৌবা রথদা তোংদুনা । রথনা চৎপা মায়কৈরোংদা রথ-তোংবা মীস্তু চৎপা ভাবনী ; রথংনা চৎপা মায়কৈদগী ওন্না-তেনব, মায়কৈদা চৎপা উমদে, মতাংউসিদা মহাক রথগী মথা পোন্দুনা লৈবা ভাবনী । শ্রীকৃষ্ণ গোপীশিংগী মনোরথদা তোংখৎখরে, গোপীশিংগী মন অদুনা চৎপা মায়কৈদা মহাক চৎপা তারে । নীওখা-তম্বা ভগবান ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা মতৌ অমুম্বা গোপীশিংগী মথা পোন্দদা য়ারিরুবগী করিগীনো ? গোপীশিংগী মক্তবা অমদি ওইজথিদবা প্রেমগী ময়াইনা মহাক্তা মথোয়গী মথা পোনবদা য়ারবনী । রথদি মরম্নাই মনীও তৌনা চৎপা উম্দে, সারথিনা রথবু থোদুনা চৎলী । রথ-তোংবা মীদুনা চৎকদবা মফমদা

চৎপা য়াননবা মওংদা সারথিনা রথতু থৌয়ি। মফমসিদা হায়রিবদি গোপী-শিংনা মখোয়গী মন কৌবা রথগী সারথিনী, অতুগা রাসলীলারসনা রথ-তোংবা শ্রীকৃষ্ণগী অপাঙ্গা পোৎনী হায়বদি থুংফম্মী। রথ-তোংবা মীনা থুংলুগদৌবা মফমতুতা মহায়, সারথিনা অয়াম্বা মতমদা হুংভাইগদৌবা লম্বী মতা য়েংলগা রথ পুতুনা চৎলী। সারথিগী মশক-ওইবী গোপীশিংসু রস-লীলাগী অনুকূল ওইগদবা অমসুং লীলারসবু য়োক্খৎনবা থৌরম মখল-মথেল লৌথৎলগা শ্রীকৃষ্ণগী বাসনা (অপাঙ্গতু) থুংহল্লি। রাসবিহারী শ্রীকৃষ্ণ রসগী ঈচেন্দা চোংথরগা গোপীশিংগী প্রেমগী ঈথক্তা তাউথতুনা চৎপগী মতানী, চৎল চৎলগা রাসেশ্বরী শ্রীমতী রাধিকাগী প্রেমসমুদ্রদা চেন্সন্দুনা লুপ্লম্মী।

রাধাপ্রেম অমসুং কৃষ্ণমাধুর্য্য হায়বা অওক্পা পোত্তা অনীসিগী স্বভাব-সু অওক্পনী। মাধুর্য্যগী সমুদ্র উবদা প্রেমসী সমুদ্র ঈথক কারক্য়ি, অতুগা প্রেম-সমুদ্র উবদসু মাধুর্য্য-সমুদ্র ঈহৌরক্য়ি। শ্রীরাধাগী প্রেম উরগা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য হেঙ্গৎলক্য়ি, শ্রীকৃষ্ণগী হেঙ্গৎলক্লিবা মাধুর্য্য উরগা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম অমুক্সু হেঙ্গৎলক্য়ি, মতু উরগা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যতু অমুক্সু হেঙ্গৎলক্য়ি। মতৌ অসুম্না হেঙ্গৎলক্পতুনা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যতুনা কয়ামুক হেঙ্গৎলক্কে হায়ববু, মতু উবদা মদন ফাওবা শুম্হৎলী। মতৌ অসুম্না মদনবু শুম্হৎলী হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণগী "মদনমোহন" হায়বা মিং ওইখি; মদনমোহন-রূপসে কৃষ্ণগা ভানু-মমোয়্লোইগা লৈমিন্নবা মতমদা ওইবা শ্যামসুন্দরগী রূপ-নী; বৃষভানুগী মমোয়্লোইগী মনাক নত্রগদি, মদনবু শুম্হৎপগী রাদি থম্থরতুনা জগৎপু শুম্হৎপা মদনমোহন মছামক্পু মদন-না শুম্হৎলী ॥ "রাধাসঙ্গে যদা ভাতি তদা মদনমোহনঃ। অন্যথা বিশ্বমোহোঽপি স্বয়ং মদনমোহিতঃ॥" গোবিন্দলীলামৃত /৮/৩১॥" প্রেমময়ী শ্রীরাধাগী প্রেম-থাজ নত্তনা, শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যসমুদ্রবু কনানা মতৌসুম্না মদন-বু শুম্হৎওম্নবা ঈহৌহন্বা ঙম্গদগে ?

ত্রিপ্রদী তংখাইসিগী মর্ম্মদি অসিনী মতুদি—গোপীশিংনা কাত্যায়নী-ব্রত তৌতুনা পুংননবা তৌখিবা অনীওবতু থুংননবসীদমক (মরমতুনা মখোয়গী

অনীংবহুনা হোইখিহুনা, নত্রগা মখোয়গী পূক্লীণ্ড কৌবা রথদা তোংহুনা শ্রীকৃষ্ণনা রাস শান্নখিবনী ; রাস-শান্নবসিদা শ্রীরাধানচিংবী গোপীশিংগা সঙ্গ তৌবদগী অসমোর্দ্ধমাধুর্য্যগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যহুনা বয়াথুক য়াম্না হেঙ্গৎলক্পগে হায়ববু হেঙ্গৎলক্পহুনা মদনমক্পু শুম্হৎখি। "যাতাবলা ব্রজং সিদ্ধা ময়েমা রংস্থথ ক্ষপাঃ। যত্নদ্দিশ্য ব্রতমিদং চেরুরার্য্যার্চ্চনং সতীঃ॥ শ্রীভাগবতম্, ১০/২২/২৭।"

মফমসিদা পল্লিবা মদন অসী প্রাকৃত নত্তবা মদন অহুনী—প্রদ্যুম্ন-নী ; বৃন্দাবন-দা প্রাকৃত মদন-দি চংবা য়াদে। মন্মথ—মন-বু নৈবা হায়বদি শুম্হৎপা মহাক অদো মদন, কামদেব হায়বহুনী। পঞ্চশর—কামদেব। সম্মোহন ( শুম্বা ), মাদন ( ঙাওহনবা ), শোষন ( চৃপ্পগা কংহনবা ) তাপন ( মৈচাক চাক্হনবা ) অমসুং স্তম্ভন ( পঙথহনবা ) হায়বা ইন্দ্রিয়ার্থবু কাম-দেবগী শর ( তেনজৈ ) মঙা কৌয়ি।

**নবকন্দর্প**—মদনমোহন মচানক নবকন্দর্প (অনৌবা কামদেবনি) মশক্তা গোপীশিংগা লোয়ননা রাস শান্নখি। মদনমোহন-দো বৃন্দাবন-দদি প্রাকৃত-নত্তবা অনৌবা মদন-নী। মহাকসিমক্তা গোপীশিংগা লোয়ননা রাস শান্নে। মসিনা তাক্লিবদি অসিনী, রাসলীলাদা প্রাকৃত কামক্রিয়াগী মনম ফাওবা লৈতে। প্রাকৃত কাম অহুনা গোপীশিংগী চিত্তবু শোক্পফাওবা ঙম্দে। রাসক্রীড়াদা মদনবু শুম্হৎলিবনী ; শ্রীকৃষ্ণগী রাসলীলাদা কামবিজয়হুমক খ্বায়দা লাওথোক্লিবনী, "রাসক্রীড়াবিড়ম্বনং কামবিজয়খ্যাপনায়েত্যেব তত্ত্বম্। শ্রীধর স্বামী।"

মূল ১০৮

নিজ সম সখাসঙ্গে, গোগণ চারণ-রঙ্গে,
বৃন্দাবনে স্বচ্ছন্দ বিহার।
যাঁর বেণুধ্বনি শুনি, স্থাবর জঙ্গম প্রাণী,
পুলক কম্প অশ্রু বহে ধার। ১০৮॥

### শব্দার্থ

নিজ সম—মহাক্কা মান্নবা ( ফিজেৎ-লৈতেংনচিংবদা ) ; সখা-সঙ্গে—সখাশিংগা লোয়ননা ; গোগণ—শনশিং ; চারণ—শেন্‌বা ; রঙ্গে—হরাওনা ; বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-দা ; স্বচ্ছন্দ-বিহার—নীংথা তম্না কোয়বা নত্রগা শান্নবা ; যাঁর—মহাক্কী ; বেণুধ্বনি—বাঁশীখোন্ ; শুনি—নাকোংনা তারগা ; স্থাবর-জঙ্গম—অচং-চংতা ; প্রাণী—জীবনা ; পুলক—হরাও-তুজুং ; কম্প—নীক্‌পা ; অশ্রু—পিরাং ; বহে—চেল্লী ; ধার—ঈচেল ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমান্নবা সখাশিংগা লোয়ননা শন্লুপ হরাওনা শেন্নী অহুগা বৃন্দাবনগী মনুংদা মনীং-মখা তম্না কোয়হুনা শান্নে ( শ্রীকৃষ্ণনা )। মহাক্কী বাঁশী-খোন্‌জেন্ কনাগুম্বনা মনাকোংনা তারগা অচং-চংতা জীব পুম্নমক মহাদা হরাও-তুজুংঙী, মহা নীক্‌য়ি, অহুগা পিরাং শিন্থে ।

## নৈনহোল

**নিজসম সখাসঙ্গে**—ফিজেত্তা, লৈতেংদা, চহী মতাংদা অমস্তুং ব্যবহার ( শাজৎ )-নচিংবদা মান্নবা সখাশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা নীংতম্না বিহার তৌয়ি ।

**স্থাবর**—চংতবা, লেংদবা । উপাম্বী, উরী, চীং-তুরেন্নচিংবসি স্থাবর জীবনী ।

**জঙ্গম**—শা, উচেক, দেব, মীওইবনচিংবা অচংপা ( জঙ্গম ) জীবনী ।

### মূল ১০৯

মুক্তাহার বকপাঁতি,  ইন্দ্রধনু পিঞ্ছ ততি,
পীতাম্বর বিজুরীসঞ্চার ।
কৃষ্ণ নবজলধর,  জগৎ-শস্য-উপর,
বরিষয়ে লীলামৃতধার ॥ ১০৯ ॥

## শব্দার্থ

মুক্তাহার—মুক্তাগী লীক্লাঙ ; বকপাঁতি—উরোক পরেং ; ইন্দ্রধনু—চুমথাঙ ; পিঞ্ছ—য়াহোঙ-মতু ; তড়িৎ—পরেং ; পীতাম্বর—সনাফীগে থোন্‌বা ; বিজুরীসঞ্চার—নোংথাঙ-কুপ্পা ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ ; নবজলধর—নোংঙৌ ; জগৎ-শস্য-উপর—জগৎ কৌবা মহে-মরোংগী মথক্তা ; বরিষয়ে—নোংঙুম চুথরক্‌য়ি, হৈথরক্‌য়ি ; লীলামৃতধার—অমৃতগী মশক ওইবা লীলাগী ইচেল্‌ ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদি মুক্তাগী লীক্লাঙ পরেং থোল্লী, মুক্তা পরেংদু য়েংবদা উরোক-পরেং পাইবমুক ফজে । চুমথাঙ খন্‌বা মান্না য়াহোং চূড়া পরেংনা ফজরিবা ; থাঙচেংনা সনাফীগেন্নী, সনাফীগেনা নোংথাঙ কুপ্পগা লংত্রিক-লংনা ফজে । শ্রীকৃষ্ণগী কুচুনা নোংঙৌগুম্না মেডত্‌য়না শংবান্নে । জগৎ-কৌবা মহে-মরোংগী মথক্তা নোং খিক্‌থবগুম্‌ লীলামৃতগী ইচেল্না খিক্‌থরম্মী ।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগী কুচুদি নোংঙৌগুম্‌ শংবান্নে অমসুং ইডভী ; মরমদুনা নোং-ঙৌগা মহাক্কা চাংদম্নরিবনী । শ্রীকৃষ্ণনা নোংঙৌ ওইরে ; নোংঙৌনা ঈশীঙ চুথবক্‌পগুম শ্রীকৃষ্ণসু লীলাগী মশক-ওইবা অমৃত খিক্‌খে । নোংঙৌগী চুথরক্‌পা লাইডনা মহৈমরো হিঙ্গংতুনা হোম হোম চাউখৎলকপগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী লীলামৃতধার ফংলগসু জগৎকী জীবশিংগী শ্রদ্ধাভক্তি প্রীতি (থাজ-রগা নীঙবা অমসুং নুংশিবা) তিংজী অমসুং হোম হোম হেক্ষংলক্‌য়ি । নোং-মংখ্রা মতমদা মচু-অঙৌবা উরোকশিংনা পাইবদা ফজবগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী থবাক্তা য়ান্থরিবা মুক্তা অঙৌবগী লীক্‌পরেংদু পুক্কীড হূনডাইনী । নোংঙৌনা হৌরক-পদা অতিয়াদা চুমথাঙ খল্লী ; শ্রীকৃষ্ণনা নোংঙৌ ওইরগা মহাক্কী মচু মচুনা লৈতেংলবা মহাক্কী চূড়াদুদা লৈরিবা য়াহোং মতুনা চুমথাঙ খনবগুম্না ফজে । নোংঙৌলক্তা নোংথাঙনা ফজবগুম্না কৃষ্ণ—নোংঙৌদসু মহাক্কী সনাফীগেগী মশক-ওইবা নোংথাঙনা ফজে ।

নবজলধর—নোংহৌ, অনৌবা নোংমঙ। শ্রীকৃষ্ণগী মশক-ওইবা নোংহৌদা অচম্বা নোংমংদগী হেন্না ফজবা থোইদোক্পা মতৌ অমা লৈ; মতু়দি অসিনী—নোংমংমা ঈশীঙ ওইনা চুই; কৃষ্ণনা লীলাগী মশক ওইবা অমৃত খিক্থৈ। খেন্নবা হায়ববু অসিনী—মতম শাংনা নোংলক্তা লৈতনা চোংলগদি অনাবা পোক্য়ি, অতুগা লীলামৃত চুথরক্পদু অদুকী মগীক ভোগ তৌরিবমখৈ জীবগী হক্চাঙগী ওইবা অমসুং পুক্নীঙগী অনাবা—করিমুক হায়গনী, সংসার মৈচাক কাওবা কোক্হল্লী। নোংগী ঈশীঙনা শিন্নবা মহৈ-মরোং হিঙ্গংপা ঙমদে, অমৃতধারাদি জীবগী শিরুম নাকুন্নবা স্বরূপ অমসুং ভক্তিগা প্রীতিগবু হিঙ্গংহল্লী। নোং কা হেন্না চুরবদি মহৈ মরোং মাঙচী, লীলামৃতধারা খিক্লবদি জীবগী স্বরূপ, ভক্তি অমসুং প্রীতি (মুংশিবা) অতু অমুক হেন্না চাওখৎলী। অচম্বা নোংলক্তা খণ্বা চুম্থাঙদি ঙাইহক্তমক লৈ, কৃষ্ণরূপমেঘদদি য়াম্নোং মমৈনা ওইবা চুম্থাঙতু মতম পূম্বা ফজে। নোংদা নোংথাঙ লেঙদবমখৈ লৈতে, কৃষ্ণরূপ মেঘদদি সনাফিগেনা ওইবা লেঙদবমখৈ লৈবা নোংথাঙনা মতম পূম্বা ফজে।

জগৎশস্য—জগৎ জীবগী মশক ওইবা মহৈমরোং।

## মূল ১১০

মাধুর্য্য ভগবত্তা-সার ব্রজে কৈল পরচার,
তাহা শুক—ব্যাসের নন্দন।
স্থানে স্থানে ভাগবতে, বর্ণিয়াছে জানাইতে
যাহা শুনি মাতে ভক্তগণ ॥ ১১০ ॥

## শব্দার্থ

মাধুর্য্য ভগবত্তা সার—ভগবান্ ওইবগী মচি মাধুর্য্য; ব্রজে—ব্রজদা; কৈল—তৌখি; পরচার—শন্দোবপা; তাহা মতু; শুক—শুকমুনি; ব্যাসের নন্দন—ব্যাসগী মচানুপা; স্থানে স্থানে—মফম মফমদা; ভাগবতে—শ্রীমদ্ভাগবতমদা; বর্ণিয়াছে—বর্ণন তৌরম্মে; জানাইতে—খঙহন্নবা হায়দুনা; যাহা—মতু; শুনি—মাকোঙনা তারগা; মাতে—ময়াই কায়; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা।

মেতেলোন্দা হল্লোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা ভগবান্ ওইবগী মচি ওইরিবা মাধুর্য্য হায়বদো ব্রজদা প্রচার তৌখি। মতুবু খণ্ডহন্‌গে হায়রদুনা শ্রীলব্যাসদেবগী মচাবুংতো শুক গোস্বামীনা শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী মফম মফমদা বর্ণন তৌখি; মতু মনাকোংনা তারগা ভক্তশিং ময়াই কাজরিবনী।

## মৈনরোল

**মাধুর্য্য**—মাধুর্য্য মখল মরিনী; ঐশ্বর্য্য মাধুর্য্য, লীলামাধুর্য্য, বেণু-মাধুর্য্য অমসুং রূপমাধুর্য্য নত্রগা বিগ্রহমাধুর্য্য। মাধুর্য্য মখল মরিসী ব্রজদা ভাস্থোইরিবনী।

**ঐশ্বর্য্যমাধুর্য্য**—ব্রহ্মা ইন্দ্রনচিংবা নাপল-চাউবা দেবতাশিংগী নাপল-বু উংকুম তোইহল্লিবা—(শ্রীকৃষ্ণগী) প্রভাব অদুবু ঐশ্বর্য্য কৌরি। "ব্রহ্মাদ্য-ভিমানিপরিভাবকঃ প্রভাবোহি ঐশ্বর্য্যম্—বলদেববিদ্যাভূষণ"। অদুগা থৌওম পূম্নমক্তা তৌথোরক্পা থবক-পূম্নমকী চঙখোন্‌বা হায়বদি পুক্নী চুনঙাই ওইবা অদুবু মাধুর্য্য কৌরি; মাধুর্য্যং নাম চেষ্টানাং সর্ব্বাবস্থাসু চারুতা—উজ্জ্বল-নীলমণি অনুভাবপ্রকরণ ৬৪॥" ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য ফোংখিবা লীলা পূম্নকুদসু মহাকী থবক, ভঙ্গী অমসুং রূপ-না পুক্নীও চুনঙাই ওইবদি খজিক ফাওবা মাওবা লৈতে। মহাক্না মহাকী ঐশ্বর্য্য শক্তি শীজন্নদুনা পূতনাগী থৱাই মাঙহন্‌বনী; অদুবু খুৎলাই অমতা শীজন্নখিদে; থাদকী অভাংনা মমাগী তম্পাক্তা ফল্লগা খোল্লাং অমৃত থকপগুম্না শ্রীকৃষ্ণসু পূতনাগী মতম্বাক্তা ফম্লগা খোল্লাং-অমৃত ফাল্লম্মী; মতমদুদা মহাকী চীন্‌গী মতৌমরাংনসু (ভঙ্গীনসু) খঙবা ঙম্দে —মহাক্না পূতনাগী থৱাইবু চিংথোরবা হায়দুনা মহাকী খোম অনীদুদা মহাকী শক্তি পূম্নমক শীজন্নখিবদো (মসী থবকমতৌগী চঙখোন্‌বা হায়বদি মাধুর্য্য-নী); মতমদুদসু মহাকী মায়থোংদু মন-প্রাণ অনীবু ওমহৎওম্বা চাংদমনঙাই-লৈতবা ফজবদুনা অমসুং পায়নঙাই ওইবা মংপ্রোদুনা অদুম লৈতেংলম্মী। ঐশ্বর্য্য উংপা মতমদসু শ্রীকৃষ্ণনা তৌথো-রক্পগী অমসুং শক্তম্‌গী (রূপগী) মাপা-লৈতবা মচঙখোন্ অদো—ঐশ্বর্য্যগী

মাধুর্য্য হায়বহুগী খুদম্নী। ঐশ্বর্য্য উৎপা মতমদসু শ্রীকৃষ্ণনা তৌথোরক্পগী অমসুং শক্তমগী ( রূপগী ) মাপা—লৈতবা মচঙখোন্ অদো—ঐশ্বর্য্যগী মাধুর্য্য হায়বতুগী খুদম্নী। পূতনাগী পুন্সী লীলা লোইরে, মহাক্কী স্বরূপ-প্রকাশ ওইরে; চাওশাংলবা অমসুং অকিবগী মশক-ওইবা মূর্ত্তি লৌদুনা পূতনা লৈমাই-থক্তা তিংলল্লে; অদুবু মতু উরগা অঙাঙ-পিণক কৃষ্ণগী অকিবা লৈরম্দে; অঙাঙ-নহা ওইবগী হৌনবা রাশি, তয়াং-তশোয়বা, অকিবা-খঙদবা অদু হান্নগুম্না অদুম লৈরম্মী; মহাক করিমতা কিদবমখৈ পূতনাগী অপাক্পা থবাক—থক্তা শাদরম্মী, করিগুম্বা ভমতা থোক্থিদবা মতৌগুম্বা, যশোদামাতাগী মাঙ্গোন্দা শান্নবগুম্বা তৌখি। মতমসিদা শ্রীকৃষ্ণগী মতৌ-মরাচতু য়াম্না মধুর—নী; মহাক্কী মধুর ওইবা মতৌহুনে মশক্তুনে উবগা অমসুং খুদোংথীনা থোরমগদৌবদগী, লাইবক ফবনা মহাক হিংহৌবহু উরগা মনা-মপাগী অমসুং গুরুজন পুম্নমক্কী মধুর বাৎসল্য সমুদ্রদা ইহৌরম্মী। শ্রীকৃষ্ণগী মপাঙ্গন্না পূতনা হিংচাবী শিনবী হায়বা ভাব অসী কনানতগী মপুন্নীডদা পোকখিদে—মহাক্কী ঐশ্বর্য্যসী উরগা মহাকপু ময়াম্না হুংশিনহু বরিমতা হন্দোক্লমদে। হন্দোকপদি লায়রবুনা যশোদা মাতানা নরশিশু ( মী ওইবা অঙাঙগী মতৌদা ) গুম্না মাংোন্দা রক্ষাবন্ধন থাংহন্খি। ব্রজেন্দ্র-নন্দনগী ঐশ্বর্য্যাদি—ব্রজেন্দ্রনন্দন মচানক্পু, মহাক্কী অন্তরঙ্গ পরিকরশিংবু—লোইননকপু মাধুর্য্যনা লৈতেহল্লী অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী নরলীলাবু কান্তোক্তব-মথৌ ফোংচলম্মী। নারদনা হায়রম্মী —"হে কৃষ্ণ! নঙনা দ্বারকাগী মবুংদো ওইদুনা চক্র পায়বা ওইরগা চক্রদুনা মাডহন্বা ঙমদবা দৈত্যশিংবু অনৌবা বাল্যলীলাদা হাৎপীরে। হে হরে! মরূপশিংগা শান্নবা অমুক্থক্তং পীশুম শৃক্তোক্পদা আকাশদা লৈবা ব্রহ্মরুদ্রনশিংবা দেবশিংনা বিবদগী থক্—থক্ নীকয়ি—"যে দৈত্যাঃ দুঃশকা হন্তুং চক্রেণাপি রথাঙ্গিনা। তে ত্বয়া নিহতাঃ কৃষ্ণ! নব্যয়া বাল্যলীলয়া॥ সার্দ্ধং মিত্রৈর্হরে ক্রীড়ন্ ভ্রূভঙ্গং কুরুষে যদি। সশঙ্কা ব্রহ্মরুদ্রাদ্যাঃ কম্পন্তে খণ্ডিতাণ্ডদা॥ লঘুভাগবতামৃতম্ ৫২৯। ধৃত ব্রহ্মাণ্ডপুরাণ।" শকটভঞ্জন (শলগাড়ী থুদেক্পা), তৃণাবর্ত্তবধ, কালীয়দমন,

অঘাসুর-বকাসুরবধ, ইন্দ্রযজ্ঞভঙ্গ, গোবর্দ্ধন-ধারণ, ব্রহ্মমোহন নচিংবা ব্রজলীলা খুদিংমক্তা ঐশ্বর্য্য-ফোঙদোক্পগী অংকপা অখিবগী মশক-ওইবা শক্ফম্ নত্রগা ভাব লৌখিদে ; মহাক্কী সহজ ( হৌনশা ওইবা ) ভাব-তা শাগোন্নরক্পা নরলীলাদু ডাক্তুনা, মহাক্কা লীলা ময়ামদো শান্নখিবনী ; মহাক্কী মপুঙনবা মাধুর্য্যগী মরুমদা লৈরগা, মাধুর্য্যনা মছাবু লোংপগুম ভৌরগা মহাক্কী ঐশ্বর্য্যশক্তিনা থবক ভৌবনী ; মসিনী মহাক্কী ঐশ্বর্য্যগী মাধুর্য্য হায়বদো ; মসী ব্রজ মথন্তগী মরমী।

ঐশ্বর্য্যসে মতৌশানা মধুর হায়বদি মহাও-তংনঙাই ওইদে। মরমদি, ঐশ্বর্য্য অকিবা, চাওথোকপা, চেংশন্‌বনচিংবগা লোয়নবনীনা প্রীতি (নুংশিবা) হায়বদো হঙ-হঙ হন্দোকয়ি, মহাও-তংবা মীগী মফমদগী মহাও-তংনঙাইওইবা মতৌদু মাঙডী ; প্রেমরসগী মচি-ওইবা সখ্য-বাৎসল্যনচিংবা ভাব অদা থুপ চল্লী। কুরুক্ষেত্রদা অর্জ্জুনদা শ্রীকৃষ্ণনা বিশ্বরূপ উংখিবদা অর্জ্জুনগী সখ্যরস কংশনখি, সখ্য থাদোক্লগা গৌরব-বুদ্ধিদা, পরমেশ্বরনী হায়বা জ্ঞান-দা শ্রীকৃষ্ণবু স্তুতি ভৌরগা মমাংদদা সখ্য ওইনা ভৌখিবা থবক-শিংগীদমক ডাক্শিয়্ হায়না হায়জখি। মথুরাদা কংসগী কৈশুম্‌শঙদা শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যনা থরাই-ওইবা চতুর্ভুজ রূপ উবদা, দেবকী বসুদেব অনীনা মখোয়গী পোক্পদা ডাংরিনা অংাংদুবু স্তব ভৌখি ; মখোয়গী বাৎসল্য মাংখরে ; কংস হাংলবা মতুঙদা কৃষ্ণবলরাম না দেবকী বসুদেবদা দণ্ডবৎ ভৌরম্বা মতমদা, ঐশ্বর্য্য-জ্ঞান ওইবনা মখোয় কিরম্মী, মরমদি পরমেশ্বরনা মখোয়দা খুরুম্‌শল্লরে। মফমদুদা বাৎসল্য লৈবা য়ারম্‌দ্রে। রুক্মিণীবু করেম্নগে হায়দুনা দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণনা মছামক্কী পরমাত্মত্ব ( পরমাত্মা ওইবগী ভাব ), নির্ব্বিকারত্ব ( কীভম কায়দবা মতা ) অদুগা নির্মমত্ব ( মমতা-লৈতবা মওৌ ) ফোঙদোক্লম্বা মতমদা মহাকপু থাদোত্তুনা লেঙত্রগদরা হায়না রুক্মিণীদু কিবনা মথরাই য়াজখি, খুদক্তা মমায় মকশিন্দুনা য়াঙ থংকং বংখি ; মথুক্তগী খুজী নাম্বরক্তুনা ভাখি, মহাক য়াম্বদুনা লৈমাইথক্তা তুরম্মী; মহাক্কী মধুর

কান্তাপ্রেমদো অা লাপ্না লৈখরে। মরমদুনা দ্বারকাগী ঐশ্বর্য্যাদি মধুর হায়বদি মহাও-তাংনগাই ওইদে। অদুগা মসিগী ওন্নৈনৈ ব্রজদদি; ব্রজদা মপূঙ ফানা ঐশ্বর্য্য লৈ, ঐশ্বর্য্যগী বিকাশদো অতৈ ধামদগী ব্রজদনা য়ায়া হেল্লী; অদুবু ব্রজগী ঐশ্বর্য্যগা লোয়ননা অদিবা, গৌরব-বুদ্ধি (হেল্লী হায়বা য়াখল) নত্রগা চেৎশনবনচিংবা য়াওদে; মরমদুনা ব্রজগী ঐশ্বর্য্যদা প্রীতি-না হন্দোকপা তৌদে; অহোইনবুম প্রীতিদু হেঙ্গৎলী, অদুনা ভাব-পু নোয়-পেনহল্লী, লোয়ননা মহাও-তাংনগাই ওইবসু হেঙ্গৎলী। মসিনী ব্রজগী ঐশ্বর্য্যগী মাধুর্য্য হায়বদো। অঘাসুর-বকাসুর হাৎপা, নন্দ-গোৎপনচিংবা লীলাদা সখাশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যগী বিকাশ উবনী; অদুবু মদুদা অর্জুনগী মতৌগুম্না মখোয়গী সখ্যভাব নাংদে; লেংবান্দা তোংদুনা মখোয়গী লম্‌কেৎ-লম্‌হাইবগী মরাল লৌবীদনবা স্তব স্তুতি তৌরন্দে—শ্রীকৃষ্ণগী লেংবান্দা তোংবসু তোঙ্গীদে-করি হায়নী, পূর্ণমগ অদো মখোয়গী সখা—নন্দমহারাজগী মচানুপা গোপালগী শক্তিনা তৌবিবনী হায়নফাওবা মখোয়গী পূর্ণাঙ্গদা পোক্‌খিদে; মখোয়না খল্লী শ্রীনারায়ণগী কৃপাদগী নত্রগা অতোপ্পা দেবতাগী অচিন্ত্য শক্তিগী প্রভাব-না মখোয়গে অদুগা মখোয়গী প্রাণ কানাইনে খুদোংথীবা কোঙ্গায়দগী হিংগৌবনী। শঙ্খচূড়-হাৎপা উবদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈরম্বা মাগী কান্তাশিংগী কান্তাভাবসু করিমতা হন্দোক্তে—হিংচাবা-হাৎপনচিংবা লীলা উরবফাওবদা কৃষ্ণকান্তাশিংদা শ্রীকৃষ্ণবু ভগবান্নী হায়বগী ভাব পোক্‌খিদে; অহোইনবুম, লীলাশিংদুদা শ্রীকৃষ্ণগী মখোনা লৈবসু উরবদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈরম্বা মখোয়গী হায়গী ভাব-ঈপাক অদুদা ঈথক নৌনবুম তৌরম্মী। মতৌ অসুম্না ব্রজগী লীলা খুদিংমক ঐশ্বর্য্য উংখি; অদুবু ঐশ্বর্য্যদুগী ফল ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজ পরিকরশিংনা মহাকপু ভগবান্নী হায়না খনখিদে। মরমদুনা কনানতগী ভাব অমসুং প্রীতি খুজিনখিবা তৌরমদে, অদুগী মতুংগা থোইনবুম হেঙ্গৎখি। মসিমক্কী ব্রজগী ঐশ্বর্য্যগী বিশেষত্বদি; মসিমক্কী ব্রজগী ঐশ্বর্য্যগী মাধুর্য্য হায়বদো।

**লীলামাধুর্য্য**—শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগী মাধুর্য্য (চঙথোনবা)। ব্রজলীলাগী মাধুর্য্যনা অতৈ পূম্নমক্কগী পুঙহেল হেন্নী। শ্রীকৃষ্ণগী লীলা উনীঙবনা গন্ধর্ব্বশিংনা অমসুং দেবতাশিংনা খোয়রাঙভী। নারায়ণগী থবাক-ভানবী লক্ষ্মীনা ব্রজলীলাগী মাধুর্য্যগী মহাও তংগে হায়রদুনা বৈকুণ্ঠগী সুংভাইবহু থাদোক্তুনা তপস্যা কন্না তৌখি। শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজলীলাগী রা নীঙগীঙলগা মথুরাগী নাগরীশিংনা গোপীশিংগী মরায়বকপু থাগৎখি। শ্রীকৃষ্ণগী লৈম-শিংনসু ব্রজগী রাস-নচিংবা লীলাবু অমসুং লীলাশিংদুগী পরিকরশিংবু হন্না হন্না থাগৎলী ; করি হায়নী, শ্রীকৃষ্ণ মচামক্না দ্বারকাদা লৈবা মতমদসু মহাক্কী ব্রজলীলাগী রাদু নওম পূৎদা খন্দুনা লৈখি। শ্রীকৃষ্ণ মচামক্না হায়-রম্মী, ব্রজলীলাগী মতৌগুম্বা মধুর লীলাদি অতোপ্পা ধাম অমতদা লৈতে। লীলামাধুর্য্য অসীনা চিংখিবনা ব্রজগোপীশিংনা ধর্ম্ম, কর্ম্ম, দেহ, গৃহ, আত্মীয় স্বজন পূন্নমকপু থাদোকখি।

**বেণু-মাধুর্য্য**—বেণু-মাধুর্য্যগী রাদি মূল ১০৭-দা য়েংবিয়ু।

**রূপমাধুর্য্য**—শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অদুদা য়াওরিবা মাধুর্য্যগা মান্নবা নত্রগা হেনবা মাধুর্য্য অমা লৈত্রে। পরব্যোমদা লৈবা ব্রহ্মাণ্ড কোটিগী ভগবৎ-স্বরূপশিংগী মপুরোইঙ ফাওবা শ্রীকৃষ্ণগী রূপমাধুর্য্যনা কুপ্পিবনী ; মপুরোইবা-নীঙবীশিংগী মকোক ওইবীশিংনা ওববু শুমহৎলিবনী, শা উচেক অংদি উরা উরীফাওবদা সাত্ত্বিকভাব পোকহল্লিবনী। নারায়ণগী থবাক-ভানবী লক্ষ্মীনা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ মাধুর্য্যদু মহাও তংনীঙবনা মচুর্ণ্যদমক মতৌবৎচাবী ওইননবা তপস্যা তৌখি। রূপ অসীনা পুরীঙ-করামুক হূবা ঙম্বগে হায়ববু—শ্রীকৃষ্ণ মচামক্ক মচাগী রূপ অদু উবদা ভক্পিরিবনী অদুগা রূপদগী মাধুর্য্যদু আস্বাদন তৌনীঙবনা খোৎরাংলম্মীবনী।

**মাধুর্য্য ভগবত্তাসার**—ভগবত্তাগী ( ভগবান্ ওইবগী ) মচি হায়বদি থরাইদি মাধুর্য্য-নী, ঐশ্বর্য্য নত্তে। ভগবানবু ভগবানী হায়নবা খুদমদি আধিপত্য ( মপু ওইবা ), অতোপ্পবু মথা পোন্নহনবা ( বশীকরণযোগ্যতা ),

মীঙ্গুংশি খঙবা (করুণা) অসিনচিংবনী। হৌরন ময়ামসিদা ঐশ্বর্য্যদগী মাধুর্য্যগী শক্তিনা হেল্লী। ঐশ্বর্য্যদগী থোরক্পা শক্তিনা অতোপ্পগী মথক্তা আধিপত্য তৌবা (মপু ওইবা) য়াহৈদি হায়ববু অতুগা অতোপ্পনস্তু আধিপত্যতু য়ারগস্তু, ঐশ্বর্য্যনা মীগী হকচাঙগী মথক্তা আধিপত্য তৌবা ঙম্মী, অতুগা মাগী পূক্নীঙগী মথক্তদি আধিপত্য তৌবা মতম পূম্নমক্তা ঙম্দে; মরমদুনা আধিপত্যদি শরুক মচেং অমতনী; তৌইগুম্বস্তুং মাধুর্য্যগী আধিপত্যদি মপূঙ ফায়, দেহ অমস্তুং মন অনীমক্কী মথক্তা মপূঙ ফানা আধিপত্য তৌয়ি। করুণা ( মীঙ্গুংশী খঙবা ) অতুগা মাধুর্য্যনা পূক্নীঙ হকচাঙ অনীমক্পু হায়বদা য়াহন্বা ঙম্মী (বশ তৌবা ঙম্মী)। মাধুর্য্যগী শক্তি অস্তুম তৌয়ি মতুদি, জীবনা মরম্নাই ওইনা মাধুর্য্যগী মফমদা মছাবু কখোক্চৈ; অস্তুম্না কখোক্চরগা মছাবু মহৈ-য়ান্বা অমস্তুং তৌজমন্-ফংলবা অমনী হায়না খন্জে। অসিগুম্বা মাধুর্য্যগী মহিমাদি ঐশ্বর্য্যগী লৈতে; ঐশ্বর্য্যগা লোয়নরিবদি অকিবা অমস্তুং হঙ্গোইবনী; মাধুর্য্যদা অকিবা য়াংদে, মছানা ওইফম-থোক্পা মমতাধিক্য ( ঐগীনী হায়রবনা হেন্বা ), হঙ্গোইবা লৈতে, খাক্পা-লৈতন-কৎলবা থৱাইগী নুংঙাইবা অতু-দনী লৈরিবা। মরমসিনা জীবনা মাধুর্য্যগী মখা পোন্দুনা ধন্য ওইজনীঙৌ। মাধুর্য্যগী শক্তিসে খরম তৌবগে হায়ববু ঐশ্বর্য্য ফাওবা মাগী মখা পোল্লী; মাধুর্য্যগী মমাঙদগী ঐশ্বর্য্যনা অা লাপ্না হন্দোক্য়ি। মসিগী প্রমাণ দামবন্ধন লীলাদা ফংঙৌ। শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য-শক্তিগী ময়াইনা তৌজখৃদিঙগী থৌরীনা থুংবা য়াংখি, যশোদা-মাতানা গোপালগী মখাঙ-থুংনা পুন্বা করিমক্তা ঙম্নদ্রে। তুংদা মমাগী অৱাবা অমস্তুং চোক্থবা অতু উরবদা শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নুংদা নুংঙাইতবা পোক্খি, থৃদক্ অদুমক্তদা মাধুর্য্য ( করুণা )-শক্তি থোরক্লবদা ঐশ্বর্য্য (ঈশ্বর ওইবগী ভাব) অতু লাপ্না য়াল্লা লাপ্না চেম্নোক্খরে, থুদক্ অদুদা কৃষ্ণবু মমানা পুন্বা য়াখি; প্রমাণ অমনা অসিনী—কুঞ্জনুংদা শ্রীকৃষ্ণনা ( ঐশ্বর্য্য তাক্পা ) চতুর্ভুজ ওইদুনা শ্রীমতী রাধিকাদা করেম্নগে তৌরম্বা মতমদা কৃষ্ণনা হোংন-হোংননা মহাভাবস্বরূপকী অশেংবা-মাধুর্য্যগী মবেম্মা ওইবী শ্রীরাধিকাগী মমাংদা মহাগী থুং মরি-লোঙবদু লোঙদুনা

লৈবা ভম্‌খিদে, খুৎ-অনী-পান্‌বা ওইথোক্‌খি ; মাধুর্য্যগী মমাঙদা ঐশ্বর্য্যনা মীৎকুপ্‌ অমফাওবা লৈবা ভম্‌খিদে।

মতাংঙগী মখা তানা নৈনহুনা য়েংসী।

**শ্রীকৃষ্ণগী** ঐশ্বর্য্যদি মহাক্কী চিচ্ছক্তিগী বিলাসনী—( শক্‌উৎনী )। **পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণগী** চিচ্ছক্তিদি খায়দোম্বা-য়াদবমখৈ মঙোন্দা মতম পুম্বা ডাম্বোইহনা লৈ ; মরমহনা চিচ্ছক্তিগী বিলাস ওইবা ঐশ্বর্য্যসু মঙোন্দা মতমপুম্বা লৈরিবনী। শক্তি পুম্নমক্কী মপুঙফাবহু য়োনা বিকাশ ওইবা মতাঙ-দসু ব্রহ্মত্বগী হায়বদি ভগবত্তাগী মপুঙ-পুঙকা ফাবা বিকাশ ওইবা মতাংদসু ঐশ্বর্য্যগী মপুঙ-পুঙকা ফাবা বিকাশ ওই। মরমহনা স্বয়ংভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণদসু ঐশ্বর্য্যগী মপুঙ-পুঙফা-ফাবা বিকাশ ওই।

অমুক, শ্রুতিনা হায়রি- ব্রহ্মদি আনন্দস্বরূপ-নী (নুংঙাইবগী মশক্নী), রসস্বরূপ-নী। আনন্দদি মচানা মধুর-নী (থুম্বনী)। চিচ্ছক্তিগী ময়াইনা মধুর আনন্দনা অঙকপা ফংনা হাউনডাই ওইবা রসগী মশক্না লৈরক্‌পনী অনাদি-কালদগী হৌনা; মরমহনা রস স্বরূপ ব্রহ্মদি থুম্লেন্‌ থুম্বা মধুর ওইবনী। অমুক্তু, চিচ্ছক্তিগী ময়াইনা পরব্রহ্মগী মাধুর্য্যনা মাধুর্য্যগী অয়োবী মতাং ফংজে ; অদুগা হায়রিবা চিচ্ছক্তিসিসু পরব্রহ্মদা তংনবা য়াদমখৈ নিত্য ওইনা লৈ ; মসিদগী খঙবা ভমদি—মহাক্কী মাধুর্য্যসু মঙোন্দা নিত্য ওইনা লৈ। শক্তি পুম্নমক্না মপুঙ ফানা ফংগায়রকপা মতমদা ব্রহ্মত্বগী হায়বদি ভগবত্তাগীসু মপুঙকানা ফংগায়বা হায়বহু ওই -হায়বসিনী। মরমহনা স্বয়ং ভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণদদি মাধুর্য্যহু মপুঙ ফানা ফংগায়।

মতৌ অসুম্না ঐখোয়না উরে মহুদি—স্বয়ং ভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণদা ঐশ্বর্য্য অমসুং মাধুর্য্য অনীমক্কী মপুঙফানা ফংগায়বা হায়বহু ওই। মপুঙ ফানা ফংগায়রবা মাধুর্য্য অমসুং ঐশ্বর্য্য তনিসিগী মরক্তা করম্বনা থোইবগে হায়বহু খংবা তারে,হায়বদি করম্বগী ময়াইনা হেনবগে হায়বহু খঙবা তারে।

অাথোই থোইদগী য়া খল্লরকুপা মতমদা য়েংগদবদি কনানা কনাগী তুং

ইন্বগে—কনানা কনাগী সেবা তৌবগে—হায়বহুনী। ব্রজলীলানা খুদম ওইনা নৈনরগা থন্নবদী ভৌবা তাই। মরমদি ব্রজলীলাদা মাধুর্য্যস্থু ঐশ্বর্য্যস্থু অনীমক মপূঙ ফানা ফুগায়—ব্রজলীলা-শান্নবা শ্রীকৃষ্ণদদা ভগবত্তাগী মপূঙ ফানা ফুগায়বা হায়বহু ওই।

ব্রজবিহারী শ্রীকৃষ্ণতনা অশেংবা মাধুর্য্যরস তংঙী। মহুদনা মহাক্না খমথেংবা রসিক-শেখর ওইরিবনী। রসবু য়ৌনা তংগে হায়রবদি রসগী পাত্র ওইদৌরিবহুগী অথাকপা নৈতনা মথা পোন্বা তাবনী; নত্রগদি মহাও-তংবা য়ারোই। ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণনা রস মথেল মরিবু চৃপ্পী, মহুদি—দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমস্তুং মধুর। মথেল মরিসিগী পরিকরশিংহু রস মরিসিগী তূঙকম্নী। শ্রীকৃষ্ণদি মখোয়সিগী প্রেম রসগী মচিহু চৃপ্পী অহুগা পরিকর মরিসিগী মথা পোল্লী। মসী প্রেমগীদমক মথা পোন্বনী। "ভক্তিবশঃ পুরুষঃ। ভক্তিরেব ভূয়সী। শ্রুতিঃ॥" প্রেমগীদমক পোন্বা মথা মপোম্নী হায়হুনা মসীনা অয়াবা অনাবা করিমতা পীদে, পীবগী য়াদি লায়রহুনা য়ৌনা পাম্মভাই ওই. য়ৌনা নুংঙাইবা ফংহল্লী। পরিকরশিংনা নুংশিবা অহুগী কূহবা শঙবগী চাংদা মতুং ইন্না পরিকরশিংগী মথা পোন্বগী চাংদাস্থু খেন্নে, ব্রজগী খা-পোন্বা মখল পূম্নমক কূঙী; খাপোন্বগী অথোই অহেন্ হায়বহুদি কূঙ-শঙবগী অথোই-অহেনহুহনী। ঐশ্বর্য্যগী জ্ঞান অহুনা লেঙদবা ফীভমদা লৈরগদি খা-পোন্বা হায়বহুদি ওইথোক্তে। পরিকরশিংগী মফমদা ব্রজ-নিংথৌ-মপারি শ্রীকৃষ্ণনা খা-পোল্লী হায়বসিনা তাক্লিবদি ঙসিনী—মহাক ঈশ্বরনী হায়বগী য়াহু মহাক্না কাউথোক্যি। মহাক মছাব মীওইবনী (মনুষ্য-নী) হায়না খল্লী, মরমহুনা মাগী লীলাবু নরলীলা-নী হায়। মহাকপু ঈশ্বরনী হায়না মহাক্কী পরিকরশিংনস্থু খল্লুবা নৈতে, খল্লুবা থোক্লবদি মাবু থগাই-য়াওনা সেবা তৌবা য়ারোই; পরিকরশিংনা মখোয় মছা মছাবু নর-নী হায়বগুম্না শ্রীকৃষ্ণ-বুস্থু নর-নী হায়না লৌয়ি; শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গী মরক্তা য়াওবা মী অমনী হায়না খল্লী। মরমহুনা, শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য উরগস্থু মহুবু শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যনী হায়না খন্দে।

শ্রীকৃষ্ণনসু অতুগা অতৈনসু শ্রীকৃষ্ণসী ঈশ্বরনী হায়বা কাউথোকপগী মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-শক্তিগী বৃত্তিবিশেষ ( থোইদোকপা নাৎং ) প্রেম হায়বদি ভক্তি কৌবত্থুনা কাউহনবননী ; মরমদি "ভক্তিরের ভূয়সী।" হায়রি। শ্রীকৃষ্ণবু কুণনা-গণনা রস চুপ্ হনগে হায়বগীদমক ভক্তিগী হায়বদি প্রেমগী মশক ওইবী মহাক্কী স্বরূপ-শক্তিত্থুনা তৌরিবনী অসী ! প্রেমগী ময়াইনা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং মহাক্কী পরিকরশিংনা মখোয় মছাগী স্বরূপবী রা কাউথোক্লরিবনী। হ্লাদিনীগী বৃত্তি ওইবা নরম্না প্রেম-না য়ৌনা মধুর ওইবনী ( থুম্লিবনী )। প্রেম মাধুর্য্যদা লুপ্পা মরম্না মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যগী রাহ্ কাউথোক্লরিবনী। মাধুর্য্যগী ঈপাক্তা লুপ্পা মরম্না শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যসু মাধুর্য্যনা লৈতেংলবা ওইত্থুনা মধুর ওইখৎলক্লি অমসুং মীবু কিহন্নবা হঙ্গোইহন্নবা শক্তিত্থু মাঙখিবাদৌনা তৌরি। মরমত্থুনা ব্রজগী ঐশ্বর্য্যসু খন্থেংনা মধুর ওই অমসুং কনানতগী প্রীতিবু ( নুংশিববু ) হন্থহন্দা ওমদে। ঐশ্বর্য্যগী শীভন মতাসী মাধুর্য্যনা পুরক্পনী ; মরমত্থুনা মফমসিদা ঐশ্বর্য্যদগী মাধুর্য্যগী ময়াইনা কন্বা হেল্লী হায়বদো তাক্লিবনী।

ব্রজনিংথৌ মপারিনা মছাবু ঈশ্বরনী হায়না খন্দে, মরমত্থুনা মহাক্কী ঐশ্বর্য্য লৈ হায়বসিসু মহাক খন্দে ; হায়বদি ঐশ্বর্য্যবু মহাক্না মছাগী লৈ হায়না লৌদে ; মহাক্না লৌদ্রগদি মাংগী ঐশ্বর্য্যদি মাঙবা তাই, মাঙবদি মাঙদে ; মরমদি মহাক্কী ঐশ্বর্য্যদি মহাক্কী স্বরূপপ্তা য়াওবনী, অত্থুনা থাদোক্লবা য়াদবনী—মৈনা মৈশা থাদোক্পা য়াদবগুম্। মাগী ঐশ্বর্য্যমা মতম পূম্বদা থাদোক্লবা য়াদবনীনা ঐশ্বর্য্যশিনা মহাক্কী সেবা শোয়দনমক তৌগনী ; মরমদি, ঐশ্বর্য্যদি মহাক্কী চিচ্ছক্তিগী বিলাসনী ; চিচ্ছক্তিগী স্বরূপগত কর্ম্মদি শক্তি-মপু শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌবনী। অত্থবু মহাক্না ঐশ্বর্য্যদা লৈ হায়না লৌদ্রগদি, ঐশ্বর্য্যত্থুনা মাবু সেবা তৌবা করম্না য়াগনী ? শ্রীকৃষ্ণনদি খঙ-লোইদৌবা মতাদা সেবাত্থু তৌরি। ব্রজগী ঐশ্বর্য্যদি মপুরোইবনা থাদোক্লবী মপুরোইবদা থবাই লুপ্পী তালোইগী মতাঙ্গুম্বনী। তালোইবু মপুরোইবনা থাদোক্লে, মপুরোইবনা মশক হংবিররোয়, মহাক্না সেবা অমতা লৌবিররোয় ;

অতুবু মপুরোইবা নীংবী তাদোই-মক্তু মপুরোইবিগী সেবা তৌপ্রবদি লৈবা ঙমদে ; মরমদুনা মহাক্না মপুরোইবনা খঙদরা মখঙদা মতম খঙনা সেবা তৌই ; মপুরোইবক্তু সেবা লৌন্নি ; অদুমদি ওইরগা সেবাগী মহাক্না থাদোক্লবী মুপীনা তৌবনী হায়বদো মপুরোইবদুনা খঙদে। ব্রজগী ঐশ্বর্য্যস্তু শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছাগী ইঙ্গিত খঙলগা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌই, শ্রীকৃষ্ণনদি খঙদে—মদু মহাক্কী ঐশ্বর্য্যশক্তিনা তৌবা সেবানী হায়না—তৌবদবু মাধুর্য্যনা লৈতেংলবা ওইনা, মাধুর্য্যগী মরুম্ থুগ্দুনা।

শরৎকালগী মহারাসদা গোপী খুদিঙমক্না শ্রীকৃষ্ণবু মাগী মনাক্তা মথন্তগী ওইনা সেবা তৌনীঙখি ; শ্রীকৃষ্ণনস্তু গোপী খুদিঙগী সেবা লৌরগা মুংঙাইগে হায়না খনখি। নীঙলিবনিগী ইঙ্গিত ফংলদুনা ঐশ্বর্য্য-শক্তিনা গোপী খুদিঙগী নাকন্দা কৃষ্ণরূপ অমমম্ থোক্হনখি ; মদু ঐশ্বর্য্যগী খমথেংবা বিকাশনী ; মসী শীঙ্গনদুনা ঐশ্বর্য্যনা শ্রীকৃষ্ণগী অমস্তুং গোপীশিংগী অনীঙবদু থুংহল্লগা রস য়োকথংলন্নী, মাধুর্য্যবু সেবা তৌখি। অদুবু শ্রীকৃষ্ণবু মনাক্তা মথন্তগী ওইনা ফংলগা মহাক্না লৈমিন্নবগী নুংঙাইবদা লূপ্ খিবা মরম্না মায়কৈ অতৈদা মীৎয়েং চারনবগী অহাঙবা মতম ফংখিদে ; শ্রীকৃষ্ণগী অবস্থাস্তু গোপী অদুগুম্বনী। মরমদুনা গোপী খুদিঙগী নাক্তা কৃষ্ণ অমগমম্ লৈরম্বদু মখোয় কনামতনা খঙনরমদে ; ঐশ্বর্য্যগী বিকাশতু কনামতনা উবা ঙম্রমদে। মস্নিনী ঐশ্বর্য্যনা মছাবু লোৎপা হায়বদো। মাধুর্য্য রসদা লুপ্পথা মরম্না কনামতনা ঐশ্বর্য্যবু উনখিদে। মাধুর্য্যগী মরুম্ ঐশ্বর্য্যনা থুপ্পা হায়বদুনী।

বসন্ত-রাসদস্তু গোপী অমমম্গী মনাক্তা শ্রীকৃষ্ণরূপ অমমম্ থোরক্খি। লীলাশক্তিগী থৌইন্শিন্দগী শ্রীরাধানা গোপী অমদা য়েংলুবদা উখি—শ্রীকৃষ্ণ গোপীদুগী মনাক্তা লৈ হায়না ; অতোপ্পা গোপী অমদমুক য়েংথোক্খিবদস্তু শ্রীকৃষ্ণবু গোপীদুগী নাক্তা লৈ হায়বা উখি ; অদুদা মানা খনখি—অদানবা গোপীদুগী মনাক্কী অকোনগী মনাক্তা শ্রীকৃষ্ণদু লাক্লম্লিবোইরে—হায়না ; শ্রীরাধানা মছামক্কী নাঙস্তু শ্রীকৃষ্ণ লৈরম্বদু খিজল্লুবা লৈতে, অদুগা গোপী

থৃদিঙঙ্গী নাত্তা শ্রীকৃষ্ণ লৈরিবনী হায়বহুস্তু য়েংশল্লুবা লৈতে। ঐশ্বর্য্যনা মপূঙ ফানা শাংকায়হুনস্তু শ্রীরাধানা ঐশ্বর্য্যহু উরুবা লৈখিদে। মতাঙসিস্তু মাধুর্য্যগী মরুম্ থূগ্নুনা ঐশ্বর্য্য শক্তিনা মাধুর্য্যগী সেবা তৌগ্নি হায়বহুনী।

মতম অমদা শ্রীরাধাবু মথস্তগা অচীকৃপা ( নিভৃত ) নিকুঞ্জদা লৈমিন্ন-নীঙহুনা শ্রীরাধাদা ইঙ্গিত তৌরগা শ্রীকৃষ্ণনা রাসস্থলী থাদোক্তুনা লেঙখি, অদুগা নিভৃত নিকুঞ্জ অমদা শ্রীরাধাবু ঙাইহুনা লৈরম্মী। রাসস্থলীদা শ্রীকৃষ্ণবু উত্রবদা মহাকপু হিবংদনক গোপীশিং পূন্নমক থোকখরে। হান্না সঙ্কেত তৌরম্বা মরম্না শ্রীরাধাদি মখোয়গা লোয়নননা থোক্রমদে। মতম ঙাইহাক লৈরগা গোপীশিংনা লাক্লম্বহু শ্রীকৃষ্ণনা উরম্মী অদুগা মখোয়গী মরক্তা শ্রীরাধা য়াওরক্তে হায়বহুস্তু উরম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা খল্লম্মী—গোপীশিংনা কুঞ্জসিদা লাক্পা থোক্লবদি মহাকপু উবদা মখোয় অতুম কুঞ্জসিদা লৈথগে হায়বা তাই; অদু ওইরবদি শ্রীরাধা মথন্তগা লোয়নগে নীঙবহু থুংদবা তাই। মরমহুনা মহাক্না খল্লম্মী—করম তৌরগা গোপীশিংবু মফম অতোপ্পা অমদা থাদোক্খিবা য়াগনী। অদুদগী খল্লকয়ি -"ঐগী খুৎমরি লোঙলবদি গোপীশিংনা ঐগী নাকুগী চৎথোক্তখিনী; মরমদি ঐহাক চতুর্ভুজনী হায়বগী মখোয়না থাজরোই।" শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছাসিগী ইঙ্গিত ফংলহুনা মহাক্কী ঐশ্বর্য্য-শক্তিনা মহাকপু চতুর্ভুজ ওইহনখি। মহাক্কী খুৎমরিহু উরগা গোপীশিংনা মাগী মনাকুগী চংখিগনী হায়বগী খল্লিঙৈদা মখুৎ নরিহু করম্না ওইখিবনো হায়বগগা মহাক খিজল্লমদে। গোপীশিংহু কৃষ্ণ-নাক্ য়ৌরকখি অদুগা উরম্মী—মসিদি কৃষ্ণ নত্তেনা; অসিদি শ্রীনারায়ণ-অদুনীনা। মখোয়না শ্রীনারায়ণগী স্তুতি তৌহনা পুরম্নগা অতুম চংখি। মতাংসিস্তু শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যশক্তিনা মহাক্কী অনীঙবহু থুংহনবা হায়বা সেবাহু তৌহুনা রস য়োক্-খৎপা য়াননবা তৌখি। অদুবু মসী শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যনী হায়বহু কনামতা খঙবা ঙম্খিদে। অদুনা অদু ওইখরে, শ্রীকৃষ্ণহু চতুর্ভুজ ওইহুনা কুঞ্জদা মথন্তমক ফমদুনা লৈখি। ঙাইহাক্ লৈরগা শ্রীরাধানা মথন্তমক লাক্পাহু উখি। চতুর্ভুজ

রূপ উরগা শ্রীরাধানা করি তৌরগবা হায়না শ্রীকৃষ্ণনা খন্থি। হায়না হায়না শ্রীরাধা কুঞ্জ তম্না লেংশল্লকৃয়ি, অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী লোঙলকপা খুং অনীদু মাঙখিগে হায়না তৌবা হৌখি। শ্রীকৃষ্ণগী খুং অনীদো অদুম লৈহল্লীউলম্মী। অদুব শ্রীরাধানা কুঞ্জগী থোঙ নাক্তা য়ৌরকপা মতম্দা অরোঙবা খুং অনীদু মাংখ্রে, শ্রীরাধানা—মথন্নাইগী মুংশিভবা নন্দ-মপারিদো মথন্তমক ফল্লম্বদো উখি। মতাংসিদনী ঐশ্বর্য্য-শক্তিনা মাধুর্য্যগী সেবা তৌখিবা ; অদুগা শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগা অনীনা অচীকপা কুঞ্জনুংদা উনবগী রস য়োক্খংখিবা। শ্রীকৃষ্ণনা য়ান্না কন্না পাম্বদুদস্থ ঐশ্বর্য্যনা মফমদুদা মশক উহন্খিদে, উহল্লবদি মাধুর্য্য য়োক্খংপা য়ারোই, সেবাস্থ ওইররোই, শ্রীরাধাসু গোপীশিংগী মতৌ-গুম্না চতুর্ভুজবু স্তুতি-নতি তৌরগ্রগা মকম তভোপ্পদা চংলমগদৌবনী। মতাংসিদস্থ শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না কন্না ইচ্ছা তৌদুনস্থ মহাক্কী ঐশ্বর্য্যশক্তিনা-মাধুর্য্য য়োক্খংনবা হায়দুনা—মচাবু লাপ্না থমখিরম্বনী, মসিদগী শেংনা খঙবদি মাধুর্য্যবু সেবা তৌবদুদা ঐশ্বর্য্যনা পামজে—হায়বসিনী।

মথক্তা পজিবা খুদম্সিদগী—ঐশ্বর্য্য শক্তিনা মচাবু লোংলগা মাধুর্য্যবু সেবা তৌখি হায়বনী—খঙবা ঙম্মী। অদুগা, ব্রজগী লীলা খরদা ঐশ্বর্য্য শক্তিনা মচাবু লোত্তবা য়াওয়ি : মদুদি মৃদ্ভক্ষণলীলাদা। মমাবেম্মা যশোদানা শ্রীকৃষ্ণগী য়াম্নুংদা বিশ্বব্রহ্মাণ্ডনচিংবা উরগা খল্লম্মী—"মসিদি ঐগী ইচাম্নুপাসিগী মচাগী ওইবা অচিন্ত্য ঐশ্বর্য্যনী।" মহাক্না অসিমস্থ খল্লম্মী—"ঐহাক যশোদা কৌবী গোপীনী, ইপুরোইবনা নন্দ অসিনী, মহাক ব্রজগী মবুংঙোনী, ঐহাক মহাক্কী লনথুম পুম্নমক্কী য়েংশল্লবা সতী ওইবী তাংলোইনী, কৃষ্ণসিনা ঐগী ইচানী, গোপ-গোপী অমত্তুং শঙ ময়ামদী ঐগীনী হায়বা অসিগুম্বা রাখল অরাণ্বদী ভগবান্গী মায়ানা পোক্হন্বনী ; অদুগুম্বা ভগবান্না ঐগী গতি ওইসনু।" অদুবু যশোদা মাতাগী জ্ঞান অসী ক্ষণ অম-তংদা ওইরম্বনী। জ্ঞান অসী পোকপগা অদুম্মক বিভূতি পুম্নমক্লিগী রাজ্ কাউশ থোক্খি, মচাবু মুংশিবনা হেক্কংলকপনা মহাক্না গোপালবু হান্নগী মতৌগুম্না

মতম্বাক্তা কোনখংলী ; ঐশ্বর্য্যশক্তিনা অহানবদা যশোদা মাতাগী মফমদা মচাবু, মাগী মপুক্কীডদা শ্রীকৃষ্ণহু ঈশ্বরনী হায়বা জ্ঞান পোকহনখি, মহুগী মরমস্থু নৈ। শ্রীকৃষ্ণনা লৈখোম চায় হায়বসিস্থু সত্যনী, অদুগা মগী যাম্নংদা লৈখোম লৈরবা হায়বস্থু সত্যনী, অদুবু মমানা লৈখোম অহু উদবা হায়বসী শ্রীকৃষ্ণনা পাম্বনী। পাম্বসিগী ইঙ্গিত ফংলদুনা ঐশ্বর্য্যশক্তিনা শ্রীকৃষ্ণগী যাম্নংদা বিভূতি উৎখিবনী অদুগা শ্রীকৃষ্ণ ঈশ্বরনী হায়বা জ্ঞান পোকহনগা যাম্নংদা লৈখোম লৈরবা হায়না মমানা খিরুদনবা হায়না তৌবনী। মসী পুম্নমক তৌবদি শ্রীকৃষ্ণনা খঙদনবুনী, শ্রীকৃষ্ণদি মছানকী যাম্নংদা বিভূতি প্রকাশ তৌবগী রাদ্রো খঙলমদে। যাম্নংদা লৈখোম উবগদি মমানা চৈগনী-য়েগনী হায়না শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না কিখি ( মতাংসিদা মাদি মহাক্কী মাধুর্য্য-ঈপাক্কা লুপ্লম্মী ) ; ঐশ্বর্য্য-শক্তিনা মমানা য়ে-চেবদগী মহাকপু কনবিরে, অদুগা মহাক থাদকী অঙাঙনী হায়বগী ভাব অদুস্থু কনবিরে ; মরমদুনা ঐশ্বর্য্যশক্তিনা শ্রীকৃষ্ণবু প্রেমতনা শুম্বা ঙম্মী হায়বা ভাব অদু ডাক-শেন-বিদুনা মাধুর্য্যগী সেবা তৌখি। অদুবু মতুনদি যশোদা মাতানা মাবু প্রেম-না শুম্নহৎপা য়াই হায়বগী ভাব অদুগী চাংদি হন্থরম্মী ; মাগী চিত্তদা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনী হায়বা ভাব অদু লৈরগদি মহাক অমুক শ্রীকৃষ্ণবু খোম্লাং-পাম্বা অঙাঙনী হায়না খনবা ঙম্লোই, মচোন্দা খোম ইঙ্গীঙবস্থু পোক্লরোই ; মরম-দুনা মমা যশোদাগী বাৎসল্যরস চুপ্পস্থু শ্রীকৃষ্ণগী মায়কৈদগীদি ওইথোক্লরোই হায়বসী খন্দুনা বাৎসল্য-প্রেমদু থোরক্পনী। বাৎসল্য-প্রেমদু হেক থোরক্-পগা ঐশ্বর্য্যশক্তি খংমাঙ মাঙখি। মসিনস্থু ঐশ্বর্য্যশক্তিনা মাধুর্য্যবু সেবা-তৌখি হায়বহু তাকুয়ি অমহুং বাৎসল্য-প্রেম থোরকপদা ঐশ্বর্য্যশক্তি মাঙ-খিবা অসিনা—ঐশ্বর্য্যদগী মাধুর্য্যগী প্রভাব না হেল্লী হায়বসী প্রমাণ তৌয়ি।

মথক্কী উদাহরণসিংগী উবদি— ঐশ্বর্য্য-শক্তিনা যশোদামাতাগী (হায়বদি পরিকরভক্তশিং) মফমদদা শক্ উৎপনী—হায়বসিনী ; কৃষ্ণগী মফমদদি উৎ-খিদে। দাবানলভক্ষণ ( লৈম্মৈ য়োংহনবা ) লীলাদস্থু ঐশ্বর্য্য-শক্তিনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মচাবু প্রকটন তৌরগা মদুনা কৃষ্ণবু লৈম্মৈ য়োংহনবনী হায়না খল্লী ;

কৃষ্ণগী লবাপশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী ম্যাথংদগী মীং উৎপাদনগা লৈরবনা মহুৎ উংশিয়ে। মতাংশিদম্ ঐশ্বর্য্যশক্তিনা মাখামলানগী কিজবা লৌরশিংনম্ থমনবা মতমদা স্বরূপ-মুংশিবা শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছা থুংহনগা ম্যাথুংগী সেবা তৌরিবনী।

মতৌ অম্মুম্না নৈনরগদি উবা ফংগনী—ব্রজগী লীলা খুদিঙমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্যনা মহাক্কী মাধুর্য্যগী সেবা তৌয়ি—হায়বনী। করিগুম্বা মতম-দনা মছাবু লোংলগা অদুগা করিগুম্বদনা মছাবু প্রকটন তৌরগা; অদুগা মাধুর্য্যনা ঐশ্বর্য্যগী সেবা তৌবগী য়াদি থঙবা ওম্দে। মরমদুনা ঐশ্বর্য্যদগী মাধুর্য্যনা হেল্লী হায়বসী প্রমাণ তৌরবনী।

হৌজিক য়া অমা হংবা য়াই—ব্রজদা ঐশ্বর্য্যদগী মাধুর্য্যগী প্রভাব-না হেল্লী হায়বসী ময়ারসী; অদুবু বৈকুণ্ঠদদি ঐশ্বর্য্যগী প্রভাব-না হেল্লী; মরমদুনা প্রভাব হেনবা হায়বদুনা ভগবত্তাগী (ভগবান্ ওইবগী) সার (শক্তি) লেপ্পা তারবোইদি মাধুর্য্য মথন্তনা ভগবত্তাগী সারনী, ঐশ্বর্য্যদি ভগবত্তাগী সার নত্তে হায়বসী করম্না হায়বা য়াবিবা?

পাউখুম—রস-মখেল থোক্হন্নবগীদমক ভগবদ্ধাম তোঙান্-তোঙান্বদা তোঙান্ তোঙান্বা ভগবৎস্বরূপকী মনুঙদা ঐশ্বর্য্যগী অমসুং মাধুর্য্যগী তোঙান্-তোঙান্বা মখেলস্ থোবক্যি। বৈকুণ্ঠদা ঐশ্বর্য্যগী প্রকাশনা হেল্লী, মাধুর্য্যগী প্রকাশ য়াংলী; মরমদুনা বৈকুণ্ঠগী ঐশ্বর্য্যগী প্রভাব হেন্বনা ভগবত্তাগী সার লেপ্পবা হোৎনবদি নাত্তে চাবোই। ঐশ্বর্য্যগা মাধুর্য্যগা অনীনা মপূঙ ফারবা-ফাবা মতাংদা হেন্নবদু য়াম্না য়োৎবা অদুগী মহৌশা-ওইদবা থোইদোক্পা মতৌ (বৈশিষ্ট্য) অমা লৈ হায়বসী য়াবা তাবনী। বৈকুণ্ঠদা লৈবা মাধুর্য্য খরদুদি মফমদুগী ভগবৎ স্বরূপকী রূপ-গুণ-লীলানচিংবদা উৎপনী: মাধুর্য্যগী শক্-উৎসিবু মফমদুগী থোইনা হেন্না উৎলিবা ঐশ্বর্য্যনা ময়েং তাহন্বস্ ওম্দে অদুগা তাশ্নোক্পস্ ওম্দে; ওয়্রবদি মফমদুগী লীলাদুমক ওই-থোক্লম্লোইদৌবনী। লীলাদদনী ভগবান্ মছামক্তা রস চুপ্লিবা অদুগা মহাক্কী পরিকরশিংবুস্ চুপ হল্লিবা। ভগবৎ—স্বরূপ খুদিংমক্কী রস—চুপ্তাই লীলা লৈ;

তোঙান্-তোঙানবা ভগবৎ-স্বরূপকী লীলাদা রস থোরক্পা. অথোই অদুগুম্ নাইরবসু রসদি অতুম মথোক্নি ; মাধুর্য্য লৈত্রবদি রস থোরক্পা য়াদে। বৈকুণ্ঠদা ঐশ্বর্য্যনা হেন্না লৈরবসু মহুনা রূপ গুণ-লীলাদগী বসী মাধুর্য্যবু মশেং তাহনবা ঙম্দে ; মাধুর্য্যগী অনুভব-তুবুসু তাম্থোক্পা ঙম্দে। অদুবু ব্রজদদি মাধুর্য্যগী প্রভাবনা ঐশ্বর্য্যগী অনুভব অদু মাঙহনবা ঙম্মী। মসিদগী খঙবা ঙম্মী—ব্রজদা পূর্ণ ঐশ্বর্য্যগী মথক্তা মাধুর্য্যনা প্রভাব বিস্তার তৌবগুম্না বৈকুণ্ঠদদি খজিক্ ওইনা থোরক্পা মাধুর্য্যগী মথক্তদি য়াম্না হেন্না থোক্পা ঐশ্বর্য্যনা প্রভাব বিস্তার তৌবা ঙম্দে। মসিনা তাক্লিবদি মাধুর্য্যগী অতৈগা মান্নদবা বৈশিষ্ট্য ( থোইদোক্পা মঙৌ ) অমা লৈ হায়বসিনী।

করিগুম্বা পোৎ অমগী মহাগী স্বরূপ তেক্ কায়দনা থম্বা য়াননবা কৈনোমা লৈত্তবা য়াদবহুবু পোৎতুগী সার (মচি) কৌয়ি, মহুদি— মৈগী চাক্লবা শক্তি। ভগবান্দি আনন্দস্বরূপ-নী ( শ্রুতিইবগী মশক্নী), রস-স্বরূপ-নী (আনন্দ হায়বদি রসনা মঙাক্নী স্বরূপ ওইবনী) ; আনন্দসিবু-রসসিবু লৌথোক্লবদি মঙোন্দা করিমতা লৈহৌদে। মরমহুনা আনন্দ হায়বদি রস-সিতনা ভগবত্তাগী সার ( মচি ) হায়বহুনী—লৈতবা-য়াদ্রবা হায়বহুনী ! অদুবু আনন্দ নত্রগা রসনা ওইরিবহু অহুনী মাধুর্য্য হায়বদি। মরমহুনা মাধুর্য্যনা ভগবত্তাগী সার হায়বহুনী।

রস-স্বরূপ ভগবান্না রস চুপ্পী অদুগা পরিকরভক্তশিংবুসু রস চুপ হল্লী ; মসিনা মানা রস-স্বরূপ ওইবগী মরম্নী। মহাক্না লীলাদগী চেষ্টরক্পা— ভক্তশিংগী প্রেমরসনির্য্যাস অদু চুপ্পী। মরমহুনা রস চুপ্পগী দমক্তি—মরমহুনা ভগবান্না রসস্বরূপ ওইবগী দমক্তা—মাধুর্য্যবু থাদোক্পা য়াদে। ঐশ্বর্য্যসু থাদোক্পা য়াদে ; অদুবু ঐশ্বর্য্যবু থাদোক্পা য়াদবহুনা গৌণ হায়বহুনী, মাধুর্য্যবু য়োক্লবগী করিগুম্বা মতমদা ঐশ্বর্য্য চঙঙৌ ; মরমহুনা মুখ্য (প্রধান) ওইবা পোত্তি মাধুর্য্যনী। মরমহুনা মাধুর্য্যনা ভগবত্তাগী সার হায়বহুনী।

ঐশ্বর্য্যগী বিকাশ য়াঙ্গ্রবস্ মাধুর্য্যতগী বিকাশনা লীলারস চুপ্পা য়াই,

অতুবু মাধুর্য্যগী বিকাশ য়াওত্রবদা লীলা তৌবা য়াব্রবসু লীলাতুগী চুম্নভাই রস থোরকপা য়াদে—মরমতুনা লীলাতুদা রস-স্বরূপ ওইবসু ওইথোক্নে ; মরমতুনা ঐশ্বর্য্যবু ভগবত্তাগী সার ওই হায়বা য়াদে। ঐশ্বর্য্য অনসুং মাধুর্য্যগী স্বরূপ-তা খেন্নবা লৈবতু তাক্নমবগীদমক যুক্তিসী পুশল্লকপনী ; অওইনদি মাধুর্য্য-য়াওদবা ঐশ্বর্য্যগী বিকাশ দি ভগবৎ-স্বরূপ অমত্তদা ওইদে, যামদ্র-বসু মাধুর্য্যগী বিকাশদি লৈবা ঙাদে। অমুক, নির্বিশেষ ব্রহ্মদা ঐশ্বর্য্য-য়াওদবা মাধুর্য্যগী বিকাশ উবা ফংডী ; শক্তিগী বিকাশ লৈতবনা নির্বিশেষ ব্রহ্মদা ঐশ্বর্য্য য়াওদে ; অতুবু আনন্দস্বরূপ ওইবনা মতোন্দা মাধুর্য্যদি লৈ, মতোন্দা লৈবা রসত্বগী বিকাশদি থ্বায়দগী য়াম্দবা জাৎনী।

নির্বিশেষ ব্রহ্মদগী হৌতুনা শ্রীকৃষ্ণ ফাওবগী মনুঙদা স্বরূপ পুন্নমক্না সচ্চিদানন্দ ওইবনীনা, আনন্দনা (মরমতুনা মাধুর্য্যনা) স্বরূপ পুন্নমক্না য়াৎবনীনা, আনন্দ নত্তনদি স্বরূপ অমত্তনা সচ্চিদানন্দ ওইবা য়াদবনীনা, আনন্দ হায়বদি মাধুর্য্যনা ব্রহ্মগী অমদি ভগবত্তাগী সার হায়বতুনী হায়বসিদা কব্রিমত্তা চিংনমঙাই ওইদে।

**শ্রীশুকদেবগী মুখদা শ্রীভাগবত-কথা প্রচার তৌবগী অথুপ্পা উদ্দেশ্য।** মহারাজ পরীক্ষিৎনা নীংবা থুংননবা অতুনা শ্রীশুকদেবনা শ্রীমদ্ভা-গবত-কীর্ত্তনগী অফোঙবা মবম্নী। পরীক্ষিৎনা শমীক মুনিদা লাল্লুবদগী চযোন অমগী মনুঙদা তক্ষক-না চীক্লনবা শমীক মুনিগী মচানুপানা শাপ তৌবমদগী, নিংথৌগী ফম থাদোক্লুনা গঙ্গা তোর্ব্বান্দা লৈখি। ভগবান্না ইন্‌শল্লকপনা রাজর্ষি, দেবর্ষি, মহর্ষি, ব্রহ্মর্ষিশিনা মফমতুদা লাক্‌খি। মখোয়বু তরাম তরাম ওক্লগা পরীক্ষিৎনা জীব পুম্বনা ফীভম পুন্নমক্না থোইদোক্না শিগদো-ব্রবা মীতানা তৌকম থোকপা ববিনো হায়না হংখি। মখোয়ময়ামতুগী মত তিন্নরম্‌দ্রে। কোম্ফংদা শ্রীশুকদেব লেঙলক্লুনা সভাতুদা থুংলখি। মহাকপু তবান্না ওক্লগা ভসাইগী য়াফমতু পরীক্ষিৎনা হংজখি। মতমতুদা শ্রীশুকদেবনা

শ্রীমদ্ভাগবত বর্ণন তৌখি। শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ অসিনক জীবশুদ্ধমক্তা অবস্থা পূর্ণদা থোইদোক্না শিংদৌরবা মীতানা তৌকম থোক্নি। মশী শ্রীশুক-দেবনা ভগবৎ-কথা বর্ণন তৌবগী অকোওবা পান্দমনী।

অকোওবা পান্দমসী নত্তবা অথুপ্পা পান্দম অমস্থ লৈ হায়রৈ।

শ্রীমদ্ভাগবতমদগী থওবা ওম্মী—শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজদা লোংশুন্নকুম্বদা শান্নরিবা শুদ্ধভক্তনভাই-ওইবা লীলাশিংনা বা নাকোমলা তাব্রগা জীবনা ভগবান্দা মায় ওজনবা ওমুগনী—হায়বসিনী। "অনুগ্রহায় ভক্তানাং মানুষং দেহমাশ্রিতঃ। ভজতে তাদৃশীঃ ক্রীড়াঃ যাঃ শ্রুত্বা তৎপরো ভবেৎ॥ শ্রীভাগ-বত, ১০/৩০/৩৬॥" অদুবু কৃষ্ণনা ব্রজদা শান্নখিবা লীলাদুদি ব্রজ রাসগী মী অয়াম্বনা খওলমদে; ব্রজগী শকৃহেনবীশিংগা শান্নখিবা লীলাগী রাসদুদি ব্রজ-শকৃহেনবীশিংনে কৃষ্ণনে মথোয়গী নত্তনা অতোপ্পা ব্রজবাসীশিংদি খওলম্‌দে। শ্রীকৃষ্ণগী প্রিয় নর্মসখাশিংদি খজিক খজিক্কি খওলমগনী; মদু মথোয়স্থ ফোংদোক্রমদে। অদুনদি শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজলীলাগী রাসী মী খ্বায়না কন্না খওবা ওমগনী? খংলগস্থ করম তৌনা ভগবান্দা পন্নাগ্রণ ওইবা ওমগনী? মদু ওইননবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা থোরাং অমা শীলহনী। মহাক্না ব্যাসদেববু শ্রীমদ্ভাগবত ইহল্লে; ব্যাসদেবগী মচমদগী শ্রীশুকদেববু মদু তমহনা হৈহল্লে অদুগা রাজর্ষি, দেবর্ষি, মহর্ষি অমদি ব্রহ্মর্ষিশিংগী মমাঙদা পরীক্ষিৎ-কী সভাদা মদু বর্ণন তৌখি। ঋষিশিংসিনা অমস্থং মথোয়গী শিষ্যশিংনা মথও মথও তৌহনা শ্রীমদ্ভাগবতকী কথাদু জগত্তা শন্দোক্খি। মত্তুম তৌদুনা মী খ্বায় পুম্মনক্না কথাদু খঙবগী তাঙ্গা ফংনখিবনী। মতৌসুম্না জগত্তা ভগ-বান্গী লীলাগী বা প্রচার তৌবনা অথুপ্পা পান্দম ওইবনী হায়না লৌবা য়াই। পান্দমসী পাঙথোক্নবগীদমক পরীক্ষিৎপু শমীক মুনিদা লঙজহনবসী ভগবান্গী খুজীন্ ওইবনী হায়না লৌবা য়াই, মরমদি মমাগী গর্ভদুংদা শ্রীকৃষ্ণনা কন্‌থিব্রবা পরম ভক্ত অমস্থং কৃষ্ণদা থম্লাই-লুপ্লবা পরীক্ষিৎনা মুনিদা অয়াণ বা তৌকম থোক্তে।

মূল ১১১

কহিতে কৃষ্ণের রসে, শ্লোক পড়ে প্রেমাবেশে,
প্রেমে সনাতনের হাথে ধরি ।
গোপীভাগ্য কৃষ্ণগুণ, যে করিল বর্ণন
ভাবাবেশে মথুরানাগরী ॥ ১১১ ॥

শব্দার্থ

কহিতে—হায়বদা ; কৃষ্ণের রসে—শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যগী রা ; শ্লোক পড়ে—শ্লোক থী ; প্রেমাবেশে—প্রেমদা চঙহুনা ; প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমদা ; সনাতনের—শ্রীসনাতন গোস্বামীগী ; হাথে—খুত্তা ; ধরি—পায়হুনা ; গোপীভাগ্য—শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য চৃপ্পা উম্বগিদমক ওইরম্বা গোপীশিংগী লাইবক ; কৃষ্ণগুণ—শ্রীকৃষ্ণগী গুণ ; যে—মহু ; করিল বর্ণন—লৌখিবা ; ভাবাবেশে—ভাবাবেশদা ; মথুরা-নাগরী—মথুরাগী নাগরীশিংনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মহাপ্রভুনা সনাতনগী মফমদা ) শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যগী মরমদা রা ডাওথরম্বদা শ্লোক অমা প্রেমাবেশদা থীরম্মী, ( শ্লোক থীরম্বহুদা ) প্রভুনা সনাতনগী খুৎ পায়না পায়না থীরম্মী । মথুরা-নাগরীশিংনা গোপীশিংগী লাইবক অমসুং কৃষ্ণগুণ থাগৎতুনা ভাবাবেশদা হায়খিবা রাদো ফোঙদোক্লবা শ্লোক অহু প্রভুনা থীদরক্‌খি ।

## নৈনরোল

মথুরানাগরী—কংস হাংকে হায়হুনা শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লেঙলক্লম্বা মতমদা মহাক্কী রূপমাধুর্য্য উবদা মথুরানাগরীশিংনা হায়খিবা রাদো মথাদা পীরিবা শ্লোকসিদা হায়রম্মী । মখোয়না হায়খিবা রাগী রারোলদি অসিনী—শ্রীকৃষ্ণগী ফজরবা রূপ অসিবু আস্বাদন তৌননবা লাইবক অত্তগা মতীকচাবা হায়বহু ঐখোয়গী নৈত্তদে ; ব্রজগোপীশিংনা মত্ত আস্বাদন তৌহুনা মপোকসু মপুন্সীসু মহৈ য়াল্লহল্লে ; মসী নহামুক্কী মপোক্তা ভৌরক্পা

তপস্যাগী ফল ওইবা লাইবক্লী। তপস্যাহুগী রূ খঙলস্বা থোক্লবদি মথুরা-নাগরী ঐথোয়স্নু তপস্যাহু ভৌরম্‌গদবনী।

মূল ১১২

গোপ্যস্তপ. কিমচরন্ যদমুষ্য রূপং
লাবণ্যসারমসমোর্দ্ধমনন্যসিদ্ধম্।
দৃগ্‌ভিঃ পিবন্ত্যনুসবাভিনবং দুরাপ-
মেকান্তধামযশসঃ শ্রিয় ঈশ্বরস্য ॥ ১১২ ॥

শব্দার্থনচিংবদি মূল ১/৪/১৫৭ অহুদা য়েংবিয়্।

মূল ১১৩

তারুণ্যামৃত-পারাবার, তরঙ্গ লাবণ্য সার
তাতে সে আবর্ত্ত ভাবোদ্‌গম।
বংশীধ্বনি চক্রবাত, নারীর মন তৃণ-পাত
তাহাঁ ডুবায়, না হয় উদ্‌গম ॥ ১১৩ ॥

শব্দার্থ

তারুণ্য—মথোক-কাখৎলক্‌পা মতাঙগী মাধুর্য্য (তনৌ তনৌ ফজবা); অমৃত-পারাবার—অমৃতগী সমুদ্র; (তারুণ্যামৃতপারাবার—শ্রীকৃষ্ণগী শক্-ফমদি মথোক্-কাখৎলক্‌পগী মশক ওইবা অমৃত-ঈপাক্লী); তরঙ্গ (ঈপাক্লুগী) ইথক্লা; লাবণ্য রাশি; সার মচি; (লাবণ্য সার—রাশিগী মচংনী); তাতে—(শক্লী ঈপাক) অদুদা; সে—অদু; আবর্ত্ত-ঈরৈ; (সে আবর্ত্ত —ঈরৈদুদি); ভাব-উদ্গম—ভাব থোরক্‌পা; বংশী ধ্বনি—বাঁশীমখোল্লা; চক্রবাত—নোংঙৈল-মুংশীৎ; নারীর—নুপীগী; মন—পুক্লীঙনা; তৃণ-নাপী; পাত—তাবা; তাহাঁ-মদুদা; ডুবায়—মূপ্‌হল্লী; না হয়—ওইদে; উদ্‌গম—থোরক্‌পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-দি মথোক-কাখৎলক্‌পগী মশক-ওইবা অমৃতগী ঈপাক্লী;

শকী রাশি অছুনা ( লাবণ্যছুনা ) ঈপাক্কী ঈথক্কী । মছুদা লৈংরিবা ইরৈনা শ্রীকৃষ্ণগী ভাব ময়াম থোরকপা অছুনী । মহাকী বাঁশীগী মখোয়া নোংলৈ-মুংশীৎকী মতৌগুম্বনী ; মুনীগী ( ব্রজগোপীগী ) পুন্নীঙনা (মুংশীৎনা হুমগৎ-লগা পুবা) নাপীনী । মছুদা (নোংলৈদা) (নাপীছু) লুপ্‌ হল্লী অছুগা থোরকপা অমুক ঙম্‌দে ।

## নৈনরোল

তারুণ্যামৃত-পারাবার—সমুদ্রগী ঈশীঙগী ঙম্‌খৈ নাইদবগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী নৌনা মথোক্‌কাবগী মশক ওইবা অমৃতগী ( মাধুর্য্যগী ) সু ঙম্‌খৈ নাইদে । শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যাবু অমৃতনী হায়রবগী মরমদি অসিনী, সমুদ্রদা মাঙৈশানা ঈশীঙ লৈ, অদুবু থুমগীনীনা হাপ্তে ; অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী তারুণ্যগী মশক ওইবা সমুদ্রদি অমৃত ঙাক্লী ; অমৃত হায়বসিদি য়াম্না হাওয়ি, থুমহী-ঙমদে । অমৃত থক্লগা জীবনা অমর ওই, হকচাঙগী ফজবা, লেম্বা, রাশি-লৈবা, কুচুগী মঙান হেনগৎলী । শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-অমৃত থক্‌পগী রাদি থম্বুথম্‌থ্র-ছুনা, রূপ অমৃতসিগী মরম খন্‌বতদা খল্লিবা মীশিংছুনা অমর ওইবা ফংঙী ; মখোয়গী নিত্যদেহ ( লেঙদ্রবা হক্‌চাঙ ) ফংছুনা মতম পুম্বগী ওইনা ফজবা, রাশি, কুচুগী মঙান্ অমসুং তত্তবা আনন্দ ফংবা ঙম্মী ।

আবর্ত্ত - ইরৈ ; সমুদ্রদা নম্রগা তুরেন্দা, মফম অমতদা মায়কৈ কয়া-দগী ঈশীঙ চেন্‌শল্লকুনা ঙিল্লরবদি মফমদুদা ইরৈ অমা থোরক্‌য়ি ; মফমদুদা অসুম অসুম ছুরু ছুরু লৈবনা কোম্‌দোনা কুংশল্লী, কোমদুদা ঈশীঙ য়াম্না থুনা মথারোমদা চেন্‌শল্লী ; কোম্মদুদা করিগুম্বা পোৎ অমা তাগ্রবদি য়াম্না থুনা মথা পাঙী অদুগা ইরোম্মদা লুপ্পী ।

ভাবোদ্‌গম — ভাব থোরক্‌পা ; মোমোন্ নোক্‌পা, মীৎচিনা য়েংবা, পীশুম শৃক্‌তোক্-শৃক্‌চীন্ তৌবনচিংবা ভাব । আবর্ত্তভাবোদ্‌গম—শ্রীকৃষ্ণগী মোমোন-নোক্‌পা, মীৎচিনা য়েংবা ময়েং, পীশূম-শৃক্তোক্-শৃক্‌চীম্নচিংবা পুক্নীঙ ঙাওহন্‌বা ভাবশিংছুনা রূপ-সমুদ্রদুগী আবর্ত্তগী ( ইরৈগী ) মশক্নী ।

**বংশীধ্বনি চক্রবাত**—বাঁশী মখোনগী মশক ওইবা নোংলৈ-নুংশীৎ। চক্রগী ( কাংখোঙগী ) মওংগুম্বা নুংশীৎপু চক্রবাত ( নোংলৈ-নুংশীৎ ) কৌই। নুংশা য়াক্লা শাবা মতমদা নোংলৈ-নুংশীৎ পোক্‌ই। নুংশা য়াক্লা শাৱবদা কৱিগুম্বা মফম অমগী নুংশিৎনা য়াংখৎলকুনা থক্তা অন্নাঙবদা কাখৎত্ৰবদি মফমতু মেন্নবা মায়কৈ মরিদগী নুংশীৎ শীংচন্নক্‌ই; লাক্লিবা নুংশীৎতুনা শাগৎলগা মথক্তা শীংকৎলী, অম্মদগী অমুক মায়কৈ মরিদগী নুংশীৎ লাক্‌ই; মতৌতুম্না মফমতুদা থক্‌-কাবী নোংলৈ-নুংশীৎ শীংকৎলী। মফমতুদা নাপী-শীঙনা লৈরম্নগদি নোংলৈ ওন্‌থ্রবা নুংশীৎতুগী শক্তিনা য়াম্না থুনা নাপীতু পুখৎলী।

শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীখোন্‌জেন্‌ব্‌ নোংলৈ নুংশীৎকা চাংদম্নরি।

**নারীর মন তৃণপাত**—নুপী ওইবীগী পূরীভবু নোংলৈনা পুখৎখ্রবা নাপীগা চাংদম্নরি। নোংলৈদা তাখ্রবা নাপীনা লৈপাক শোক্‌পা ঙমদে; শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশী-খোন্দা মন (পূরীভ) তাখ্রবদি হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী বংশী-খোন্দু কনাগুম্বী নুজাগী মনাকোঙদা চঙলগা থম্খোই-লকান্নঃ য়ৌখ্রবদি মহাক্কী মন অতুম্‌ হক্‌চাঙ অমদি য়ুম্‌দা চঙনা ঙম্‌দে।

নোংলৈ নুংশীৎনা পুখৎলক্‌পা নাপীনা সমুদ্র গভগী ইরৈনুংদা তারবদি নাপীতু মতম পুম্নগী ওইনা লুপ্তুনা লৈ, মতৌ অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী বংশীধ্বনিগী মশক ওইবা নোংলৈ নুংশীৎকী শক্তিনা কনাগুম্বী নুজাগী পূরীভগী মশক ওইবা নাপীনা হক্‌চাঙ-য়ুম-কৈ থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী তারুণ্যামৃত-সমুদ্রগী হাব-ভাব মীৎচিনচিংবগী মশক ওইবা ইরৈদা তারবদা মহাক্কী মন অদুনা ময়ুমদা হল্লক্‌পা ঙম্‌দে, মতম পুম্বা মন অদু শ্রীকৃষ্ণগী তারুণ্যামৃত সমুদ্রদা লুপ্তুনা লৈ। মশীগী মর্মার্থদি অসিনী, মতুদি শ্রীকৃষ্ণগী বংশীধ্বনি মনাকোংনা তারবী নুজাতুদি মহাগী মন অতুবু ফাজন্‌বা ঙম্‌দ্রে, ইমুং-মনুংগী থবক্তা মহাবু শীজন্নবা ঙমজদে। মপূরীভতু চেন্তোক্‌খিতুনা শ্রীকৃষ্ণতমা চেন্নী। শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চৎলগা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ, নবযৌবনগী হৌনবী সৌন্দর্য্য মাধুর্য্য,

পিবি পিবি—থক্ল থক্ল ; ক্ষণ খুদিংগী পেনবা নাইদবমখৈ পামশল্লা থক্ল থক্ল ।

নেত্র ভরি—মীৎ থল্লা, মীৎ থীৎনা । "দৃগ্‌ভিঃ পিবন্তি" শব্দকী অর্থনী । ঈশীঙ য়াম্না খোৱাংলবা মীনা অয়িঙবা, অন্নবা অমম্বং অহাউবা ঈশীঙ ফংলগা য়াম্না খোৱাংনা পাত্র থল্লা থল্লা হাপ্লগা থত্তুনদা লৈ; মতৌ অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অদুবু খোৱাংজবা গোপীশিংনসু শ্রীকৃষ্ণগী রূপমাধুর্য্যদু মমীৎনা লেপ্তুবমখৈ থক্‌চৈ । খেন্নবা হায়ববু অসিনী—ঈশীঙদি থক্ল থক্লগা খোৱাংবা কোক্‌য়ি, অদুগা ব্রজগোপীশিংদি শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-অমৃতদু থক্লগা খোৱাংবা কোক্‌পদি লায়রদুনা খোৱাংবদুম অসুম অসুম হেঙ্গৎলক্‌য়ি ; মরম-দুনা রূপ-মাধুর্য্যবু য়াম্না খোৱাং খোৱাংনা ক্ষণ খুদিংগী থক্তুনা লৈ । মসী "পিবি পিবি" শব্দগী ধ্বন্যর্থনী ( খোম্লাং ওইবা মরোল্লী ) । মসিগী অতোপ্পা ধ্বন্যর্থনা অসিনী মদুদি—অরাপ্পদগী উবগী লাইবক্তু অসুক থাগৎনবাই ওইর-বোইদি শোক্ল-শম্লদুনা কোল্লরগদি মদুগী লাইবক ফবদি করিমুক হায়গনী ?

জন্ম—মপোক করম্না থাগৎনবাই ওইহল্লী হায়বদি মহৈ য়াল্‌হল্লী । গোপীশিংগী মপোকপু হায়রিবনী । গোপী কনাবু কৌয়ি? গুপ্‌ ধাতুদগী গোপী ওইরক্‌পনী ; গুপ্‌ ধাতু রক্ষণে ( ঙাক্‌শেনবদা, লোৎপদা ) ; অদু ওইরবদি রক্ষা তৌরিবা মুপীবু গোপী কৌয়ি । ব্রজগোপীশিংনা কৃষ্ণপ্রেমগী অয়োবী মতাঙবু রক্ষা তৌয়ি হায়দুনা মখোয়বু গোপী কৌরিবনী । গোপবু ( মুপাবু ) হায়দদুনা গোপীবু হায়রিবদি করিগীনো ? শ্রীকৃষ্ণগী কান্তাশিংগী (তালোই-শিংগী) মনুঙদা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণপ্রেমগী অয়োবী মতাং ( চরম বিকাশ ) অদু ফংজরবনী ; কৃষ্ণপ্রেমসাধ্যসার—কৃষ্ণবু মুংশিবা হায়বদুদি সাধ্য ( পাঙ-থোক্কদবা ) পুম্নমক্কী মচিনী । পরিপূর্ণ কৃষ্ণপ্রাপ্তি এই প্রেমা হৈতে—প্রেমদা অসিগী মহৈনা কৃষ্ণবু মপুঙফানা ফংবা হায়বদু ওইগদৌরিবনী । মরমসিনা ব্রজগোপীগী মপোক্তি প্রেমগী চরম বিকাশগী মফম্নী । শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য তংননবা অমতা-ঙায়বা উপায়সু প্রেম অসিনা ওইরি অমুক । "আমার মাধুর্য্য

নিত্য নব নব হয় । স্ব স্ব প্রেম অনুরূপ ভক্ত আস্বাদয়—ঐগী মাধুর্য্যাদি মতম পুম্বদা নৌখংতুনদা লৈ ; মাগী মাগী লৈজবা প্রেমগী মতুং ইন্না ভক্তনা মহাও তংভী ।" প্রেমগী চরম বিকাশ লৈবা মকমদা শ্রীকৃষ্ণ-মাধুর্য্যবুসু চরম ওইনা মহাও তংবা য়াই । ব্রজগোপীশিংনা মখোয়গী অসমোর্দ্ধ ( মান্নবা অমদি অহেন্‌বা লৈত্রবা) প্রেমগী পাহৈনা শ্রীকৃষ্ণগী অসমোর্দ্ধ রূপমাধুর্য্যবু আস্বাদন তৌহ্না মখোয়গী প্রেমহুবু অমসুং মপোকপু মহৈ য়াল্‌হল্লী ।

তনু—হকচাঙ । ব্রজগোপীশিংনা মখোয়গী দেহহুনা চাংদমগাই-লৈতবা শক্তী ঈপাক ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌজহ্না মখোয়গী দেহবু মহৈ য়াল্‌হল্লে । মীংনা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ য়েংজবা, নাকোঙনা মহাক্কী থুম্নবা খোঞ্জেল, রস-চেন্‌বা অথুম্বা য়াহৈ, থুম্নবা মুরলী মখোন্, অহুগা লৈতেংশিংগী অথুম্বা মখোন্ তাবা, নাতোম্না কস্তুরীগী অমদি থরোশংবগী মণম্ম ডম্না মুংশিবা অঙ্গগন্ধ ( হরুম্ ) লৌবা, লৈয়েংনা অতোন্‌বা অপাম-মুংশি কাউহনবা ডম্বা মগাক্কী চীন্‌বান্-অমৃত অমসুং ছায়রবা তাম্বুল চাজবা অহুগা উন্‌সানা বেণামূল-কর্পূরগুম্ ঈডবা দেহবু শোক্‌পন্দুনা ব্রজগোপীশিংনা মখোয়গী ইন্দ্রিয়-মণ্ডাবু মহৈ য়াল্‌হল্লী ।

মন—পুক্নীং । পুক্নীংনা নুংঙাইবা পাম্মী, পুক্নীংনা নুংঙাইবা ফংলগা মহৈ য়ান্‌জরিবনী । নুংঙাইনীংবেসিগী মহৈ য়ৌনা য়ান্‌বা হায়বহুদি শ্রীকৃষ্ণবু নুংঙাইহন্নীওবদনী, ব্রজগোপীশিংগী মচা মচাগী নুংঙাইবা পাম্বদা নত্তে । ব্রজগোপীশিংনা মখোয়গী মন-গী থবক পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইনবগীদমক তৌরগা মখোয়গী মন-বু মহৈ য়াল্‌হল্লী ।

## মূল ১১৫

যে মাধুরী ঊর্দ্ধ আন, নাহি যার সমান,
পরব্যোমে স্বরূপের গণে ।
যেঁহো সব অবতারী পরব্যোমে অধিকারী
এ মাধুর্য্য নাহি নারায়ণে ॥ ১১৫ ॥

শব্দার্থ

যে-মাধুরী-উর্দ্ধ—মাধুর্য্যদুগী মথক ; আন—অতোপ্পা অমা ; নাহি—লৈতে ; যার—মাগী ; সমান—মান্নবা ; পরব্যোম—বৈকুণ্ঠ অতিয়াদা ; স্বরূপের গণে—ভগবান্‌গী স্বরূপশিংগী মরক্তা ; যেঁহো—মহাক্লা ; সব অবতারী—অবতার পূম্নমক্কী থোরকৃকম্‌ ; পরব্যোমে—পরব্যোমদা ; অধীকারী—মপু ; এ মাধুর্য্য—কৃষ্ণগী মাধুর্য্যসী ; নাহি—লৈতে ; নারায়ণে—নারায়ণ দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরব্যোমদা শ্রীকৃষ্ণগী লৈরিবা স্বরূপ-পূম্নমক্কী মরক্তা কনামতগী লৈতে শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যদগী হেন্‌বা অমসুং মান্নবা মাধুর্য্য। অবতার পূম্নমক্কী থোরকৃকম শ্রীনারায়ণদসু হায়রিবা মাধুর্য্যতুগুম্বা মাধুর্য্য লৈতে।

মূল ১১৬

তাতে সাক্ষী সেই রমা, নারায়ণের প্রিয়তমা,
পতিব্রতাগণের উপাস্যা।
তেঁহো যে মাধুর্য্য লোভে, ছাড়ি সব কামভোগে
ব্রত করি করিল তপস্যা॥ ১১৬॥

শব্দার্থ

তাতে—মতুদা ( হ্রাফমতুদা ) ; সাক্ষী—সাক্ষীদি ; সেই রমা—লক্ষ্মীদুনী ; নারায়ণের প্রিয়তমা—নারায়ণগী নুংশিথোক্লবী ; পতিব্রতাগণের—মপুরোইবা নীংবীশিংগী ; উপাস্যা—লাৎনকম্‌ ওইবী ; তেঁহো—মহাক্লা (লক্ষ্মীনা) ; যে মাধুর্য্য লোভে—মাধুর্য্য অদু পাম্বনা ; ছাড়ি—থাদোকুনা ; সব—লোইননক ; কামভোগ—সন্‌থুম্‌গী ( ঐশ্বর্য্যগী ) নুংঙাইবা ; ব্রত করি—ব্রত ওইনা লৌরগা ; করিল তপস্যা—তপস্যা তৌজখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতুদা (হায়রবদি শ্রীনারায়ণ-দা শ্রীকৃষ্ণগীগুম্বা মাধুর্য্য লৈতে হায়রবসিদা)

সাক্ষী ওইরিবদি শ্রীনারায়ণগী নুংশিখোইবী অদুগা মপুরোইবা-নীওবীশিংগী লাংমওাই ওইরিবী শ্রীলক্ষ্মীনী। মরমদি শ্রীলক্ষ্মীনা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যবু চুপ্‌চনীওবদগী ঐশ্বর্য্যভোগ পূম্নমক থাদোক্লগা তপস্যা ব্রত তৌখি।

## নৈনরোল

নৈনরিবা পয়ারসিদা 'অসমোর্দ্ধমিতাদিগী অর্থ তৌরি।

মূল ১১৭

সেইত মাধুর্য্যসার, অন্যসিদ্ধি নাহি তার,
তেঁহো মাধুর্য্যাদি-গুণখনি।
আর সব প্রকাশে, তাঁর দত্ত গুণ ভাসে,
যাঁহা যত প্রকাশে কার্য্য জানি॥ ১১৭॥

### শব্দার্থ

সেইত—অদুমক (হায়রদি শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যদুমক); মাধুর্য্যসার—মাধুর্য্য পূম্নমক্কী মচিনী; অন্যসিদ্ধি—অতোপ্পা পোং অমনা ওইহনবা; নাহি—লৈতে; তার—মাগী (শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যগী); তেঁহো—মহাক্না (শ্রীকৃষ্ণনা); মাধুর্য্যাদিগুণ খনি—মাধুর্য্যনচিংবা গুণশিংগী খোং (খোরক্‌কম) হায়বদুনী; আর—অতৈ; সব—পূম্নমক; প্রকাশে—প্রকাশদা; তাঁর দত্ত—মহাক্না (শ্রীকৃষ্ণনা) পীবা; গুণ ভাসে—গুণ অদুনা ওাল্লী; যাঁহা—মফমদা (স্বরূপ অদুদা); যত প্রকাশে—সৌন্দর্য্য মাধুর্য্য য়াওরিবদো; কার্য্য জানি—থবক্না খঙবা উম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যদুমক মাধুর্য্য পূম্নমক্কী মচিনী; মাবু অতোপ্পা পোং অমনা ওইহনবা নত্তে। শ্রীকৃষ্ণদি মাধুর্য্যনচিংবা গুণশিংগী খোরক্‌কম খোংনী। অতৈ স্বরূপকীদা মানা পীরিবা গুণা মখোয় ওানবনী; কনাদা সৌন্দর্য্য মাধুর্য্য য়াওরিবা মিবিক অদু মাগী মাগী থবক্না খঙনী।

## লৈনরোল

অন্য সিদ্ধি নাহি তার—শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য কনাম্নতদগী লৌরবা নত্তে, মথন্তদা ওইবনী (অনন্যসিদ্ধনী)। অতোপ্পা পোংকী মতেঙ স্নাগুদব-মথৈ মথন্তনা পাঙথোক্পা অহু অনন্যসিদ্ধনী। শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য-অলঙ্কারন-চিংবা অতোপ্পা পোৎ অমনা পোক্পা নত্তে, অতোপ্পা কনানস্থু পীরক্পা নত্তে।" মহাক্কী মাধুর্য্যদি মৈগী চারুবা শক্তিগী মতৌঙম্না মহাক্কী দেহগী মছানা য়াওজবা ধর্ম্মনী, মরমদুনা অনন্যসিদ্ধনী হায়বদি স্বয়ংসিদ্ধনী।

মাধুর্য্যাদিগুণখনি—খনিগী অর্থদি খোং হায়বদি থোরকফম হায়বদি পোক্লফম্ হায়বনী। জগৎকী মণিরত্ন হায়বদুনা লৈবমথৈ খোংদগী থোরক্পা ডাল্লী, মণিরত্ন-লৈবা মীশিংদুনা মণিরত্ন পুথোক্পা নত্তে; মতৌ অদুগুম্না প্রাকৃত অমদি অপ্রাকৃত জগত্তা লৈরিবা সৌন্দর্য্য (ফজবা)-মাধুর্য্যনচি-বদীগী লোইনমকী থোরক্ফম্দি শ্রীকৃষ্ণনী।

আর সব প্রকাশে নচিংবদি—শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ অতৈ অতৈদা উরিবা সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যদু মখোয়গী স্বয়ংসিদ্ধ অমত্তা নত্তে। সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যগী থোরক্ফম্-ওইবা শ্রীকৃষ্ণদগী মখোয়না সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যবু ফংবনী।

মূল ১১৮

গোপীভাবদর্পণ, নব নব ক্ষণে ক্ষণ
তার আগে কৃষ্ণের মাধুর্য্য।
দোঁহে করে হুড়াহুড়ি, বাঢ়ে মুখ নাহি মুড়ি,
নব নব দোঁহার প্রাচুর্য্য ॥ ১১৮ ॥

## শব্দার্থ

গোপীভাব—গোপীনা কৃষ্ণবু নুংশিবগী (গোপীপ্রেম); দর্পণ—মিংশেল; নব নব—নৌদুনদা লৈ; ক্ষণে ক্ষণ—মীৎকুপ মীৎকুপ্তা; তার—মদুগী (গোপীপ্রেমগী); আগে—মাঙদা; কৃষ্ণের মাধুর্য্য—শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যনা;

দোঁহে—অনীত্থু হায়বদি গোপীপ্রেমগা কৃষ্ণগী মাধুর্য্যগা অনীনা; করে—তৌয়ি; হুড়াহুড়ি—হেন্‌গদৌবগী তান্নবা; বাঢ়ে—হেন্নৎলী; মুখ—মায়; না মুড়ি—লুকৃথদবা মখৈ; নব নব—নৌত্নুনদা লৈবা; দোঁহার—অনীগী; প্রাচুর্য্য—মরাঙ-কায়বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীনা কৃষ্ণবু নুংশিবা হায়বনা শক্তেং-মিংশেন্নী; মিংশেন্‌সিগী মমাঙদা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যাত্থু মীংকুপ খুদিঙদা নৌত্নুনদা লৈ। গোপীভাবকা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যগা অনীনা মহৈ মহৈ অমনা অমদগী হেন্ননবা হোংনৈ, মায় লুকৃথনদনা হেন্‌গৎনরম্মী; অনীত্থুনা মরাঙ-কায়বদি নৌখৎত্নুনদা লৈ।

## নৈনরোল

ত্রিপদীসিনা শ্লোকী "অনুসবাভিনবং"—গী অর্থ তৌরি। অনুসবাভিনব শব্দগী অর্থদি মীংকুপ খুদিংদা নৌত্নুনদা লৈবা হায়বনী।

## মূল ১১৯

কর্ম্ম জপ যোগ জ্ঞান, বিধিভক্তি তপ ধ্যান,
ইহা হৈতে মাধুর্য্য দুর্লভ।
কেবল যে রাগ মার্গে, ভজে কৃষ্ণ অনুরাগে,
তারে কৃষ্ণমাধুর্য্য সুলভ॥ ১১৯॥

## শব্দার্থ

কর্ম্ম—কর্ম্মযোগ; জপ—জপ; যোগ—যোগমার্গ; জ্ঞান—জ্ঞান মার্গ; বিধিভক্তি—নিয়ম-নাইবা ভক্তি; তপ—তপ; ধ্যান—ধ্যান; ইহা হৈতে—মখোয়সিনা পান্থে ওইরগা; মাধুর্য্য দুর্লভ—মাধুর্য্য ফংবা য়াদে; কেবল যে—শূপ্পগী; রাগমার্গে—রাগানুরাগ মার্গদা; ভজে—নীঙডী; কৃষ্ণ—কৃষ্ণবু; অনুরাগে—নুংশিবনা; তারে—মাগীদমক্তি; কৃষ্ণমাধুর্য্য—শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যদো; সুলভ—হোঙনা ফংঙী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কর্মযোগ, জপযোগ, যোগমার্গ, জ্ঞান মার্গ, বিধিভক্তি, তপ, ধ্যান—

ময়ামসিনা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য ফংবা য়াদে। শ্রীকৃষ্ণবু রাগানুগা মার্গদা থংশিনা নীডলবদদা কৃষ্ণগী মাধুর্য্যবু আস্বাদন তৌবা য়াই।

মূল ১২০

সেই রূপ ব্রজাশ্রয়, ঐশ্বর্য্যমাধুর্য্যময়,
দিব্যগুণগণ-রত্নালয়।
আনের বৈভব-সত্ত্বা, কৃষ্ণদত্ত-ভগবত্তা,
কৃষ্ণ সর্ব্ব-অংশী সর্ব্বাশ্রয় ॥ ১২০ ॥

শব্দার্থ

সেই রূপ—শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অদো ; ব্রজাশ্রয়—ব্রজনা রূপ-মাধুর্য্যগী মফম্নী ; ঐশ্বর্য্যমাধুর্য্যময়—ঐশ্বর্য্য অমসুং মাধুর্য্য অনীমক্কী মশক্নী ; দিব্যগুণগণ রত্নালয়—প্রাকৃত-নত্তবা গুণশিংগী মশক ওইবা রত্নগী মতম্নী ; আনের—অতৈগী, স্বরূপ অতৈগী ; বৈভব-সত্ত্বা—বৈভব (মহিমা) অমসুং সত্ত্বা (অস্তিত্ব—লৈবা) নত্রগা বৈভবকী (মহিমাগী, মতৌক ময়াইগী) সত্ত্বাদু ; কৃষ্ণদত্ত ভগবত্তা—শ্রীকৃষ্ণনা পীবা ভগবত্তানী ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; সর্ব্ব-অংশী—লোইনমক্কী থোরক্ফম্নী ; সর্ব্বাশ্রয়—লোইনমক্কী তুংফম্নী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী রস-অদুদি ব্রজদদা লৈবনী, অদুগা ঐশ্বর্য্যগা মাধুর্য্যগা অনীনা মপুঙ-ফাবা ফীভমগী রূপ অমনী, অদুগা প্রাকৃত-নত্তবা গুণশিংগী মশক ওইবা রত্নশিংগী মতম্নী। ভগবৎ-স্বরূপ অতৈগী বৈভব অমসুং সত্ত্বাদু (নত্রগা মখোয়গী বৈভবকী সত্ত্বাদু) শ্রীকৃষ্ণনা পীবা ভগবত্তানী ; শ্রীকৃষ্ণদি লোইনমক্কী থোরক্ফম্নী অমসুং লোইনমক্কী তুংফম্নী।

মূল ১২১

শ্রী লজ্জা দয়া কীর্ত্তি, ধৈর্য্য বৈশারদী-মতি ;
এ সব কৃষ্ণে প্রতিষ্ঠিত।
সুশীল মৃদু বদান্য, কৃষ্ণসম নাহি অন্য,
কৃষ্ণ করে জগতের হিত ॥ ১২১ ॥

### শব্দার্থ

শ্রী—ফজবা ; লজ্জা—ইকাইবা ; দয়া—থৌজাল, নুংশিবিবা ; কীর্ত্তি—মিংচৎ ; ধৈর্য্য—ত্তপ্ থবা ; বৈশারদী মতি—থবক হৈবগী লৌশিং ; এ সব—অসী পুম্বা ; কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা ; প্রতিষ্ঠিত—লিংহুনা লৈবনী ; সুশীল—লীচং-ফজবা ; মৃদু—মেওবা ; বদান্য—দাতা ; কৃষ্ণসম—কৃষ্ণগা মান্নবা ; নাহি—লৈতে ; অন্য—অতোপ্পা অমা ; কৃষ্ণ করে—কৃষ্ণনা তৌয়ি ; জগতের—জগৎকী ; হিত—কান্নবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ফজবা, ইকাইবা, থৌজাল, মিংচৎ, ত্তপ্ থবা ( অথাঙ কন্ববা ), থবক তৌবা হৈবগী লৌশিং—অসী পুম্নমক্কী তুঙফম শ্রীকৃষ্ণনী । লীচং-ফজবা, মেওবা তপ্পা, দান-হৈবা অতোপ্পা অমনা কৃষ্ণগা মান্নবা য়াওদে ।

মূল ১২২

কৃষ্ণ দেখি নানা জন, কৈল নিমিষ-নিন্দন,
ব্রজে বিধি নিন্দে গোপীগণ ।
সেই সব শ্লোক পড়ি, মহাপ্রভু অর্থ করি,
সুখে মাধুর্য্য করে আস্বাদন ॥ ১২২ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণ দেখি—কৃষ্ণবু উবদা ; নানা জন—মী মথন্ মথন্না ; কৈল—তৌয়ি ; নিমিষ—মীৎকুপ্প ; নিন্দন—থীনা চৈবা ; ব্রজে—ব্রজদা ; বিধি—বিধিবু ; নিন্দে—থীনা চে ; গোপীগণ—গোপীশিংনা ; সেই সব শ্লোক—শ্লোক পুম্নমক অদো ; পড়ি—থীরগা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; অর্থ করি—অর্থ হন্দোক্লগা ; সুখে—নুংঙাইনা ; মাধুর্য্য—শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যবু ; করে—তৌয়ি ; আস্বাদন—চপ্পা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণবু উরগা মী কয়ামনা মীৎকুপ্প নিন্দা তৌয়ি অমসুং ব্রজদ মীৎকুপ-শেন্বা বিধিবুসু গোপীশিংনা নিন্দা তৌয়ি ( মরমদি মীৎ কুপ্লিঙৈদ.

শ্রীকৃষ্ণবু উবা ফংদে )। মহাপ্রভুনা (মীৎকৃপ্‌কা মরী লৈনবা) শ্লোক থীহনা অর্থ হল্লগা মুংভাইনা কৃষ্ণগী মাধুর্য্যবু চুম্নী।

## মূল ১২৩

যস্যাননং মকরকুণ্ডলচারুকর্ণ-
ভ্রাজৎকপোলসুভগং সুবিলাসহাসম্।
নিত্যোৎসবং ন ততৃপুর্দৃশিভিঃ পিবন্ত্যো
নার্য্যো নরাশ্চ মুদিতাঃ কুপিতা নিমেশ্চ ॥ ১২৩ ॥

## শব্দার্থ

যস্য—মহাক্কী ; আননম্—মাইথোঙ ; মকরকুণ্ডল—ভাকিহোমগী মওং-মান্‌বা নাইন্না ; চারু—ফজরবা ; কর্ণ—নাকোঙ ; ভ্রাজৎ—ভাল্লবা ; কপোল—চায়রুঙ-না ; সুভগং—ফজরবা ; সুবিলাস হাসম্—বিলাস তৌবদা নোক্‌পা ; নিত্যোৎসব—মতম পূম্বদা হরাওবগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ; ন ততৃপুঃ—পেল্লম্‌দে ; দৃশিভিঃ—মীৎয়েংনা ; পিবন্ত্যঃ—থক্‌না ; নার্য্যঃ—নুপীশিংনা ; নরাঃ—নুপাশিংনা ; চ—অমসুং ; কুপিতাঃ—শাওরম্মী ; নিমেঃ—নিমিযবু ( মীৎকুপ্পবু ) শেম্বা নিমিবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মকরকুণ্ডল নাইন্না ফজরবা নাকোঙ অনী অদুগা অদুনা ভাল্‌হল্লবা নাপ্প-অনীদুনা হেঙ্গৎহল্লবা সৌন্দর্য্য (ফজবদু) অদুনা মাগী ওইবা, ( হরাও ভয়াংবদগী পোক্‌পা ) মনোজ্ঞা ভাল্লিবা, অমসুং (মৈচাক-কোক্‌হন্‌বা অদুগা মতমপূম্বদা মুংভাইবা পীবনী হায়রদুনা) মতম-পূম্বদা উৎসবকী মশক ওইবা—( শ্রীকৃষ্ণগী ) মায়থোঙদুবু মীৎনা থক্লগা ( য়েংলগা ) (শ্রীরাধানচিংবী) নুপী-শিংনা অমসুং ( সুবল নচিংবা ) নুপাশিংনা মুংভাইজরবসু পেন্‌বদি লৈতে ; মরমদি, (মখোয়না ততনা য়েংববু কায়হন্‌বা মীৎকুপ্প খাঙবা ভমদহনা মীৎকুপ-শেম্বা) নিমিবু শাওরম্মী।

নৈনরোল

শ্লোকশী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌখৎপনী ( ৯/২৪/৬৫ )।

নিত্যোৎসবং—মতমপুম্বদা কৃষ্ণগী মশক্তমক ওইবা । উৎসবতা (কৃষ্ণদা) মীওইবগী মীৎ-পেল্‌হন্‌বা অমসুং পুক্নীঙ-পেল্‌হন্নভাই পোং য়াম্না লৈবগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙদা মাধুর্য্যগী ঈথক—ঈপোম কয়ামা হৌয়ি ; মহু উবদা মীশিংগী মৈচাক পুঙকোক কোকৃয়ি অদুগা মখোয়গী চিত্তদু মুংভাই-ঈপাক্তা লুপ্নী। শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙগী ফীভম্নদি মতমপুম্বদা অদুম ওইদুনা লৈ। মরমদুনা মহাক্কী মায়থোঙবু 'নিত্যোৎসবম্' হায়রিবনী।

মূল ১২৪

অটতি যদ্ভবানহ্নি কাননং
ত্রুটির্যুগায়তে ত্বামপশ্যতাম্।
কুটিলকুন্তলং শ্রীমুখঞ্চ তে
জড় উদিক্ষতাং পক্ষ্মকৃদ্দৃশাম্ ॥ ১২৪ ॥

শব্দার্থনচিংবদি ১/৪/১৫৩ মূলগীদুদা য়েংবিয়ু।

মসীসু শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌দগী লৌখৎপনী ( ১০/৩১/১৫ )।

মূল ১২৫

কামগায়ত্রীমন্ত্রস্বরূপ, হয় কৃষ্ণস্বরূপ,
সার্দ্ধ চব্বিশ অক্ষর তার হয়।
সে অক্ষর চন্দ্র হয়, কৃষ্ণে করি উদয়,
ত্রিজগৎ কৈল কামময় ॥ ১২৫ ॥

শব্দার্থ

কামগায়ত্রীমন্ত্র রূপ—মন্ত্রগী মশক ওইবা কামগায়ত্রীদু ; হয়—ওই ; কৃষ্ণস্বরূপ—শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ ; সার্দ্ধ—ৎংখাই ; চব্বিশ—কুন্দরি ; অক্ষর—ময়েক ; তার—মদুগী (কামগায়ত্রীগী) ; হয়—ওই ; সে অক্ষর—ময়েক

অদু ; চন্দ্র—থা ; হয় —ওই ; কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা ; করি উদয় —থোক্হন্দুনা ; ত্রিজগৎ—মরোল অহুম ; কৈল—ওইহন্খি ; কামময়—শ্রীকৃষ্ণবু পাম্বা ভাক্তা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মন্ত্রগী মশক ওইবা কামগায়ত্রীনা শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-নী ; কামগায়ত্রীগী ময়েক কুপরি মখায়নী । ময়েক অদুনা থা ওইদুনা কৃষ্ণদা থোক্লগা মরোল অহুমবু শ্রীকৃষ্ণ পাম্বা ভাক্তা ওইহল্লী ।

## নৈনরোল

কামগায়ত্রীমন্ত্ররূপ-নচিংবা- মন্ত্ররূপ কামগায়ত্রীদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-নী মরমদি নাম-নে, মন্ত্রনে, বিগ্রহনে ( মূর্ত্তিনে ) অদুগা স্বরূপনে অমতনী ।

গায়ত্রী—গায়ত্রীমন্ত্র শোনবা মীর গায়ত্রীনা লানবী হায়বগীদমক মহাকপু গায়ত্রী কৌরিবনী । গায়ন্তং ত্রায়তে যস্মাৎ গায়ত্রী ত্বং ততঃ স্মৃতঃ । দেবতা খুদিঙমক্কী মন্ত্র অমসুং গায়ত্রী লৈ ; দেবতা অমবু পূজা তৌবা তারবদি, দেবতাদুগী মন্ত্রনা অমসুং গায়ত্রীনা পূজা তৌগদবনী । শৃঙ্গার রসরাজ মূর্ত্তি লৌবা, প্রাকৃত-নত্তবা অনৌবা মদন-গী মশক-ওইবা ( প্রাকৃত মদন বু শুম্বা ) মদনমোহন শ্রীকৃষ্ণগী গায়ত্রীবু কামগাত্রী কৌয়ি । কামগায়ত্রী অসী শোন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা ( লাংপা ) তৌগদবনী । কামগায়ত্রী মন্ত্রদি অসিনী—কামদেবায় বিদ্মহে পুষ্পবাণায় ধীমহি তন্নোঽনঙ্গঃ প্রচোদয়াৎ ।

কামগায়ত্রীগী বেদগী জপ তৌনবা রস-ভাক্তগী শক্তনী ।

কনাগুম্বনা হংবা য়াই—মন্ত্রসিবু কৃষ্ণগায়ত্রী কৌদনা কামগায়ত্রী কৌবা করিগীনো ? কামগায়ত্রী কৌরবনীনা শ্রীকৃষ্ণবু 'কাম নী' হায়বা তারে ।

পাউখুম—কম্ ধাতুদগী কাম শব্দ ওইরকপনী । কম্ ধাতুগী অর্থদি পাম্বা হায়বনী । মদু ওইরবদি অপাম্বা পোৎপু কাম কৌবা ভাই । কামশব্দ ওইনা ( হায়বদি পুম্নমক কোল্লা পাক্শন্না ) অর্থ তৌরগদি কামশব্দনা অক্সে

পুঙথোই-থোইনা পাম্বা পোৎপুনী। সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্য-বৈদগ্ধ্য-নচিংবা গুণশিং হায়রগদি শ্রীকৃষ্ণতনা খ্বায়দগী থোইবা পাম্নভাইনী, মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণতনা কাম হায়বনী। খ্বায়দগী থোইনা পাম্নভাই ওইরিবা পোৎতি প্রাকৃত নত্তে হায়দুনা মদুবু প্রাকৃত-নত্তবা কাম কৌয়ি ; মহাক্কী প্রাকৃত জীবগী প্রাকৃত-ইন্দ্রিয়গী পাম্নভাই প্রাকৃত কামদু নত্তে। প্রাকৃত-নত্তবা কামগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী সৌন্দর্য্য মাধুর্য্যনা পুন্নমক্পু কয়ামুক শুম্হৎপগে হায়বদু, মহাক্কী সৌন্দর্য্য মাধুর্য্য হায়বা অমৃত থক্‌না নত্রগা থক্লনবা হায়দুনা মী পুন্নমক্পা অভাওবগী মতৌঙম তৌয়ি ; মরমসিনা মহাক্পু "অপ্রাকৃত মদন" (প্রাকৃত-নত্তবা কাম) কৌয়ি। মদন-গী অর্থদি—ভাওহনবা মহাক হায়বনী। মীৎকুপ খুদিঙগী অপ্রাকৃত মদন অসিগী সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যনচিংবদো নৌহনদা লৈরগা অনৌ-অনৌবা মওংদা কাখৎলকুনা লৈ. মদুম তৌবনা অউবা মীবুসু অনৌ-অনৌবা মওংদা শুম্হৎলী ; মরমসিনা মহাকপু "অপ্রাকৃত নবীন মদন" কৌয়ি। মরমদুনা ব্যাপক-অর্থদা 'কাম'—শব্দসিতনা 'অপ্রাকৃত নবীন মদন' শ্রীকৃষ্ণসিতবু খঙহন্বনী ; মরমদুনা 'কামগায়ত্রীনা' অপ্রাকৃত নবীন মদনগী গায়ত্রীনী হায়বদু ভাক্‌য়ি।

গায়ত্রীসিগী অতন্নফম ওইরিবদি অপ্রাকৃত কামদেব শ্রীকৃষ্ণনী ; গায়ত্রীসী জপ তৌরগদি শ্রীকৃষ্ণবু পাম্বা হায়বদু পোক্‌য়ি—নুংশিবসু চেৎহন্বা হেল্লী। গায়ত্রীসিনা শ্রীকৃষ্ণদা নুংশিবভাক্তগী ওইবা কামনা পোক্‌হল্লী হায়দুনা মসিং কামগায়ত্রী কৌরিবনী। অশেংবদি গায়ত্রীগী অর্থসিনা শ্রীকৃষ্ণগী হায়বা থোক্তবা অঙকপা মাধুর্য্যগী চিত্র অমা গায়ত্রীগী অর্থবু চিন্তা-তৌরিবা মীগী চিত্তদা ফন্ চোংথোক্লক্‌য়ি, চিত্তদুদা পুক্নীঙ চঙলবদি পুক্নীঙবু মানা চিংশন্দবা ঙম্‌দে অদুগা মদুবু আস্বাদন তৌনীঙবনা থোৎ-থোৎ থোক্তবগী য়া লৈতে। সাধক অমগী ভাব তুংইন্‌বা মন্ত্রজপ তৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা কামগায়ত্রী জপ তৌগদবনী হায়বগী মরমদি—মন্ত্রজপ তৌগদবগী মমাঙদা মন্ত্রদুগী দেবতা ওইবা-শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অদু ফজবা মওংদা সাধক অদুগী চিত্তদা চোংথোক্লবদি মহাক্কী ভাব-কা চুনবা সেবাগী চিন্তা তৌ-তৌদুনা মন্ত্রজপ তৌবগী

খুদোংচাবা ওইগনী। কামগায়ত্রী জপ তৌবগা লোয়ননা গায়ত্রীগী অর্থতু খল্লগদি শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যময় রূপতু সাধককী চিত্তদা লংথ্রিক্লংনা থোরকপা য়াই; মরমতুনা ওইবা য়াই মন্ত্রজপ-কী মমাংদা কামগায়ত্রী জপ তৌবগী ব্যবস্থা থনম্লী।

**সার্দ্ধ চব্বিশ-অক্ষর**—ময়েক $24\frac{1}{2}$ ( কুন্মরিমথাই )। কামগায়ত্রীদা শৃপ্পা ময়েক থরসিনী—কা, ম, দে, বা, য়, বিং দ্ম, হে, পু, ষ্প, বা, ণা, য়, ধী, ম, হি, ত, ন্নো, ন, ঙ্গ, প্র, চো, দ, য়া, ৎ—চাংবাক্লা মশীঙ থীরকপা মতমদা ময়েক ২৫ ( কুন্‌গামঙা ) ফংঙী; অদুবু কুন্মঙাসিগী মনুংদা অহান্‌বা 'য়' ( কামদেবায় শব্দগী অরোইবা ময়েক য় ) অসিবু ময়েক তংখাইনী হায়না লৌয়ি। মরমসিনা কামগায়ত্রীগী ময়েক মশীঙ কুন্মরিমথাই-নী হায়রিবনী।

হায়নবা রা অমা লৈ, শ্রীপাদবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা কামগায়ত্রীগী অর্থ ফোংদোক্কে তৌবা মতমদা করম্বা অক্ষরনা তংখাই ওইগদগে হায়বদো লেপ্পা ঙম্খিদে। মতমতুদা মহাক্না অহিংদা শ্রীশ্রীরাধারাণীগী চরণ চিন্তা তৌনা তৌনা শ্রীরাধাকুণ্ডগী তোর্ববান্দা তাদুনা লৈরম্মী। ভাইহাক লৈরগা মহাক উইথরম্মী; ফীভমতুদা মঙদা উবদোনা শ্রীরাধারাণীনা থোরক্লুনা চক্রবর্ত্তী মহাশয়দা হায়রম্মী—কৃষ্ণদাস কবিরাজনা ইরিবদো লান্দে। কামগায়ত্রীদা লৈরিবা অক্ষরসী $24\frac{1}{2}$-তনী। "বান্ত-য় কারোহর্দ্ধাক্ষরং ললাটেহর্দ্ধচন্দ্রবিম্বঃ। তদিতরং পূর্ণাক্ষরং পূর্ণচন্দ্রঃ"-ইতি। কামগায়ত্রীদা বি-অক্ষর-গী মনাক্লদা-লৈবা য়-অক্ষরদি অর্দ্ধাক্ষর-নী ( ময়েক তংখাইনী ); শ্রীকৃষ্ণগী লাইবক্তা ময়েক তংখাইসিনা অর্দ্ধচন্দ্রনী (থাজ তংখাইনী। মসী নত্তবা অতৈ ময়েক-শিংদি খুদিঙমক পূর্ণ-অক্ষর ওনী। করিগুম্বা য়কারগী মতুংদা বি-কার ( বি-ময়েক ) লৈরবদি য়-কারতু অর্দ্ধ-অক্ষরনী ( ময়েক তংখাইনী ) হায়নৈ, মদুগী প্রমাণপু শ্রীরাধারাণীনা চক্রবর্ত্তীপাদদা খংহল্লম্মী। "বি-কারান্ত-য়-কারেণ চার্দ্ধাক্ষরং প্রকীর্ত্তিতম্। বর্ণাগমভাস্বদি। —বর্ণাগমভাস্বৎ হায়বা লাইরীক্তা লৈ মদুদি - য় কারগী মতুংদা বি কার লৈরবদি য় কারতুবু অর্দ্ধা-ক্ষরনী হায়নৈ।" কামগায়ত্রীগী "কামদেবায় বিদ্মহে" হায়বা অংশসিদা লৈরিবা

য়-কারসিগী মতুঙদা বিদ্যহে শব্দগী অহানবা ময়েক বি অক্ষরসী লৈ হায়রুনা 'য়' অহু অর্দ্ধাক্ষর (ময়েক তংখাই) ওইরে। চক্রবর্ত্তীপাদনা মমাঙৈঙদা প্রমাণ অসী খঙলমদবা মাল্লে ; তুংদা খিজল্লুবদা বর্ণাগমভাস্বৎ কৌবা লাইরীকুতু ফংলব। মতুঙদা মথক্তা হায়রিবা প্রমাণবচন অসিমু ফংবা ওইরম্বা তাই। কামদেবায়-শব্দগী অরোয়বা ময়েক 'য়'-বু অর্দ্ধাক্ষর (ময়েক তংখাই) কৌরিবা করিগীনো হায়বহু ম্নারীসিদগী খঙবা ঙম্মী।

সে অক্ষর চন্দ্র হয়—কামগায়ত্রীদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-নী ; কামগায়-ত্রীদা ময়েক কুন্মরি মথায়নী ; মখোয়দা ময়েক খুদিঙমক চন্দ্র ( থাজ ) অম-মম্গী মশক্নী ; মরমহুনা থাজ কুন্মরিমখায়গী পূল্লপ অহু শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ-নী। চন্দ্র কুন্মরিমখায়দা শ্রীকৃষ্ণগী হক্চাঙগী করম-করম্বা মফমদা লৈবগে হায়বদো মতুঙদা লাক্লিবা পয়ারশিংদা হায়রি।

কৃষ্ণে করি উদয়—কৃষ্ণনা চন্দ্র ময়ামহুবু থোক্হল্লগা ; নত্রগা, শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা কামগায়ত্রীনা সচ্চিদানন্দ মূর্ত্তি ওইনা শ্রীকৃষ্ণবু থোক্হল্লগা (কামগায়ত্রী শোনবগী ময়াইনা গায়ত্রী দেবতা শ্রীকৃষ্ণনা সাক্ষাৎ ওইনা চোং-থোক্লকয়ি, মসিনী ধ্বন্যর্থদি)। নত্রগা কামগায়ত্রীনা শ্রীকৃষ্ণগী দেহদো ( কৃষ্ণদা ) থা থোক্হনগা ( কামগায়ত্রী জপ তৌরবদি শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংগনী অহুগা শ্রীকৃষ্ণগী দেহদা লৈবা চন্দ্র ময়ামহুসু উবা ফংগনী হায়বা ধ্বন্যর্থনী )।

কামময়—শ্রীকৃষ্ণবু পাম্বা ডাক্তা। শ্রীকৃষ্ণগী দেহদা থোক্লিবা চন্দ্র-শিংদুনা অতুল্কী মতৌক ফজে, পূর্ণাঙ হুজে অমসুং মধুর ওইবগে হায়ববু, অহুগা চন্দ্র পূন্নমক্তনা ইঙনা মধুর শ্রীকৃষ্ণগী খ্বায়গীগা মান্নদবা মাধুর্য্যাহু অসুম হেঙ্গৎলক্পনা কয়ামুক হেঙ্গৎলক্পগে হায়ববু, মহুনা অউবা মীগী পূর্ণাঙ চিংশল্লী অমসুং মতম পূম্বদা শ্রীকৃষ্ণবু উনীঙবনা থাম্বা য়াদে অহুগা হন্না হন্না উরবকা ওবদা য়েংবগী পেন্-কৌবা লৈত্তে। অসিগুম্বা ফীভম ওইবদী মী অমা অনীতগী ওইবা নত্তে ; মরোল অহুমদা কনাগুম্বশিংগী মমাঙদা শ্রীকৃষ্ণনা চন্দ্র ময়ামদা থোক্হল্লবা, অহু ওইরবদি মখোয় খুদিঙমক্কী অহুগুম্বা কামনা ( অপাম্বা ) পোক্লিয়ি।

মূল ১২৬

সখি হে ! কৃষ্ণমুখ দ্বিজরাজরাজ ।
কৃষ্ণবপু সিংহাসনে, বসি রাজাশাসনে,
করি সঙ্গে চন্দ্রের সমাজ ॥ ১২৬ ॥

শব্দার্থ

সখি হে—হে ইতা ; কৃষ্ণমুখ—শ্রীকৃষ্ণগী মায়খোঙদি ; দ্বিজরাজ—থাজ ; রাজ—(থাজশিংগী) নিংথৌনী ; কৃষ্ণবপু সিংহাসনে—শ্রীকৃষ্ণগী দেহনা ওইবা সিংহাসন দা ; বসি—ফমত্তুনা ; রাজ্যশাসনে—লৈবাক-ভাকপগী-দমক ; করি—তৌত্তুনা ; সঙ্গে—লোয়নননা ; চন্দ্রের সমাজ—থাজগী সভা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইতাবোগ ! শ্রীকৃষ্ণগী মায়খোঙদি থাজশিংগী নিংথৌ অত্তুনী । শ্রীকৃষ্ণগী দেহত্তুনা সিংহাসন ওইরদ। মত্তুদা ফমত্তুনা থাজেশিং পুম্নমক্কা লোয়ননা রাজ্য শাসন তৌই ।

নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবদা রাডবী রাধানা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ বর্ণন তৌবগুম্বা মহাপ্রভুস্ রাধা-ভাব-তা চঙত্তুনা মভাবু শ্রীরাধানী হায়না খল্লগা কনাগুম্বা সখীদা হায়বগুম্বা রাহৈশিংসী হায়খিবনী । শ্রীপাদসনাতন গোস্বামীদু ব্রজগী শ্রীরতিমঞ্জরীনী ( নত্রগা শ্রীলবঙ্গ মঞ্জরীনী ) । মহাপ্রভুনা মহাবু শ্রীরাধানী হায়না খল্লগা অতুগা মমাঙদা লৈরিবা সনাতনগোস্বামীবু শ্রীরতিমঞ্জরীনী খল্লগা ভাবাবেশদা হে সখি ( ইতা )-হায়না কৌবা তাই ।

দ্বিজরাজ—চন্দ্র ( থাজ ) । দ্বিজ শব্দগী অর্থ অতেংদি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য হায়বা জাতি অহুম্ খঙবৈ, অদুগা উচেক অমসুং য়া (দন্ত) বুস্ খঙবৈ । দ্বিজরাজ শব্দনা দ্বিজশিংগী নিংথৌশিংবুসু খঙহল্লী ।

থাজবু দ্বিজরাজ কৌবগী মরমদি অসিনী—মতম অমদা ব্রহ্মর্ষিশিংনা চন্দ্রবু উরগা মহাক্কিনা ঐখোয়গী মপু অধিপতি) হায়বত্তু ওইরসনু—হায়বা

য়া অসী হায়রগা পিতৃশিং, দেবশিং, গন্ধর্ব্ব অমসুং ওযধি (ফৌনচিংবা মহৈ-মবোং)-গা লোয়ননা সোমদেবত-মন্ত্রনা সোমবু ( চন্দ্রবু ) ত্তন্দ ভৌরম্মী। অতুদগী চন্দ্রগী মণ্ডাল অতু য়াম্না হেঙ্গৎলকৃখি ; মণ্ডাল অতুদগী মালেমসিদা দিব্য ওযধি পুম্নমক কৌখি। থাজদগী পোক্‌পনী হায়ত্থনা অহিংদা ওযধি-শিংগী মণ্ডাল হেঙ্গৎলীবনী। মতুদগী হৌনা চন্দ্রবু ওযধীশ অমসুং দ্বিজেশ ( দ্বিজরাজ ) হায়না কৌনখি। মৎস্যপুরাণ। ২৩/১০/১৩॥"

দ্বিজরাজ-রাজ—দ্বিজরাজ ( চন্দ্র ) পুম্নমক্কী নিংথৌ। ফজবদা, মাধুর্য্যদা অমসুং ঈঙবদা চন্দ্রপুম্নমক্কী হেন্‌বা মহাক অতু দ্বিজরাজ-রাজনী ( থাজরেম্নী )।

থাজ কুন্দরি-মথায়সিগী কনশ্বা থাজনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙ-কায়াৎতা লৈবগে হায়বতু হায়থরক্‌পদা ইহান্‌-হান্‌বদা শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙগী য়া হায়বি. শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙসী থাজ কুন্দরিমথায়গী মরক্তা অমনী ; মায়থোঙ-থাজসী ফজবদা,মাধুর্য্যদা, ঈঙবদা অমসুং পুক্নীঙ তাওহন্‌বদা খ্বায় পুন্বদগী হেন্নী ; মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙবু দ্বিজরাজ রাজ ( থাজনিংথৌ ) হায়বিবনী।

নিংথৌ অমগী হৌনিবা মতৌগুম্না শ্রীকৃষ্ণমুখগী মশক ওইবা থাজ-নিংথৌগীসু সিংহাসন, মন্ত্রী, লীলা-থম্বাল, জগোইশাবা-শাবী, রাজসভা, লীকংতেন, অসিনচিংবা লোইনমক লৈ।

কৃষ্ণবপু-সিংহাসনে—কৃষ্ণগী হকচাঙগী মশক ওইবা সিংহাসন-দা ( নিংথৌগী ফাঙবলদা )। শ্রীকৃষ্ণগী দেহতু মহাক্কী মায়থোঙগী মশক ওইবা থাজনিংথৌগী ফাংবনী।

রাজ্যশাসনে—লৈপাক ঙাক্‌যি ; করি লৈপাক্কো ( রাজ্যনো ) ? কামবাজনী। কামময় হায়বদি শ্রীকৃষ্ণবু পাম্বা প্রজাশিংবু শাসন তৌয়ি।

চন্দ্রের সমাজ—অতোপ্পা থাজ কুনদুমদোই মথায়তু মায়থোঙ-থাজ নিংথৌগী পার্ষদ নী ( লোইনম্‌ খন্নিন্নী )।

মূল ১২৭

দুই গণ্ড সুচিক্কণ, জিনি মণিদর্পণ,
সেই দুই পূর্ণচন্দ্র জানি।
ললাট অষ্টমী-ইন্দু, তাহাতে চন্দনবিন্দু,
সেহো এক পূর্ণচন্দ্র মানি ॥ ১২৭ ॥

## শব্দার্থ

দুই—অনী ; গণ্ড—নাপ্ল ; সুচিক্কণ—ফজনা লংত্রিক্-লংবা ; জিনি—ওমজনা ; মণি দর্পণ—মণিগী মীৎয়েংশেল ; সেই দুই—অনীদো ; পূর্ণ-চন্দ্র—মপুঙফাবা থাজ ; জানি—হায়না খঙ্গী ; ললাট—লাইবক্না ; অষ্টমী-ইন্দু—(শুক্লা-পক্ষগী) নীপান্নী পান্‌বগী থাজনী, থা-তংখাই ; তাহাতে—মহুদা, (লাইবক্তা) চন্দন-বিন্দু—চন্দনগী বিন্দু ; সেহো—মহুম্ম ; এক—অমা ;পূর্ণচন্দ্র—থানিন্নী ; মানি—( হায়না ) লৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী নাপ্ল অনীহু মণিগী মিংশেনবু ওমজনা লংত্রিক লংঙী ; নাপ্ল অনীদো মপুঙফাবা থাজনী। লাইবক্না নীপান্নীগী থাজনী হায়বদি থা তংখায়নী, মহুদা ( লাইবক্তা ) চন্দনবিন্দু লৈ ; মহুম্ম পূর্ণচন্দ্র অমনী।

## নৈনরোল

মায়থোঙনা থা অমা, নাপ্ল অনীনা থা অনী, লাইবক্না থা-তংখায় অদুগা লাইবক্তা চন্দ্র-বিন্দুনা থা অমা ; অম্মুন্না থা মরি মথায় ফংলে।

মূল ১২৮

কর-নখ চাঁদের ঠাট বংশীর উপর করে নাট,
তার গীত মুরলীর তান।
পদনখ-চন্দ্রগণ, তলে করে নর্তন,
নূপুরের ধ্বনি যার গান ॥ ১২৮ ॥

## শব্দার্থ

কর—খুৎ ; নখ—খুজিল্ ; (করনখ—খুৎকী খুজীন্) ; চাঁদের ঠাট—থাজগী স্থিতি (লৈবা) ; বংশীর—বাঁশীগী ; উপর—মথক্তা ; কারে—তৌয়ি ; নাট—জগোইশাবা ; তার—মতুগী ; গীত—ঈশৈনা ; মরলীর তান—মরলীগী তান্ ; পদনখ খোঙগী খুজীন্গী মশক ওইবা ; চন্দ্রগণ—থাজশিংনা ; তলে—মখাদা ; করে নর্ত্তন—জগোই শাই ; নূপুরের—নূপুরগী ; ধ্বনি—মখোল্লা ; যার—মহাক্কী ; গান—ইশৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী খুৎকী খুজীন্শিংদু থাজ ওক্লী, মখোয়না বংশীগী মথক্তা জগোই শাই ; ( জগোই-শারিবা ) থাজশিংছুনা ঈশৈগী তান্গা লোয়ন-লোয়ননা (জগোই শাই)। খোঙগী খুজীন্গী মশক ওইবা থাজশিংনা মখাদা জগোই শাই ; মখোয়গী ঈশৈদি নূপুরগী মখোল্নী।

## নৈনরোল

মমাঙগী থংনবা ত্রিপদীদা থাজ মরি মখায়গী রা হায়খ্রে। হৌজিক নৈনরিবা ত্রিপদীসিদা থাজ কুন্গী রা হায়রি।

রাজসভাদা জগোইশাবা য়াওয়ি ; খুজীন্গী মশক-ওইবা থাজশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মায়খোঙ-থাজগী মশক ওইবা দ্বিজরাজ-রাজগী সভাদা জগোই-শাব্নী ; বংশীগা নূপুরগগী খোঞ্জেল্লা রাজসভাসিগী ঈশৈনী।

## মূল ১২৯

নাচে মকরকুণ্ডল, নেত্র-লীলা কমল,
বিলাসী রাজা সতত নাচায়।
ভ্রূ-ধনু, নাসা বাণ ধনুর্গুণ দুই কাণ,
নারীগণ লক্ষ্য বিন্ধে তায়॥ ১২৯ ॥

### শব্দার্থ

নাচে—জগোই শাই ; মকরকুণ্ডল—মকর কুণ্ডল সাইদা ; নেত্র—মীৎনা ; লীলা কমল—হাই হুমত্তুনা শান্নবা খুত্তা পায়বা থম্বাল ; বিলাসী—শান্নহৈবা ; রাজা—নিংথৌমা ; সতত—মতম পুম্বদা ; নাচায়—জগোই শাই ; ভ্রু ধনু—পীশূম্না লীরুংনী ; নাসা—নাতোম্না ; বাণ—তেন্নী ; ধনুগু'ণ—লীরুংগী থৌরীনা ; দুই—অনী ; কাণ—নাকোঙনী ; নারীগণ—নুপী-নুজাশিংনা ; লক্ষ্য—পান্দম্নী ; বিন্ধে—পাল্লী ; তায়—মখোয়দা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়থোঙ লেঙবগা লোয়ননা নাকোঙগী মকর কুণ্ডল অহু লেঙঙী ; মীৎনা লীলা-কমল হায়বা থম্বাল্লী ; বিলাসী (শান্নহৈবা) মায়থোঙ-থাজ নিংথৌনা তৎক্তনা জগোই শাহল্লী ; পীশূম অনীনা লীরুংনী ; নাতোম্না তেন্নৈনী ; লীরুং-তেনগী থৌরীনা নাকোঙ অনীনী। তেনগী পান্দম্না নুপী-নুজাশিংনী। মখোয়দা তেন্ পাল্লী।

## নৈনরোল

বিলাসী রাজা—শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙবু বিলাসী ওই হায়রি। মহুগী মরমদি অসিনী—বিলাস লৈবা মীবু বিলাসী কৌয়ি। মুংশিঙরিবা মীগা সঙ্গ তৌবা মতমদা খোঙথাঙ, মকম, আসন, মায়-মীৎনচিংবগী থো'দোনা মতমত্তুদা ওইবা মতৌ মরাঙ অত্তুবু বিলাস কৌয়ি। তশেংবা-প্রেম চেনবী গোপী-শিংগী মনাক্তদি প্রেমসমুদ্রদা মপাঙ্গল-কনবা ঈথক ঈপোম হৌয়ি। ঈথক ঈপোম ময়ামত্তুনা মহৈ মহৈ থেঙ্গায়নবা মতমদা—মায়থোঙগী চঙ-খোনবা মতৌমরাঙ, মকরকুণ্ডলগী কত্তবা জগোই, পীশূম্না নীক্পা, মীৎ-থম্বাল অনীগী নোক্না শাবা জগোই, ভাংঙানবা চীনবান্ অনীনা হাইকেৎ কাঙবা, কুণ্ডবু ডমত্তবা য়াতা পরেংবু হাইকেৎ উৎপা—মতৌ ময়ামসিনা মরম ওইত্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙ থাজগী থোইদোক্পা ফীভম অমা পোক্যি, থোইদোক্পা ফীভমসিমক মায়থোঙ-থাজগী বিলাস হায়বত্তুনী ; মরমত্তুনা মঙ্গকপু বিলাসী কৌরিবনী।

মূল ১৩০

এ চাঁদের বড় নাট, পসারি চাঁদের হাট,
বিনিমূলে বিলায় নিজামৃত।
কাঁহো স্মিত-জোৎস্নামৃতে, কাহাকে অধরামৃতে
সব লোক করে আপ্যায়িত ॥ ১৩০ ॥

## শব্দার্থ

এ চাঁদের—থাজসিগী ; বড় নাট—অচৌবা জগোইনী ; পসারি—শন্দোক্লুনা, থেন্দুনা ; চাঁদের—থাজশিংগী ; হাট—কৈথেল ; বিনিমূলে—মমল য়াওদবমখৈ ; বিলায়—য়েন্থোক্লি ; নিজামৃত—থাজ মাগী লন্নাই অমৃত ; কাঁহো—কনামদা ; স্মিত—নোক্ফেং, হাঈনোক্ ; জোৎস্না—থাবল ; অমৃতে—অমৃতনা ; কাহাকে—কনামদনা ; অধরামৃতে—চীন্বান্-অমৃতনা ; সব লোক—মী পুম্নমক্ ; করে—ওইহল্লী ; আপ্যায়িত—অপেন্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙ থাজগী অচৌবা জগোইনী, থাজশিংগী কৈথেল শন্দোক্লুনা (থেন্দুনা) মমল লৌদবমখৈ মায়থোঙ-থাজগী লন্নাই অমৃত য়েন্নী। কনামদা হাঈনোক-থাবল কৌবা অমৃতনা, অহুগা কনানদনা চীন্বান্-অমৃতনা মী পুম্নমক্পু পেন্হল্লী।

## কৈনরোল

নিংথৌগী রাজধানীদা কৈথেল লৈবগুন্না কৃষ্ণ-মায়থোঙগী মশক ওইবা থাজনিংথৌগী রাজধানীদসু কৈথেল লৈ : কৈথেলসিগী দোকান্দারশিংদি থাজজাক্কী ; নিংথৌনা দোকান্দারশিংসিগা লোয়ননা মমল লৌদবমখৈ রাজধানীদা তিন্নবা মীশিংদা মচামঙ্কী অমৃত য়েন্নখী। নিংথৌদি থৌজাল য়াম্না হৈ, মরমদুনা মমল লৌদ্রবসু অমৃত য়েন্নখী। বৃন্দাবনদুদা মহাক্কী রাজধানী নী।

## মূল ১৩১

বিপুল আয়তারুণ, মদন-মদঘূর্ণন
মন্ত্রী যার এই দুই নয়ন।
লাবণ্যকেলিসদন, জননেত্ররসায়ন,
সুখময় গোবিন্দনয়ন ॥ ১৩১ ॥

## শব্দার্থ

বিপুল আয়ত অরুণ—চাউনা লাউরবা ঙাংঙানবা ; মদন মদঘূর্ণন—কামগীময়াইনা ভোরোক-ভোরোক ওল্লিবা ; মন্ত্রী—মন্ত্রী ; যার—মহাক্কী (মুখচন্দ্রগী) ; এই দুই নয়ন—মীৎ অনীসী ; লাবণ্যকেলিসদন—রাশিগী শান্নফম্নী ; জননেত্ররসায়ন—খ্বায়গী মীৎপু নুংঙাইহনবা ; সুখময়—নুংঙাই-বগী-ডাক-ওইবা ; গোবিন্দনয়ন—শ্রীকৃষ্ণগী মীৎনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোংগী থাডগী মন্ত্রীদি মাগী মীৎ অনীদুনী : মাগী মীৎতি লাউরি, চাউরি অরুগা ঙাংলে, অমসুং কামগী ময়াইনা ভোরোক-ভোরোক ওনী। শ্রীগোবিন্দগী মায়থোংদি নুংঙাইবগী মহুম্নী, লাবণ্যগী (রাশিগী) শান্নফম্নী অমসুং খ্বায়গী মীৎশিংগী পেন্থহনবনী।

## নৈনরোল

**মন্ত্রী** হীরম খুদিংদা নিংথৌগী ম্যা তানফম ওইবা অহূন্ মন্ত্রী কৌয়ি। শ্রীকৃষ্ণগী মীৎনা য়েংবা মায়কেদা মহাক্কী মায়থোংসু ওনী ; মীৎয়েং-তাফম ওইবা মহাক্তুদা মায়থোংগী নশক ওইনা নিংথৌনা চান্বী ; কৃষ্ণ মায়থোংগী নশক ওইবা দ্বিজরাজনা কৃষ্ণগী চিত্তবু হুরাল্লী হায়বগী মরাল-লৈবা মরম্না গোপীশিংবু পীশুম-তেম্না অদুগা নাতোন-তেনাজনা কাপ্পুনা পান্হল্লী ; মসী তৌরিবসী মন্ত্রী ওইবা মীৎনা পীবা ইঙ্গিতনী।

**গোবিন্দ বদন**—গোপবেশ থোন্বা রেণু-খোংবা, নবকিশোর, নটবর, ব্রজেন্দ্র নন্দনগী বদন (মায়থোং)। ব্রজেন্দ্রনন্দনগী সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্যনা খ্বায়দগী

পুঙহেল-হেল্লী হায়বগী কোঙদোক্লবা হায়রুনা ‘গোবিন্দ’ শব্দসী শীজন্নরি-বনী। মকমসিদা গোবিন্দ শব্দগী অর্থদি শন্‌জেন্নহা শ্রীকৃষ্ণ ব্রজনিংথৌ মপারি হায়রিবনী। নত্রগা, গোবিন্দ—গো হায়বদি ইন্দ্রিয় পুন্নমকপু য়োক্‌পা মহাক হায়বনী। মহাক্কী রূপ, রস, গন্ধ, স্পর্শ, শব্দ-না মীং, নাকোঙ, নাতোন, লৈয়েঙ, উন্‌শান্‌চি বা ইন্দ্রিয় পুন্নমক্না মচা মচাগী ওইবা আস্বাদন-তৌনঙাই পোংলম ফংহুনা পেল্লী অমসুং মহৈ য়ানৈজে হায়বগীদমক মহাকপু গোবিন্দ কৌরিবনী। মাগী বদনগী সৌন্দর্য্য-মাধুর্য্য-নচিংবা য়েংবদা মীংকী পুঙপেন্‌-পেনবা অতুগা মহৈ য়্যান্‌বা হায়বহু ওই হায়বগীদমক্তা ‘গোবিন্দ-বদন’ হায়বা শব্দসী শীজন্নরিবনী।

## মূল ১২২

যার পুণ্য-পুঞ্জ-ফলে, সে মুখ-দর্শন মিলে,
দুই আঁখ্যে কি করিবে পানে।
দ্বিগুণ বাঢ়ে তৃষ্ণা-লোভ, পিতে নারে মনঃক্ষোভ
দুঃখে করে বিধির নিন্দনে॥ ১৩২॥

শব্দার্থ

যার—মহাক্কী (কনাগুম্বগী) ; পুণ্যপুঞ্জ ফলে—পুণ্য মপৈগী ফল ওইনা ; সে—মহু ; মুখদর্শন—শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙ উবা ; মিলে—ফংঙী ; দুই আঁখ্যে—মীং অনীনা ; কি—করি ; করিবে—তৌগনী, কাননী ; পানে—থক্‌পগীদমক্তা ; দ্বিগুণ—শরূক অনী ; বাঢ়ে—হেঙ্গৎলী ; তৃষ্ণা—থৌরাংবা ; লোভ—মিংহৌবা ; পিতে নারে—থক্‌পা ঙম্‌দে ; মনঃক্ষোভ—পুক্নীঙ লাংতক্লে ; দুঃখে—থরাইরানা ; করে—তৌরি ; বিধির—বিধিবু ; নিন্দনে—থীনা হায়বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মপোক ময়ামগী মনুঙদা তান্‌শল্লক্‌পা পুণ্যগী ময়াইনা কনাগুম্বনা শ্রীগোবিন্দগী বদন দর্শন ফংলবদা মীহুগী মমীং অনীহুত্তনা মাধুর্য্যবু থক্‌পদোনা

য়েংবা য়াগদ্রে ? খৌরাংবদো পাম্বদি শরুক অনী অনী হেন্সংলক্লি ; থক্পদা ওকুহনা মপুক্লীড লাওতক্লে ; থরাই য়াবনা বিধিবু ( সৃষ্টিকর্তাবু ) নিন্দা তৌয়ি।

নৈনরোল

**পুণ্যপুঞ্জফলে**—পুণ্যগী অর্থদি মকমসিদা স্বর্গনচিংবা ভোগ-তৌনড়াই লোক ফংহন্নবা সৎকর্ম্ম অদু নত্তে। পুক্লীড-শেংহন্নড়াই ওইবা থবকপু পুণ্য কর্ম্ম কৌবা য়াই ( পূ+ড়ুণ্য ) ; স্বর্গনচিংবা ভোগ তৌনড়াই লোক ফংহন্‌বা কর্ম্মহুনা চিত্তবু পবিত্র ওইহন্‌বা ঙম্দে ; মরমদি, ভোগসুখ ফংনীঙ্বাদা মাঙদে। মকমসিদা পুণ্যগী অর্থদি মহৎকৃপাগী মরাইনা শুদ্ধাভক্তি তৌবদগী পোক্পা অকবা লাইবক হায়বনী। মরমদি, শুদ্ধাভক্তি তৌরগা লন্নাই ওইনা হুৎ ড়াইনবা বাসনা হু মাওড়ী, চিত্তগী পবিত্রতা ফংবা য়াই। মদু ওইরবদি নিত্য-সিদ্ধ ( মতম পুম্নমক্ ওইবা ) কৃষ্ণপ্রেমদু থম্মোইদুদা চোংখোরক্‌য়ি। কৃষ্ণপ্রেম ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ) পোক্লবদি কৃষ্ণ কৃপাদগী মতম চানা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্ নক্পা য়াই অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংবা য়াই।

**দ্বিগুণ বাড়ে**—শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌনীঙ্বত্ত শরুক অনী হেন্সংলী। প্রাকৃত ওইবা মোদি পান্নবস্থ লেপ্তোক্পা হায়বা অমা লৈকদি, শ্রীকৃষ্ণগী মাধর্য্যত্ থক্পা তৌবদি তৌবদগী অহুম লেপ্থোক্পা নৈতনা তেম্না তেম্না থগৎলী।

**দুঃখে করে বিধির নিন্দন**—থরাই নুংড়াইতবনা গোপীশিংনা বিধিবু নিন্দা তৌয়ি। মরমদি অসিনী—শ্রীকৃষ্ণগী মায়খোঙ থাজবা য়েংবা নীদা মীং অনীদম বিধিনা পিরম্বা করিগীনো ? মীং লক্ষকোটি পাল্লবকা ওবদা য়ে বগী ওক্পা লৈরোই; বিধিনা ওমবা মীং শারম্দে, অহুনা বিধি মহাক অপাওবনী।

মূল ১৩৩

না দিলেক লক্ষকোটি, সবে দিল আঁখি দুটি,

তাতে দিল নিমিখ আচ্ছাদন।

বিধি জড় তপোধন রসশূন্য তার মন

নাহি জানে যোগ্য সৃজন ॥ ১৩৩ ॥

### শব্দার্থ

না দিলেক—পীরম্দে ; লক্ষকোটি—কোটি কোটিদো লক্ষ অমা ; সবে—খক্তা ; দিল—পীরম্মী ; আঁখি—মীৎ ; দুটি—অনী ; তাতে—মহুদা ; দিল—পীরম্মী ; নিমিখ—মীৎকৃপকী ; আচ্ছাদন—কুপ্পা ; বিধি—লৈশেম্বা লাই ; জড়—বুদ্ধি-ফক্পা ; তপোধন—তপস্বী̃নী ; রসশূন্য—রস-য়াওদবা ; তার—মাগী ; মন—পুক্নীঙ ; নাহি জানে—খঙদে ; যোগ্য—মতীক-চানবা ; সৃজন—মশেম, সৃষ্টি ।

#### ঐতেজোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন পেন্না তৌননবা মীৎ লক্ষকোটি বিধিনা পীরম্দে, শুপ্পনা মীৎ অনীখক্তা পীরম্মী ; অদুদসু অমুক মীৎকুপ্‌সু হাপ্‌চন্নী । লৈশেম্বা বিধিসে তপ হায়বদুনা মরল ওইরবসু বুদ্ধি ফক্পা তপস্বী অমনী ; মরমদি মহাক্কী পুক্নীঙদি রস-লৈতবা অমনী ; মতীক্ চাবা মশেম্ হায়বদো খঙদে ।

## নৈনরোল

অপোধন—তপঃ ( তপস্যানা ) মরল ওইবা মহাক ; অরাবা অকনবা তপস্যাদা লুপ্পা মহাক । অকনবা তপস্যা তৌবনা থম্মোই কংলবা মরম্না মহাক্কী মপুক্নীঙ পুকং কংখরে, রস কয়িনো হায়বদু খঙদরে । রস লৌনবা নত্রগা খঙনবা শক্তিদু বিধিগী লৈরমদে । লৈরম্লবদি কৃষ্ণমাধুর্য্য-রস চুপ্পনবা মীৎ অনীদমক পীরম্লোইদোবনী ।

## মূল ১৩৪

যে দেখিবে কৃষ্ণানন, তার করে দ্বিনয়ন
বিধি হঞা হেন অবিচার ;
মোর যদি বোল ধরে কোটি আঁখি তার করে
তবে জানি যোগ্য সৃষ্টি তার ॥ ১৩৪ ॥

### শব্দার্থ

যে—মহাক্না ; দেখিবে—য়েংগনী ; কৃষ্ণানন—কৃষ্ণগী মায়থোঙ ; তার—মহাক্কী ; করে—শায় ; দ্বিনয়ন—মীৎ অনী ; বিধি—সৃষ্টিকর্ত্তা

(লৈশেম্বা) ; হঞা — ওইরগা ; হেন — অসিগুম্বা , অবিচার - য়াখল য়াৎপা (বিচার-লিংদবা)"; মোর — ঐগী ; যদি — বদি ; বোল — মত ; ধরে — লৌবা ; কোটি আঁখি — মীৎ কোটি ; তার — মাগী ; করে — ওইহন্গনী ; তবে — অদুু ওইরবদি ; যোগ্য — মতীকচাবা ; সৃষ্টি — মশেম ; যার — মহাক্কী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙবু য়েংবা মীদা মমীৎ অনীদমক পাল্লম্বা ! মসী বিধি ওইরগা তৌরম্বসী মহাক্কী বিচার য়াৎপনী । ঐগী মত হায়বা তারবদি (কৃষ্ণ-মায়থোঙ য়েংবা মীদদি) মীৎ কোটি পালহল্লগদবনী, মহুদদা বিধি মানা মতীক-চাবা সৃষ্টি তৌরে হায়না খঙগদবা !

## নৈনরোল

**অবিচার** — কনাগুম্বা মী অমগী ফংফম থোক্পা অদু পীদবদি অবিচার ( বিচার-লানবা ) কৌয়ি । বিধিদো বিচার চুন্না ফজনা তৌবা হৈতে ; মসী হায়বগী মরমদি অসিনী — তৌজমল মতুং ইন্না পিদাভানা জীব শেম্মী । গোপীশিংনা খল্লম্মী — মখোয় নহানুন্দী মপোক কয়াদা তৌভরকপা পুণ্য কর্ম্মগী ফল ওইবা তাই হন্দক-মপোক্তা কৃষ্ণদর্শন ফংজরিবসী । মখোয়গী পুণ্য কর্ম্মশিংত্‌ বিচার তৌবগা কৃষ্ণদর্শন তৌনিনবগী মতীকচাবা মফমদস্ত মপোরবু পিথিনা পোকহন্‌বিরম্বা ওইবা তাই ; অসী কাওবদি বিধাতাগী বিচারতু নাতৈ-চাবা অমনী হায়বা য়াই । অদুবু কৃষ্ণদর্শন তৌনবগী মরায়বক লৈরবা, অদুগা কৃষ্ণদর্শন তৌবা য়াগদবা মফমদস্ত পোক্হল্লগা মখোয়গা মীৎ অনীদমক পাল্‌হন্‌বদি বিধাতাগী য়ায়েল অদু নাতৈ-চাদবা অমনী । মখোয়গী মীৎ কোটি কোটি পাল্‌হল্লম্‌গদবনী । মদু তৌদ্রবনা বিধাতানা অবিচার তৌরে ।

মূল ১৩৫

কৃষ্ণাঙ্গমাধুর্য্য-সিন্ধু, মুখ-সুমধুর ইন্দু,
অতিমধুর স্মিত-সুকিরণে ।
এ-তিনে লাগিল মন, লোভে করে আস্বাদন,
শ্লোক পঢ়ে স্বহস্তচালনে ॥ ১৩৫ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণাঙ্গ-মাধুর্য্য-সিন্ধু—শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গগী মাধুর্য্য-ঈপাক ; মুখ—মায়থোঙনা ; সুমধুর—মধুর ফজনা ওইবা ; ইন্দু—থাজনী ; অতিমধুর—য়াম্না ফজবা ; স্মিতসুকিরণে—মায়থোঙ থাজগী মঙালদি শ্রীকৃষ্ণগী মোমোন্নোক্পনী ; এ-কিরণে—অহুমসিদা ; লাগিল—নপ্খ্রে ; মন—পুক্নীঙ ; লোভে—মিহৌবদগী ; করে আস্বাদন—মহাও তংঙী ; শ্লোক পড়ে—শ্লোক থী ; স্বহস্তচালনে—মখুৎ লেঙ-খোৎতুনা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ মাধুর্য্যদি সমুদ্রনী ; মায়থোঙনা য়াম্না ফজরবা থাজনী ; মোমোন্নোক্পা মনোক্না থাজগী ফজরবা মঙান্নী ; অহুমসিদা পুক্নীঙ নপ্খরে ; মিহৌরত্তুনা মাধুর্য্যদু চুপ্পী ; অহুদগী খুৎ হাই হুম্দুনা শ্লোক থীরম্মী প্রাভুনা ।

## নৈনরোল

কৃষ্ণাঙ্গমাধুর্য্যসিন্ধু—শ্রীকৃষ্ণগী হক্চাঙদি মাধুর্য্যগী ঈপাক্না চাংদমঙাইনী । ফীভম পুম্নমক্তা থবক্নতৌগী চঙখোন্বা অমসুং মহাও তংনঙাইওইবদু মাধুর্য্য কৌয়ি ।

### মূল ১৩৬

মধুরং মধুরং বপুরস্য বিভো

মধুরং-মধুরং বদনং মধুরম্ ।

মধুগন্ধি মৃদুস্মিতমেতদাহো

মধুরং মধুরং মধুরং মধুরম্ ॥ ১৩৬ ॥

#### শব্দার্থ

মধুরং মধুরং—ফজে ফজে ; বপু—হক্চাং ; অস্য—মহাক্কী ; বিভোঃ বিভু শ্রীকৃষ্ণগী ; মধুরং মধুরং বদনং মধুরং—মায়থোঙদু ফজে ফজে ফজে হায়বদি মায়থোঙনা অমুক হেন্না ফজে ; মধুগন্ধি—খোইগী মঙমঙবা ; মৃদুস্মিতম্—মোমোন্ নোক্পা ; এতৎ—অসিনা ; অহো—করি হায়নী ; মধুরং মধুরং মধুরং মধুরং—ফজে ফজে ফজে ফজে হায়বদি পুংহেন্ হেন্না ফজে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

করি হায়নী কৃষ্ণগী অঙ্গ অসী য়াম্না ফজে, মতুদগী মায়থোঙনা অমুক হেন্না ফজে, অদুগা মোমোন্-নোকপা মনোক অহুনা অমুক পুঙহেন্ হেন্না ফজে।

## মুল ১৩৭

সনাতন ! কৃষ্ণমাধুর্য্য অমৃতের সিন্ধু।
মোর মন সান্নিপাতি, সব পিতে করে মতি,
দুর্দ্দৈব বৈদ্য না দেয় একবিন্দু ॥ ১৩৭ ॥

## শব্দার্থ

সনাতন—হে সনাতন ; কৃষ্ণমাধুর্য্য—শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যাদি ; অমৃতের সিন্ধু—অমৃতগী সমুদ্রনী ; মোর মন—ঐগী পুক্নীঙনা ; সান্নিপাতি—সান্নিপাতিনা শাবা ; সব—লোইনমক ; পিতে—থক হায়না ; করে মতি—নীঙজী ; দুর্দ্দৈব—লাইবক থীবা ; বৈদ্য—মাইবনা ; না দেয়—পীদে ; একবিন্দু—মপীক অমা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—হে সনাতন ! কৃষ্ণগী মাধুর্য্যাদি অমৃতগী সমুদ্রনী ; ঐগী পুক্নীঙনা সান্নিপাতিনা শাবনী ( শাবগুম্মী ), মাধুর্য্যদু লোইনা থক্কে নীঙজী ; অদুবু লাইবক্-থীবা কৌবা মাইবনা মপীক্ অমত্তা ওবা পীথক্তে।

## নৈনরোল

কৃষ্ণমাধুর্য্য অমৃতের সিন্ধু - শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যদি অমৃতগী ঈপাক্নম্না মপান্নাইদে।

মোর মন সান্নিপাতি—ঐগী মন দি সান্নিপাত কৌবা লাইনানা শাবগুম্মী। সান্নিপাত হায়বসিদা মুংশীংনে পিত্তনে অমসুং লোক্ক-নে অহুমশী শাংগৎলী। সান্নিপাত-না শাবা মীদি ঈশীঙ য়াম্না থোৎরাংজী ; কয়ামুক থোৎরাংবগে হায়রবু ঈশীঙ খুজাই উরম্বু খুজাইদুমা থক্লীঙজী, পুখ্রী উরগম্বু

পুথ্রীহ্না লোইনা থরীঙউী। অঁহুবু মাইবনা অতৈ লাইথেং লাকনী হায়বা কিবদগী ঈশীঙ য়াম্না শীথক্তে। থরুদং শীথকপহুন্দি শীথক্তবগুম্মী অনাবগী বাথন্দা।

শ্রীমন্মহাপ্রভুনা সমুদ্রগী ঈশীঙগুম্না য়াগ্রবা কৃষ্ণমাধুর্য্য চুপ্নীঙবদো লাইবক থীবদগী মরীক অমা ফাওবা থকপা ফংদ্রে হায়রম্মী।

মূল ১৩৮

কৃষ্ণাঙ্গ লাবণ্যপুর, মধুর হৈতে সুমধুর,
তাতে যেই মুখ-সুধাকর।
মধুর হৈতে সুমধুর; তাহা হৈতে সুমধুর,
তার যেই স্মিত-জ্যোৎস্নাভর॥ ১৩৮॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণাঙ্গ—শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙদি; লাবণ্যপুর—লাবণ্যগী (রাশিগী) সমুদ্রনী; মধুর হৈতে সুমধুর—য়াম্না য়াম্না থুম্মী হায়বদি ফজৈ; তাতে—মহুদা; যেই মুখ—মায়থোঙদো; সুধাকর—অমৃত-পোকপা থাজনী; মধুর হৈতে সুমধুর—য়াম্না য়াম্না ফজৈ; তাহা হৈতে—মহুদগী (মায়থোঙ থাজদগী); সুমধুর—হেন্না মধুর ওই; তার—মায়থোঙহুগী; যেই—মহু; স্মিত—মোমোন-নোকপা কৌবা; জ্যোৎস্না—থাবন্না; ভর—থনবা।

মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদি রাশিগী (লাবণ্যগী) ঈপাক্কী, মরমহুনা শ্রীঅঙ্গহু য়াম্না য়াম্না ফজৈ। অঙ্গহুদা অমুক মায়থোঙ থাজনা অমুক হেন্না ফজৈ; মায়থোঙ-থাজদগী হেন্না ফজবদি থাবল্গী মশক ওইবা মোমোন্-নোকপা হাইনোত্তুনী।

মূল ১৩৯

মধুর হৈতে সুমধুর, তাহা হৈতে সুমধুর,
তাহা হৈতে অতি সুমধুর।
আপনার এক কণে, ব্যাপে সব ত্রিভুবনে,
দশ দিকে বহে যার পূর॥ ১৩৯॥

## শব্দার্থ

মধুর হৈতে সুমধুর—শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদি) য়াম্না মধুর ওই ; তাহা হৈতে —মচুদগীসু হেন্না ; সুমধুর—য়েৌনা ফজে ; তাহা হৈতে—মচুদগীসু অমুক হেন্না ; অতি সুমধুর—য়াম্না সুমধুর ওই ; আপনার—মচাহুগী ; এক কণে —মরীক্ অমনা ; ব্যাপে—ছন্না কুপ্পী ; সব—পুম্বা ; ত্রিভুবনে—মরোল অহুম্ব ; দশদিকে—মায়কৈ তরাদা ; বহে—চেম্বে ; যার—মাগী ; পূর— ঈপাক্লা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ ( হকচাঙ-কায়াং ) অমদগী অমনা মাধুর্য্য চেনবা হেন্নী, মচুদগী অমুক অঙ্গ অমনা সুমধুর ওই । মাধুর্য্যাহুগী মরীক অমনা মরোল অহুম পুম্বর ছারা-ছন্না কুপ্পী, অহুনা মাগী ঈপাক্লুনা মায়কৈ তরাদা চেম্বে ।

মূল ১৪০

স্মিতকিরণ সুকর্পূরে, পৈশে অধর মধুরে,
সেই মধু মাতায় ত্রিভুবনে ।
বংশী ছিদ্র আকাশে তারগুণ শব্দে পৈশে,
ধ্বনিরূপে পাঞা পরিণামে ॥ ১৪০ ॥

## শব্দার্থ

স্মিতকিরণ—মোমোন নোকপা হায়বা থাবন্না ; সুকর্পূরে—অথোইবা কর্পূর ওইহুনা ; পৈশে—চণ্ডী ; অধর মধুরে—চীনবানগী মাধুর্য্যদা ; সেই মধু—খোইগীহুনা ; মাতায়—ডাওহল্লী ; ত্রিভুবনে—মরোল অহুম্ব ; বংশী-ছিদ্র-আকাশে—বাঁশী মখুনগী মশক ওইবা অহাঙবদা—(আকাশদা) ; তার মতাক্কী (আকাশহুগী) ; গুণ—মগুণ ; শব্দে—খোন্দুনা ; পৈশে—চণ্ডী ; ধ্বনিরূপে—খোনগী মশক ওইনা ; পাঞা—ফংলহুনা ; পরিণামে—মমৈ ওইবা কীভম ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মোঘোন্-নোংপা মনোক্লা শুইরিবা মায়থোঙ-থাঙ-থাবন্দো অথোইবা কর্পূরগা পান্থক্লী। অতুগুম্বা কর্পূরগা চান্দমরবা মনোক্লা ফজরবা শ্রীকৃষ্ণগী চীন্বান্গী মাধুর্য্যদা চঙভী; কর্পূর-হাপ্লবা মধু (থোইহী) অতুনা ময়োল অহুমগী মীশিংব ডাওহল্লী। থোইগীছুনা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশী-মখুন্ আকাশদা মাগী গুণ শব্দদা (থোন্দা) চংতুনা মমৈদা খোন্ অথুম্বা ওইনা ওই। (খোন্-ওইরবা মধুসিনা ত্রিভুবনবু ডাওহল্লী)।

## মূল ১৪১

সে ধ্বনি চৌদিকে ধায়, অণ্ড ভেদি বৈকুণ্ঠে যায়,
জগতের বলে পৈশে কাণে।
সভা মাতোয়াল করি, বলাৎকারে আনে ধরি,
বিশেষত যুবতীর গণে ॥ ১৪১ ॥

শব্দার্থ

সে ধ্বনি খোন্দুনা; চৌদিকে—মায়কৈ মরিদা; ধায়—চেন্শল্লী; অণ্ড—ব্রহ্মাণ্ড; ভেদি—কাংদোক্লুনা; বৈকুণ্ঠে যায়—বৈকুণ্ঠতাল্লা চংলী; জগতের জগৎকী; বলে—নম্হৎতুনা; পৈশে—চঙভী; কাণে—নাকোঙদা; সভা—পুন্নমকপু; মাতোয়াল—অঙাঙবা; করি—ওইহন্দুনা; বলাৎকারে—পাঙ্গল্লা নম্হৎতুনা; আনে—পুরক্লি; ধরি—ফাদুনা; বিশেষত—থোইদোক্ হেন্দোক্লা; যুবতীর গণে—মথোক্লাবী নুজাশিংবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খোন্ অদুনা মায়কৈ মরিদা চেল্লী, অদুদগী ব্রহ্মাণ্ড কাংদোক্লুনা বৈকুণ্ঠদা চংলী, জগৎকী হায়রবদি জীব পুন্নমকী নাকোংদা নম্তুনা চঙভী, অদুগা জীব পুন্নমকপু ডাওহল্লগা নম্হৎতুনা ফারগা পুরক্খি, থোইদোক্লা মথোক্লাবী নুজাশিংবু।

### নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগী মোমোন্-নোক্পা চীন্বান্-অমৃতচুনা বাঁশরীগী মখোন্গা লোয়নন্না তিন্নরগা মীশিংগী নাকোঙদা চংবা মতমদা কনামত্তা ভপ্থনা লৈবা ঙমদে; মী পুন্নমক ঙাওয়ি; লোকধর্ম-বেদধর্মনচিংবা পুম্থা-থাদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা য়ৌয়ি, খোন্ অচুনা মখোয়বু নম্-পু পুক্কথিক-হনবা তৌয়ি।

মসিদা হায়রিবসিগী মর্মার্থদি অসী ওইবা য়াই, মচুদি—শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশরীগী মখোন্দুনা মী পুন্নমক্পু ঙাওহল্লিবসী, মহাকী বাঁশরীগী নত্রগা বাঁশরীগী মখোন্দুগী মহৌশা ওইবা গুণ্না নত্তে; মসী ওইরিবসী শ্রীকৃষ্ণগী মোমোন্-নোক্পা মনোক্কা তিন্নরবা চীন্বান্ অমৃতগী গুণ অচুননী। শ্রীকৃষ্ণগী চীন্বান্গা শম্নবদা বাঁশরী-খোন্দুনা মতৌমচুম্না মীবু ঙাওহন্বা গুণ ফংলিবনী।

বাঁশী-খোন্দু মনাকোঙনা হেক তারগা কন্নামক ঙাওখিবগে হায়ববু, মীশিংদুনা কৃষ্ণনাক লাক্কচুনা লৈবা ঙমদে। মখোয়না কৃষ্ণনাক য়োংগে নীঙদ্রবফাওবদা মখোয়বু ফাচুনা পুরক্য়ি হায়বসী 'বলাৎকার' হায়বা শব্দসিনা তাক্য়ি।

### মুল ১৪২

ধ্বনি বড় উদ্ধত, পতিব্রতার ভাঙ্গে ব্রত,
পতিকোলে হৈতে কাড়ি আনে।
বৈকুণ্ঠের লক্ষ্মীগণে, যেই করে আকর্ষণে,
তার আগে কেবা গোপীগণে ॥ ১৪২ ॥

### শব্দার্থ

ধ্বনি - বাঁশীখোন; বড় —য়াম্না; উদ্ধত—নমকেৎনম্-হাইয়ে; প্রতিব্রতার—মপুরোইববুদা নীঙবী মুজাগী; ভাঙ্গে—থুগায়; ব্রত—ব্রত; পতিকোলে হৈতে মপুরোইবগী ভম্পাক্তগী; কাড়ি—মুন্দুনা; আনে পুক্কনি;

বৈকুণ্ঠের—বৈকুণ্ঠগী ; লক্ষ্মীগণে—লক্ষ্মীশিংবু ; যেই—মহুনা ; করে—তৌগ্নি ; আকর্ষণে—চিংবা ; তার—মহাক্কী (মখোয়গী) ; আগে—মমাঙদা ; কেবা—কনা ওইবগে ; গোপীগণে—গোপীশিংনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীখোন্দু য়াম্না লম্কেং-লম্হাইয়ে ; মানা মপুরোইবদবু নীঙজবী নুজাগী ( মপুরোইবদ-নীঙগ্নি ) ব্রতহু থুগাইবী ; মপুরোইবগী মওহাক্তগী মহাকপু মুল্লগা (কৃষ্ণনাক্তা) পুরক্যি ; করি হায়নী, বাঁশীখোন্দুনা বৈকুণ্ঠগী লক্ষ্মীশিং ফাওববু চিংবী, মখোয়গী মমাঙদবু নরলোকসিগী মুজা ওইবী গোপীশিংদি করি ওইগনী ?

## নৈনরোল

ব্রজগী গোপীশিংদি স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মতম-পূম্বদা ওইবী তালোইনী (নিত্যকান্তানী), মরমহুনা মখোয়না লক্ষ্মীশিংদগী হেল্লিবনী : অহুবু শ্রীকৃষ্ণগী নরলীলাগী পরিকর ওইবনা মখোয়গীস্তু নরভাব ( মী ওইবনী হায়বা খাখলহু ) অছুম লৈ : মরম্সিনা মখোয়গী মনীত্তা লক্ষ্মীনা লাইনী ( দেবীনী ), অদুগা মখোয়না মীনী (মানবী নী) : মরমহুনা মখোয়না মচা মছাবু লক্ষ্মীদগী তোপ্প-বনী হায়না খল্লিবনী । অদুগা মখোয়না খল্লী -বৈকুণ্ঠগী লক্ষ্মীশিং ফাওবা শ্রীকৃষ্ণগী খোন্না চিংলবসিদা অচৰী খানা নিঙোন এখোয়দি করম্না থাঙগনী—হায়বসিনী । ত্রিপদীসিদা 'পতিব্রতা' হায়রিবসী বৈকুণ্ঠগী লক্ষ্মীশিংবুনী ।

মূল ১৪৩

নীবি খসায় পতি আগে, গৃহকর্ম্ম করায় ত্যাগে,
বলে ধরি আনে কৃষ্ণস্থানে ।
লোকধর্ম্ম লজ্জা ভয় সব জ্ঞান লুপ্ত হয়,
ঐছে নাচায় সব নারীগণে ॥ ১৪৩ ॥

## শব্দার্থ

নীবি—মুপীপী খ্যাংলী ; খসায়—নাস্তোক্হল্লী, কোম্হল্লী ; পতি-আগে—মপুরেয়াইবগী মমাঙদা ; গৃহকর্ম্ম—য়মগী থবক ; করায়—তৌহল্লী ; ত্যাগ—থাদোক্পা ; বলে—পাঙ্গন্না নম্হংতুনা ; ধরি—ফারগা ; আনে—পুরক্য়ি ; কৃষ্ণস্থানে—কৃষ্ণগী মফমদা ; লোকধর্ম্ম—মী মম্বামগী চৎনবী ; লজ্জা—ঈকায়বা ; ভয়—অকিবা ; সব জ্ঞান—পুম্নমক খঙবদো ; লুপ্ত—মাঙবা ; হয়—ওই ; ঐছে—মতৌ অহুঙ্গা ; নাচায়—জগোই শাহল্লী ; সব নারীগণে—মুজাশিং পুম্বু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশী মখোন্না মুজাশিংগী খ্যাংলী কোম্হন্দুনা নাস্তহল্লী মপুরোইবমক্কী মমাঙদা, অদুগা ইমুং-মনুঙগী থবক ইনখাং পুম্বা থাদোকহল্লী অদুগা নম্হুনা কৃষ্ণ-নাক্-তান্না পুরক্য়ি। মুজাশিংগীনা ময়ামগী চৎনবী, ঈকায়-ঈকি লোইনমক মাঙডী। মতৌ অদুম্না মুজাশিংবু জগোই শাহল্লী।

## নৈনরোল

অসিদা য়াওবিনা 'নারীগণ' হায়বা শব্দসিনা শ্রীকৃষ্ণ-কান্তা ওইবী ব্রজ-সুন্দরীশিংবু খঙহল্লিবনী।

## মূল ১৪৪

কাণের ভিতর বাসা করে, আপনে তাহাঁ সদা ফুরে,
অন্য শব্দ না দেয় প্রবেশিতে।
আন্ কথা না শুনে কাণ, আন্ বুলিতে বোলায় আন্,
এই কৃষ্ণের বংশীর চরিতে ॥ ১৪৪ ॥

### শব্দার্থ

কাণের—নাকোংগী ; ভিতর—মনুঙদা ; বাসা করে—য়ুম ওইহল্লী ; আপনে—মহামক্না ; তাহাঁ—মযমক্তুদা নাকোঙদা ; সদা—মতম্ পুম্নমক্তা ;

স্ফুরে—ফাওরকৃয়ি ; অন্য—অতোপ্পা ; শব্দ—খোন্ ; না দেয়—যাহন্দে ; প্রবেশিতে—চংবা ; আন্—অতোপ্পা ; কথা—য়া ; না শুনে—তাদে ; কাণ—নাকোঙনা ; আন্ বুলিতে—য়া অমা হায়গে ভৌরগা ; বোলায় আন্ —অতোপ্পা অমা হায়হল্লী ; এই—মসীনী ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; বংশীর চরিতে—বংশীগী মভৌদি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীগী খোন্দি নাকোঙ চঙলবদি নাকোঙ মনূঙদা মাগী ময়ুম ওইনা চাননা অদুম লৈথোক্‌য়ি মতম-পুম্বদা খোত্তুনা । অতোপ্পা খোন্ অমতবু চংহন্দে । য়া অমা হায়গে ভৌবদা য়াহু নত্তবা য়া অমা হেক্তা হায়-হল্লী ; মসিনীদো কৃষ্ণগী বাঁশীগী মচোরিত্তি ।

## মূল ১৪৫

পুন কহে বাহ্য জ্ঞানে, আন্ কহিতে কহি আনে,
কৃষ্ণকৃপা তোমার উপরে ।
মোর চিত্তভ্রম করি, নিজৈশ্বর্য্যমাধুরী,
মোর মুখে শুনায় তোমারে ॥ ১৪৫ ॥

## শব্দার্থ

পুন অমুক হন্না : কহে—হায় ; বাহ্য জ্ঞানে—ভাবাবেশদগী হন্থরক্তুনা মাপানগী পোৎ খঙলবদা ; আন কহিতে—য়া অমা হায়গদবদা ; কহি আনে —অতোপ্পা অমা হায়দোক্‌য়ি ; কৃষ্ণকৃপা—কৃষ্ণগী কৃপা লৈরে ; তোমার উপরে—নঙোন্দা ( শ্রীসনাতন গোস্বামীদা ) ; মোর—ঐগী ; চিত্তভ্রম— পূরীঙ লাল্‌হন্‌বা ; করি—ওইহন্দুনা : নিজৈশ্বর্যামাধুরী—শ্রীকৃষ্ণ মস্তাগী ঐশ্বর্যামাধুর্যাহু ; মোর—ঐগী ; মুখে চীন্দা ; শুনায়—তাহল্লী ; তোমারে —নঙোন্দা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুগী বাহ্য জ্ঞান ওইরবদা প্রভুনা হায়রম্মী—ঐদো য়া অমা হায়গে.

তৌরগা য়াদ্রু নত্তবা অমা হায়দোকরি। ওহে সনাতন! শ্রীকৃষ্ণনা নত্তবু থোজানবিক্কে; ঐগী পুক্নীংদা অকাওবা পোক্হল্লগা শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী ঐশ্বর্য্যমাধুর্য্যাদু ঐগী চীন্দা থোক্হল্লগা নত্তবু ননাকোংনা তাহল্লী।

মূল ১৪৬

আমি ত বাউল, আন কহিতে আন কহি।

কৃষ্ণের মাধুর্য্যামৃতস্রোতে যাই বহি॥ ১৪৬॥

শব্দার্থ

আমিত ঐদিনে ; বাউল—অঙাওবনী ; আন কহিতে—য়া অমা হায়গে তৌরগা ; আন—অতোপ্পা অমা ; কহি—হায় ; কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী মাধুর্য্যামৃতস্রোতে—মাধুর্য্যগী মশক ওইবা অমৃতগী ঈচেল্দা ; যাই—চৎলী ; বহি—চেল্দুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা হায়রম্মী—ওহে সনাতন! ঐদি অঙাওবনী ; য়া অমা হায়গে তৌরগা য়া অমরু হেক্তা হায়দোক্লম্মী। মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যগী মশক ওইবা অমৃতগী ঈচেল্দা তাউদুনা চৎলী।

মূল ১৪৭

তবে প্রভু ক্ষণ এক মৌন করি রহে।

মনে ধৈর্য্য করি পুন সনাতনে কহে॥ ১৪৭॥

শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; প্রভু—মহাপ্রভুনা ; ক্ষণ এক—ক্ষণ অমা ; মৌন করি—য়া ঙাংবা তোক্লুনা ; রহে—লৈ ; মনে—পুক্নীংদা ; ধৈর্য্য করি—থাজগা ; পুন—অমুক হন্না ; সনাতনে—সনাতনদা ; কহে—হায়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী শ্রীমন্মহাপ্রভুনা ক্ষণ অমতং তুমীন্না লৈরগা মপুক্নীংদা থাজনগা সনাতন-গোস্বামীদা য়া অমুক্ হায়রক্নি।

## নৈনরোল

প্রভুনা হায়রিবা বাসীদি মথডদা লাক্পা পরিচ্ছেদদা হায়রে।

### মূল ১৪৮

কৃষ্ণের মাধুরী আর মহাপ্রভুর মুখে।
যেই ইহা শুনে সেই ভাসে প্রেমসুখে ॥ ১৪৮ ॥

#### শব্দার্থ

কৃষ্ণের মাধুরী—শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য ; আর—অতুগা ; মহাপ্রভুর মুখে—মহাপ্রভুগী চীন্দা ; যেই—কনাগুম্বা মীনা ; ইহা শুনে—মসীবু তারগা ; সেই—মহাক অতুনা ; ভাসে—ভাউথি ; প্রেমসুখে—কৃষ্ণপ্রেমগী নুংঙাইবদা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্য শ্রবণ তৌবা, অতুস্থ শ্রীমন্মহাপ্রভুগী মুখদগী শ্রবণ তৌবা—মসীবু শ্রবণ তৌবা মীদি কৃষ্ণপ্রেমগী নুংঙাইবদা তাউগনী।

### মূল ১৪৯

শ্রীরূপ রঘুনাথ পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ১৭৯ ॥

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপগোস্বামী অমসুং শ্রীরঘুনাথ দাস গোস্বামীগী খুয়াখাদা আশা থম্জরিবা কৃষ্ণদাস গোস্বামীনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত লীজৈয়ে।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে মধ্যখণ্ডে সম্বন্ধতত্ত্ববিচারে শ্রীকৃষ্ণৈশ্বর্য্যমাধুর্য্য বর্ণনং একবিংশপরিচ্ছেদঃ।


39644 IMPHAL LIBRARY

# শীতলজিৎকী লাইরীকশিং

উপন্যাস—ইমা, থাদোকপা, রোহিণী, মুংশিরাখেবা।

থারী-মচা—লৈকোন্নংদা, লৈঙ্গুংশি।

শৈরেং—কেতুকী, বাল্মীকি, ইখৌলাংবা, শকুন্তলা, শৈরাংবা ( ১বা শরুক্ )।

অতৈ অতৈ—

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা ( মৈতৈলোন্দা )

৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈলোন্গী অনুবাদকা লোন্নবা ) মমল লুপা ২০৲

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শায়োন্-শৈথন্—লুপা ৭০৲

৫। Friends' English to Manipuri Dictionary.

৬। Friends' Pocket Dictionary. (English to Manipuri)

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (আদিলীলা) খণ্ড অহানবা—লুপা ২০৲

৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড অনীশুবা—লুপা ১৮৲

৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড অহুমশুবা—লুপা ১৫৲

১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড মরিশুবা—লুপা ৩২৲

১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড মঙাশুবা—লুপা ২০৲

১২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড তরুকশুবা—লুপা ২৮৲

১৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড তরেৎশুবা—লুপা ২৫৲

১৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড নিপানশুবা—লুপা ২০৲

১৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ৪০৲

১৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (মধ্যলীলা) খণ্ড অহানবা—লুপা ২৫৲

১৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড অনীশুবা—লুপা ৪৮৲

১৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড অহুমশুবা—লুপা ৪০৲

১৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড মরিশুবা—লুপা ১০৲

২০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড মঙাশুবা—লুপা ১০০৲

২১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড তরুকশুবা—লুপা ৪৫৲

২২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড তরেৎশুবা—লুপা ২৫৲

২৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড নিপালশুবা—লুপা ৩০৲

২৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ২৫৲

২৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( „ ) খণ্ড তরাশুবা—লুপা ৯০৲

২৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত („) খণ্ড তরামাথোইশুবা—লুপা ১০০৲

২৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত („) খণ্ড তরানীথোইশুবা—লুপা ৩৫৲

২৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত („) খণ্ড তরাহুমদোইশুবা—লুপা ৩০৲

২৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত („) খণ্ড তরামরিশুবা—লুপা ৫০৲

৩০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত („) খণ্ড তরামঙাশুবা—লুপা ৬৫৲